**IPAM MEIHOURE** meaning "My home is on fire" written by **Hijam Guno Singh** and Published by **Hijam Chanu Shreemati** of Keisampat Thokchom Leikai, Imphal, 795001

---

ফোঙজবী : হিজম চানু শ্রীমতী

অহানবা ফোঙবা : সেপ্টেম্বর, ১৯৯২

ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অমসুং লাইব্রিরী দুকানশিং

মখুম : শ্রীখোইদিংজম তোম্বী সিংহ

নম্ফম : সর্ব্বশ্রী পদ্মা প্রিন্টরস, ইম্ফাল

অপুনবা ভোল্যুম,
মখুম অথাবা — লুপা ৮০

ইমারোলবু ভারত সংবিধানগী নিপানশুবা সিড্যুলদা
চলহন্নবগী য়াবীথিবশিংদা

# নীংশিংজনীংবা

উপন্যাস অসিগী শরুক অনীমক পুম্না, অমত্তা ওইনা, পুথোকচগে থঞ্জবনি অহুবু খুদোংচাদবা থর্রা লৈবদগী অনী থোকনা অস্থুম পুথোকচরে। অনীশুবা শরুকশু চিঠৈ ফোঙদোকনবা হোৎনজরি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবগীদমক মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং পীবীখি। মসিগীদমক বিভাগ অসিদা থৌবীমল খঙবা উচ্চরি। সর্ব্বশ্রী পদ্মা প্রিন্টরসগী থবক পুবীবশিংনা য়ামনা থর্রায় য়াওনা হোৎনবীবদগী লাইরিক অসি মতম চানা ফোঙদোকপা ঙমজবনি। মসিগীদমক প্রেসকী মীওইশিংবুসু থাগচ্চরি।

উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং, থৌদোকশিং, থৌদোক থোকফমশিং পুম্নমক অইবগী রাখন্দগী শাগৎচখিবা ঙাক্কনি। অরোইবদা ইমারোনবু অমসুং সাহিত্যবু মুংশিবীবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা অমুক্কুং মিৎয়েং তাবীরগা অফ ফত্ত তাকপীরকনবা ইথুং লোম্নদুনা লাম্থোকচরি।

অইবা

# ইপাম মৈহৌরে

## অহানবা

চীংথ্রাওপোকপী ব্লু ভেলী ত্রেভলসকী বস ষ্টেসন— লৈবাকসিগী বস ষ্টেসনশিং মশা নানবা তান্নবদা হন্দক্কা মকোক থোংখিবনি। ষ্টেসন হেক চঙফমমক্তদা ইজং অসিবু ঙাক্লবগীদমক চাওরবা পোষ্টর অমদা 'ষ্টেসন অসিবু লু-হেন্না থমজবসিদা যাত্রিক শিং অমম্লুং লেঙখীরকপশিং পুন্নমকী মতেং নীঙ্গবি' হায়না ইরিবত্থু মমেক লানা উননবা অঙাংবা মৈ কাপলি। ষ্টেসনত্থু য়েংবদা হুংঙাইবা অমা পোকই, তক্ক তক্কই তনান তনাল্লি। মশা নাল্লবা চৌঙ-লেমনা উরবা চাওরবা মথোল অনীগী চন্দন মচু তৈরবা মী-ঙাইনভমগা পুম্না শাবা, মশাগী ওফিসনা মমায় মথা ওন্না লৈরিবত্থুগী মমাংদা, ইচম চম্নবা মৈত্রবাকী হৈরাং লৈরাংশিংগী পিক্কক তৌবা লৈকোল্ল হেক ঙবদা মী পুন্নমক্কা য়েংনীংবমা পোকহল্লে। থামম্বা অহিংনি, নোংয়াই চন্থক লোল্লকপা মতাংনি অত্থবু থাউমৈনা পুমঙান ঙাল্লি। নীংথম থা লোইরকপগী হানৌ পাম্বা কাইহৌবা মেংলবা মালংবনা লীরি খোঙদোই হুল্লকপদা থাউমৈগী মৈঙান্দা লৈপাক্ল লৈপালশিংনা মপোপ মতাং ফজবী নিংথিজবী শানৌ-

শিংনা থেক-থেক নৌগা নৌ জগোই লৈনা শাবঙম বসী থুংঙবা ঙাইনরিবা মীয়ামদা য়েংনীংহল্লি।

নোংয়াই চবুক লোয়রকপগী কংসি মখোন তাবদা মীয়ামছু ঙাইনশঙদগী য়া য়া থোক্লরকই। অমনা হায়, "মৈত্তৈ পুং ওইরমাল্লেদা গাড়ী লাকপগী শউম অমত্তা তাদে।" থুমই অমনা, "মিনিট তরা চপ চানা য়াংলি। মথোয়গী মী তারবদি নং চোপচনি। মণিপুরগীতা নত্তে চাং নাইবদা ভারত পুম্বা ফাওরবা ষ্টেটসল্লি, চাওথোকচনীংঙাইনি।" হায়গুমলছুনা বস গাড়ীগী হোর্ন মখোল অমা পংলাপ লাপ্পুনা তারকলে। খোইথুম্বরবা খোঞ্জেল অমনা লাউথোরকপা তারকই, "মী ঙাইবীরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং পুমনমক অহানবা পেসেঞ্জর বস নোংয়াই মতুং মিনিট তরা হেক তাবদা ষ্টেসন য়োরকলগনি। মফম চানা চানা ঙাইবীনবা নীংশিংজরি।"

মী পুম্নমক গাড়ী থারগদৌবা মফমদগী থৈদোকনৈ, চিঠৈ থৌজিল্লকলে চাওরবা ডি-লকস পেসেঞ্জর বস। গাড়ী থামলে, কুমথফম থোঙ হাংদোকলকলে। যাত্রিকশিং কুমথনরকলে। ঙাইনরমলিবা মীয়ামছুম্ব চঙশিন্নরকই, কুমথরকপশিংগা কোয়বা য়াওই, কনা অমনা থুং শোকনৈ, থুক্রুমনৈ, হয়াউনৈ, মহৈ মহৈ লাংনৈ। ময়কসিদা চাওদম শাংদম মপোপ মতাং ফজবী, কুচু পাল্লবী, থয়াল মচুগী শাড়ী শেংপী, মখোন কারকপী অমনা গাড়ীগী কুমথফমদা লেপ, মথুং য়েংনা অচৌবা হেঙ বেগ অমা থাক্লং নৌরবী থোম্বোক্তা কৌরকই,

"চাচা— হো চাচা।"

কনাম্বু থুমলক্তে। মতুংদগী কুমথনরকপা ময়ামছুনা ইন্নরকপদা লেপ্পা য়াত্রছুনা মহাকম্বু কুমথরকলে। ঙুপীমচাছবু ওকলবা মীয়াই চন্নবা অহনছুনা হায়,

"কনানোনে ইবেম্মা নংনা কৌখিবছু ? কনাসু খুমলক্তে।"

"অম্মা অহনহু কলকাত্তাদগী তোংখিমরকপনি। ঐ মুন্না খত্তই মাগী বেগনি।"

হায়রমলগা লেপ্লিবা মীয়ামশুদা লৈনা লৈনা য়েংই,

"অম্মা, মখাম খোরুখিবা অসোমদা য়াওরম্মগনি। ঐ অমুক্তা য়েংউগে। ঐগী সুট কেশ অসিদা লৈরে। বেডিংগা ব্রহ্ম অমীগা গাড়ীদা য়াওবনি, ঐগী মিং থাবনি। লগেজ টিকেট অসিনি, য়েংবীয়ু।"

মনাক্তা লেপলিবা অহনশুদা চেহ্ন পীরমলগা চেনখ্রে স্টীমচাহ্ন গেটলোমদা, মথুক্তা বেগতু পায়। গেট থাংমা লানখ্রে, খা অৱাং লৈরিবা সড়কতুদা লেপ্তুনা কোইয়েং য়েংই, অমানবা কনাসু উদে। চত্তকনরিৈভ খা পাংনা থৌথরকপা গাড়ী অমগী মৈঙান্দা খা পাংনা চংখ্রিবা লম্বীগী থাংমা লম কুনলোম লাম্লদা মকোক্তা কোইয়েং য়েংপা মনাক্তা ব্রহ্ম উপু মচা অমা থম্লগা খুরু খুদক কুম্না ফমলিবমা উরকই। গাড়ী মথং মথং লাকপনা লাম্হোকপা হেক য়াদহুনা ঙাইহাক লেপলমলগা সড়ক থাংমা লাম্না চেল্লকই স্টীমচাহ্ন। মনাক য়ৌরকপদা হীক হীক কপ্লগা হায়রমলিবহু

"হে স্থংশিরবী ইমা,
মত্তম কুইরবগী তুংদা,
নচা ঐ য়ৌজরকলে।
থৌজানবীয়ু নচাবু!"

হায়রমলগা লৈমায়থক্তা শাত্রাং তাখি, অমোংপা উফুন থাইফুন মথুংনা খোমই অহুগা চাম্বথংলি মকোক থক্তা। তাম্লা-সিমক্তদা য়ৌরকই মাগী তুংদা লাপ্পা ইমরকপা মাগী অপ্পা। মচাস্তুগীগী নাক্তা চত্তশিল্লকলগা য়েংই থৌদোহু মাসু, ইঙক

ওকনা। মশা মচা অনী য়েংনৈ, য়াম্বি ঙাংনদে। লৈমায়-খঙ্গা তারিবন্থ হীক হীক অঙ্গম মকশলি, মঙ্গিন্দা খোঙ্গি তঙ্কা, "হে উমাপতি, হে শঙ্কর, চঙজরি নখোঙখাদা।"

কপ্পমথে কশলুবগা হৌগৎলক্ল্মা কৈজোম ফিজিনা মমায় মমিং তৈথোকই, খুকউ লৈপাক তানা ফমলি। মতুংদা কনা লৈ মহাক্ খঙদে। মুপীমচাদুনা তপনা হায়রকই,

"চাচা নংগী হেঙ বেগ।"

তপনা লৈখোকলকই, অনীদু উবদা নোকলদুনা হৌখৎলকই,

"ইবেম্মা অমিনা। ইচানা কয়াদা বারবা।"

"চাচা বেগসি কাওরম্মমান্নে।

—অপ্পানি, ঐগী অপ্পাজান।"

"সলাম আল্লা-ই-কুম।"

"খুরুমজরি সাহেব। ইপা কাওথোকলুয়ে। ইচানা কয়া য়ানা পুবীরক্কবা। সাহেব য়ারোবীবা য়াদে।"

লোই হেঙ বেগতু মুপীমচাদুদগী।

"চাচা নংগী য়ুম কয়াম লাপই?"

"খরা লাপই ইবেম্মা, মাইল মরী মঙা।"

"এঃ য়ামনা লাপইনা! নুমিৎ য়ামনা থেঙলে, য়াম্ন য়ারম-লগনি। ঐখোয়গীদি ইনক নকলে। ওসিদি ঐখোয়দা পোত্থারো।

—করি হায়বগে অপ্পা?"

"নচানা হায়রিবসে য়ামনা চুমই। হৌজিকসি মতমম্ন য়ামনা ফজ্রে, লুট-পাৎ, মীহাৎ মীপুন য়ামনা তোইরে। নেশা চাবা নহারোলশিংনা মীয়ুংশি থঙ্দ্রবা। সিগী মথক্তা সিফাইশিংগী পেজ্রোল। মতা চাদবা কাংবু থেঙনরগা য়ামনা মুংঙাইরোই। ওসিদি মুংঙাইরবম্ন মুংঙাইত্রবম্ন ঐখোয়গীদা পোত্থাবীরো।"

"ও। মহোশাগী চীংথ্রা ওপোকপীত্থু নক্রবা। ইমা ইরেল-

শিংনা নোংমাই ইন্নু যৌবকাও—"

"সাহেব মহু ইন্তিহাসকী রা ওইহৌরে; অমুক উবা ঙংলক-কনি থাজত্রে।"

"চাচা চংলসি ঐখোয়গীদা পৌখাক্নমসি।" হন্নেং মোং হেক ভানলগা অহুম চংনীখো।"

"ঙাই চিংলোইজনে ইমেখা, রাবনস্থু মালা চংখিবনা কৈদা।"

"কল্লিগী বাই চিনজদোরিবা। কৈহৌবা ঐখোয়স্থু মমনা মুংথাথীহৌরব্রি লেংনবা ভৌরব্রি সাহেব।"

ঙাইহাক তরুগা, মুপাহু মায়কলে। মখোয় অহুমক অমাং পাংনা কাথংলক্তুনা স্টেসন মমুং অমুক চঙলকলে। অমকপদা থাম্মলিবা জিপ গাড়ীদা কাথংলগা অম্মা মশানা গাড়ী খৌহুনা সড়ক পয়ীং অমাং পাংনা খৌগংলকলগা, মনীং পাংনা অমুক লৈশিল্লক্তুনা চীংজুম তুরেন তোর্বান মনাকী অচৌবা লম্বী তারকলে। যোংলি মখোঙ অমী লাহৌকলরুগা লম্বী মরামক্তদা নোংপোক ওন্না ফাংলিবা চেক-মুংগী হোজং মমুং চঙলকলে। হেক চঙলকপগা য়ুমগী সিঙ্গাইদা ফমলম্বা মুপামচা অমা মুক হৌগংলগা লাউরকই,

"অম্মী ইচেহোয় লাকলে।"

গাড়ী তম্মা চেনশিল্লকই,

"ইচে।"

মচেমনা খুমই,

"আম্মির ইচে লাকএ।"

গাড়ীদগী হেক কুমথরকপদা মচেমু কোল্লি, মচেমনস্থু কোল্লি মোপ্‌ৱাবু, অমুক পামথংল্লি।

"ঐগী করি কৈরকই?"

"কুরিং, খোংপ্রাউ, খোংউপ, জোকি— মুনবা কৈরকই।

চাচাসু লাকই লাংগনু। চাচাদা অদায় তৌ। চাচা ঐগী ইপ্‌ৱাহুনা।"

"সলাম আল্লা-ই-কুম চাচা।"

"আল্লা-ই-কুম সলাম।"

হায়রমলগা চাচানা মখুং য়েৎ তিংখোকলকই, খুং শোকসি হায়রগুম। আমিরসু মচেমদা য়েংলমলগা মখুৎ য়েঙ্‌ তিংখোকলকই, চাচাগা খুং শোকখৈ, মকোক নোক্লি। চাচা অহাবা পুম্নমক কাওরবগুম মথনায় তানা নোকললকই, আমিরসু নোকই। তাল্লা-সিয়ক্তদা আমিরগী অম্মী মকোক মক চেৎনা খুমলহুনা সিড়ীদগী কুমথরকই। আমিরনা চাচাদা তাকই মমায়,

"চাচা ঐখোয়গী অম্মী— মিংদি—"

মচেমনা তাকলকই, "নূর বেগম, মমাগী মমিং খঙদে হায়গনিরে আমির।"

"ঐসু খঙইদা, মমাগী মিং খঙদে হায়রা মচানা; অম্মানা মপা মমাগী মিং মচানা শনবা হৌনদে হায়। নত্রা অম্মা?"

চাচানা খোক্‌না হায়রকই,

"অচুম্বনি আমির, ইচানা চুমই, নচেনা খঙবপোৎ নত্তে।"

আমির চাচাদা হয়াউনা নোকলহুনা য়েংখৎলকই। মচেমনা হায়,

"প্যান্ট কমছু অমোং অকায় শেংদোকসি, খোঙ হাংদোকউচো।"

"উম শেংদোকউসি, অহুগা অম্মী চাচাগী চা খরা লোনবীয়।"

জিপ গাড়ীদা খাওরিবা শোং-তৈশিং খাংখগে শেম শাই অয়াগা আমিরগী মচেমগনা। চাচানা চঙশিল্লক্‌না ইকাই ইকাই লাইনা খাংখৈ ত্রঙ্ক উপুশিং। চৎলগে তৌরবা আমির চাচাগী মতৌহু শংত্রিক য়েংই। য়েংলমলগা দারী কাবংখিহুনা ইমুং-

লৌমদা চঙত্রে মচিন-মৌপ্‌া থবী।

"সাহেব ইনুংদা, অমোং অকাই শেংদোকলিউদা ভাইহাক পোথানবা। নুর চা হায়বদো।"

"ফরে সাহেব, চা থক্ত্‌রবসু থাবে, থাননবনি।"

"করিগী থারুদগে।"

দারী কাথত্‌রা মী কমকম কাদা অগ্নানা চিংক্লা চঙখিরকই অনীমক। থাবা লোকাদা মথোর অনীমক ফমথনৈ, আমির চিটৈ থোকলকই।

"আমির নং চাচাগা থারী ভাইহাক শাউ, অমা পোং-চৈশিংসি থাংজিল্লুগে।"

"সাহেব ঐসু থাওজগে। করিগী সাহেবতনা—।"

থাম্বা নংহৌজে সুম্মাংদা লৈরিবা চাওর চাওরবা গ্রফশিং চাচানা তাপ তাপ পারহুনা থাংজিল্লকই কমমকম কাদা। মুখুহ পোং অমতা পারবা নংহৌদে। আমির কুমৈগুম য়েংই চাচাগী মতৌহ্‌। তাগাহুদা অহিনাসু মফি মরোল হোংদোকলগা থোক-লকই,

"চাচা গ্যাষ্ট রুম অসোমদা পোথাবনা সুংভাইগনি, ঐনা শেংদোকলমলবনি। আমির নং চাচাদা তাকউচো। মায়-মিং তাথোকনবা ঈশিং মাইশিং গুমনা থমলমলবনি।"

আমির ফমলমবদগী হৌগৎলকই,

"চাচা অসোমদা।"

আমিরগী তুং ইন্নুনা কমমকম কাগা হেক থংনবদা লৈরিবা কা অদোমদা মথোর অনী চঙমিয়রকই।

পিক্তক তৌবা কানি; হেক চঙশিনখিবদা কাগী অরাং থংবরোমদা তুরা হিগ্রবা নিংথিনা শেয়-শারবা হিদান মচা অমা, নাক্তা টেবল মচা অমগা চৌকী অনীগা লৈ। কাগী থা থংবদা

লৈরিবা থোঙছ্ আমিরনা হাংদোকৈ; হায়রকই,

"তাতা বাথ রুম আসিদা লৈরে। ইচেমা মীনিং থাইশিং সাপন থনমলে। মায় তাথোকপা য়াদ্রি।"

"ফরে আমির, শোথাকফো নহাক থায়মি।"

"করিস্নু য়াদেদা।"

চাচা বাথ রুমদা চঙগ্রে; আমির কপ্লুং মনাক্তা থারিবা চৌকী-ছুদা চঙশিন্দুনা ফমই। চাচা থোকখনদা আমির চাগদৌ গুম য়েংই।

"উম ঐগী শমসি উবদা ওকনরিগনি। শম-না কোই অমত্তা কোকনক্তু বনি য়ুম য়োত্রিফাও কোকনবোই হায়দুনা। অত্তা ওবা মাঙরিনি।"

"মাঙদ্রে।"

থাঙনরিঙৈ অমিনানা চা লৈহৌরে তাকনরদুনা মথোয় অহুমক ফমনফম কা তাক্লা লাকলে।

ইকোই কোইনা ফম্মিরদুনা চা থকমিন্নরিঙৈ অমিনানা হৌদোকলকই, "অহুপা চাচা চাকনা কমদৌবা? চেং চাক লোইনবা শেম শাদুনা থমজরে, এনসাংদি কয়া মথোং চানি থাজস্রে হৈরাইগা মনা মশীংগত্তা মত্তাইরে। চাচানা অহুম—"

"চাস্নু থকলে, ইস্কালদস্নু চারকলে। হৌজিকপু করিগী চাক?"

"কদাইদগীনোদা সাহেব; নোংমদা চয়া অমত্তং চারগবু য়ারবদি অস্নুপ য়ানা নোস্নুবগী করি কারগনি? চথোম অমত্তং ওইরবস্নু চাদবা য়াদে। ওসিদি ঐথোয়গী মেহমান ওইরবনি। লোইনা শেম শারবনি। থোংদি থোংবীবা তাদ্রে সাহেবনা।"

"চাদবা য়াদে হায়রগা ইচাস্নুপী অমিনানা থোংলগা চাগদবা মত্তাই। অহুবু মাস্নু য়ারমলনি। নোং ত্তানগদবস্নু পংবাং য়াং-লয়রোই। তোকপনা ফরেসা সাহেব। ফুমিদাং অমা চয়া হেনববু করি লৈবনো।"

"চাচা অতুম্না হাকগনু  চাচানা ঐগীদমক কয়াম য়াবীরকই। চাক ঙাইহাক্কং থোংবনু কয়াম য়াগনি হায়বগে। অহুনু পাঙলগী মথুং কমদৌনা চাদোক্লিবা?"

"অঙাওবী পাঙলদি মী নত্রাও? ত্রেন্দা পাঙনা পুরকপা পোৎ চাখিত্রাও ঐহাকপু? মী অতৈগীদি খঙদে, ঐদি করিসু হঙ্গোইদে। ইচানবু থোঙ্গে হায়রবদি চাথোকসু ঙাই। য়ায়োইত্রনে নংবো?"

"ঐখোয় ইচেদি চাক থোংবা য়ামনা হৈবনি চাচা। মানা থোংলবদি ঐসু খরা চানীংই। ঐগীসু খরা হাপউ।"

মখোয় ময়াম্মক য়া য়া নোকই।

"চাচানবু য়ারবদি ঐ থোংউরগে।"

মচিন মোপ্তা চঙখ্রবদা মপানা হায়রকই,

"সাহেব ঐগী ইচানুপীসি মতা অমনি। সুপা নহাদৌনা তৌই। সুপী ওইবীগী লীরি থোইরিবা মশাদা য়াওদে। ইঙাও ঙাওই। করম তৌগদৌবনো ঐ ওস্থোকনা য়াত্রে।"

"ঙাওবা নত্তে সাহেব, ঐ খঙই ইচং থৌবনি। ইচংবু থৌত্রবা সুপা ওইরবসু করি তৌনগনি?"

"ইহে অতৈদি লাইরি, সাহেবকী পরিচয় ঐদি খঙজত্রি, অমিনানসু তাক্কে, ঐগীসু খঙবীরমখিরোই। ঐগী মিং মেহেরাল্লী, মেহেরাল্লী চৌধুরী, সরকারগী থবক মচা অমা তৌজরি, গোমেন্ট এডভোকেট ওইজরি।"

চাচা খংয়েং য়েংখৎলকই,

"অমিনানসু থবক মচা অমা তৌরিদমক মহায়, ওস্থোকনা চাওরবা কম অমা পায়বীরি। ঐবু ঙাকপীগনি।"

"কদাইদগী চাওরুগবনো সাহেব, নচা ময়ামসি য়োকপা

ভমনবা অস্থম হোৎনজবনি। "অহুগা সাহেবকী মিং অহুগা শিনফমবু ?"

চাচা লকক তৌই, পাক হেক থুমলক্তে। তপনা হায়রকই,

"ঐগী মিং নোংয়াই, শিনফমদি করি হায়গদবনো খণ্ডত্রে সাহেব, লন্ডোন ইভিক ভেক ভেক অত্থক তৌজবনি; হিংননবা তৌবা হায়বত্থনি।"

"ও, বিজিনেস য়ামনা ফবা শিনফমনি। নীংথা তম্বা য়াবা। ওস্থোকনা মুংঙাইজরিনি, মীরা মীশা তাদবা।"

"মুংঙাইবা শিনফম হায়বা অমা লৈবা হৌনদে সাহেব।"

"কারবারগী লেঙঙ্বা ওইরিনিনে অত্থদি? করি লমদা লেঙবীরুবা? কলকাতাদা থেঙনরকপনি হায়থি নচানা, কলকাতাদা লেঙঙ্ব্রা?"

নোংয়াই ঙাইহাক খপ্পানৈ, থল্লুরগা নোক্কুনা হায়রকই,

"ঐনা চৎলুরা মফম য়ামত্রে সাহেব, কারবারগীনিদনা। ঐহাক দিল্লীরোমদগী লাকচবনি। ইবেম্মগা কলকাতাদা থেঙনরকপনি।"

"তুকান ওইনা ফম্বীবা জাৎলা, কদায়দা তৌবীরি?"

"তুকান তৌজদে, মহাজন অমগী খুৎচোই থরা থরা চাজবনিদা।"

"অত্থমু ফৈ সাহেব। হোই, হৌজিক্কী মতমদা লল্লাই কারবার তৌবা অরাইবা থবক নত্তে। শেল য়ামনা পাযত্রবদি কারবার ভমপোৎ নত্তে। মহাজনদি চীংথ্রাঙপোকপী অসিদগীরা?"

"নত্তে ইম্ফালদগীনি।"

তাঞ্জাসিদ্দা আমিরনা মপাবু কৌরৈ,

"অপ্পা, অম্মীনা অমুক্তা চঙলকউ হায়।"

"সাহেব ঐ অমুক্তা চঙজরুথিগে।"

"ফনি সাহেব।"

"আমির নং চাচাগা বাবী শারুরমউ।" হায়রম্লগা চঙত্রে।

"আমির সিদা কম্মোলাউ, নংবু চাক চান্রিবরনে ?"

আমির চঙলক্তুনা কয়রে,

"চাক খরলি চারে, ইচেগা অমুক চামিন্নগে ভাইরম্বনি।"

"ইচেবু যামনা নুংশিত্রনে নংবু ?"

"ইচেবুদি করিগী নুংশিরোই ? মানস্থু ঐবু যামনা নুংশি, লুনা তৌই। নুংশি হায়রব্রা মানা ?"

"হায়নে হায়নে।"

"মহাকনা যামনা কুইনা কুইনা য়ুমদা হুন্নক্তবসিদা ঐহাক যামনা নুংঙাইতে। ঐহাক হেক হেক কপনীংলকই।"

নোংমাই আমিরদা মুন্না যেংই।

"চুম্মি আমির; ঐগা লম্বীদা লাকমিন্নবদা নচেনা নংবুতবু শোল্লি। নংগীনি হায়ত্নুনা পোৎ চৈ যামনা লৈখিবনি। পীরব্রা ?"

"ঐ পোৎ করিস্থু পামদেদা। ইচেবু নুংশিবগী বানিদা।"

রাত্তু হেক তাবদা মহাক মায়থোং লাংশিল্লি।

"মহাকনা লাইরিক তম্বা চংখিবদা ঐহাক য়ুমদা হনজিন-নীংদে। মহাকনা চংগ্রগা ঐহাক ইচে-শং হোইদদা লৈ।"

"ও, কনানো ইচে-শং হায়বদি ?"

"ইচেগী মতা অমা লৈ, ঐগী ইমান্নবা মৌপ্না অমস্থু লৈ। ঐখোয়না ইচে-শং কৌই, ঐবু লুনা তৌই। মহাক ঐখোয়গীদা হেক হেক লাকই। ইচে-শং লৈরমত্রবদি ঐহাক য়াম কপলমগনি।"

আমির কপনীং কপনীং তোৌরকই। মমায় লুকথখি। অনীমক তুম্মিন লৈনৈ, অন্নিনা চঙলক্পা মখোয় অনীমক খঙহৌদে।

"চাচা চাক লোইরে।"

"অথাহোয়স্থু চান্রিবা নত্রা ?"

"আমিরদনি চাখিবা, মখোয় ঐবু ভাইরমলি।"

"আমিরগী খজিক্তং চাবনি হায়দা।"

"শুকশিংদং চাবনিদা ?"

মখুৎ মচাদু তমলকই। অমিনা নোকলকই,

"হোইনে হোইনে ইচেগা অমুক চাদু গাইদবা।"

"ঐখোয় ময়াম অমুক চামিন্নরসি, য়াব্রা আমির ?"

"য়ারে।"

মচেমনা হায়রকই, "ঐহাক শেম শাকদবগে, আমির-না চাচাগা হেক লাকমিন্নরো, ঐ হায়রকে।"

অমিনা চঙরে। আমিরনা অসুম য়েংলগদনী হংলকই,

"চাচা নংগী য়ুম কদাইদনো ?"

"মখা অসোমদনি মাইল মরী মঙা লাপই।"

"ঐগী ইমায়বা নংগী নচা লৈব্রা ?"

"নচেগুম্বী অমা———" হায়রম্নগা খংতোক তোকখি।

"ঐখোয় ইচেগুম্বী ? ঐ য়ামনা উন্নীংইবা, লাইরিক তম্লু।"

শেম-শাহুনা খুমলকই, "লাইরিক তমহনবা ওমদেদা আমির।"

"হৈমা লাইরিক তমদবা, কল্লিগীনো চাচা ?"

"লাইরবা, পৈশা লৈতবা, য়ুমগী থরক তোবীনীংঙাই লৈতবা।"

"অম্মী লৈব্রনে ?"

নোংমাই য়েংখংলকই, লকক তৌই, "উম লৈতে।" আমির মমায় মায়থোং লাংশিল্লি, তঙক তঙক য়েংলকই।

"অহুদি ইচেহু য়ামনা বারম্মনি। ঐ মাগা শক খঙননীংই। ঐখোয় ইচেদা হায়গে, মাসু খঙমগে হায়নি। ইচেনা লাইরিক তম্বা চংগ্রিঙৈদা মাগী মমাঙা চংলগা বারী শাম্বা য়াই। ঐগুম্বা

খৌপ্ব। অমত্তং লৈজরম্লবদি মহাক হুংঙাইনিকো ?"

মেহেরাল্লী চঙলকলে, "সাহেব নচানা চাক থাংদোকহৌরে। হাউবা হাউত্তবা চথোম অমত্তং চারুরসি।"

"করে সাহেব, আমির চংলসি।"

মথোয় অহুম্মক মহুংগী কাদা মরী মরী চঙনরকলে। পাকলবা, নাম্না উরবা, দাইনীং টেবল অমদা চাক এনসাং মরাম থেঙত্তুনা লৈরমলে। অমিনা, মমা নুর বেগম লেপ্তুনা ঙাইরমলি।

"চাচা ঐদি চাক থোংখিদবা কুইরে, হাউরমগত্রা খঙদে।"

"ইচানা থোংববু করিগী হাউরোই, ঐদি থুং চিকত্রা হুংশা খীরিবনি। করিগীনো চাকলুক অহুমথক্কং থারিবসিখো?"

"ইমাগা ঐগদি কোন্না চাগে।"

"পুল্লপ চাগদৌবনি। পূজারী য়াওত্রবদি চাবা হল্লোই পুল্লপ চারসি পুরকউ।"

"সাহেব মমা মচানা অরাং অপা হাপসন্নু।"

"ওক্তুগা পংলো লৌনবা য়াবসিবু। পুল্লপ চামিন্নসি ইবেম্মা, পুরকও ইমাগীস্ম নংগীস্ম।"

"ইবেম্মা পুরকও নংগী চাচান্না চামিন্ননীংমালে।"

মহৈ মহৈ ফমরে। অমিনানা চাক চাকলুক অনী অমা অমুক শেম শারুরে। মপা মচা মথোয় ময়াম্মক পুন্না ফম্মিন্নরে।

"হৌরসিনে সাহেব।" মেহেরাল্লীনা হায়রকই।

"য়ারে সাহেব, আমির হৌরসি।"

"ঐদি কোন্না চারগে, চাচাগী চাক হাপকে ওক্তুগা।"

"চাক উবা য়াদবা মী অমনা ঙসিদি ভাব য়ামনা তাঞ্রেদা।" —মচেম্মা হায়।

"অম্মুপ য়ামবা চাকসিদা অমুকস্ম হাপকদৌরিবা। চাবা ঙম্মরোইদৌবনি আমির। ফম্মরো চারসি।"

চাক চাবা হৌগৎনরে। আমিরনা নোংমাইবুতা ময়েংই। করিনো অমা নীংশিংলকপগুম আমির চখোম পামখৎলগা লেপই অদুগা হংলকই,

"চাচা! ইচেদি কনাগা চারমগনি? নংবু ঙাইরম্লোইত্রা?"

নোংমাই চারম্বদু খংলেপ লেপই, মরামসু লেপনে। মাগী পাউথুম ঙাইনবগুম তৌই।

"ঐ লাক্কনি হায়বা মহাক খঙলমলোই,
পাউ থাথিদে।"

অমিনানা মৌপ্রাদা চাক চারিঙৈদা বারী শাবা হৌনদে হায়রকপদা আমির ভুমিন লৈখি। অদুবু মীনম হানম খঙত্রিবা ইচম চম্বা অঙাংদুগী মমিৎ অনীনা নোংমাইদা হেক হেক য়েংবদুদি ত্তোক্কে।

"চাচা ঐদি হাউরমগনি থাজত্রে।"

আমিরনা হায়রকই,

"চাক চারিঙৈদা বারী শাবা হৌনদে হায়বদাই।"

"হাউত্রা হাউতত্রা হংবদি মাইদা।"

মপানা হায়রকই। অমুক মথা তারকই,

"চাববু য়ারিত্রা সাহেব, এনসাংসু মথোং চাত্রে।"

"মামনা হাউড্রে সাহেব।"

খুমলমলগা আমিররোমদা,

"হাউত্রনে আমির?"

"হরাই থোংবসি থুম খরা য়াংলি।"

মামনা হক্তোইনা লৈজবী নূর বেগম নোকলকই; মচেমনা হায়রকই,

"এনসাং মহাউদি খঙত্রপোৎনি। থুম য়াকপবুদি নমদবনা কবনে ইবুংঙো।"

"থুম নমদবনু নমদে হায়বগী ষানিদা।"

ময়াম্মক নোকলকই।

ষারী শান্ন শান্ননা চাক চাবা লোইরক্লহুনা আমিরনা চাচাগী মথুং মশা হামদোকনবা মকম ভাকলে, ঈশিং মাইশিং থারে। লোইরগা গ্যাষ্ট রুম তান্না অমুক মপা মচা মখোয় ময়ামনা নোং-ষাইবু পুরকলে। মেহেরান্নীনা ফুরিংখাউদগী চুরুট উপু অমগা মৈথেংকা পুথোকলক্লগা নোংষাইদা লাল্লি,

"সাহেব চুরুটসিবু?"

"ঐহাক চুরুট থকচদে সাহেব।"

"ও, ঐখোয়দি মসি থাদোকপা ডমত্রে। —পোখাবীরো, ড্রাইভরত্থ ওন্তা লাকপা ষাই। সাহেবপু খিলহনবা য়াগনি।"

"খিল্লবনু ষাইদা সাহেব।"

"গাড়ীদা চংপনা কৈ চাচা, থুম লাপই হায়বদাই।"

আমিরনা য়াল্লকই।

"অহুক ষামনা লাপ্পা নত্তেদা আমির। খোঙনা ভত্তনা চংলিবনি।"

"ফরে হয়েং নোং-ভাল্লগা থম্নবা হায়বহুনি। পোখাবীরো।"

"চাচা পোখাবীরো।"

"ফরে ইবেম্মা।"

অমিনা আমির মপাগা লোইননা কা অহুদগী থোকখ্রে। নোংষাই মথন্তা ভাইহৌরবদা ফম্মুং মনাক্তা থাব্রিবা চৌকীদা চঙশিন্নুনা ফমই। ইহাং হাংবা মিৎয়েংদা মায়োক্লনা ফাংলিবা মিহুৎ অদোমদা য়েংথোকলকই। মপান্দা থাল্লিবা থাউমৈগী মৈভান্দা, নামিবা হুংশিংকী ঈপোমদা, মিহুৎ মপাদা হৌরিবা, অঙাংবা বোগেনবেল্লাশিংনা হাই হুমলিবত্থ উরকই। অম্নুম য়েংলমলগা চৌকীগী পাম্বোম অনীদা মথুং অনীনা শোরগা লু-

কক্লনা করিগুম্বা অমা থনবগুম চুমিন লৈখি। কয়া য়ামনা কুইর-বনো খণ্ডদে অসুমনা খল্লিডৈ আমির অমুক চঙলক্তুনা য়য়াংদা লেপলৈ,

"করি ভৌরে আমির, নহাক হৌজিক কাওবা তুমত্রিবলা ?"

"তুম্মুরনি চাচা।

য়া অমা তম্মগে লাকপনি।"

"করিনিনা ?"

"ঐনা ইচেদা অপ্লাবু হয়েং ওস্তা ড্রাইভর লাক্তুবদি কৌরু-নবা হায়রবনি, ইচেম্নু য়ারবনি। ঐসু চাচা হোয়দা চৎলুগে হায়বদা ইচেনা য়ারে। ঐহাক ওস্তা হৌদোকলক্কে।"

নোংয়াই থংয়েং য়েংখৎলকই, তফিং তফিং হায়রকই,

"য়ামনা থাপ্লি আমির, থুঙ্গংনি। য়াগনি ইবুংঙো। নহাকনা শক খঙনগে হায়বা নচেমদো চাচা নোংমা পুরক্কে, চৎকনু ইচাসিদি।"

আমির নোকমি নোকমি তৌনা য়েংখৎলকই,

"চাচা ইচেগা শকসু খঙনগে, য়ুমসু খঙনীংতুনা তৌবনি। ইচেনসু য়াহৌরে। ঐ ইতোমতা চৎপা ক্কত্তে হায়রগা ইচেসু হৌগে। গাড়ীনা চৎপবু করিগী য়ারুদগে ? চাচা তুম্মো মুমিং থেওলে, ঐসু তুম্মুরগে পাউসি হায়গে লাকপনি, বাই বাই।"

মথুং মচাক্তু হাইরমলগা মাগী চাচাগী পাউথুম অমুক ঙাই-রমদনা লৈথোক্তুনা চৎখ্রে। নোংয়াই করিগুম্বা অমা হায়গে হায়বগুম মথুং থাঙ্গৎলকই। চৎখিবনা হানখ্রে। খঙহৌদনা খোংকাপ অমা অনী চৎলুরগা চপ লেপই; অমুক চঙশিল্লক্তুনা হিদান মচাক্তুদা ফমলৈ। হিদান নোংঙাদা মথুং অনীনা চেজেৎ পায় মরু লুকথৈ। ফক্লাংগী থক্তীদা পুং অনী তাবগী খিংলকপক্তু তাবদা হয়া য়েংখৎলকই।

## অনীশুবা

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা মঙাইহি, আমির মচেমগী নাক্তা লাকলে, মচেমবু মশা নোমতুনা হৌদোকলরে। লংথৈদগী থুংলবগী রাবনে, মুমিদাং অথেঙবদগা তুম্বনে মমিৎ ফাকলি ফাকলি হায়রকই,

"কৈদোরবগে আমির অস্নুপ ঙম্না হৌগৎলকলিবসিবো ?"

"ঐনা ঙরাং হায়বদো !"

"অম্না হৌগৎলমখিরোই, তুম্মুখো চৎলো, ঙনমম্লি, শাও-রকনি।"

আমির মচেমগী খুৎথাদা চঙলক্লুনা তুমিন ফমই, মা মথা তারক্তে। ঙাইহাক ফমলম্নগা অমুক লাকই গ্যাষ্ট রুমলোমদা। কাগী থোঙ লোম্লমদে, ইম্লুবদা মত্তোমতা হাংদোকচরকই। আমির কাগী মসুংদা চঙলকই অহুবু মাগী চাচাসু মিকপ থোকলমম্রি, ইশি শিনা তুমলমম্লি। য়েংলমলগা তুমিন অমুক হন্দোকলকলে।

মহাক নত্তনা ইমুং অহুগী মী অমত্তা, মহৌশাদগী য়াহৌ ঙনবী মমা নুর বেগম ফাওবা, হৌগম্রি। কা খুদিং কোইচঙ চঙলমলগা

আমির মমিৎ মমায় তাথোক্কনা মশাগী শেম শাবা লোইরগা মাগী লাইরিক ঔরাইফম কাদা চঙ্গে।

কমলি হায়বতুমগাই লাইরিক ঔরাইবহ্ খোইজংদে ইরাং লাংই। হৌখি থঙহৌদবা মতমনি। মপাল্লোমদা মমাগা কনানো অমগা য়ারী শান্নবা তাহ্না চিঙ্কৈ লাকই অদোমদা। ড্রাইভরদা,

"অঙ্কল ঐখোয় ইচে ঙরাং লাকএদো।"

"অঙইবরনে?"

"হৈমা অন্মী—না হায়রমজ্রা?"

"হায়দেনা, মী অমা থিল্লুদমক হায়। ইচে ঙরাং লাকনি হায়রবদি ঐঙোন্দা হান্না হায়বা য়াজ্রা গাড়ীনা লৌবীরমগদৌবনি।"

"অপ্নানা লৌবীরুবনি গাড়ীদা। অন্মী-না হায়সি হায়বদা অঙ্কল য়াগনি হায়।"

"করিগী য়াগদৌরিবা? নহাকনসু হায়বা য়াই।"

নূর বেগম গাড়ী থমফমদগী শো পুথোকলক্কনা পীরে ড্রাইভরদা। ড্রাইভরনা গাড়ী থমফমলোমদা, মানা মচেমগী কাদা। মচেমসু মিকপ থোকলমলে,

"তারেনে ঐসু ড্রাইভর লাকলে হায়বা। অপ্নাসু হৌগজ্রি, চাচাসু হৌগৎজ্রি ঙাইহাক্কা লাংথিমুনে নংবো!"

"ঐ করিসু হায়দেদা। নহাক তারমাখরোইদ্রা তাক্কে লাক-পনিদা।"

অমুক চংথি মপাল্লোমদা, হন্দকনা ড্রাইভরগী মনাক্তা।

"ইচেনা করি পুরকই ইবুংঙো?"

"ঐগীরা অঙ্কল?"

"হোয়নে নংগীনে, ঐগীবুদ্ধি কদাইদগী পুবীরকদগে।"

"অঙ্কলগীসু পুরকপনিদা!"

"করিনিনা ঐগীদে?"

"মোজাফুরিং ।"

"অওইবয়নে, থাজদেবো ।"

"হোয়েল ইচেদা হংউ ।"

"পুরু পুরকলমলবদি নংগী টৌফি লৈগনি, ইচেগীসু লৈগনি ।"

"ঐ টৌফি চানীংদেদা ।"

"করিদি চানীংই ?"

"ঐ করিসু চানীংদে অক্কল ।"

"অতুদি অপাম্বমা হায়রু ।"

"য়াগত্রনে অক্কল ?"

"করিগী য়ারোই, হায়রুনে ইচানা পাম্বহু ।"

"অতুবুরাও,—"

"হোয়নে হায়রুনে ।"

"ঙরাং ইচেবু ঐখোয়গী চাচা অমনা থিনবীরকই । মাবু থিনহনগনি হায় গাড়ীদা অক্কলবু— ।"

"থিনসু ঙাইদনা ।"

"ঐসু য়াওগদৌরিবনি ।"

"নংসু ?"

মচেমনা কৌরক্কনা আমির বা মথা তারমদনা চেনখ্রে । মপা মেহেরাল্লীসু হৌগৎলমলে । মচেমনা চা লোনখৎলমলে ।

"চা লোনবা লোইরগা চাচাহু হৌদোকউ । করিনো নংনা ঙাইভরদা হায়করিবদো । ইবাং লাংগসু, অপ্পানা চৎহল্লোই— হায়রবদি নং কমদৌনি ?"

"ঐ করিসু লাংদেনা ।"

"কোইচেন চেনগসু তুমিন ফম্মু । —মফি অফবকা শেৎলম্মেনহায় !"

আমির তুমিন লৈখি, মানা শেৎলি চারিবহু য়েংই ।

"ইচে ঐখোর চাচাসিবু পাওব্রা ?"

"হাই অঙাওবা মৈতৈনি।"

"অহুগা মানা করিগী ঐখোয়গীদা চাক চারিবা ?"

"চাক চাবরু কৈদৌবগে, ঐখোয়সু চাকত্রা মৈতৈগীদা, নচে-শংসু চাবহুদি ?"

"ইচে-শংখোয়বুদে। অতৈদি চাদেদা।"

"অঙাওবা ওইরমগনি মখোয়হু।"

"ঙাওদেদা, মানা হেক হায়জিন্নরিয়ে। নহান অপ্পাগী মরুপ মৈতৈ অমা লাকলমই, অপ্পানা চাক চাখিসি হায়রবদা যাদেনে।"

"চাক লামদহুনা তৌবা ওইরমগনি, নত্রগা নংনা নশা নউ ইরাও বাও ননপ নতিন ইচো চোবহুদা তুকচবা'মা।"

আমির তুমিন লৈখ্রে। মেহেরান্নী মখোয়গী নাক্তা চঙলক্লে, হুংই মচাদা।

"ইবেম্মা লোইরক্লত্রা নংগী চাহুবু ?"

আমির উবদা,

"হৈমা ঙরাং নচেনা লৈরকপশিংহু লোইনা শেংলবোইরে অরুক ঙক্তাসিদা।"

আমির করিমতা খুমলক্লে, অমিনানা হায়,

"চাবুদি লোইরনি অপ্পা,

তন থরগা হৌসিরা তৌরি, চাচাসু ব্রেক-ফাষ্ট চাখিসহু।"

"হৌগদৌবনি ইচাসিদি। আমির নংগী চাচাহু হৌগত্রি-বমাল্লে, হৌদোকলুচোদনা, থেঙখিহুনা তোকনি।"

আমির চেনথি হরাউ হরাউ। চঙখিবদা চাচা হৌগংলয়ে। বাথ রুম মনুংদা ঈরুজবগী, ঈশিং মাইশিং হৈবগী শউম তারে। তুমিন চঙলক্কুনা চৌকী অমদা ফমলৈ। ঈরু-মাইখজবা লোই-রহুনা খোকলকপদা আমির ফমলম্বদগী হৌগংলি, সলাম তৌই,

"গুড মোর্নীং চাচা।"

হায়রগা মুন্না য়েংলকই,

"গুড মোর্নীং আমির। নংগী চাচাসি শম-না ইশাং শাং কোই-লাং ইচোম চোম অঙাওবা মাগ্রা।"

"মান্দেদা। চা লোইহৌরে। অন্নানা হৌদোকলুচৌ লাকপনি। অসিদা পুরকউরা?"

"ঐগী চা! অপ্পাহোয়গা থকমিন্নসি করিগী ইতোমত্তা থকনি?"

"ঐহাক শেম-শাবা য়াওরুথিগে।"

চেন্নকই অমুক মচেমগী নাক্তা, ইফিং ফিংনা তমলৈ,

"ইচে, চাচা ঈরুজবা লোইহৌরে, অপ্পাগা থকমিন্নগনি হায়হৌই, লোইত্রিবরা নংগী চাতুবো?"

"চাবুদি অনাইনা লোইরে, তন হৌগৎলিবসিনি।"

"ওস্থোকনা তপগ্রেদা।"

"লোইরনিদা, মিনিট মঙাদগী রানি, নংসু থরা পাঙউদনা, কপকাসি চামথোকলোলাউ।

আমির মমানা কপ প্লেটশিং চামলিবতু য়াওরে। মমানা থামই,

"অপ্পাদা তাকলুচো, কায়তুনা তোকলরনি, ঐ তৌগে।"

আমির থোকলকপদা ফমফম কাদা মপা ফমলম্বতু উরে। মাগী চাচাসু চঙলকলে। মপানা হৌগত্তুনা সলাম তৌবা চাচানা অমুক ওকলকপা য়েংলমলগা মচেমগী নাক্তা অমুক লাকলে।

"মখোয় অনীমক ফমহৌরে চাতু লাম্থোকউরো ইচে।"

অমিনানা ত্রে অমদা অচা অথকশিংতু পুতুনা ফমফম কাদা লাক্লে।

"গুড মোর্নীং চাচা!"

"গুড মোর্নীং ইবেম্মা, ইচানা কম্নাদা ন্নানা হোৎনরবা।"

"চা খিত্তং লোনববু ন্নাবা হৌনব্রা, হাউবু হাউগত্রা খঙদে।"

"করিগী ? —ঙরাং মুমিদাংস্ম কম্না হাউনা পীজরে নংনা।"

আমিরনা হায়রকই,

"ঐখোয় ইচেদি চাক থোংবা য়ামনা হৈবনি, মানা থোংবা চাক চাবদগী চাচা আক্নুলনা মমৌ ওইজগে হায়রিবনি।"

অমিনানা চৈরকই,

"হাই মসিগী অঙাংসিমা।"

আমির তুমিন লৈখি।

"ইবেম্মা নৌপ্ৰাগীস্ম পুবীরকউ।"

"পুরক্কে চাচা।"

"আমির সিদা ফম্মোলাউ।" কৌশিল্লি মাগী চাচানা।

অমিনা চিঙৈ চঙখ্রগা মৌপ্ৰাগী শরুক পুরকই, টেবলদা থমলৈ। চা কপ অমগা ভল প্লেট অমগা মপান্নোমদা পুথোকখি।

অমিনা হঞ্জিল্লকপদা মাগী চাচানা হায়রকই,

"ইবেম্মা লাউ নংগীস্ম পুরকউ, ইপা ইচা ঐখোয় থকমিল্লসি। ইমাদি হঙ্গোয়গনি।"

"ইমাদি চা থক্কে চাচা। ঐগীস্ম পুরকঅনি।"

অমিনা কমলরবদা মেহেয়াল্লীনা হৌদোকলকই,

"সাহেব, হান্ননা খঙহৌদবনিনা সেবা অমম্ভা মথোং চান্দ্রে। নোংমা অমুক চামিল্লবা হায়রম্ভনি। ঐস্ম লাকচখিনি সাহেবকীদা। ঐগী ড্রাইভরস্ম ঙসিদি মতম চানা য়ৌরকলে, খোদানা থৌজানবী-মাল্লে। ঐনা মুম খঙঙকউ হায়রবনি।"

"মুখান চাদেদা সাহেব, ইকাইদা। সেবা হায়রবু ইবেম্মা অমিনানা সাহেবনা ইবেম্মনা অত্থুগা আমিরনা ঐবু লুনা ত্তৌবসিনা ঐহাক পুংপেন পেঙ্গরবনি। ঐগীদমক পংন্না ন্নাবীরে।"

"ঐরীদমক চাচানা চাদ থক্ত, ভুমদা হিত্তনা কয়া য়াবীয়কই লম্বীদা। অতৌদি লাইবি আমিরনা চাচাগী ইচাম্বুপী ঐগুম্বী অমা লৈ হায়না তমই। ঐ নোংমা শক থঙনম্বখিনি।"

"থুঙংগী য়ুমবাম্নিদা ইবেম্মা, ইকাইদা। য়ুম্বান চাদেদা।"

"চাচানা লৈনৱিবা য়ুম নত্রনে, য়ুম্বান চাদে হায়বসিবু কৱিনো, মী লৈবা য়ুমবু করিগী য়ুমথান চারোইদগে?"

আমিরনা মরক থংলকই,

"ইচে ঐনা হায়বদো, ঐদি হৌজিক চৎকনিকো।"

"চাচাগীদা হায়বত্তরা?"

"হোইনে, চাচাহোইদা।"

"আমির অপ্লাস্নু ইচেম্নু লাকনি হায়রি। নোংমা লাকউ, লম য়ামনা লাপই, রাগনি।"

"গাড়ীদা চৎপবু রাই হায়ব্রা। ঐ য়ামনা চৎলপোৎনি।"

"চৎলু চৎলু অত্থগনে মীগী মমুমদনে কোইলাং লাংউম্ন। হেক য়োবগা কোক হেক হল্লকদোবনি। অম্না ওফিস কাগ–দৌরিবনি।"

"ঐবু অঙাওবরনে?"

"ঙাওই হায়বা নত্তে, ঙাওশিন্নদনবা হায়রিবনি।"

নোংয়াই মচিন মৌপ্‌াগী রাত্থ তারগা মমায় মায়খোং মক-শিল্লি। মেহেরোন্নীনা নোক্তনা হায়রকই,

"আমির নং চাচাগী য়ুম ফজনা থঙলকদোবনি, নচেগা ঐগা চৎপদা নংনা তাকপা ওয়বা।"

"শোয়দনা থঙলক্কনি। —চাচা নং ফজনা তাকপীয়ু।"

"তাকনি ইচাসিাদ।"

চাবা থকপা লোইরক্লহনা চৎনবা শেম শারে। অমিনানা তাক্তনা ড্রাইভরনা পোৎচৈ থাংদোকলুরে।

"অহুদি সাহেব য়ারোবা য়াম্রে মখোই চাখিল্লে। সলাম।"

"সলাম, মঙ্গল ওইবীয়ু সাহেব। থম্না য়াবীগ্রে। ইবেম্মা অমিনা মঙ্গল ওইয়ু। ইপা চৎলগে।"

অমিনানা মমাবু কৌথোকই।

নুর বেগম ইমুংদগী মকোক মরু খুমজিন্নুনা থোকলকলগা নোংয়াইদা মথুং অনী লোয়রুনা হায়রকই,

"সলাম তৌজরি সাহেব।"

"ইবেম্মা ইবুং চৎলে, য়ারোবা য়াদেকো পংবা য়াবীরে।"

"করিমত্তা য়াজদে সাহেব। ঐখোয়গী ইরাইবক ফবনি।"

মপা মচা মখোয় ময়াম গাড়ী থারীবা অদোমদা নোংয়াইবু থিন্দোকলকই ; আমিরদি গাড়ীদা হায়রনা ফমলমলে। নোংয়াই গাড়ীদা কাখৎলগা, অমুক হন্না সলাম তৌনরে। ড্রাইভরনা গাড়ী থৌদোক্কনা থোকলকলে।

লম্বী অচৌবা হেক তারকপদা নোংয়াইনা তাক্লুনা মথা পাংবা, চীংজুম তুরেল তোর্বান তাবা লম্বী তমনা গাড়ী থৌ-দরকলে। নাক য়েত্তা পরেং মান্নরা লেংথ্রিবা থৈবোং হৈনৌ হৈপালশিংগী মরক্তা কোইয়েৎ ফিশাং তাবগুম লৈথ্রিবা লম্বীনি। য়েৎওইনবদা চীংজুম তুরেল্লা থোঙনুং পকনা মবুক তপনা চেল্লিবা, তুরেলগী য়াংমদা শত্থ নায়াৎনা তঙাং তঙাং, কুংনা হৌবা য়াপন্না মরোল মরোল, চীংজুম তুরেল থোঙনুংদগী হৌরকপা মালং শউম লাংবদা উনা-য়ানাশিংনা লেং লেং চৎলিবা পুমনমক্ক উরকপদা নোংয়াই অমুক্তা উখিথ্রিবগুম মমিৎ কুপখিল্লে। ওনখিরমলে লম্বীগী লৈথোক লৈশিন কয়া, লমহাং ওইনা তারম্বা লম্বীগী নাক য়েৎ অচৌবা অপিকপা য়ুম-কৈনা পরেংলেং অচৌ অচৌবা সর-কারগী লোইশং, স্কুল, কোলেজ, পুমওন ওল্লয়ে।

ফনা শাংনা থোরকলবা মতুং নোংপোক নোংচুপ থা অরাং

ফাংবা লমলোং অমা ফংলকপদা ড্রাইভরনা হংলকই নোংয়াইদা,

"সাহেব লম্বীসিবু কদোমদা খোঁগদবনো ?"

"খা পাংনা অহুম থোবীর ।"

"চাচা নখোয় য়ুমসিদি য়ামনা থাপইনা ?"

"ঐনা হায়রব্রা য়ামনা থাপই হায়না ! য়ারব্রা ?"

"য়াদেদা ।"

"অরেম্বদা উফুন চারে ; সে কিসিনা নকোক খুমজিল্লু লোক থুংগনি ।"

মাগী ওকশমদা য়েৎলম্বা ফি মতেক্কু আমিরদা ইনশিনবী ।

"কোক্কু খুমজিল্লু তুমনীংলবস্থ তুমথোকউ ইচাসিদি ।"

লেপ্পা লৈতনা থোরি গাড়ীদু মী তাদবা লমহাং তুহাং মথং মথং লান্দুনা । আমির চুমনা ফম্বা ওমত্রদুনা মাগী চাচাদা মমিৎ মনা চেজেৎ উইশিন্দুনা ওাথরি । ইকুই কুইদনা চীং মচা অমা উরকলে, চীংগী নাকন্দা ওইরোম থংবদা পিক্লবা খোঙ-লম্বী অমত্তুং লৈত্রি । নোংয়াইনা হায়রকই,

"গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লোইরে বাবু, ঐগী য়ুম চীংসিগী য়াংমদনি ।"

"ইবেম্মনা য়ুম ফাওবা খিল্লম্মু হায়, লম্বী অমত্তা লৈত্রবরা ?"

"লৈত্রে, খোঙনা চৎখিবা য়ারনি . পংবা য়াবীরে । আমির ইপা লৈহৌরগে ।"

"চাচা ঐ খোঙনা চৎলবস্থ নংগী য়ুমদো থঙনীংবনি । অহুবু ঐহাক কোকসি য়ামনা ওাওরে, ইচেগা নোংমা লাকলগে । ফিসি পুত্রো ।"

"ফিজু নহাক অহুম পুত্রো । ঐনা অসাইনা রাগনি হায়দো, নংনা য়াদেদো ! ড্রাইভর বাবু আমিরবু খরা চেকশিন্না— ।"

"করিমত্তা য়ুংশা থিবীগনু ।"

নোংয়াইনা আমিরগী মরাইবক্তা চুপই, চেজেৎ কোপ্লি ; মানা ইল্লিবা ফিছু নিংখিনা শেমজিনবী। মাগী মপোৎ ত্রঙ্ক মচাদুগা হেগু বেগতুগা গাড়ীদগী লৌথরে।

"আমির ইপা লৈহৌরগে, ঐহাক নোংমা লাকে। নহাক হনগ্রো।"

আমির মমিৎ পাংথোক্লগা য়েংলকই ; মমিৎ অনীমক ইগাং গাংনা উই। মথুং মচা অনীদু লোম্নরগা হায়রকই, "সলাম চাচা।"

"সলাম, চৎলোকো আমির। ড্রাইভর বাবু লেগুগো।"

"সলাম সাহেব, লৈবীহৌরো।"

গাড়ী মমায় লৈগ্রে, চাচা গাড়ীদু য়েংদুনা মফমদুদা লেপ্লগা লৈহৌরে। গাড়ী অস্নুম অস্নুম থোগৎখিদুনা খুনীংথেক শাবা লমথাই অমদা হাইদোক্লগা চৎগ্রে, অদু ফাওবা নোংয়াই লেপ্লুনা য়েংহৌরি।

অসোমদা পুং মাপন হেল্লবফাওবা গাড়ী হল্লক্লবদা মেহেরাল্লী মাগী লৈকোন মচাদুদা কোইচৎ চত্তুনা গাড়ী গাইরি। ফনা কুইনা গাইরবা মতুং মচাম্নুপীবু কৌথোক্লকই। অমিনা মপাগী নাক্তা লাকলে ; মপানা হংলকই,

"ইবেম্মা, হৌজিক ফাওবা গাড়ী হল্লক্লবসিবু করি তৌরবনো ? ঐদি থবকস্নু য়ামনা লৈহৌই, নংগী চাচানা হায়রম্বদুবু মাইল মরী মগাদনি হায়বদাই ?"

"উম অদুম হায়রম্মী অপ্পা। গাড়ী বেরা তৌরবা জাৎলা ?"

"গাড়ীদি অহনবনি, ড্রাইভর অচৌবা হায়রে থায়নগী অরীবা ড্রাইভরনি। কাতুক কারন তৌবা মীস্নু নত্তে। ঐনা হায়বদি নংগী চাচাদুবু করম্বা মীগানো, মশম মনাস্নু থাকই। কদাইদা উম্নরকপনো নহাক্তা ?"

"কলকাতাদা উম্নরকপনি অপ্পা।"

"কদায়দগী লাকপনি হায় ?"

"ঐস্থু অহুপ মুন্না হংহৌদে। কলকাতাদগী এয়ারদা লাক্কে তৌবদা টিকেট ফংত্রহুনা কুইনা ভাইবা তারবদা ত্রেন্দা চংলগে হায়হুনা টিকেট ককে হোৎনরিঙৈ মহাক্না উরবনি। মহাক মীহুংশি চাওনা উই, মপুকস্থু শেংবা মীতানি।"

"নংদি কমদৌনা খঙলিবা ?"

"ঐগী সিট ফংনবা হোৎনবদা মহাক্না কোইচেন চেন্দুনা হোৎনবীখি। পৈশাবুদি খরা তিংখি অহুস্থু মানা লৌবা নত্তে, মখোয় ত্রোকরশিংনা লৌবনি। মহাকনা লৌদনবা কন্না হোৎনবীখি। ত্রেন্দা ঐগী সনাগী চেনসি ভত্তুনা তাহৌরবনি, ঐদি ভংলি হায়বা ফাও খঙত্রবনি অহুবু মহাকনা খুল্লক্তুনা ঐঙোন্দা য়ামনা মুংঙাইতনা সনাগী চেন অমা তারমহুনা খুল্লে কনাগী ওই-রমগদৌবনো খঙদে হায়না চেনহু ঐঙোন্দা উৎলবদগী খঙবনি। মানা অহুম লৌখিবদা করিস্থু খঙলরোইদৌবনি। ঐগী পোৎ ময়ামহু কুলী অমুক হায়নরুদনা মহাকনা থাংদোক থাংজিন তৌবী-রকই, মচাদা মচাদৌনা য়ামনা রানা হোৎনবীরকই। ঐগীদমক য়ামনা রাবীখি। অসিদবু মহাক ফত্তবা মীনি করম হায়নি।"

"উম ঐস্থু থাজৈ। অহুবু ঐনা অস্থুম য়েংবদা মহাক করি-গুম্বা অমা লোৎলিবগুম উই। অহং খুদিংমক্তী চিংনবগুম হেক হেক তৌই। করিগুম্বনা ইখঙ খঙহৌদনা মমায় মায়খোং মকশিন্না উই।"

"রা অমদি লৈ অপ্পা !"

"করিনিনা ?"

"মাগীস্থু ঐগী চহী লেপ্পা ওইবী মচাস্থপী অমা লৈহৌই, উদবা য়ামনা কুইরে হায়। অহুগীস্থু ওইরম্বা য়াই।"

"তো অহুমকসু চিংননীংঙাইনি। বিজিনেসকী চংশদবু কয়াম কুইনা চংক্কদগে। করিগুম্বা অমদি লৈবা তাই।"

"অহুবু অপ্পা মহাক ফত্তবা মীদি মান্দে। ত্রেন্দা ফুরিংখাউ চপ্পা মী ফারবফাও মহাকনা ফুবীদনবা হায়জে। ঐগী ইমাংমক্ত-দনি অতোন অতাংশিং উরগা মহাক মীখুংশি চাওই। ফত্তবা গুণ্ডাশিংনা ঐঙোন্দা করেম কথাইনবগী থোদো উবদা মহাক করিমত্তা নাচুংদনা মখোয়গা শীংনথি। ফত্তবা মী ওইরমগদোবা মান্দে।"

অমিনা মমিত্তা ঈরা চেল্লকই। মপানা মুন্না য়েংলকই,

"উম অফবা মীবুদি ওইরমগনি। অহুবু ইচিং চিংনবা অমদি লৈবগুম তৌই। খঙদেদা।"

ইমুংদগী নূর বেগমনা ফোন লাকই হায়হুনা মচান্নুপীবু কৌরকই। অমিনা চেনশিল্লকই, মপাম্নু ইল্লরকই। অমিনা ফোন পায়খৎলি, ঙাইহাক তারগা, "অপ্পাগীনি," হায়রগা মপাদা ফোন লানশিল্লকই। মপানা ফোন লৌরগা,

"মেহেরাল্লী লৈজরে, তাকপীয়ু।"

মেহেরাল্লী হায়রকলিবহু মুন্না তাই অহুগা খুমলকই,

"চুমই সাহেব, ঐগী ড্রাইভরনি, মমিং অচৌবা কৌই। পুং তরুকী অহুরাইদা ডিপার্টমেন্টকী জিপতা মী অমা থিল্লুনবা থাখিবনি।"

ফোন অমুক তাই; খোঞ্জেল ফাইনা হায়রকই,

"ও মাই গোড। মহাক হৌজিক করি ফিভমদা লৈরি?"

অমুক তাই, অমিনা ইথক থকুৎনা মপাদা য়েংলকই।

"ওপরেশন হায়বা। হৌজিক তৌরি হায়রবা। ফনি ঐ হৌজিকমক য়োজররক্কে।"

ফোন্দু থমগে তৌই, অমুক তম্বাং থাক্সৎলি,

"য়া অমত্তগা—"

ফোন্দু থমগ্রবমাল্লে, রিসিভরদু অতুম থাদরে। অমিনানা হংই,

"কৈদৌরবা অপ্পা ? কনানো ওপরেসন হায়ববু ?"

"অচৌবগী— ড্রাইভর! মহাক মশাদা অশোক অপন নংলবমাল্লে। জিপতু হাইজেক তৌরে।"

"হৈমা আমিরদি ?"

হায়রমলগা ফমথৈ অমিনা মকোক পায়ত্নুনা।

"ঐস্ থু হংহৌত্রে, হঙ্গে তৌবদা কোন থমখিবনা হানরে। ফত্তসুংদা তৌরবদি হায়রকনি। হোসপিতাল য়ৌরগা থঙগনি। করিস্থু তৌরমলোইদা।"

"ঐস্থু চংকে অপ্পা!"

"উম চংসি।"

মেহেরাল্লী চঙথি মাগী কাদা অমিনাস্থু চেনশিনখি। মপা মচা অনীমক শেম শাবা লোইত্নুনা থোক্লরকলে। মেহেরাল্লীনা নূর বেগমদা হায়,

"নচাম্নুপীগা ঐগা থবক অমা চংলুখিগে। থিরক্লবদি মেডি-কেল কোলেজদা চংখি হায়নু।"

"আমির লাক্তি বসিদি কমদৌবা ?"

"মাস্থু লৈরমলগনি আদা।"

মপা মচা অনীমক তফিং তফিং চেপ্পোকলকই কোপ্পোং-লোমদা। থোঙ্গান হেক লাপ্পোকপদা ওটোরিক্সো অমা লাকপা উই, মথুং থাগত্তুনা থামলগা মপা মচা তোংথংলগা অরাং পাংনা থৌরে। চীংথ্রাউ পোকপী মেডিকেল কোলেজগী কেজুয়েলটি য়ার্ড য়ৌরকলে। য়ার্ডকী মপান্দা লেপ্লবা ডক্তর অমদা হংই,

ইপাম মৈহৌবে

"ডক্তর সাহেব ঐ মেহেরাল্লী চৌধুরী হায়বক্লনি, গোমেন্ট এডভোকেটনি।"

"ড্রাইভর অমা শোকপতুগী !"

খুমক্কাক্সিত্তৈ ডি, এস, পি, জেমস বার্ড মমুংদগী থোকলক্লগা সলাম তৌই মেহেরাল্লীদা,

"সাহেব অশোকপতু ওপরেসন থিয়েটরদা পুশিনখ্রে।"

অমিনানা মরক থক্লুনা,

"সাহেব ঐগী ইপ্‌াম্বুপা আমিরনা কদাইদা ?"

"ইবেম্মা— ইবুংঙোতুম্বু—"

"শোকলব্রা মাম্বু ?"

"শোক্তে।"

"অতুদি—"

"গুণ্ডাশিং অতুনা পুথ্রে গাড়ীগা।"

অমিনা লেপলম্বদগী তুথরকই, মপানা ঙাকই,

"অমিনা !"

"অপ্পা, ঐ অমুক্তা ফমগে !"

ডক্তরনা, "ইবেম্মা মমুংদা পোথাক্লসি।"

মপানা শমতুনা কা মমুংদা পুশিল্লকই, সোফা অমদা নিংথিনা ফমহল্লি। জেমসনা হায়রকই,

"করিমত্তা মুংশাথীগম্ম ইবেম্মা। গুণ্ডাশিংতু চেনবা য়া-রোই। মফম পুম্নমক্তা এলার্ট তৌখ্রে। ইবুংঙোতু করিম্বু তৌরমলোই।"

"অপ্পা !"

"করিম্বু বাক্লম্বু অমিনা, খোদানা খৌজা[illegible]গনি। আমির শোয়দনা ফংগনি। ডি, এস, পি, সাহেব আমিরবু—"

"মখোয়না ইবুংঙোবু হোষ্টেজ ওইনা থমগনি, মখোয়বু

তাম্নরক্কন্থ হায়রম্নই হায় ড্রাইভরদা।"

"মখাদি ?"

"মখাদি ঐস্থু মুম্না খণ্ডজস্রে। হোয়েন আ মৌরগা খণ্ডগনি।"

"অম্মা চৎলসি।" অমিনানা মপাদা হায়রকই।

"ভাইখো ইবেম্মা, ড্রাইভরগী পাউ তাখিসি। মহাক হৌজিক ওপরেসন তৌরি। তপথো, ফিংগৎকন্থু— করিস্থু তৌরোই।"

মচাবু থামইদি হায়ববু মেহেরাল্লী মমায় মায়থোংহু মুত্তক মুশিল্লি, খর হামচৎনরকই, মশাহু তনীক তমীকই। ডি এস পিনা ইঙ্গিত তৌহুনা মেহেরাল্লীগা মথোয় অনী মপান্দা থোকমিন্নরকই। ব্বার্ডকী মাঙ্গোল মী লৈতবা মচি অমদা মথোয় অনী চিকপক্কনা ব্বারী শাম্নে। মেহেরাল্লী লৈবা ওমদনা উই।

কা মনুংদা মপানা থোকখিবহু য়েংনা য়েংনা মমিৎ অনীদা পিগী ঈরা চেল্লি, মমায় মায়থোং ইন্নফিগী ফিজিন্না হেক হেক কুপশিল্লি। মেহেরাল্লীনা চঙলকপদা মচানুপীনা তৌরিবহু উবদা তৌভম খণ্ডদনা য়েংলি। তাজাহুমক্কদা নর্শ অমা চঙলক্কনা ড্রাইভরহু ওপরেসন লোইরহুনা ব্বার্ডতা লৈহৌরে তাক্লরবদা মেহে-রাল্লী মপা মচা, ডি এস পিগা লোইননা ব্বার্ডলোমদা লাকলে।

মকোক, মখুৎ বেগুেক্সনা য়োমলবা ড্রাইভর ফম্মুংদা লোংনা হিপলম্মে। মেহেরাল্লী চঙলকপা উবদা হৌগৎকে তৌই,

"অহুম হিপ্প ড্রাইভর। করিস্থু তৌদেদনা ?"

মমিৎ অনীমক পিনা থুমহৎলবা ড্রাইভরনা হংলকই—

"ইবুংঙোবু ?"

"ফংগনি শোয়দনা, করিস্থু তৌরোই।"

"ঐবু ব্বারোবীগন্থ, ঐনা—"

মথা তাবা ওমদনা মথব্বায় শোকনা কপই ড্রাইভর। কপনা কপনা অমিনানা থুমই,

"তাদনা নত্তে, ঐখোয়না লানবনি।"

নাত্তা লেপলিবী নর্শনা হায়,

"স্যার অনাবসি পোখাহল্লু হায় ডক্তরনা।"

"আই এম সোরী, ড্রাইভর ঐ অমুক লাকে। য়ুমদা ঐ পাউ থাগে। নিংথিনা পোথাউ, করিস্নু খল্লুহ্নু। আমির শোয়দনা ফংগনি।"

মেহেরাল্লীনা অশোকপচুদা থেমজিল্লমলগা মচান্নুপীগা ভি এস পিগা লোইননা কাত্নদগী থোকপ্রে।

## অহুমশুবা

মহাকপু থিল্লকপা নুমিত্তুগী নুমিদাংমক্তদা নোয়াংই অরাং পাংনা কাথংলকপা বস গাড়ী অমদা তোংলকলগা ব্লু ভেলী ত্রেভলস বস ষ্টেসন য়োগদোবা কিলোমিটর অনীরোম লাপ্পা নিংথেমপাৎ খুলগী বস থাভমদা কুমথরকলে। মতমদু নুমিদাংগী পুং তরারোম তারমলগনি। বসতগী হেক কুমথবগা মনীং পাংনা লাক্তুনা লৈরক অমদা চঙলকলে, থোঙ্গান অনী অহুম লাপ্পোকলকলগা চাওরবা চীংথ্রাউ মপান অমা হৌরিবা অদোমদা লৈশিল্লকলে। মহাকনা পুরিবা ত্রঙ্ক-কা বেগ মচাদুগা পাম্বীদুগী মখোঙদা থমলগা পাম্বীদুদা মরাইবক কংলি, চেজেং কোল্লি ; অমুক হন্দোকলক্তুনা অমম্বদুদা উত্তোন তমনা হঙ্গংনা য়েংথংলি। য়েংলমলগা য়েং ওইননা লৈথোকলক্লগা মনাক্তুদা লৈরিবা হোজং অদোমদা অমুক লাকলে। হোজংদু য়োৎকীনি, পাক-চাওই, রাংই। মদু উবদা মহাক তুংলোমদা থংহন হন্দোকই ; মহাকনা কোনথিবা চীংথ্রাউ পাম্বীদুদা অমুক য়েংই, য়েংবত্তা নত্তে মশামক অমুক চঙলক্তুনা পাম্বীদুগী মউদা মথুংনা কোইমা মারকই। চীংথ্রাউগী ওইরোম

থংবদা লম অহুম মরী লাপনা হৌরিবা বোকুল পাম্বীতুগী মনাক্তা অমুক চণ্ডলকই, পাম্বীতুদসু অমুক পায়রকই। হন্দোরক্কনা লম্বীগী ময়াইদা চপ লেপ য়োৎকী কোম্মোং হোজংতু শংত্রিক য়েংই। মহাকনা থমলম্বা ত্রঙ্ক বেগ পায়থংলে। হন্দক্তি হোজংগী থোঙতু হাংদোকলগা ইথ্মোল মমুংলোমদা চণ্ডলকলে। অসুম চণ্ডপ্রগত্রা হায়বনু লময়াইমক্তদা অমুক লেপ্লগা মায়কৈ মরী লৈনা য়েংই। কোম্মোংদা লৈহৌ ফনা হৌরিবা জাম মপান্দুদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংই, পাম্বীতুগী নাক্তা চণ্ডলকলে। পুরিবা পোৎচৈ থমলগা হৈপাল হৈউতু মথুং অনী চণ্ডনা কাপ তমতুনা ওল্লগা উতোল্লোমদা য়েংথংলকই অতুগা হৈপান্দুবু চেজেৎ কোল্লি। মমাং শঙ্গোয়, মশা নাল্লবা, পিক্তক চেংতকপা শুম্মাং য়াইদা হৌরিবা তুলসী পাম্বী, মনাক্তা হৌরিবা অশংবা মনানা লেং লেং চৎলিবী জাতি-কুপ্পী, কৈনা শারিবা মশা নাল্লবা লৈনবা য়ুমগী মাঙ্গোন্দা থাল্লিবা ইলেক্ট্রিকী মৈঙাম্দা নিংথিনা উবা ফংই। য়েংলুরগা মুংশা ফুইরকই মশা পুম্বা তূজুংই। ফনা কুইনা লেপ্লমলগা তপ্না তপ্না চণ্ডশিল্লকই য়ুমতু তমনা। মপোৎ মচৈ অমত্তা পায়রক্তে, কাউরত্রা খণ্ডদে। থংনবা ইথ্মোললোমদগী হুই থোংলকপা তাবদা শুম্মাং য়াইদা চপ লেপ্লে, ইথ্মোম্নংতু কোইনা য়েংলকলে। অমুক চণ্ডশিল্লকলে।

দারী মচিন য়ৌরকপদা অরাংলোমদা হাইদোকখিতুনা অরাংগী য়েনথায়োমদা কাথৎলকলে, নাশোন পিকনা দারী মথক্তা লাকই। মাঙ্গোলগা হেক থংনবা কাদা রা ঙাংনবমা তাই।

"ইবেচাওবী মখোয়না অঙাংগী রাসি অমুক হৌদোকলক্কবা ফনা কুইরমাল্লেকো?"

মুপা খোপ্রেল্লি ঙাংলকলিবতু। মানা পল্লিবা মিংতু তাবদা নোংয়াই মমিৎ মনা চপ য়ুংই, মিহুৎ মপাগী ফকলাংতুদা তপ

নপশিল্লকই। সুপী খোঙ্গেল অমনা খুমলকপম। অমুক তাই।

"হোয় ফনা কুইগ্রে, মখোয় অমুক লাকনি হায়বা থাজগ্রে।"

"করিগী?"

"ঐনা চিংনবমা লৈ।"

"হায়য়ু করিনো চিংনরিবদো, ঐস্বু তাবা য়াইনা?"

"করি কায়গবনো তোক্লসি মখোয়গী য়াসি।"

"নংগী হৌনবীহু তৌরক্লব্রা? নংনা ঐবু থাজদবসি উবদা ঐহাক পুকনীং সুংশি। ঐসে ফববস্নু ফত্রবস্নু নংবু লৌরিবা নপুরোইবনি। নংবু মুন্না খঙলগা লৌবনি। ঐবুদি নহাকনা গুসি ফাওবা খঙদবগুম তৌই। করিগীনো হায়বা ঐহাক ভাব তাদে। মসি খনবদা ঐহাক ওহ্লোকনা সুংঙাইতে।"

"মহোয় বাবানা য়াবীরিবদো ঐহাক খঙই। মহুগীদমক ঐনা ইকাইজবনি। কনানবু অস্নুমনা হোৎনবীগদগে?"

"মহুদনি ঐনা সুংঙাইত্রিবসি। মচাগীদমক মপা মমানা হোৎনবা গুমথৈ অমুক লৈবা হৌনদে। মসিদা ইকাই হায়বসে নংনা ইচা মীচা থায়বগী য়ানি। মচিন মৌপ্‌া অনীসে কনানা করম্বনো ঐঙোন্দা করিস্নু থেম্নদে। মসিমকনা নংগা ঐগা পুক-চেল মক্লবা অমা ওইগদৌরি! ফরে তোক্লসি মসিগী য়া। নংনা চিংনৈ হায়বহু করিনো হায়য়ু তাসি।"

"মখোয়না অকোনবা লাকলম্বা অহুগী মতুংদা নোংমা ইমাগী মরী মতা থোক্লবা অমনা অস্নুন্না তমলৈ, সুপীমচাদো মশক ফজে, মশাস্নু নাল্লি, লাইরিক-লাইস্নুস্নু হৈ অহুবু মপাগী য়া থিন-ক্লবদা খজিক্লং সুংঙাইতে।"

হায়রগা মথা তারক্তে। অনীমক তুমিন তুমিন লৈনখি। সুপাহুনা অমুক হংলকপহু তারকই,

"ঐগী য়ানিনে?"

"ৱাহু ওমরে অহু নত্তে—"

মুশীহু মখোঞেল ফাইখি, ৱা মথা তারক্তে। অসাইমখৈ তুমিন তারম্বা নোংয়াই মশা পুম্বা তনীক তনীকই, মথুং নাম্মনা মকোক পায়। অমুক তাই ইমুংদা ৱারী শান্নরিবা, মুপাহুনা নোক্তুনা হায়রকপা,

"অহুগীৱা নংনা নপি ঈৱা চেন্দুনা নখোঞেল ফাইরিবা। শোয়দে নহাক শোয়দনা ঙাওহুনা চৎলনি। মহুগীদমক ইবেম্মবু পামদে অসিনিনে। অহুগুম্বা থক থনগমু; মুংঙাইবা পাউ অমহুম তমগে তাউ। ঐনা ইবেম্মগী ৱা হংলিবসে মখোয়রোমগী ৱাহু মেন অমা তানীংবগী ৱানি। ম্বেংঙোই, ঐখোয় ইবেম্মগী-দমক মখোয়দগী হেনবা, হৌজিক হৌজিক মশক নাইবা থবক মফম পায়রিবা, তলব চাওনা চারিবা, ইমুং মম্নুংস্তু যামনা লীংবা, লৈবাক্তা শকথঙ মায়থঙবা ইমুং অমনা, ঐঙোন্দা হায়জরৈ। অহুবু মখোয়গা হায়না চৎনবা অমা লৈবসিদা ঐনা ৱা থাকলমলি। পংগমু মী-ওইবগী লাইবক কনানস্তু লেপ্পা ঙমদবনি, অফবা তাঞ্জা তোইনা থক লাক্তবনি।"

"কনানো ঐখোয় ইবেম্মবু হায়ররিহুবো? মখোয় ৱাবানা ফৈ হায়ররবদি মখোয়গী ৱা অমুক করিগী ঙাইরুগদগে?"

"অঙাওবী, চানীংই হায়হুনা খুৎ অনী চঙহুনা চাবা যাদবনি। চাম্মখোকনা য়েংগনি, মখোয়স্তু থিজহুমজসস্তু, ঐখোয়নস্তু থিগনি। অহুগী থাকপনিদনা। ইচাগী করিদি ৱাৎকনি মপা ঐ লৈরিঙৈদা।"

"অহুনবু হায়রিবনি ঐস্তু। অস্তুপ কুইবসি পাউ অমত্তা অপায়না হৌদোকলত্রগা ইপামলোমগী মীদা মপাহু অহু অদানি হাযবা ৱাহুবু মুংঙাইরিবা ৱারা? ঐখোয় করিস্তু থুপত্তে করিস্তু লোত্তে। মুশী মশা ইচাও চাওনা লৈরি, মমা ঐ লৈরি, মখোয়

বাবা লৈরি। হৌঞ্রবা ডা চাওই হায়তুনা পংঙাং ঙাংবা ঐখোয়বু খঙজসনু তৌরকপা মাল্লি।"

"অতু ওইরগা পাউতু হেক হন্দোকখো, অককপা রা অমা হেক হায়খো!"

"করি রা?"

"অপংবীসিদি। করি ওইনি, ঐখোয়গীদি মুশীনি, মুংশিবীবা কাংবুনা তরাখোকনা হায়রৈ, থিরৈ। ঙসি তরানিসিগী, মঙানিসিগী মমুংদা মেন তানত্ত্রবদি অতৈ হায়জরবিবশিং অসিগা মথা তাবা ঙাংনরগে হায়ঞ্রগা লোইরেদনা!"

"হায়বথৈ হায়দোকলুরগা—"

"মতুগী মথাদি মপা ঐ হিংলিদনা। ঐগী শরুকনি, ঐগী। —ইহে ঐদি ইকাও কাওই হাই— হয়েংদি ঐহাক্কী অকনবা ডিউটি থোকই, ওস্তা চংকদোবনি, ইম্ফাল্লোমদা। ঐহাক অঙাংশিংদসু হাবগে তৌরিবনি, হৌজিকসিদি মতম য়ামনা ফজ্রে। অঙাং ফাবী অমসু তোয়না তৌখংলক্কে।"

"করিনো অঙাংফাবী হায়বদি?"

"মহৌশা তৌরম্বা থবক নত্তে। চীংথ্রাউপোকপীদা থোকপা থোদোকসিমক্কবু অঙকপা ঙাক্কা। সরকারগী এডভোকেট, মেহেরাল্লী সাহেবকী মচান্নুপা অমত্তা ঙাইবদো ফাগ্রে হায়।"

"আমিরবো! করি রানোনে তারিবসিবো। মাঙলেদনা।"

পাউ তারিবা নোংমাই মমিৎ মনা চপ য়ুংই। ফকলাংদা নপশিল্লকই।

"হোইনে মুপামচা আমিরদো?"

"করিনোনে হায়রিসিবো? কনানা কমদৌনা ফাগ্রিবা?"

"অতুবু খঙলবদি লাইরেদনা। মেহেরাল্লী সাহেবকী মরুপ অমা থিল্লবা থারুবমাল্লে মাগী গাড়ীতু। মতুদা আমিরসু চৎকনি

হায়দুনা গাড়ীদুদা য়াওখিবা ওইর'মাল্লে। গাড়ীদু হল্লকমন্দে হায়দুনা ড্রাইনরিডৈ লম্বীদগী আমিরম্বু য়াওনা গাড়ীদু মুনদুনা পুত্রে হায়। ড্রাইভরবুনা ফুরগা লম্বীদা থনয়মাল্লে। শীং চিংবা গাড়ী অমনা ড্রাইভরদু লম্বীদগী থুন্দুনা পুবীরকই হায়, থরম্বু শোক্লমাল্লে।"

"গাড়ীদুদি কান্নবস্থু য়াই, অঙাংদুদি করিগী ?"

"লৈরমগনি মরম অমা, ঐখোয়না খঙপোৎ নত্তে। ঐনা থবক অমগী চৎলুবদগী হল্লকপদা থানাদা কোইরাং লাংলমই। মসিগীদমক ঐহাক হয়েং অয়ুক ঙস্তানা ইম্ফালদা চৎপা তারি। মেহেরাল্লী সাহেবকী মচান্নুপী অমিনাম্বু থুংলরে হায়। ঐনা চৎলমদাইদা মেহেরাল্লী সাহেবকম্বু উন্নখিনি।"

"অমিনা লাকলে হায়বা! ঐখোয়স্থু হঙঙ্দবা য়াদে, ঙাওরম্মনি।"

"মুপামচা সনাতোম্বদু চথোকহনগম্বু স্কুলগী বস লাক্লবদি স্কুল কাহনগম্বু। বস থাভমদা মতম চানা ঙাইবীম্বু। মচেমম্বু চথোকহনগম্বু, খুদোংথীবা হায়বসি থক তম্বা ঙমদে। ফম্মুং ফান্নুংসি অমুক্তা কম্বোকলো, য়াহৌকা থেঙবা য়াপোৎ নত্তে।"

পাউ তারিবা নোংয়াই লেপ্পা ওয়ক্তে, ফমথৈ দারী মথক্তুদা। অঙকপা, অকিবা, নীংবা কায়বনা পুমকুপ কুপলবগুম তৌই। অমুকম্বু তাই,

"সিদা অঙাং মাঙথ্রগা ইম্ফালদদি করিগী ?"

"সিদদি কদায়দগী লৈরমগনি? ইম্ফালদা খঙদে, চীং মানদা খঙদে, লোৎলমগনি। মদুগী পাউ লৌবা, থিবা, চৎকদৌরিবনি। খঙদে মরুপনি হায়দুনা থিল্লুরিবা অদুনা শিনব্রা হায়না হায়নবম্বু য়াওই। মী হায়বসে থাজনীংঙাই অমত্তা য়াওদে; মরুপ খঙদে মপাং খঙদে।"

"লুনা তিন্নবা মরুপনবু কদাইদগী তৌরমগবনো ? অঙাংহু মচানি হায়বা।"

"হান্না তিন্নবস্তু নত্তবমাল্লেদা, ময়ুম মকৈ ককা নিংথিনা থঙদে হায়নৈ। আমিরহু থাম্বা য়াদে হায় মাগা চৎকনি হায়হুনা। কমদৌরিবা জাৎনো ঐথোয়স্তু শেংনা থঙদে, হয়েং অমুক অকুপ্পা পাউ থঙগনি থানাদগী, ঙসিদি মহৈ মহৈ লাংনবদা ভাব অমত্তা তানদে। কনানা থঙনি মরুপনি হায়রিবা অহুনা অঙাংহুদা করি করি হায়জিন্দুনা পুথোকলম্বস্তু য়াই। মাবু থনমলগা হল্লকপদনি হায়নে ফাগ্রিবদো।"

"মহুমকপু হেক তৌরবদি হিংচাবা হায়বহুনি।"

"থাউমৈহু মুথৎলম্মু তুমলমদাইদা, ঐ পোথারগে ফম্মুংসি অমুক্তা কম্বোকলো।"

নোংয়াই মথা তানা তাগদৌবা কিরকই। মশাহু চেং খৈবগুম নীকই। শ্বর ফুইরকই। কাগী থাউমৈ মুথৎহৌদ্রি। মহাক থোকলক্লে য়েনথাহুদগী। দারীদগী চোংথহুনা কোম্বোং তমনা পরপ পরপ লাকলে। কোম্বোং লাম্বোকলমদাইদা মানা চেৎনা কোনখিবা জাম পাম্বীরোমদা ইথঙ থঙহৌদনা ছুৎ লৈশিল্লকই, মথোঙদা লেপই। তনীক তনীকলবা মখুৎ য়েৎনা মতুংলোমদা মারকই, থেঙনৈ মশাদা য়াল্লিবা কমথি। কমথিহু থংশৎ লপ্তোকই, মুল্লা য়েংই মথা চীকই, মখুৎ অনীনা খুতুম চেৎনা পায়, শাহিং চাবা শাদৌনা ঙংলকই, কহিগীনো থঙদে মখুৎ অনী চঙনা পায়রিবা থাংহুনা য়াম্বরকই জাম পাম্বীদা। চোপ লাউবা মখোয়া অথেঙবা অহিংগী অচিকপহুদা মায়কৈ মরীমক তাউথোকখি, উপান্দু মখোঙদগী মত্তোন ফাউ ফেৎ ফেৎ হাইনা থাঙই, উপান্দুদা তোংলম্বা উচেক ব্রায়াশিং পাইথোকখি। থাংফমদগী থাংহু পাক শক্লৎপা ঙমদে। খা চিকনা শক্লৎলকই থাংহু অমুকম্মু য়াম্বগে

তায়বগুম হাইগৎলকই অহুবু চপ লেপই, তাখি থাংহু মথুত্তগী হৈখোঙহুমক্তদা। মুংশা থবেৎ থবেৎ অমুক লেপলে, লেপলমলগা চেজেৎ কোল্লে উপান্দুবু, মরায়বকনা তলা উবৈহুদা কোক কোক থেঙজিল্লকই। উপান্দু নীকখিদ্রে, তুমিন লেপদ্রে, মুংশিৎ মুংশা লেপদ্রে, উপান্দগী পাইথোকখিবা চেকলাশিংদি কোইপাই পাইহৌরি।

মিকুপ থরগী মতুং। মানা য়ানখিবা থাংফমহুমক্তদা মথুৎনা পায়রগা উপান্দুগী উতোন তয়া য়েংখৎলকই, চেজেৎ অমুক কোল্লি উপান্দুবু,

"ব্রারৌমু ঐহাক লানখ্রে। ঐবু ঙাকপীয়ু।"

হায়রম্নগা পাম্বীহুগী মখোঙমক্তদা শাদ্রাং তারকলে। তফিং তফিং অমুক হৌগৎলক্লগা মমাংদা তারিবা কমথিহু খুঙ্গৎলে, তুংদা য়াল্লিবা থাংখুমদা হাপচিল্লে। কোম্থোং হাংদোক্লগা চৎকে থোক্লকলে। অমুক লেপই লময়াইদা অহুগা হুৎ লৈশিল্লক্তনা মথা পাংবরোমদা চথরকলে।

চথরকলে অম্নুম অম্নুম অরেপ্পা লৈতনা অয়াংবা খোঙচত্তা। মশাহু হুম্মাংনা ঈরীক্লে, ফুইনা হোনবা মুংশা খরনা মৈ পুবহু মঙাই। চুম্না চৎপহুনা পেস্রবমাল্লে চেনবা হৌরকলে। অচৌবা লম্বী পরীংদা লাক্লমবদগী মনীং পাংনা চৎখিবা অপিকপা লম্বী অদোমদা অমুক লৈশিনদ্রে, পংলাপ লাপ্তনা চীংজুম তুরেলগী তোর্বান ফংলকলে। তোর্বান হেক য়ৌবগা হিদেন তাফম থিরুদনা তোরোং খোংচাক, লৈপুং খাংনচিংবা তিংথং পানবা পান্দবা পাম্বী মচা মচাশিংনা খুরক হাংদনা হৌরিবা অঙপ্পা তোর্বান অহূবা চুমস্রিং কুমথরকই, চুমনা কুমথবনা পেস্রবমাল্লে মশাহু শিংথরকই, ওন্থরকই, নুঙ ওনথবগুম। মফি মরোল পুমশে শেগাইরে, মশামু ইহং নাইহং শারে। মিকুপ থরগী

মপ্পুংদা তুরেল খোঙম্পুং ফংলকলবদা ঈমায়থক্তা চোংথহুনা তোর্ব্বান ব্বাংমা তমনা অমুক লুপ অমুক তাওখৎ লাল্লকলে। তুরেলগী অকনবা ঈচেন, ঈশিংগী অইংবা, মশাদা করিমত্তা ফাওদে। তোর্ব্বান লৈরাই ফংলকপদা অমুক লেপ্পা তৌদনা নারক মোংশোং মক্তা ভাইরবা অঙম্বা লৈরাইথক্তা কাখৎলক্লগা অতেম্বা লমহাং ফংলে। মাংদা অসুম অসুম লাক্কুনা নোংচুপ পাংনা চৎথ্রিবা পিক্লবা লম্বী অমা তারকলে।

লম্বীহুগী মতুং ইন্না ফনা শাংনা চেল্লকলে। উরকলে মাংদা তারিবা মোল্লাং মরীং খুনগী শুক্লবা উরক ব্বারক। লেপতে, পোত্থাদে মহাক, খুন্দু তমনা পরপ পরপ চেনশিল্লকই। খুনগী পঞ্জিন য়োরকপদা খুলক্তা থোংলিবা হুইয়ামগী খোঞ্জেনহু তারকই, করিস্নু নাচুংদে। মোল্লাং খুনগী নোংপোক অরাং চিথেক্তা লৈরিবা য়ুম অদোমদা পরপ পরপ লাক্লে।

য়ুমদোমপোকনি; য়ুমহুগী থোঙজিন্দা চপ লেপ্লগা লোল্লপ কৌরকই,

"ইতাও, ইতাও মোবা?"

"কনানো?"

খুমলকই ইমুংদগী।

"ঐনিনে ইতাও, সনাহন্নিনে।"

"কনা, সনাহন হায়বা?"

চিঠৈ থোঙ হাংদোকলক্লে। মীগুই মীতৌ ফরবা, ব্বাং-চাওরবা নুপা অমা থোঙজিন্দা লেপ্লরে। মখোয় অনী শংথ্রিক য়েংনরম্লগা চেজেৎ কোন্নৈ, কৌনৈ অনীমক হরাউ হরাউ। কোন্ন কোন্ননা হংলকই নুপাহুনা,

"কৈদৌরৈ লাকপা?"

"ঙরাং অহিং।"

মমিৎ মরীমক ঈরা চেন্নে; কোম্নরম্বদগী মথুৎ অনী পায়নদুনা শংজ্রিক য়েংনৈ।

"লোইরবা নত্রা ?"

"লোইবা লোইদবা লাক্লবনি।"

মোবা ঙকচাননা য়েংই।

"নফি নরোল পুমচোৎ চোৎলে। থোং লাল্লকপদি কৈদৌই ?"

"থোং তাম্না চৎনবগী মতম ফংদ্রে।"

"লাউ ইমুং চঙসি, নফি হোংদোকসি; ঐ মৈ হৌগৎকে, মৈনাক্তা ফমসি, লাইহৌ হৌদুনা তোক্লরনি।"

"তুরেন মচা অসিগী ঈশিংনা ঐবু ইংহনবা ঙম্বাপোৎ নত্তে।"

মোবা ইঙক ঙকই; চঙলকলগা লুখুম কাদা য়াল্লম্বা খুদৈ অমা লৌথদুনা পী।

"সে সি হোংদোকখো, ফুংনাক পান্দা চঙঙু, ঐনা থাং য়াইরম্বগী ফক্তুদা ফম্মু। ফিস্নু লৈবনি। নহাক ইফিং ফিংনা উরে তপথখো, অদুপ য়ামনা মৈশা লাংলিবা করিগীনো ?"

খুদৈদু হোংদোকই, মফি মরোন অচোৎপশিং য়ানথৎলি নাক্তা লৈরম্বা ফিয়ান অমদা। চঙলকই মথোয় অনীমক ফুংনাক-পান্দা। ফমফাত্রি,

"ইতাও ঐ মৈ চুদুনা লাক্লবনি।"

"নহাক য়ুমদা ?"

"মদু লাইরি।"

মোবা ফুংনাক পান্দা তারিবা অকংবা শিংজাশিংদু থেক্তুনা মুশি মুশি চাকলিবা মৈফমদুদা হাপই। পামজরবা শিংজাশিংদু ফংবদা ওমদুনা লৈরম্লবা পেনবা নাইররোইদোবা মৈগী মৈরী মকা ফল্লকই। মোবানা হংই,

"করম্বা অমমুক ?"

"ইহাকথক্কী ইমুং অমা মৈ চুরে !"

মোবা য়েংখৎলকই ।

"ঐহাক ওরাং মুমিদাং অথেওবদা য়ৌরকপনি । আলিগড়দা লাইরিক তম্মুবী মুপীমচা লৈশাবী অমা লম্বীদা থেওনহুনা লাক-মিন্নবনি । মথক্তা তরক তরক চৎপহুদা মহাক য়ামনা হঙ্গোইনা লৈরমই । ঐহাক মণিপুরদগীনি, ঐগা লম্বী ত্তিৗন্ন হায়রুবদা মহাক ওমখৈ লৈতনা হরাউজখি । মহাক ইচাগা পাওখকনি । ঐনা ওম্বমখৈ মাগী মতেং পাংবীহুনা মফম অসি ফাওবা লাক-মিন্নে । থেওমনগ্রবা অহুদা মপা মচানা খামহুনা ঐহাক মখোয়-গীদা লেকই । নোংভাল্লগা মুপীমচাহুগী মপা মেহেরাল্লীনা—"

"মেহেরাল্লী, সরকারগী উকীলদো ?"

"উম নং খওব্রা ? মুপীমচাহু মাগী মচানি । ঐনা য়াদ য়াদনা নোংভাল্লগা মেহেরাল্লীনা ঐবু মাগী গাড়ীদা থিন্নবা শিন-বীরমই । লাই অমনা ইনশিনবদোনা ঐবু থিনবা চৎপদা মাগী মচান্নুপা অওাং ওইরিবা আমিরনা মহাকম্থু চংকনি ঐগী য়ুম খও-গনি হায়না মুমিদাংদগী হৌনা ঐওোন্দা হায়রমই । ঐনা ফনা খামই, মহাক য়ারমদে । নোংভাল্লগা মপাগা মচেমগনা অওাং-হুনা মাস্থু চৎলুগে হায়বদা ঐবু থাজবদগী ইরাই লাইনা য়ারমই । ইতাও নংনা খওলিবহু মভাই ঐগী লৈরিবা মতৌ অসিদা করমনা মখোয়বু ঐগী য়ুমদা পুহুনা চৎকনি ? গতি লৈত্র-হুনা ঐনা ড্রাইভাহুবু শওাইরোক তাম্না গাড়ী থৌহল্লমই ।"

মোবা য়ারী তারম্বদগী সনাহন্দা য়েংখৎলকই,

"শওাইরোক তাম্না ?"

"উম অহু নত্তনা উপায় অমা লৈরমদে । আমির শাংনা গাড়ীদা চৎপদগী মকোক ভাওহুনা গাড়ীদগী কুমথবাফাও ওম-লমদে । ঐগী য়ুমদা চৎপগী য়া তোকখিরমই । ঐহাক মফমহুদা

কুমথহৌরে। ড্রাইভরনা অঙাংহু পুহনা ময়ুমলোমদা হনখি। অহুবু ইতাও অঙাংদো ময়ুম য়ৌখিত্রে। লম্বীদগী গুওাশিং থরনা ফাখ্রে হায়, জিপ গাড়ীহুগা কোন্নবা। ড্রাইভরবুনা ফুবমখৈ ফুরগা থাদোকলমলে হায় লম্বীদা।";

"উম ব্রাকমসি অরাইবা নত্তে। অসিগুম্বা থৌদোক অনীরক অহুমলক থোকত্রে। ফাখিবা অঙাংশিং অমত্তা থিবা ফংখিদে। নহাক্কী নরাইবকসি ওম্থোকনা থিগ্রবোইদা!"

"অচুম্বনি ইতাও। লাইবক ফরগবু অসুমনা থোকত্রা? করিম্নুংগী মুমিদাং অহুদা মখোয়গীদা লেকলুবনো খঙত্রে। মখোয়না ঐবু কয়াদা থাজখিবা! ঐগা তোংমিন্নরিবৈঙদা ফারমলবা ফরমগদৌবনি। ঐনা অঙাংহুবু কয়াদা লাপনা পুথোকলুবা! আমিরগী মপা মমা করি ওইরমগবা, ঐবুনা করি থল্লমগবা! —ইতাও ঐ অঙাং অসিবু কন্দবা য়াদে। মহুগীদমক ঐহাক থরায় পাম্মুদে। অহুবু করিনো ঐনা তৌগদৌবা? মতম কুইনা ঐহাক মফমসি থাদোকলুরে। পোক্লফম ওইরবসু ঐহাক মফমসিগী লম্বী থোং ফাওবা কাওশিল্লকলে, ঐ করি তৌগদৌবনো খঙত্রে। ঐহাক শিখিবনা হেন্না ফরে। ঐগা লোইনরুবা তিম্নরুবা পুন্নমক ওমনা মৈশা লাংহল্লে। হিংলুবগী করি কান্নরি? ঐগী খুদোংথীরবা মতাং কয়াদা নংনা লেপ্লিখি। ইতাও, ঐগী ইতেং অমুক্তা পাংবীয়ু।"

মশা পুম্বা তনীক তনীক, স্বর ফুইরকই, ফুঙ্গাদা চাকলিবা মৈহু য়েংই ; মোবা পাউখুম অমত্তা পীরক্তে। ইমুংহু উন ব্রাইমুক চীকত্রে। ঙাইহাক লৈরগা মোবনা হংলকই,

"করিনো ঐনা পাঙ্গদৌবসিবো ইতাও?"

"নংগী নতেং নত্তনদি করিনো ঐনা তৌগদৌবা? ঐহাক খঙত্রে ইতাও— করি তৌ হায়রবগে?"

"অহুনি ঐস্থ খল্লিবা, নংগা ঐগা চপমান্নে। ঐনা হায়খিবা অহুনি অস্থমনা মাওখিবা অঙাং অমত্তস্থ ফংখি হায়বা তাদে। হাস্তোকপীরিব্রা নত্রগা অতোপ্পা অথাপ্পদা লৈবা মফমশিংদা য়োন-থোকখিব্রা খঙদে। অহুবু পৈশাগীদমক তৌবা মাল্লি হাযনৈ। মেহেরাল্লী মতিকচাবা ওফিসার অমনি, শেলথুম পায়বা মীনি, শেল লৌবা য়ারগনি হায়বগী তৌরম্বস্থ য়াই। নত্রগা গাড়ীহু পাম্বদগী তৌরমবস্থ য়াই। মতীক চাবা মপাদি লৈরিদনা?"

"করিনো ইতাও নংনা হায়রিবহুবো। মহুদি পুমতোপ তোপ্পা ৱানি। ঐনা মীনমখিবা অহুগীনি ঐনা চাকলিবসি। ঐনা নীংলম্বা পুমনমক উৎ ওইরমলে। কায়গ্রসম্থ ঐহাক য়ারে। অহুবু— "

"উম চুম্মি, ঐ খঙলে।"

"ইতাও ঐহাক লাক্লমদবনা ফবনি। অহুবু ঐ লাকলে, মসিগী খল্লুরবদি তাইবংপান পুন্নমক মাওহল্লম্বা য়াবনি।"

সনাহল ৱা মখা তারকপা ওমখিত্রে, মশা পুম্বা চেংখৈবগুম নীকলে। মোবস্থ উই মানা তৌরিবহু। হায়রকই,

"তপথখো ইতাও।"

"করমনা তপথগদৌরিবনো, মায়কৈ মরীমক মৈহৌরবসিদা কবমনা তপথগদৌবা? ঐগী ইপাপকী প্রায়শ্চিত্ত ঐহাক ফংফম থোকই। পিকলিবা অঙাং অহুগীদি করি মরাল লৈ? ঐহাক পুন্নমক থাদোকপা ওমলগনি, আমিরবুদি ঐহাক কন্দবা য়াদে ইতাও। তাকউ ঐ করি তৌসিগে।"

"ঐগী ৱাসি তাখো, থাজসিরা থাজগুমসিরা খঙদে, ৱা অমা নীংশিংলকলে। য়ামনা কুইগ্রবা থোদোক অমগী ৱানি। নোংমা অথেঙবা অহিং অমদা মশক মতৌ ফজরবা, মীওই মীতৌ ফরবা, মথোৎ কারকপা পাখং অমা, শাখীনা অশোক অপন নংহুনা

ইহং নাইহং শাবমখৈ ঐগী য়ুমদা পুরকলমই মমাঙ্গবা অনীখকনা। মাবু লাইকম্লনবা ঐগীদা নোংমা নীনিদং থমগে হায়জরমই। অশোকপা অতুগী খন্দুনা ঐস্মু য়ারমই। খুদক্কুদা মখোয়না ঐগী শঙতপ অসিদা অনাবতু থমলগা মাবু অনা লাইকম্লরমই, মশাদা থাং থারমই। মতমতু মৈত্রবাক পুম্বা লাংবা হৌরকপা মতাংনি, মীহাৎ মীপুনগী পাউনা কুপখিরমই। সরকার অসিগী থৌদৌবু পামদবা লালহৌবশিংগী ৱানা পুমনিল নিল্লমই। অনাবতু মথবাক, মখুৎ বেঙেজনা পুময়োম য়োমলমই। ঐগী য়ুমদা মাবু থম্লমলগা মখোয় অনী অমুক লাকখিগনি, মহাক ঐগীদা লৈ হায়বসি কনামক্তা খঙ-হনবীগমু হায়রমলগা মখোয় চৎখিরমই। মথংগী মুমিদাংদা মখোয় তনহন হল্লকখি, অনাবতুগী হিদাক লাম্থক পুরকই। অসুমনা মখোয় অমুক মুংথিল হেক হেক চখোকখি, মুমিদাং মুমিদাংদা অনাবগী নাক্তা লাকখি। নোংমা নীনি হায়রম্বদগী মখোয় ফনা কুইনা লৈখি। ঐস্মু অনাবতুগী সেবা যাওরমই। অসুমনা লাই-কম্লরবা তুংদা মহাক মশা ফরকলমই। ঐগী মুপী লৈখিদবগী য়ামনা পুকনীং নৌবা মতাংগা ওইবগা, মখোযনা ঐগী খোঙ পাযতুনা হাযজবগা ঐহাকনা মখোয়বু চঙজফম পীখিবনি। মখোয়না চৎলমদাই মতমদা ঐঙোন্দা খুরুমতুনা নোট চবুন অমা পীরমই, লুপা লিশীং মঙাথকনি হায়। ঐনা কবিগীনো হংবদা অশোক-পতুনা হায়খি, 'ইপানা চানীংবা অমত্তং চাননবা নচানা কৎলিবনি। নহাকনা ঐগীদমক তৌবীখিবা অতুগী মত্তিক চাবা নত্তে, চুমনা ঐনা' কচ্চবনি।' ঐহাক শাওসু শাওনীংলমই, কপসু কপনীং-লমই। নহাকসু খঙই ঐগী ইচামুপা অমত্তং লৈজরমই, পাখং য়াং য়াং ফারকলবা মতমদা গাড়ী একসিডেন্ট থোকপদা লৈখিদে। ইচা কায়নবগী মৈচাক ঐস্মু মমাসু কোকপা ঙমখিদে। মৈচাক্কু-মকনা মমাসু লৈখিদে। পাখংতুনা ঐবু মপাঙম ইকাইখুম্নবতু

উরগা মাবু মুংশিবমা পোকলমই, মখোয়না শেলছু পীরকপদা ঐহাক ওম্থোকনা মুংঙাইরমদে।

"ঐনা হায়রমই, 'নহাক ইচাগুম্বনি, নংবু মুংশিবদগী ঐনা নংবু মফমসিদা থমখিবনি, পৈশা পাম্বগী নত্তে। ঐ মহু লৌরোই।' ঐনা ময়াব্রবদা মহাকনা হায়খি 'ফরে ইপা, নহাক্কী তৌবীমল ঐখোয় থক কাওজরোই। ইপানা করিগুম্বদা শাখিবা অৱা অনা তারবা, কনাগুম্বনা ইপাদা লাল্লরবা মতমদা ঐবু থিবীরকউ নত্রগা পাউ থাবীরকউ। তৌবতদি অচুম্বা মরমগীদমক ওইগদৌবনি। মতমহুদা ঐখোয় ইপাগী অঙম্বা মত্তেং পাংজগে। ঐখোয় কনানো হাযবা ইপাদা অশেংবা তাকখিব্রে মসিগীদমক ঐখোয়বু ঙাক-পীয়ু। লৈবাক অসিবু মাঙহল্লিবা, মাঙহনগে থৌরাংলিবা কাং-বুশিংগী ঐখোয় য়েক্নবনি। মখোয়বু ঐখোয় শীংনরিবনি, অচুম্ব-গীদমক পুনসি অসি কখোক্কে লেপলবনি। ঐখোয়বু লালহৌবনি হাযজিন্দুনা ফাগদৌবগী হাংকদৌবগী কোইতান তাম্নরি। মসিমতং খঙবীয়ু। ঐখোয় মফম খুদিংদা অহুম ফংগনি। চে অমা থমজবমগে। ঐগী মিং, ফংনফম মসিদা য়াওরি। অহুবু মসি ইপাগীদমকনি কনাদস্নু উহনবীগনু, চেৎনা থম্বীয়ু।' অসি হায়রগা মহাকনা ঐঙোন্দা খুরুমলগা চে অমা পীরমই। ঐহাক মাগী রাহু তাবদা কোকচাওবী কারমই। ঐগী উপায় হায়ববু মুপা অসিবু থিরুগদবা মঙাই। মখোয় ফত্তবা থবক তৌবশিংগী য়েক্ন-বনি হায়রমই, মখোয়দা চঙজরুগদবা মঙাই।"

"চেহুদি লৈরিদনা?"

"লৈরম্বা য়াই, থিব্রবদি খঙলোই। মহাকনা পীরম্বদগী ঐনা ফি উপুদা হাপচিনখি। মাবু মুংশিবদগীনি। ইরিবহু করিনো হায়বফাও ঐহাক য়েংলুদে।"

"মখোয়বু লালহৌবা কাংবুনি হায়জিন্দুনা ফাগদৌবগী

কোইতান তান্নরি হায়বা নত্ৰা ?"

"উম অতুম হায়খি। নহাকনা মপান্দা লৈশ্রিঙৈ চৈরকসিদা মৈত্রবাক অসিদা ওস্থোক ওম্থোকপা ঙাক্তা থোকপ্রবনি; ফনা য়াম ওনপ্রবনি। কনানা চুম্বা কনানা লানবা খনফম খণ্ডদে। সরকার অসিগা মুক্কবা কাংবুনি হায়বা কাংবু কাংবু লৈবগী ব্রা তাই, হাৎন শুনবগী সিফাইশিংগা কাপ্পবগী পাউ তত্তনা তাই। মসি তাবদা পাখংতুবু ঐহাক তত্তনা নীংশিংলমই। খল্লুরগা কিব-মস্থু পোকলমই। মহাকনা শোকখিবতু নীংশিংলুবদা মখোয়না হায়বতু চুম্ব্রা নীংই, নংস্থু খল্লু। পাখংতু অরানবদি হায়গনি থাজদে।"

সনাহল হায়রিবতু মথরায় যাওনা তাই; তারগা হায়রকই,

"ইতাও মাগী ব্রাতু ঐ থাজৈ। চেতু ফংদবা য়াদে। মখোয় অফবস্থু ওইসনু ফত্তবস্থু ওইসনু ব্রাফম অসিগা মরী থাংনবা য়াবা মরম কয়ামুক লৈ। ফত্তবা ওইরবস্থু মখোয়নবু য়াবীরবদি লংলা লংজিনদি শোয়দনা ফংগনি নীংই।"

"হোয় অতুননি ঐনা হায়রিবসি।"

মখোয় অনীমক হৌগৎলকলে। মোবা মাগী লুখুমদা থারিবা অফৈবা অচৌবা উপু অদোমদা লাকলে। মাগী মনাক্তা থাল্লিবা লালটেন থাউমৈতু সনাহম্না পুশিল্লকই। মোবনা উপুগী শো হাংলে, উপুগী মন্নুংদা য়াওরিবা ফিরোল ময়ামতু অমমম লৌ-থোকপা হৌরকলে,

"কুইরবা চৌনি ইতাও, চহী মরী মঙা ওইরমলগনি। মাবু মুংশিবদগী অতুম থমজিনখিবনি।"

ফিরোল মথং মথং লৌথোক্কনা, হাইদোক্কনা, থিরকই চেতু। চে অমা থেঙনৈ, ফাক্তোক্কনা পাই মৈঙান্দা, অমা ফংই য়েংই, অমত্তা ওইরমদে। পাগ্রা মুম্বালগী হৌনবা মথোং

অমত্তা থঙনবগুম তৌই। ফনা কুইনা ওৎলে উপুহু, কাইনথংদা উপুগী কাচিন্দা চে মচেৎ অথুপ্পা অমা ফংলে, লৈকাং চারবা মকশিল্লবা চেনি। মোবনা ফাক্তোক্তু্না হঙৎহন্দা য়েংই,

"লৈরে ইতাও মসি মাল্লি।"

থাউমৈগী মৈঙান্দা য়েংনৈ চেহু অহুগা অমুক য়েংনৈ মখোয় অনী অমগা অমগা।

মোবনা হায়রকই, "লাপতি লাপগ্রেদা।"

"উম লাপই অহুবু চত্তবা যাদে ইতাও।"

"অহুবু ইতাও মহাকপু হৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈরমগত্রা মফমহুদা, হিংলমখিগত্রা?"

"ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বহুনি ইতাও। হিংলমখিসন্নু, লেঙ-দনা লৈরম্বা ওইসন্নু। মহাক নত্রবসু মাগা তিম্নবা কাংবু অমত্তংদি থেঙনবসু যাই। মাগী মখোঙ কোন্দুনা নীজরুগে ঐহাক।

"হে উমাপতি, হে শঙ্কর ননাই ঐগী অরাবা, ইকাইবা অসি কোকহনবীরোই হায়রবসু মপা মমাগী মুমিৎ থা ওইজরিবা অমত্তা ঙাইজরবা পিকলিবা দোষ লৈত্রিবা অঙাংহুগী য়েংবীহুনা ননাইনা নীজরিবা অসি পীনবীয়ু। অথাকপা লৈতনা চঙজরবনি নঙোন্দা। ননাইগী থরায়গা ওয়হনবীয়ু।"

য়ুময়াইহুমক্তদা মমায় নোংপোক ওয় অকংবা উরোং তাবগুম শাত্রাং তারকই সনাহল মমিত্তা মপি শিন্থবমখৈ; মোবা লেপ্তুনা য়েংই। করি থনখিবনো থঙদে সনাহল উত্তিংবগুম তাখি, মিকুপ থরহু। অমুক হৌগৎলকলে,

"ইতাও ঐহাক থাজে মাগা শোয়দনা থেঙনগনি।"

"থেঙনবা ওইসন্নু ইতাও।"

"ফরে ইতাও, ঐহাক হৌজিকমক চৎপ্রগে।"

"হৌজিক মতম চাত্রে ইতাও, চাক চথোম অমত্তং চাখো,

হুমিদাংদা গাড়ী থক চত্তে, ইম্ফাললোমদগী লাক্পদি য়াই। ঐহাক চাক থোংগে অয়ুক্কী অঙনবা গাড়ীদা চৎকদৌরিনি। ঙাইহাক পোত্থাখো।"

"ফরে ইতাও, চাক্কীদি চাত্রবস্নু য়াই। ঐহাক করিস্নু লামদে।"

"পুক য়াওত্রবদি চনীং তানা থবক তৌবা ঙম্মোই, থবক্তু অরাইবা নত্তে। চরা মশীং খঙদনা হেল্লুগনি। ঐস্নু হুমিদাং চরা হেল্লি। অদুবু ঙসিদি চারগে। চাক চখোম অমমমতং চামিন্ন-খিসি। নশাস্নু য়ামনা চোকথনা উরে। ঙাইহাক্তং তিংথোকউ।"

মোবা থংনবা কাদা চঙত্রে, চাক থোংনবা শেম শাত্রে। সনাহনস্নু ফুংনাক পান্দা থারিবা ফক্তা হিপথত্রে। হিপই হায়বদু-মঙাই মহাক পোত্থাকম খঙদে, থোকখিবা থৌদোক পুম্না নীংশিং-লগা শ্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লি। করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম অমুক হৌগৎলক্তুনা মোবগী মনাক তান্না চঙলক্তুনা চাকখুম মনাক্তা ফমলরে,

"ইতাও, আমিরগী মপা-মমা-মচেমদা ঐহাক আমিরবু থিবা চৎকনি হায়বা খঙহন্নীংই; করমনা খঙহনগনি?"

"খঙহনবদি ফৈ অদুবু করমনা খঙহনগদগে য়ামনা লুই। নহাকনা চঙলুবা থুদোংথীনিংঙাইনি। নহাকপু চিংনরম্বস্নু য়াই।"

"উম অচুম্বনি ইতাও।"

"মী থাজিন্দুনা পাউ পীকবস্নু ফত্তে। মীতুদা তাইনবা য়াই। হৌজিক্তি তাইবংপান পুমনমকপু মখোয় শোয়দনা চিংনরমগনি। অদুগী শরুকপুদি নংনা ঙম্বমখৈ হোৎনরুরগা হোৎনজমন অদু ঙাই-বনা হেন্না ফৈ।"

"ঐগীদি থোঙফম অসি পুনসিগী অচৌবা থোঙফম অমনি। মসিদা ঐহাক থরায় থাখিবস্নু য়াই। অদুবু ঐগী ইরান লৈত্তে

হায়বসিমত্তংদি খঙহন্নীংই।"

"মতু খঙহন্নবা তাঙ্গা ফাওবদি লাইনা তম্বীরকনি খল্লি। লাইবক ফবদগী মখোয়না হোৎনজবদগী ফংলে য়ামনা ফৈ অতুগা নংনা হোৎনবদগী করিগুম্বা ফংলে নংগীদি হেন্না ফবনি। মতমতু ঙাইখিবনা ফৈ ইতাও। ঙাইঙ্গমদবদগী অফবা তাঙ্গা মাঙখিবসু য়াই।"

সনাহল মখা তারক্কে। মরু লুকনা খল্লি। অনীমক বা মখা তানদে। খুন পুমনমক উন বাইমুক চিকলবা মুমিদাং তাংলৌ মতাংনি হায়বা মখোয় অনীমক হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌই। সনাহল মানা পাযরিবা চেজেত্তু পুথোকলক্লনা থাউমৈগী মৈঙান্দা অমুক অমুক য়েংই। তাল্লক অতুদা তারকই অরাপ্পদা অতৎ অথম লৈতনা গাড়ী মযাম চৎপগী তাম্নবা নিন-খোংবগী শউম, মনাক-মক্তদা চৎলরবগুম সনাহল ইঙক ঙকনা করি করিগুম্বদা য়েংখৎ-লকই। মোবনা খোং-থাকপা লোইরক্লহনা মাগীদমক চানা থক্লবা শেম শারবফাও মহাক খঙলমদে। মোবনা হায়রকই,

"ইতাও লাকও চাক চারসি।"

চাকলুক্তু থাংদোকলকই মাগী মাংদা। সনাহল চঙশিন্দুনা ফমলে,

"নংসু ফমলরো ইতাও!"

"চামিন্নসি ইতাও, অসুমনা চামিন্নখিদবা কুইথ্রে।"

"অসুপ কুইরবগী তুংদা ঙসি নোংমসিদা নংগা ঐগা পুন্না চাকলুক অমত্তদগী চামিন্নগদৌরিবনি। কনানা খঙবা ঐখোয অনী অসুমনা অমুক চামিন্নবা ফংলক্তবসু য়াই।"

মোবা নোক্তুনা খুমলকই,

"করিগী ফংলক্তনি। অসুমনা অমুক উন্নরকখিগনি হায়বসিমু

নহাক থাজত্রনে ইতাও ! অদুবু উন্নবিবসিনি, অসি ঙাক্তনি লাইনা ভস্বনি !"

মাস্ন্ চঙশিন্দুনা ফন্নরে। মখোয় অনী অন্নাবা কাওথোক্ল-হুনা চাক্ত চামিন্নরে।

"মৈতৈগী চেং, মৈতৈগী এনসাং, চারক্তবা মতম কুইশ্রে ইতাও। ওস্বোকনা হাউশ্রে। পুনসিগী মুংঙাইবা মতাং কয়া হৌশ্রেদো।"

"হৌশ্রে ইতাও। ঐখোয়না অওম্বা খরদি তৌখিবতাইদনা।"

"তৌখিবা তাই ঐস্নু থাজে মহু।"

রারী শানা শানা চাক চাবা লোইনরকলে। চংননবগী অমুক শেম শারে। মোবনা ইখং খংনা হায়রকই,

"মাঙলে ইতাও নহাকী নশমননা নকোই নরাং, মেহেরান্নী মপা মচানা উহৌরবনি। অঙাং অহু নংনা চংমিন্নথি হায়বগী নহাক মিপাইরি অহুগা নংগী নশক নওং নতৌ ওন্না তাকলমলনি পুলিসশিংদা। চিংনবা মীশকশিংগী মরক্তা নহাকস্নু অমনি। অস্নুমনা চংপা য়াদে। নশম ননা ককথত্তবা য়াদে, নকোই নরাং লোইনা ফানদোক্লদৌবনি।"

সনাহল নোকলকই, "ঐহাক মহু খলহৌত্রবনি, কয়াদা খুদোং থীরমগবা!"

মুমহুগী মাঙ্গোন্দা মখোয় অনীমক থোকলকলে। থাউমৈ থানগনবহু চিংনরহুনা ইমুংদা অমুক চঙমিন্নরকলে। লুখুম কাদা থাউমৈ লালটেনহুগী মৈঙান্দা মোবনা সনাহলগী মশম ককলে। শাংলবা মশমশিং অহু সনাহলগী তম্পাক্তা চবুন চবুন তারকই, মশমশিংহু মখুংনা অমুক অমুক পায়রি— শস্নুম অমমমনা হৌখিবা পুনসিগী মতাং কয়াগী রারী নীংশিংহল্লি। মশামক মংলান্দা তাওরি। মশম মনা ককপা লোইরবদা, মকোক মরু তুমথোকলে,

"ইতাও ঐহাক চংলুখিগে। ঐগী লৈঙ্গরিবা হায়ববু ত্রঙ্ক মচা অসিমগা হেগু বেগ অসিগা অনীসিদা য়াওরিবা পোৎচোই চৈজোই ফি-রোল খরা অসিতনি। শোনা অসিনি। লুপা চনীদং য়াওরি ফুরিংখাউদা, মসিদি ঐহাক পুগ্রগে, কৈজোম অমনবা অসিগা ফুরিংসিগা ঐহাক শেংগ্রগে। অরেম্বা ফিরোল খরসি লৈহৌরসম্মু।"

"ফরে লৈহৌরসম্মু, নংমকনি হায়না থম্লমগনি ঐনা। লম্বীদা য়ামনা চেকশিল্লু। অঙাং ফাগ্রে হায়বা পাউ ওরাংনা শন্দোকলমলগনি। থানানা থোইরেন মশা পাল্লমলগনি, মখোয়গী মথৌনি। র.ভেলী ত্রেভলসকী থারোমদা খরা চপ্থরগা বস ষ্টেসন লৈবনি মায়কৈ খুদিং চৎননবা। নোংঙাম্রিঙৈদগী তিনথৎলমলগনি। থোং লাল্লগা অহুম চৎখো। অহুগা চেহু কাওনিকো।"

"কাওদে, চেকশিন্না পুরে। ফরে ঐ চৎলুখিগে ইতাও। মঙ্গল ওইরক্কে অমুক উন্নখিসি।"

মখোয় অনীমক চেজেৎ কোয়ে, মমিত্তা ঈরা চেয়ে। মিকুপ খরগী মতুং সনাহল মফমতুদগী খোঙশানগ্রে।

## মরীশুবা

অয়ুক পুং মঙা মখায়রোম তারন্নগনি মেহেরাল্লী মপা মচা মখোয়গী ফমফম কাদা তুমিন তুমিন ফয়রম্বদগী মপানা হংলকই,

"ইবেম্মা ওরাং হায়রকপত্থু পুং মঙা মখায়দা হায়বা নত্রনে?"

"মানি অপ্পা মঙা মখায় হায়বনি।"

"পুং মঙা মখায়দি তারে। হৌজিক ফাওবা করিমত্তা থঙ-হল্লক্কবসিবু ফোন অসি য়াদ্রবা জাৎলা?"

নাক্তা নৈরিবা ফোন তাপ পায়খৎলি অমুক থমই,

"রিং ফজনা চৎলি। হে আল্লাহ ওম্বোকপনিদকো তৌ-রিবসে!"

"অপ্পা করিগীনো'অত্থুপ শোম্বরিবা। তৌসম্মু মখোয়না পাম্বা, অপ্পা মুপা নত্রা? ঐমু মুপী ওইরবমু ইপ্‌াগীদমকনি শিবা ঙমগনি। করিগী অত্থুপ পুকচেল পিকলিবনো?"

"অমি ইপা ঙাওরবনিনে। নৌপ্‌াদো অঙাংনিদো করমনা থম্বীরমগনি, চারিগত্রা, থকলিগত্রা?"

তাঞ্জাসিমক্কদা মপান্দগী কনানো অমনা হায়রকপা তাই,

"স্যার অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্রা ?"

"য়েস প্লিজ, চঙবীরকউ !"

"ঐনি স্যার !"

কাগী মনুংদা চউশিন্নরকই, সলাম তৌই, মাপী তুংদনা মপুং মরৈ ফারবী অমা।

"ইনসপেক্তর সাহেব। আডাবর্জ ! হৈমা ইবেম্মা নংস্থু য়াওরকইবোইরে !"

অমিনা য়েংথোকলকই,

"হৈমা শংবী চঙলকউ, ফম্মোয়াও।"

"নহাক লাকলে হায়না অসাই অয়ুক্তা বাবানা তমই। ইবুং-ঙোগী পাউ সিবু চুম্বুনে ?"

"চুমই, ঙয়াংনি থোকখ্রিবসি ?"

চঙশিন্দুনা ফমলৈ অমিনাগী নাক্তা। মেহেরাল্লী ইন্স-পেক্তরগা মপানদা থোকমিন্নখি, অয়াং থংবদা লৈরিবা লৈকোন মচা অদোমদা।

"ঐহাক আমিরগী পাউ তাবদা লৈভম খঙদ্রহুনা বাবাগী মতুং হেক্তা ইল্লকলবনি। ইমাস্থু চৎকনি হায়বনি অদুবু ঙাইবী-রমদ্রে। ইবুংঙোগী পাউ অমত্তা তাদ্রিবরা ?"

"তাদ্রি। ঐথোয় পুন্নমক ঙাওরে। অস্মীগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। অপ্পানা কপ্পা উবদা শিনীংলবনি ঐ। আমিরদো, ঐগী ইপ্রাদো।"

মমিত্তগী মপি শিন্নরকই, ইল্লিবা ফিজুনা মমায়হু খুমজিল্লি। শংবানবীস্থু কপই।

"বাবানা তম্ববু কনানো অমা খিনবা চৎপদা য়াওখিবনি হায়। কনানোনে থুপাহুবো ?"

"আলিগড়দগী হল্লকপদা লম্বীদা ঐগা খোঙবু ওইমিন্নরক-পনি। চীংথ্রাওপোকপী য়োগনি হায়বদগী ঐনগা ইতোমতা ভাইবগা চৎমিন্নসি হায়হুনা লাকমিন্নবনি। অহন্নি, ঐবু লুনা তৌবী, মচাদ মচাদোগুম য়ামনা য়াবীখি।"

"হান্না খঙনব্রা হায়ববু নত্তেদনা অহুদে। মমিং মথা লৈভম চাফমদি ?"

"মমিং নোংয়াই কৌই হায়, চীংথ্রাওপোকপীদা লৈবনি। মুমিদাং থেঙমনগ্রহুনা ঐখোয়গীদা চা-থক্কনা লেকহনবনি।"

"অঙাং অহুবু করিগী থাদোকলুরিবা অহুগা ?"

"ঐখোয়না থাদোকপা নত্তেনে। মানা অমুক্তোইবা চৎক-দোবগী মতা অমা ওইনা তৌগ্রবনি। ঐনস্ু শোয়বা হায়বহুনি, ঐখোয় চাচানি হায়জিল্লুরে। মুমিদাংহু মাগী মনাক্তা উরু-রু লৈশিন্দুনা লৈগ্রবনি। য়ুম খঙঙগে, ঐগুম্বী মচামুগী অমা লৈ হায় শকখঙনরুনি সিনি। গাড়ীদা চৎকদোবনি ড্রাইভর য়াওরি খল্লুবদগী ঐনস্ু য়াথোকলুরে। করি মতৌনো খঙদ্রে ঐ।"

"ড্রাইভরহু শোকই হায়বহুদি ফরব্রা ? মাদি হিংচাবশিংহু মশক খঙলম্বা য়াইনা ?"

"হংনরবনি, মাস্ু ভক্তরদা লৈরি। অসিবাইগী মী মান্দে হায়। অপ্লাস্ু নহান্দগী চাক চাগ্রি, চা থয়া থক, লোফ থয়া চা লেল্লি, অম্মীস্ু অনা লোইরে। ঐনা বাদবা শাহুনা হোৎনরি। ফংদি ফংগনিনা আমিরদো ?"

"করিগী ফংলোইদগে ? খঙদেদা অমি মী ওইনা পোক-পসিবু কদায়দা মুংঙাইরিবনো ? ঐহাক ভাব তাদে। অপ্লা অম্মী অনীমক লৈরি, শেন থুম বাত্তে, মুংঙাই য়াইফৈ হায়নরিবনি অহুবু ওম্বোকপমা হেক্তা থোকলরিবসিনি। ঐগীস্ু অসিগী 'সিমঙাই।"

"চুপ্নি শংবী, মীওইনা পোকপদা মুংডাইরিবসি করিনো ?
আমির শৈতবসিদা তৌরিবসি করিনো হায়ভম থওদে।"

অনামক ভাংভম থওনরক্তে, মরু লুকখনৈ, কপমিন্নৈ।

মেহেরাল্লী ইনসপেক্তর তোমচৌগা চওমিন্নরকই,

"ইবেম্মা মহাক অসিদা অম্মুম লৈহৌরো, ইপা চৎখ্রগে
অহানবগী বসতা।"

"ফরে বাবা।"

অমিনানা হংই,

"কদায়দনো বাবা ?"

"ইম্ফালদা। পাউ ফংব্রা য়েংউগে।"

মেহেরাল্লীনা মরক খৎলি,

"ইন্সপেক্তর সাহেব লেওখ্রো, অভাংশিংনা ভাব তাররোই।"

"ফনি স্যার। ইবেম্মা নং—"

"ঐনা থেনগনি করিস্নু রাবীরুম্নু।"

ইন্সপেক্তর সলাম তৌরমলগা থোকখ্রে। অমিনা মপাদা
তওক তওক য়েংলকই, মপানা হায়রকই,

"য়ামনা কুপনা খিদবা য়াদবনি ইবেম্মা। তপ্পা য়াদ্রবনি।
জিপ অমা যাওখ্র চংনীংবা নফমদা চৎপা যাবা। মাথকৈ তরা
থোকপা থিবা তাবনি।"

"বাপাহোয়ম্নু অমত্তা ফংদে হায়ব্রা ?"

"উম ফংদবমাল্লে।"

মখোয় অহুম্মক তুমিন তুমিন তুমিন ফমনৈ। উন রাইমুক
চিকখ্রে। মেহেরাল্লী কাওথোকলুরবা রা অমা নীংশিংলকপদোনা
মচানুপীদা হায়রকই,

"অমিনা নমাদো হিপলিনিনা, বি, পি, লৈবনিকো, খরা
য়েংবীয়ু, মনাক্তা লৈয়ু। পাউ ফংদেকো হায়রুম্নু। কম্প, লাকউম্নু।

ইপা বস ষ্টেশু ফাওবদং থোকলুগে। তে ম্বা লাকলগা ভাইহল্লম্মু "

মেহেরাল্লী হায়রমলগা থোকখি ইফিং ফিংনা। বস খারক্-পনা হাল্লে, মথুং থাঙত্তুনা খামই বসতু। মমাংগী ফমফমদা ফমলম্বা ইন্সপেক্তর তোমচোনা বসতু খামহল্লগা কুমথরকই। মেহেরাল্লীগা লম্বীগী চিদাইদা লেপমিন্নতুনা চিকপক্লনা ৱারী শান্নে, ফুরিংথাউদগী চে অমা পুথোকলক্তুনা শিন্নি ইন্সপেক্তরদা। চিটৈ অমুক কাথংলকই ইন্সপেক্তর গাড়াদা।

গাড়ী খামখিবদা মম্বামতু হংনৈ অমগা অমগা; তৌথোক্তবা থবক মতাননি। থোবা হৌত্রবা বস গাড়া অমত্তা বস ষ্টোপ নত্তনা মহৌশা থক খাম্নদে। গাড়ী খানবদা খ,য়দগী হেন্না মুংশা থাবিবদি গাড়ীগী অয়োইবা সিট পবেং, যেংকী কাচিন্দা ফমলিবা মুপাতুনি। বস খামখিবতু মেহেরাল্লীনি হায়বা উবদগীনি। অতুবু মহাক গাড়ীবদি কাথংলকখিদ্রে।

বস গাড়া মুংশিংকী মমাং থানা অৱাং পাংনা থোগংলক্লে। চুড়াচান্দপুর তাবা অদোমদা মমায় অমুক ওন্ন চলগা। অম্মুম অম্মুন থোগংলকই। সনাহল মনাক্তা ফম্বা অহল অনীনা ৱারী শান্নবা তায়,

"ইবাই, মেহেরাল্লীগী মচাতুৱু ফংলে হায়ব্রা ?"

"কদাই মেহেরাল্লী হায়বদি সিবি কক্তাদগী হোংলকপা, করি মৱাং মুপী লৌবদো ?"

"হোইনে!"

"কৈদগী ফংদোবা। করি মখোযগী সিবি ড্রাইভরতুনা পুথোকপনি হায়বদাই। ড্রাইভরহু সিবি ফাৱে, ফুবীবনা লোই-রেবদাই !"

"করিনেবগে ? হুরানবনা ফুবহু হাকমন্দে সিরা ? তুনিম্নাসি

লৈহৈদেহাই, ড্রাইভর ওইজনীংদে হাই ।"

"ফুদবদে, করি সিবি মরৌ তৌইহায় মা। কল্লা থৌবা গাড়ীবু কনানা ফানেবগে ? থামলিনি মানা। থামলদি সিবি ফাইদনা। চৈসি সিবি মচিন চুম্বনি। মরাই ফংজনি। মীবু মাওয়েব্রা, সিবি, শনস্থু নত্তনা ?"

"হো চুম্মিনে। মাগী মচাম্বুপীহুনা মৈতৈ পাখং শমশাংবা অমা পুক্সমলকই হায়ব্রা।"

"করি সিবি আব্দুলহৈগী মচাদা পীনি হায়হুরা ?"

"তুদি তাদে ইবাই। মুপাহু ইল্লকয়েব্রা হায়গুমস্থু তৌই। মুগী কংদবহুদা মুপামচাহু ফাইয়েব্রা।"

"হাই আল্লা সিবি তাহৈদেহাই।"

হায়রম্মগা সনাহন্দা হাইফেৎ য়েংলকই। সনাহল তাশিন্নদবা শানা মনায় লৈথোকই। রারীহু তাবদা মহাক লৈভম থগুলক্কে। অনীহু মথা তানরক্কে।

য়েংথোকখিবদা লম্বীগী নাক য়েৎ অনীদা চীং মান, অশোংবা নারক-শীংনক, উন্নুং-রাম্লুং ইশং ইশং শংলিবা, শীংঙেল লৈশাং তনহনবা হানৌ পাম্বাগী মালংনা চেন্না চোংনা শান্নবা পুন্নমক্কু উবদা অমুক্তা উত্রিবগুম ইণ্ডক গুকনা য়েংউরি, চুমনা য়েংবতা নত্তনা মমিং অনীমক পিরাং ঈহৌই। মাগী নাক্তা ফমলিবশিংনা করি ঙাংনবা থগুদবগুম তৌই। গাড়ী থামলকপদা মিকপ থোকলকপগুম থোকই মঙোন্দা।

চুড়াচাঁদপুর বস ষ্টেসন্নি, পুং অমা তারমলে। বস হেক থাম্বদা অন্নুক্কী চবা চারক্কবশিং, চাক চারুগদৌবগী চা থকউগদোবগী পুমলাং লাংনৈ, গাড়ীদগী কুনথনৈ। মন্নাম লাংনরিবা মরক্কুদগী সনাহল মথন্তা হাইদোক্কুনা থোকলকই। গাড়ীগী মাংগী ফমফমদা ফমখিবা, মেহেরাল্লীগা লম্বীদা রারী শান্নখিবা মুপাহু থেঙনদনবা

থৈদোক্তুনা লাকই। মেহেৱাল্লীগা ৱারী শাম্লখিবা তোমচৌনা বস গাড়ীদগী কুমথৱক্লগা বস থাভম মনাকমক্তদা লৈবা পুলিস ষ্টেসন্দা পৱপ পৱপ চঙখিবত্নু মহাক থাপনা উই। উৱগা মশাদা তুজুংবমা পোকই। মহাকনা তোংলকপা বসতগী মমাং ফনা য়ামনা চথংলগা পৱেং লেংহুনা থারিবা বসশিং অদোমদা লাকই। যাত্রিক ময়াম বসশিং অত্নুদা ৱা ৱা হেক কাখংনবত্নুগা তান চান-রুই। চঙশিল্লকই মাস্থু থোংকাপ লাউনা, হংই যাত্রিক অমদা করি লম য়ৌগদৌবা গাড়ীনো হায়না ঈথাই বেৱেজ য়োগদৌবা গাড়ীনি তাকপীৱক্লবদা খুদক্তা কাখংলি গাড়ী অত্নুমক্তদা। মীনা শ্বাই পাথোকলমলে। মানা হেক কাখিবগা গাড়ীত্নু শংক্তা থোদোকলকই। বসকী থোঙজিন্দা লেপলম্বা কণ্ডক্টৱ নহাৱচ হুনা হংলকই,

"তাদা নং অসাই গাড়ীসিদা তোংলকপা মান্দে, টিকেট কদায় ?"

"তোংলক্কে, ভাড়া কয়ানো ?"

"কদায় য়োদৌবা ?"

"ঈথাই বেৱেজ !"

"লুপা কুন। বেৱেজ য়ৌত্রিভৈদা কুমদৌনি। পৈশাত্নু কদায় !"

পৈশাত্নু লৌথোকলগা পী। মহাক্কী থাকপা ফমফমদা সনা-হলবু ফমহল্লি। থংনবদা ফমলম্বা যাত্রিক অমনা হংই কণ্ডক্টৱদা,

"পুলিসকী চেক অমুক তৌৱবোইদ্রা বাবু ?"

"তৌৱৱোই বেৱেজ ফাওবদি !"

"হোইনে তৌদবনা ফৱে। কোক্তা শম হৌৱোইদৌৱে।"

"ইৱাং মত্তাসিননিনে ওঝা, ৱারৌবীমু। ঙৱাং নহাক্তা অঙাং অমা জিপকা কোম্লনা ফাগ্রে হায় চীংশ্রাওপোকপীদা।

মৈতৈননি হায়, মৈতৈ খরা ব্বাবা তাব্রি।"

"বসতবু জিপ পুগদ্রনে, ফাখিবা অঙাং পুরমগদ্রনে ?"

"জিপ পুরোই অঙাংস্থু পুরোই, অঙাং ফাবতুদি তোংলব্বস্থু য়াইদনা। করি হায়বগে য়াম্বা ?"

ওনশিল্লকই সনাহলদা। অমুক মথা তারকই,

"অসাই থাহৌবা গাড়ীশিংতু পাক থারকলোই ঙসিগী। মথিবোং মরীন ফাকাখিগনৌ'ন। মীগীস্থু ডিউটিনে ওঝা, ডিউতি।"

সনাহল মক লুকথৈ, শমনাদা লিংথোরকপনি। অনৌবা পারা অমনি। মহাকনা কিহনা থৈথোরকপতু চুমলমলে, মিকুপ নাহুম শিংবা, শেম্বাং খুৎলৈ হৈবগী ওইজবা ফংলে। মথংদনা অমুক কমদৌবা ?

লেপ্তনা চেল্লি গাডাতু খুন অমগী মথংদা খুন অমা, লৌবুক অমগী মথংদা লৌবুক অমা, মীবক য়ুমলক লমহাং তুহাং মথং মথং ফাওতুনা। তোর্ব্বুং, ডাম্নুকোন, কাক্তা, ত্রোং-লাওবী শকথঙ মায়খঙনদ্রিবা খুন কয়া লানথংলক্কুনা ফনা যামনা শাংনা থোরবা তুংদা কণ্ডক্টরনা ইঙ্গিং তৌরুই সনাহলদা অসাই হায়নখিবতু তাক-পগুম। সনাহল ফক্ষমদগী হৌগংলি, কুমথভম থোঙ মক্কনা লেপই। গাডাতু অস্থুম অস্থুম তপথরকই, লেপ্লোই লেপ্তবোই লীরি লীরি চেল্লকই, খোঙ হেক হাংদোকলকপনা হায়নরুবা য়াওদনা কুমথখি মখোয় অমা অনা সনাহলস্থু য়াওনা। য়েংথোক-খিবদা ফরলোং অমরোম লাপ্পনা ঈখাই বেরেজগী মনাক্তা লৈরিবা ঝুকান পরেং, বস ময়াম উবকই।

ময়ামতু উবকপনা সনাহল নিংদোন চোংই, চিনবান কংই অতুবু চংপদি লেপতে। সড়কা নাকন্দা ফিজেং ফিগাই থক্তা, চফুদা, বালটিদা, অচংবা অশিবা ঙা মথা মথা থাতুনা য়োল্লব্বতু

উই। মাবু উবদা 'হোংনা পীগে লৌখো' ইতত্ তত্তদা লাউহৌই। খণ্ডইনা তাক্লদে, অসুম অত্তুম লাকই বেরেজ তমনা।

কৈথেল মচা অমা ওইনা মথন্তা শেমগৎলকলিবা দুকানশিং, হোটেলশিং, তিল্লিবা মী, মনিং ওম্না, মমাং ওম্না, লম্বীগী নাক য়েত্তা থারমলিবা বস গাড়ীশিং, সিগী মরক্তা চারমলিবা পুলিসকী কাংবু, খুৎলাই পায়বশিং ডমনা উরকই। চংনীংবা অমদা চৎসমু নোংপোক ওম্না থারিবা বস অমদা হেক্তা কাখৎকে খল্লি। থৌ-ব্রা শাদবা শারত্তুনা লাকই সনাহল মমাং ইথং থংনা থারিবা গাড়ী তমনা। পুলিস সিফাই বিনাই অত্তুম কাবমা হুং লৈথোরকই বস অমগী নাকন্দগী, মাবু হেক উবদা তপলপ হংলকই, "কদায় য়ৌগদোবনো?"

খঙহৌদনা খুমদোকখি, "বকচীং!"

"টিকেট বক্লবরা?"

"কক্তু।"

"কক্তু?" হায়রগা নোকলকই।

"কদায় লুপা তরা, ঐ কক্ণীরকে, সিদা কাখৎলু।"

পৈশাত্তু পীরমলগা কাখৎলি গাড়ীতুদা সনাহল হংনা শাব-দৌনা। পেসেঞ্জর ফনা য়ামনা ফন্নরমলে। মাস্তু ফনলে অহাংবা সিট তমদা। কণ্ডক্টরনা লাউরকই চিঠে "গাড়ী থাদোরে, লাকও লাকও।" লাউরম্লগা কাখৎলকই মাস্তু। মহৌশা খঙনরকপ-দৌনা হংবীরকই সনাহলদা,

"নহাকনা ঐখোয় স্যারগী মী হায়বদো?"

ফননম্বদগী সনাহল ফুক হৌগৎলল, খুমই. "মানি বাবু।"

"ফম্মু ফম্মু নংগী কুমথভম য়ৌরগা হেক তাকলকউ ঐডোম্দা।"

"ফনি।" হায়রমলগা অমুক ফমথৈ, খওহৌদনা হৌরকখিবা মিছুন্দি অতুম মচোংলি।

কদোমদগী কাখৎখিবনো খওহৌদে ড্রাইভর ক্বা ওাংশং ওাংনা চারহুনা গাড়ীদা ফমলমলে। থিন্দনা গাড়ী ষ্টার্ট তোরে, বেরেজগী থোং তমনা গাড়ী থৌগৎলকলে। সনাহল শ্বর চনীং তানা হোঞ্জবা ওমলে, ককচীং যোরগনা অমুক কমদোবা মতোমতা খল-লকই। বেরেজগী থোং লাল্লগা চীংযা নপনা থৌবক্তুনা লোকতাক পাৎকী পাৎয়াগী লম্বীদা নোংপোক পাংনা অস্থুম অস্থুম থৌগৎ-লকলে। সনাহল লম্বীদু খক চংখিদ্রি, লোক্তাক্কী শক্তম অরাপ্প-দগী উবা নত্তনা অস্থুমনা খক হকথেওনখিদ্রে; ওসি উরে অতুগুম্বা শক্তম। লোক্তাক খোঙনুংদা লেপ পৌ থুম্বমৈথ হৌরিবা হুপ হাওনা. খাঙ্গা, খোংজাই নাপী, মশক খওদবা নাপীশিংনা কয়ানা ঈশিংগী শরুক মচেৎ অমা ফাওবা উবা ফংদে। অস্থুমনা লোই-বোই গৈখিবনা লোক্তাক পাৎশা মনুং, মিংনা উবা লম ফাওবা অস্থুম অস্থুম শন্দোকখি; অকিবগী শক্তমনি। খা থংবরোমদা য়েংখিবদা পংচাও চাওদবা চীং মচা অমনা লম্বীগী মতুং ইন্না নোংপোক পাংনা শন্দোকখি, মবক মরক্তা চীংগী চীংখাদা, চীংথক্তা য়ুমবোমপোক অমমম অনী-নি তাবি, কোবী হঙ্গাম মনা মশিংনা ফৈদোম নাইনা চীংগী মহৌশা ফজবা শক্তমবু থোইনা হেন্না ফজহল্লি। যেংলুবগা গাড়ী তোংবগী অরাবা পুমনমক কাও-থোকহল্লি, কয়া য়ামনা লাক্লমগে হায়বা ফাওবা কাওরকই। গাড়ীদু চুমদ্রিং চেল্লম্বগী খা পাংনা লৈশিল্লক্তুনা খুল্লক য়ুমলক চওনমলগা অমুক লম্বী পরীংবা ফনা শাংনা থোরকলে; ককচীং কৈথেল ফংলে।

গাড়ী চেক খাম্বনা কণ্ডক্টরনা হায়রকই,

"ককচীং থোরে কুম্বা য়ারনি।"

"গাড়ীসি কদায় য়ৌগদবনো ?"

হংলকই সনাহল্লা।

"তেংনৌপল।"

"ঐসু য়াওবা য়াগত্রা ?"

"ঐখোয় স্যারগী মীতু নত্রনে নংবো ?"

"মানি বাবু।"

"য়াওনা কৈদৌগে! অতুগনে চুকপ উপু অমত্তুংদি লৈবা তাইদো— নেভী কট। ঐখোয় স্যারদকাদি হায়বা য়াদেকো।"

"হায়জরোই, লৈজনি।" নহা ইওই ওইনা য়ামাংগী ময়া তারবা কণ্ডক্টরনা মথরায় তানা নোক্লগা হায়রকই,

"নংনা হেক তোংনীংবা মফম ফাওবা! খঙলব্রা ?"

হায়রমলগা কুমথাখ্রে কণ্ডক্টর, পেসেঞ্জরশিংসু মথং মথং কুমথনৈ। সনাহল কোইয়েং য়েংই, কৈথেন পোংলক্কা সিফাই খরা চারম্বত্থু উরকলে, অনকপদদি কনাসু লৈতে। অহাংবা তাঞ্জাদু য়েংলগা সনাহল কুমথবকই গাড়ীদগী। অনকপা দুকান অমদগী লম্বীগী চয়োম ওইবা য়াবা ডবলরুতি অনীদং লৈরগা তনহন হল্লকই। গাড়ীদু পংকুই কুইনা খামলমল্রে, অমুক মমায় নোং—পোক ওন্দুনা থৌগংলকলে। গাড়ীনা চেল্লগতা সনাহল অব্রা পোথাই অতুবু মথংদা করি হায়রদুর্মদি মিপাইদবা ওমদে। মথং মথং লাক্কুনা ককচীং লমখায় তারগা থা মৈরম পাংলকলে। থিন্দনা পলেল ফংলকলে।

গাড়ীদগী য়েংথোকখিবদা সিফাইনা মচি থুদিং লেপলম্বত্থু উরকই। বস গাড়ী অনী অহুমসু মমায় মথা ওন্না থারম্বত্থু উই। অতুদা নত্তনা পেসেঞ্জরশিং পরেং শানা লেপহন্দুনা সিফাইশিংনা চেক তৌরিবত্থুসু উরকই। সনাহল মত্থু হেক উরুবদা মশাদু ইথক থকংলি।

গাড়ী থামলে। হেক থাম্বগা সিক্লাইনা কোইশিল্লি, পেসেঞ্জরশিংবু পরেং লেপ্লু লাউরকই। কণ্ডক্টর থৈদোক্তুনা ময়ামদগী তোঙান লেপই, মঙোন্দা হংই সিফাই অমনা পেসেন-জরশিংগী রা, কদায়দগী তোংলকপা তাকহল্লি মীশক অমমতা থিন্দুনা। মথং মথং কুমথনরকপদা সনাহল খ্বায়গী মমৈদা তাই। অমগী মথংদা অমা অম্বুম অম্বুম মশক য়েংবগা, মশা পায়তুনা শেং ফাক্তুনা থি হুম্বগা, অম্বুম অম্বুম য়েংলকপনা মাগী মপা য়োরকপদা কণ্ডক্টরনা হায় পুলিস অতুদা,

"মসিগী অহনসিদি ঐখোয়গী স্যার বেরেজগী হোলদার সাহেবনা মাগী মীনি হায়তুনা হাপলকপনি স্যার।"

"হাই বুত্থ অসাইনা হায়বা য়াত্রা? চৎলো চৎলো।"

ইকোম কোমনা মশা ফাওবা শোক্কনা তাম্থোকপীরকলে। কণ্ডক্টরতু ঙসিদি মাগী ঙাকপী শেম্বীবা ঈশ্বরমক ওইরে। সনাহল চিঠৈ নীংশিংলকই মঙোন্দা অসাই হায়খিবা 'নেভী কট'কী রা।

"কণ্ডক্টর বাবু ঐহাক চুরুপ লৈরুখিগে।"

"নেভী কটনিকো অহন, কাওম্ম!"

"কাওজদে।"

চুরুপকী তুকান অমা অনী চঙই, য়াওরমদে। থা পাংনা লাকই, ইকোন কোনবা তুকান্দা চঙলকই, মহাক উহৌদে থাউমৈ মরুমদা পুলিস অনীথক লেপলম্মতু। চুরুপ লৈরগা হেক হন্দোক-লকপদা পুলিস অমনা হংলকই,

"চাই মুপা নহাক কদায়গী লাকপনো?"

"ককচীংদগী।"

"নচিন থিম্মুকো, নংগী তোংলকফম খঙদবোই নীংত্রা, শেংনা হায়য়ু।"

"স্যার ককচীংদগী তোংলকপনি।"

"নমুমদি ?"

"ককচীংদা।"

"কনাগী চুরুপনো লৈরিবদো ?"

"কণ্ডক্টর বাবুগীনি।"

"কণ্ডক্টর বাবু। নমিং করি কৌই ?"

"সনাহল।"

"সনারনে নংবো ?"

"নচ্চদে স্যার।"

"সনা ওইনীংঙ্গবো। নোংয়াই কৌবদাইনে নংবো ?"

"কৌদে স্যার।"

পুলিস অমত্তুনা লাউরকই—

"চংশ্রোহাই সনা নত্তুনা সনা শাবা।"

সনাহল পরপ পরপ লাকই, লাউগৌই অমত্তুনা মরোল ইফাই ফাইনা "চংশ্রোহাই সনা নত্তবা!" গাড়ী মনাক যৌবকপদা গাড়ীত্থু থোগদৌবগী শেম শারমলে, শমনাদা লিংগি। কণ্ডক্টরনা চৈরকই, "ননা পান্দ্রা হোর্ন অত্থুপ তোইনা থোংবত্থু, করম্বা অহন্নো মসিবো ?"

থুমদে, গাড়ীদা ফন চোংখংলি, অত্থুগা পী মানা লৈরকপা চুরুপ কণ্ডক্টর বাবুদা। ফম্বা নংদনা গাড়ী খংথৌ থোগংলকই, কণ্ডক্টরদা তুশিল্লি সনাহল। মতমত্থু মুমিদাংবাই পুং মডারোমদি তাবমলগনি।

মহাকনা তমলকপা অহানবা লমথুংফম পংলাপ লাপত্রে। থুদোংথীবা কয়ামা নাম্থোক্ত্নালাকলে। পলেনগী চুরুপ লৈফমদা পুলিস অমনা পলহৌবা মাগী মমিং হম্মা হম্মা তারি, হংখিবদো অরাইবা নত্তে মখন্তা খল্লকই, খল্লুরগা কোকচাওবী কাই। তেং-নৌপন্দনা করম তৌরমগবা খংদবা ওমলক্তে। চংখিদবা কুইত্রে

তেংনৌপললগী লম্বী। মমাংগী মহাবনা খঙখিবদি তেংনৌপল লম্বীদা মুমিদাং বস গাড়ী খক চত্তে, লাইফম কল্লি, তমনৈ, ভুত থোকই, গাড়ী ফাওবা ফাগে তান্নৈ হায়নরমই অত্থুবু চৎনরমলে হৌ-জিক, মতমত্থু চৎখ্রে। অস্থুম নীংশিংলুবদা মহাকনা পুরকপা চেজেৎ খংনিং নীংশিংলকই, ফিগা থাবা ফুরিংকী ফুরিংখাউদা মা-তুনা য়েংই। য়াওরি হায়বদি খঙলে, করমনা লোৎসিগে অমুক খল্লকই। চেজেত্তু লৌথোকপা য়োনা ভমলক্কে। চেত্থু রানা লৌথোকলে, শেৎলিবা ফৈজোমগী নামৈগী ফিজিন্দা চেৎনা কিশিল্লগা নামৈ ওইনা য়েপশিনখ্রে। অস্থুম তৌরিঙৈ গাডীত্থু ফনা শাংনা থৌগৎ-লমলে, লোকচাও তুরেল লাম্বোলক্কুনা তেংনৌপলগী ভমলবা চীংচেপ কাখৎলমলে।

কণ্ডক্টরনা হায়রকই, "অহল নংবু তেংনৌপল য়োগনি হায়-খিবদাই। মুমিদাংদি কদায়দা লেক্কনি? লেকফম লৈত্রগা ঐখোয়গী গাড়ীসিগী থুংফমলৈ। গাড়দা লেক্কে হায়রবস্থু য়াই, য়ুমত্থুদা লৈগে হায়রবস্থু য়াই। নংগী থুংফম লৈরগনা অত্থুম চৎখো।"

সনাহল ভাইহাক খল্লি,

"বাবুহোইগী লেকফমদা লেকপা তা-মাল্লে।"

"হো অত্থুম হায়যু। ঐখোয় স্যারনা লুনা শিল্লরকপনি। ঐখোয স্যারগা মশেন মবাই থোকনৈ হায়রবু চুম্লা?"

সনাহল লকক তৌই,

"উম থোকনৈ।"

"নখোয়গী নশেন্দুদি অফাওবনি। সসপেণ্ডা চাত্থুনা লৈরবনি। অত্থুবু মরীনদি মৈনি। মী মরীগা মথন্তগা ফুনবদগী মমায মমিৎ পুমকায কায়রুবনি। মী ককা ফাবসিদি মাগী মরম্মাইদগী থরা হেল্লি, অত্থুনা হেক হেক হিঙ্গৎলকলিবনি, নত্রবদি নহাল্লা তৎখ্র-

দৌনি। মানা চাদবা, থক্তবা, হৈংদবা, তংন্থা য়াউরমলোই। চুম্বুনে অহন ?"

"উম চুমই। অহুবু মাগা তোইনা লোইনদবনিনা মাগী চাকচা, লমচৎ অতুপ মুম্না থওদে। নহানিদনা।"

"হো অহুনবু তাকলিসিনি। নশেম্নিকা হায়ন্থনা হারুম্থু হায়বা!"

"চুমই।"

লেপ্তুনা থৌরিবা গাড়ী অস্থুম অস্থুম লাক্তুনা তেংনৌপল ফংলে, গাড়ী থামলে। চোকথনরবা পেসেঞ্জরশিং শ্বর শাংনা হোন্দোকনৈ। মহৈ মহৈ কুমথনরকই। কণ্ডক্টরনা সনাহলদা হায়রকই,

"অহন ওাইহাক্তং হকচিক লাংউচো, শাংনদি চৎথিম্মুকো মুমিদাং অমম্বসিদা লম্বী মাঙজনি। লাইফম য়ামনা কনবনি।"

কুমথরক্তুনা লৈপাক্লা মথোও তাবদা মওাইরি পুলিস কোনষ্টেবল অমা অনী চওশিল্লকই, লাউরকই সনাহলদা,

"নথুৎ থাঙ্গৎলু, করি পাযরি ফি মন্নুংতুদা, নোংমৈরা, থাংলা ?"

"ডবল রুতিনি—"

হায়রগা মথুৎ অনী থাঙ্গৎলি।

"কনাগী রেসম্মো তুদে ?"

"ঐগী চানবনি।"

সনাহলগী মশাদা ফুরিৎখাউদা তাপ তাপ পায়থুনা য়েংই, মনীং মমাং লৈথোকহল্লি।

"কদায়দগী লাকপনো ?"

"ঈথাই বেরেজদগী।"

লাউনবদো তারবামাল্লে কণ্ডক্টরনা লাউরকই গাড়ী মন্নুংদগী,

"স্যার অহন্দো ঐথোয়গী মীনে।"

"হাই য়াতেকপা থিবোংজাও অসাইনা হায়বা য়াত্রা ?"

সনাহল থাদোকমলমলগা ওনশিনথি মখোয় অনী অতৈ পেসেঞ্জরশিংদা। অওইবমক কণ্ডক্টরত্থু সনাহলগীদমক্তদি ঈশ্বরমকা মায়রে। লাংনরিবা মরক্তুদগী লৈথোকলক্তুনা সনাহল গাড়ী থাকমদগী ওই ওইননা লৈত্রিবা চীংদোং অদোমদা কাখৎলকলে, অতোংবা অত্থুদা লেপ্পগা নোংপোক পাংনা লৈত্রিবা অদোমদা য়েংথোকলকই শুকনা মমলবা চাওরবা চীংগী পরেংদা। কয়াম কুইরবা খঙহৌদে কণ্ডক্টরনা মাবু কোইকৌ কৌরকপত্থু তারকপদা গাড়ীলোমদা চেল্লকই,

"ঐ সিদা লৈ, বাবু।"

"মথোং লাইমা চাদে অহল নং, কয়া কুইরে ঐনা কৌরিবা! থাপনা চথোকখিমু হায়রমক্তদা! লাকও চাক চথোম অমত্তং চাকুরসি অত্থুগা গাড়ীদা হেক্তা লেক্লসি।"

অনকপা হোটেল অমদা চঙত্থুনা মুমিদাংগী চাকলেন চাক্রগা মখোয় অনীমক অমুক হল্লকলে। গাড়ীদা কাখৎলক্লগা সনাহলবু গাড়ীগী তুং ইথং থংবদা থারিবা অশাংবা সিট্রা। তুমননবা কণ্ডক্টরনা তাকপীরে, মহাক মশানা মমাংগী পরেংদা তুমগনি হায়ত্থুনা শেম শাবা হৌত্রে। শেম শানা শানা কণ্ডক্টরনা হায়রকই,

"গাড়ীদগী করিগুম্বা কুমথক্লরবসু কাখৎলকপদা থোঙত্থু নিংথিনা থিংজিল্লুকো অহন। নাতৈ চাদবা মী কাখৎচরক্তনি। নরাইবক ফবদগী ঐগা থরা খঙনবা সিফাই থেঙনবগী ফরিবনি। চীংথ্রাওপোকপীদা ওফিসার অমগী মচা অঙাং অমা কাখি হায়বগী থানানা মফম থুদিং রাই চাইরিবা জাৎনি। মুমিদাং তুমলিঙৈদসু হৌদোকল্লবা য়ারি। করিগুম্বা লাকলবদি ঐবু হৌদোকল্লকউ, তান চাদত্থুনা খঙনদবা সিফাই থোকউরগনা ঐখোয় অনীমক খুবাক চাবসু য়াই। জবান শোইদনবা তৌ, অমদা অমা খুম অমদনা অমা খুম তৌজ লাকচসু।"

"ঐ ভাব তারে, তৌরোই।"

কওক্টর মাগী ভুয়-হিপ্পবগী শেম শাবা লোইরগা পোথাখিগদ্রা হায়ববু সনাহুলগী নাক তাম্না অমুক লাকলে, মাগী হিপ্পনবগী শেম শারিবহু য়াওবীরৈ ; হায়রকই,

"অহন নংগী য়ুমদি কদায়দনো ?"

সনাহল লকক তৌই, খুমলকই,

ন।"

"ঐনা মোইরাংদগীনি ; নক্করপোৎনিদনা ? অহুবু ঐদি য়ুমদা লৈতবনা অয়াম্বনি। পাবনা ওন্তা লৈখিদবদগী ইমাগী মতুং ইন্দুনা কোইচৎ চত্তুনা হিংলকপনি। মুংঙাইতেদা! ঐহাক ইথস্তা পোকপনি, পাবকী মশক খঙহৌদে। ঐবু য়োকপীরকপহু ঐবু পোকপা ওইরবোই নীংলমই অহুবু ইমানা পাবা লৈত্রবা তুংদা অকোনবা নাইবা মুপা ওইরমলে। ইচিন ইনাওশিং য়ামই অহুবু পাবহুনা ঐবু কয়া থওইবীদে : ইনাওশিংহু লাইরিক তমই, ঐদি তমহন্দে অহুদা ঐ তৌফম খঙত্রহুনা হবাগাড়ীগী থবকসিদা য়াও-রকপনি। —খুরাগীদি ইচাকা লৈত্রা ?"

"লৈতে।"

"ইচা পোক্কবা! ইন্দোম্দি লৈত্রা ?"

"লৈতে। শিত্রে।"

"মুপী অমুক থিররোইত্রা অহুদি ?"

"থিররোই।"

"থিখিবা মাইনা ঐখোয় পাবনা হল্লমগনি। অহুগনে খুরা মচা চেনবা মুপীকাদি লৌরুহু। য়ুম্বান মুংঙাইরোই। ঐখোয়গী ইমাহু ঐগীদমক ওম্বোকনা ঋাহৌই। ঐসু মচানি, অকোনবা পোকপশিং অহুসু মচানি অহুবু মচা নস্তবনিনা পাবহুনদি ঐবু মুংশিবা ঋাংলি।"

য়ামনা থেংলম্না মখোং হুক্তনা উবা কণ্ডক্টর মখোল ফাইবগুম তৌরকই, মমায় লুকখরকই। সনাহল য়ারীগী তারবদগী অঙাংহুনা য়েংলকই, মাস্থু মমায় ম্যায়খোং লাংশিল্লি। অনীমক তুমিন তুমিন লৈনৈ।

কণ্ডক্টর তুমিন ঙাইহাক লৈরুরগা য়াদশিন্ন শানা নোক্ত্ন্না হায়রকই,

"ঐবুদি কৈস্থু খন্দেদা, য়াস্থু য়াদেদা। গাড়ী অসিনা ঐগীদি ইপানি, ইমানি, ইয়ুমনি। মাবুতনি ঐনা চেৎনা নীংলিবা, ইমানা ঐগীদমক য়াবত্নগী মুংঙাইতে হায়বগী য়ানিদা। অদুবু করিদি তৌনি। নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবনিনা মাস্থু ময়ুম পানবা তাবনি। নত্রনে খুরা ?"

সনাহল অঙাংহুবু মুন্ন য়েংলিঙৈ অমুকস্থু হংলকই,

"চুমত্রনে খুরা ঐনা হায়রি'সিবু ?"

"য়্যামনা চুমই।"

অঙাংহুগা মিংচানবা ঙমদে সনাহল, খুমলম্নগা মরু লুকথৈ। কণ্ডক্টরনা অমুক হায়রকই,

"হুন হয়েং য়াহৌ থেঙবকা য়াপোৎ নত্তে। তুম্মসি।"

কণ্ডক্টর ফুক হৌগত্তুনা চৎখ্রে সিট অদোমদা, সনাহল তুমিন ফমহৌই মাগীদা। মখোয় অনী শান্নখিবা য়ারী অদুতবু নীংশিং-বগুম সনাহল ফনা কুইনা ফমলমলগা সিট অশাংবত্নদা হিপথখ্রে।

অয়ুক য়েন্দামাং কণ্ডক্টরনা সনাহলবু হৌদোক্লকই,

"হো অহন, মিকপ থোক্ত্রিবরা ?"

"ঐদি অসাইনা হৌগংলবনি।"

"অদুদ কৈদৌই, হৌদোকলকপা য়াত্রা ?

নথক্তা করি তৌহুনা লৈ ?"

"নহা পাখংদি তুম্বগী ওকপা নাইদে, অদুনা হৌদোক্তবনি।"

নোক্কলকই কণ্ডক্টর,

"ঐখোয় স্যারগা মশেন মবাই থোকনৈ হায়বা পকচৈ। খুরা নংনা চংকদৌরিসিবু অনকপরা অরাপ্পরা ?"

"পংলাপ লাপ্তে।"

"হয়েং হনগদৌবা লৈরবদি গাড়ীসিদা য়াওবা য়াগনি, ঐখোয়না মোড়েদগী হল্লকপদা।"

"তাঞ্জা য়েংসি। থবকনা পল্লবদি য়াওবা য়াই।"

"ঐখোয় স্যারনা হংলম্মু য়াই হনখিবদা। উম্নত্রে করে উম্নরে য়ৌহৌরে হায়না খুম্না হায়বত্নি। অতুগা খুরা ঐগী মিং বাবু, কণ্ডক্টর বাবু চুড়াচান্দপুর মোড়ে বস সার্ভিস। কণ্ডক্টর বাবু হায়রগা লোইরে, মাম্বকৈ অসোমগীদি ঐতনি। ঐগী শকচু, তেক-লিবা য়া লোইনা উবরিনি, তেক্কা হায়মু। অতুগনে ঐখোয় স্যারদা ঐনা চুরুপ থকহৌইকাদি হায়বা য়াদেকো।"

"হায়রোই, হায়রোই। য়ারে, খুরা চংলুখিগে, অমুক উম্নবা হায়বত্নি।"

"ভাইখোনে কৈনো, চা কপ অমমমতং থকমিন্নখিনি, ঐনা লৈগদৌবনি। মায মিং অমুক্কুং তাথোকলুখিগে। অহন্দি তাররিনিনে।"

"অসাইনা লোইরবনি, অমুক হিপ্পগী রানি। চাদি ঐদি কয়াবু হৈনদে।"

"তৌমুকো অহন নং, হৌজিকপু চা থক্কবা মী লৈত্রা ? ঐনা পৈশা পুথোকদৌবনি।"

কুমথত্না চেনখি কণ্ডক্টর অরাং পাংনা। চেনখ্রিভৈ সনাহল মফি মরোল শেমজিন শাক্লিল্লি। কণ্ডক্টর চিডৈ হল্লকলগা সনাহনবু হৌত্না অনকপা হোটেল অমদা চা-তম্নচিংবা চামিন থকমিন্নরে। চাবা থকপা লোইরবদা কণ্ডক্টরনা হায়রকই,

"ফরে খুরা ঐখোয়গী ড্রাইভর খোকলকলে, ঐবু খিরকঅনি। ঐ গাড়ীদা চৎখ্রগে মহাকম্বু চৎলো। হল্লকপদা তান চারবদি ভাইরম্মু। ঐনা খোন হেক হেক কল্লা ভাংখিবত্ত্ব শাওম্মুকো খুরা।"

সনাহলগী পাউথুম অমুক ভাইরমদনা চেনখ্রে। সনাহল অভাংহুবু ভাইহাক লেপ্পুনা য়েংলমলগা নোংপোক পাংনা কুমথ-খ্রিবা সিমেত্রী তাবা লম্বী অদোমদা লাকলে; হাইথভম লম্বীদা লেপ্পুনা তুং-মাং কোইয়েং য়েংলমলগা অভম্বা অদোমদা চিঠৈ কুমথখ্রে। হেক কুমথখিবদগীদি চেন্না চেন্না অহুম চৎখ্রে। মিকুপ খরগী মতুং বস থাভমদা লাংনহৌবত্ত্ব তাখিখ্রে।

নিংথম মমৈগা ওইরকপনে, চীংগী লোকচপকা ওইবনে, উ-রানগা কুংনা হৌবনে, অমুক্কী মালংনা লীরি হুম্বনে, মফম অহু ইংবনা পন্দোন লোমলমলে। মীশৌ কল্লবা মীরক্তগী ফনা য়ামনা তামলকলে, চীংগী হারিগী য়াকলবা খোঞ্জেল মরক্তা শকখভখ্রিবা পিক্ল পিক্লবা উচেক রায়াশিংনা খোংলকপা নত্তনা অতোপ্পামা তাবা ফংখিদ্রে। পুমনমক অসিনা সনাহলগী খোভচত্তা মতেং পাং-বীরি, মপুকনীংদা হৈনীংবা পোকহল্লে।

চেন্না চেন্না লাকপনা অহৈংবা মুংশিৎ লাংহুনসু মশা পুম্বা হুম্মাংনা লৈরীক্লরকই, শর ফুইরকই। মাংদা অস্তুম অস্তুম চভশিল্লগা মুংশা থীবমস্তু পোবলকই, অহুমকপু বস তোংলকঊেদা থেভনখিবা অহুমক্তি নস্তে। নোংমদোন তন্না য়েংথৎখিবদা মনা পুংলবা উজাওশিংগী মশা মরেং নত্তনা করিমত্তা উবা ফংদে, অহুবু মরক মরক্তা শংবানবা মালংপান উরকপস্তু ময়াওই। ফনা য়ামনা শাংনা লাকলে নীংই অহুবু খুন তাবা মফম লাপলিবমাল্লে হুই-য়েন খোংবা ফাওবা তাদে, চীংগী হারিগী য়াক্লবা খোঞ্জেন নত্তনা।

চাদ থক্ত অস্তুম অস্তুম লাকপনা মুমিৎ চাইথরকলবদা হুই খোংবগী তাল্লবা খোঞ্জেন অমা তারকই। চৎলম্বদগী থংলেপ লেপই

খোঞ্জেন্দু কদোম্নদগীনো মুম্না ত্তাই, অরাং পাংব্রোম্নদগী ওইনা তৌই, মায়কৈ অদোম্ন তম্না অমুক চেন্ন চেন্ন লাকই। পংলাপ লাপ্তনা মীগী মীন্নিং তারকই খুল নকশিল্লক্লবমাক্লে। অস্থুম চঙশিল্লক্লগা লৈত্তেম যাম্নবা অহাংবা থেন অমা ফংলে, ফুব্রাউনরবা শ্লুংশাগী মঙাম্না য়াম্নক উরক ফাওজিল্লকই; পংলাপ লাপ্তনা অঙাংশিং চেন চোংহুনা শাম্নবা উরকলে। লমহাংহু হেক ফাওজিল্লকপদা পাখং অমা মাঙোম্লোম তমনা চঙলকই। হেক উম্নবদা হংই—

"কম্নি থুম্নো মাংগী সিবো?"

পাখংহু পাউখুম পীবগী মহুত্তা সনাহন্দা মুম্না য়েংই, মানা শেং চারিবা ফিজোন্দুদা শম্না ওম্না য়েংই। সনাহল পাখংহুগী পাউখুম ঙাইরি। য়েংবমথৈ য়েংলমলগা পাখংহুনা হায়রকই, "লৈতম মরীংখুন; কনা থিবীরকপনো?"

"খুল মশক খঙনীংহুনা তৌবনি।"

অমুক চখৎলকই সনাহল খুন্দুদগী থৈদোক্তুনা অরাং পাংনা চংথ্রিবা চীং লম্বী অদোমদা, পাখংহুনা মুম্না য়েংহৌই। লম্বীদা লৈহৌবা খুল ফনা লাপনা লৈহৌরে, সনাহল চৎপা লেপতে। অস্থুম অস্থুম চঙশিল্লকপনা মীচিক মীরাউখোল অমুক তাখিদ্রে, লৈচিল নোংফাইনা কুপলবা চীংগী চীংচেপ অমা তমনা কারকলে।

চীংচেপকী লম্বী তুংইম্না লাকলগা অমুক অঙম্বা অমা হেক কুমথরকপদা পীকলবা লোকচপ অমা; লোকচপ অহুদা ঈশিং চেম্নবগী নাম্নিবা খোঞ্জেল তারকই— মায়কৈ মরীমক চীংগী নাপোমশিংনা পুমকোই কোইশিল্লি, মফমসিদা লেপ্লগা সনাহল মায়কৈ মরী কোইয়েং য়েংই, য়াম্লেকপীথ্রবা শম্নি উঙ্গাও অমগী মখোঙদা ফমহুনা পোথাবদা শ্লুংঙাইরগদোবা অচৌবা নুং অমা লৈরিবা অদোমদা চঙশিল্লকুনা নুংহুদা ফমলে। ঙাইহাক পোথাগে হায়বগুমনা উহুদা ঙাথৈ, মশাদা য়াল্লিবা খাউদগী ভবল ক্লতি

অমা পুখোকললগা মচেৎ মচেৎ ফজুনা চারি। মতমত্তু মুমিৎ ফনা য়ামনা লৈথরম্বা য়ারে। লোকচপতুদগী অরাং পাংনা কাখৎ-খ্রিবা চীং লম্বী অতুরাইদা রা ওাংনবগী, রারী শান্নবগী শউম অমা তাখিবগুম তৌই, অমুক তাখিদে, মুংশিৎ মায়রম থোকপদা তাখিবরা খঙদে। সনাহল কিবমক নক্লবম্ম মিপাঙবা অমা পোক-পগুম তৌই। চারম্বা ডবল রুতিত্তু মাগী থাউদা চেনা য়োমশিন্দুনা তনহাপ হাপচিল্লে। ফমনা ফমনা শউম তাখিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংখৎলকই; মাগী মিৎয়েং শানবা ওমদে; শুকলবা উরুম রারুম উশা রাশা ময়ামত্তুনা পুমথন খঞ্জিল্লি।

মিকুপ থরগী মমুংদা উরকলে মুপা অনীথক লোকচপ অদোমদা কুমথরকলিবত্তু। মতা থোকউবদগী মখোয় অত্তম্মক মিৎ চানরে। অনীত্তুম্মু মাবু উবদা চপ লেপই, শংত্রিক য়েংই। সনাহল ফমলম্বদগী নিংকোক নিংকোক হৌগৎলে। কুমথরকলিবা অনীত্তুগী থরা নহা ওইরিবত্তুনা মুম্না য়েংলগা হংলকই,

"য়াম্বা কদায় য়ৌবা?"

"চরারানফম তুরেল য়ৌগদৌবনি। কয়া য়ামনা রাৎলিবগে?"

মখোয় অনীত্তু অমগা অমগা য়েংনৈ।

"ঐখোয় খঙদে। কনা থিবা?"

"চরারানফম তুরেল খঙদে হায়বা।"

"খঙদে। থিরিবা মী তাকউ খঙব্রা য়েংসি।"

সনাহল লকক তৌই তাপ হেক থুমলক্কে। খঞ্জানবগুম তৌই। অনীত্তুম্মু তশশিল্লক্কে পাউথুমত্তু ওাইবগুম তুমিন অত্তুম লৈ। য়ামনা খঞ্জাননা হায়রকই সনাহল—

"য়াম্বা অমা থিরকপনি।"

"মিংত্তু হায়ম্মু।"

য়ামনা খঞ্জাননা থুমলকই,

"ইপাচা থৌদারোই।"

মথোয় অনীতু অমগা অমগা য়েংনৈ। অমনা হায়রকই,

"ঐখোয় খঙদে।"

অতোপ্পা অমত্তুনা হায়,

"মথংগী খুন য়ামনা লাপথ্রে। মুমিৎ তাথ্রবদি লম্বী চৎপদা খুদোং চারোই।"

মা মথা তারমদনা অনীতু পরপ পরপ চৎখি, খা পাংবরোমদা কাখৎখ্রিবা লম্বী অদোমদা। সনাহল য়ামনা নীংঙমদনা য়েংহৌই— অনীতুদা, করিগুম্বা অমা হায়নীংব্রা খঙদে অদুবু খল্লিঙৈ অনীতু চৌংগী নাপোম লাম্থোকথ্রে, মশক উখিদ্রে! সনাহল লেপলমবদগী অরাং পাংবরোমদা লৈখ্রিবা লম্বী অদোমদা পরপ পরপ হেক কাখৎলকলগা য়েংওইননা লৈথোকখ্রিবা লম্বী অদোমদা অমুক লাকলে।

মথোয় অনীতুনা হায়রম্বগুমনা মুমিৎ চাইখিবগা লোইন লোইননা উকম রারুম পুমনমক অস্থুম অস্থুম শন্দোরকলে, পুমম মমশিল্লকলে। খোঙ থাংফম খঙলক্তে। তাঙ্গা অসিমক্তদা সনাহল মকোক্তা অকনবা চৈফু অমা ফাওবকপদা খোঞ্জেল থোকনা লাউখি। মহাক লৈমায়মক্তা হাইথ্রে।

মঙাশুবা

ইন্সপেক্টর তোমচৌনা ইম্ফাল কাগ্রবা মতুং মরী মঙানি কোনবদা আমিরগা কোম্লনা ফাখিবা জিপ গাড়ী জিরিবামগী লম্বী-রোমদা কিলোমিটর নিফুরোম চঙশিল্লগা লোক অমদা ওম্ঙ্খুনা লৈরমলে হায়বা পাউ অমা য়ামনা লোম্না মেহেরাল্লীদা খঙহল্লকই ; অশোক অপন, অশি অনা, কনামত্তা য়াওরমদে, মুপগী জিপ অতুতা। থিবা হুম্বগী থবক কল্লা চথরি অসিমগা তাকপীরকই। মহাক্না হকথেংননা মরী মথোঙ কুপনা হংজনীংবা ড্রাইভর অচৌবম্ পুলিসনা ফাজিন্দুনা, কনা কনাম্ উল্লহন্দনা থমখিবদগী মেহেরাল্লী মথুং মশা তেকপগা চপ মাল্লরে। মাগী হায়বম্ টেলি-ফোন রিসিভর মনাক্তা ফমহুনা ফোন লাকপা ওাইবা নত্রগা মচাল্লুপী অমিনাগা রাতান হৈদাল্লবা, অনা লোইরবী নুরগী মনাক্তা হেক হেক চঙহুনা মাবু অহুপ থেমজিনবা, অসি মঙাইরে।

অম্মুমনা ফোনগী রিসিভর মনাক্তা ফমলিঙে অমিনাগী মমাল্লবী শংবানবী কা অদোমদা চঙলকপা উই ; হয়াউ হয়াউ কৌশিনবী,

"ইবেম্মা চঙলকউ-লাউ। নংগী অম্মীনা নংবু কৌরুদে হায়তুনা রা থোক্লবনি। নমাদো য়েংবা য়াম্রবনি নৌপ্রাতুগী রাথন্দা। নপাগী পাউ তাবরা হংগনি হায়বনি। আমিরগী রা হংলক্কনি। ফনবা খুম্মু নংনা থোকপা। ইপাস্মু ঙাওরে নৌপ্রাগী থনগত্রা মাগী থনগত্রা। নতাস্মু লৈরমগনি।"

"ইবুংঙোগী পাউদি মতাম্রেকো?"

"তারবদবু অস্সুমনা রাগত্রা? করিমত্তা তাদবনিনে। নপাগী পাউস্মু তাদেকো?"

"ইম্ফাল্লোমদগী কদোমদনো অমুক চৎখ্রে হায়। কদোমদ-দনো হায়বত্তুস্মু তাকলক্কে।"

"ফরে কমদি তৌনি। ঈশ্বর লৈরিদনা ইচাসিদি।"

শংবানবী অত্তুম চঙখ্রে। মেহেরাল্লী মুংশামপী হোন্দুনা ফমলিবা সোফাত্তুদা ঙাথরকই। মতাংসিমক্তদা মপান্দগী হংলক-পমা তাই,

"কনা কনা লৈবগে, চিঠি অমা লাকই।"

মেহেরাল্লী মপাল্লোমদা থোকলকলে, অমিনাস্মু তাবমাল্লে চেম্থোকলকই ইমুংদগী। মপান্দা লেপ্লম্বা ডাক-পিয়ন্না অশাংবা চিঠিখাউ অমা লানশিল্লকই মেহেরাল্লীদা,

"সাহেবকী নত্রা অসিবো?"

"মানি।"

চিঠিস্মু লৌশিল্লগা কা মম্মুংলোমদা লৈশিল্লকই, চৎনা চৎনা চিঠি খাউত্তু শেগাইরগা মম্মুংদা য়াওরিবা চিঠিত্তু নংহোরোইদোঙম তনপা পাই। অমিনাস্মু পাউত্তু য়ামনা তানীংনা য়েংই মপাদা। মেহেরাল্লী চিঠিত্তু পানা পানা ফমথরকই সোফাদা।

মপাগী মতোত্তুদা ইকিং ফিনা হংলকই,

"করি তৌরে অম্মা? কনাগী চিঠিনো?"

নীকলবা মখুত্না লাম্থোরকই চিঠিছ মচাম্নুপীদা। অমিনা চিঠিছ লৌরগা পাই,

"*Dear S. P. Sahib,*

Please Stop hounding us at the expense of the lovely child so dear to his parents. The more you chase us the worse will be his fate. Instead do release Jacob alias Jackal alias Luwangba. Repeat release Jacob alias Jackel alias Luwangba The sooner the better !

*Yours Sincerely*,
A well wisher"

Copy to Janab Meheralli, Senior Govt. Advocate.

অমিনা হন্না হন্না পাই চিঠিছ। মশা পুম্বা হুম্মাংনা পুমলুপ লুপ্পগুম তৌই, পার পারগা ময়েকশিংছ উরক্কে ; মমিৎ অনীমক্তগী শিন্থরকপা পিরাংনা চিঠিগী লাথক্তা তারকই। মায়কৈ শলাই থওলক্তে, চিঠিছ মখুৎনা চেক্তেৎ পায়রগা কপনা কপনা সোফাথক্তা মপাগী নাক্তা ভাথরকই।

মৌপ্নাবু কৌহুনা কপই,

"ইচেমগী ইবুংঙো আমির। নংবু কদায়দা লৈরিগবা।"

মেহেরাল্লী অঙাওবগুম য়েংলকই মচাম্নুপীদা। অমিনানা মমিত্তা মপি শিন্থ শিন্থনা হায়রকই মপাদা,

"অপ্পা আমিরছ করিম্নু থোইদোকপা তৌদবমাল্লে, নত্রা ?"

হংলম্নগা খংলেক লেকথখি, তুমিন লৈখি। মখুক্তা পায়রম্বা চিঠিছ লৈমায়থক্তা তারকই। মেহেরাল্লী মচাম্নুপীবু চিংথৈ কোনখৎপি, কৌই "অমিনা ! অমিনা !"

থুমলক্তে, অহোইননা লেকথরকই মপাগী মতম্পাক্তা।

"অমিনা! ইপাগী অমিনা। —হাই ইবেম্মা অশাংবী, তাবরা নংবু।"

শংবানবী ইমুংদগী চেম্মোরকই।

অমিনাগী মঙোঙ্ হেক উবদা পাখংপমগা লোইননা কোন-খংলি ; কৌই ইফিং ফিংনা,

"অমিনা, অমিনা!"

মশাঙ্ নীকপোই তৌনা ফুক হৌগংলক্লনা অমিনাবু হিপ-থহল্লি সোফাদা, অতুগা লৱাইদা মচিন্না উমছনা কামথররকই, মাগী অপ্পাদা—

"অপ্পা ঈশিং, ঈশিং পুবীরকউ!"

মেহেরাল্লী অঙাওবদোনা হৌগংলকই অতুবু মখোঙ থাংবা থোকলক্লে। শংবানবী ফুক হৌগংলক্লনা ইমুংলোমদা চেন-শিনখি ; ঈশিং গিলাস অমা পুত্থনা অমুক তনচেন চেম্মোকলকই ; অমিনাগী লৱাইদা হাপই ঈশিংছু, মৱাইবক্তা খিকই।

"অপ্পাসু ফমথবীবু, করিস্নু তৌরোই।"

হায়রমলগা শংবানবীনা মতাগী খোইদোদা মখুৎ লোন-শিল্লক্লনা তপনা নমথৈ। মিকুপ অমা অনী নৈরগা অমিনা নাহেরকই, খর ফুইরকই। মপানা কৌই,

"অমিনা!"

ৱামনা ৱানা মমিৎ পাংথোকলক্লগা মপাদা য়েংই। মতানা হায়,

"মিৎ উইশিল্লু, অতুগা পোত্থাউ। ঐ নৈ, অপ্পাসু নৈ। অপ্পা অমুক্তা ফমথবীবু।"

অমিনা মমিৎ উইশিল্লি, মেহেরাল্লীসু নৈমাবদা তারিবা, অকিবগী মশক ফংলবা চিঠিহু উবদা তাপ খুজংলে। ইনৌ নৌনা অমুক পাই। অমিনা ৱা ঙাংদেদি হায়ববু মমিৎ

অনীমক্তগী অতৈ অথম নৈতনা শিন্থরকপা পিরাংনা মমায় মায়-খোংহ্ গুমথুম থুমহৎলি। শংবানবী মতাগী মতৌহ্নদা খাঙবা য়ারকই অহুবু করি তৌদশানা থেমজিল্লকই,

"করি তৌরবগে নংবো! করি তৌবগী কপলিবনো অয়েম্বদা পাঙ্গল শোম্বনবা!"

মাগী অপ্পাদা অমুক,

"অপ্পাস্থ অমুক্তা য়াওবীয়, অসিদা অস্থমনা হিপ্পসি মুংঙাইতে। ইমুংদা মাগী কাদা পোত্থাহনসি। —অমি ঐঙোন্দা কোল্লকউ মমুংদা চঙসি। ঙমগত্রা?"

শংবানবীনা মতাবু কোনথৎপীরে, মপানা ঙাক্তনা হৌগৎ-লকলে, মমা নুর বেগমনা তাখিগনি হায়বগী মনা মনিন অমত্তা নাইদনা মথোয় অহুম্মক কাগী মমুংদা চঙলকলে।

লাংলিতৈ চৈরকসিদা সুম্মাংলোমদা গাড়ী থৌজিল্লকপমা তাহ্ননা মেহেরাল্লী তফিং তফিং থোকলকপদা এস পি সাহেব জিপ গাড়ীদগী হেক কুমথরকই। মেহেরাল্লীনা তরামনা ওকই, "গুড মোর্নীং এস পি সাহেব, লেঙশিনবীরকউ।"

"গুড মোর্নীং স্যার— পায়বীরিবা চেহ্নবু চিঠিরা?"

"মানি সাহেব।"

"ঙসি ফংবীত্রা, ইবুংঙোগী পাউ?"

"মানি সাহেব, করম থঙবীবা?"

"মপুংদি ঐঙোন্দা থারকপনি; সাহেবকীদি চুমগী কোপী ওইরিনি। মুংশা থীরম্লগনি। করিস্থ য়াবীগম্থ। ইবুংঙোহ্ অশোয় অঙাম য়াওদনা লৈরি হায়বা অসিদনি ঐনা মুংঙাই-জরিবা। লিভ দ রেষ্ট টু মি।"

"সাহেবহোৎনা ওখোকনা য়াবীরে। ঐগী লাইবক থীবদগীনি। ঐগী ইচাদো! ঐ করি হায়গদবনো থঙত্রে।"

"থৌজালহৈবা ঈশ্বরনা শোয়দনা ঙাকপীগনি। ভগৎবীয়ু সাহেব। অতুগা ইবেম্মা অমিনাবু?"

"করি তাকপীগদবা?"

"সাহেবকী রা ঐখোয় তাজগ্রে। ইবেম্মগীসু থরা মথৈদি তাগ্রে। রাকম অম-নীদংগা হংনীংবা লৈ। ইবেম্মবু লৈবা নত্রা?"

"লৈ সাহেব অতুবু মহাক চিঠিসিগী মরোল তাবদা ইপা পাখংখিবদগী পোথাহল্লি সাহেব।"

"ও, অতুদি কোন্না উন্নবনা করনি। অয়াম্বা রাবুদি নত্তে।"

"ঐ মাগী মওংতু অমুক্তং য়েংজরুগে।"

অমিনাদি এস পি লাকই তাবদগী কাগী থোঙজিন ময়াদা শংবানবীগা পাউ তারম্বা মাল্লে, থোঙগী ফিজওতু মখুৎনা হাই-দোকলকই, "অপ্পা, ঐ সিদা লৈ।"

"ও, নহাক নশা থরা মুংঙাইরব্রা? এস পি সাহেবনা—"

মশামক কাতুদা চঙলকলে, "ঐ তারে অপ্পা। অঙ্কল, সলাম তৌজরি। করি তাকপীগদৌবনো?"

"গুড মোর্নীং ইবেম্মা, ফম্মোলাউ। নশা মুংঙাইত্রবদি পোথাবনা কৈ। কোন্না ঙাংনরবসু য়াবা রানি।"

"অঙ্কল ঐ করিসু তৌদে। কোক হায়ফেৎ ঙাওবতনি। ইবুংঙোগী কান্নদোবা ওইরদি হেক্তা তাকপীয়ু। মাগীনি ঐনা তৌরিবসি।"

"ইবেম্মাসিনা কনানো?"

"ঐগী চান্নবা তিন্নজবা ইমান্নবীনি— ইতানি।" মেহেয়াম্বীনা পাংশিল্লকই, "মাগা লুনা তিন্নজবী হায়ববু ইচাম্বীসিদনি। ঐখোয়গী ইনসপেক্টর তোমচৌগী মচাম্বীনি সাহেব।"

"ও! তোমচৌ সাহেবকী। সাহেবতি, হন্নকলমখিরোইনে ইবেম্মা?"

"লাক্তি, হোই।"

খুমলকই শংবানবী।

"ফরে, ইবেম্মা অমিনা নশা মুংঙাইজবদি পোত্থারো, নংগী নতাস্থু লৈরে। হয়েং—"

অমিনা শংবানবীদা হায়কেৎ য়েংলম্নগা হায়রকই,

"অঙ্কল য়ানি, ঐগী হকচাং করিস্থু তৌদ্রে। ঐগা অঙ্কলগতা ঙাংনগদৌবা কা ওইরমগনি নীংই। ঐগী লাইরিক পাকম কা অসোমদা লেঙশিনসি। —সোমদা।"

মেহেরান্নীনা হায়, "অসিদনা হেন্না মুংঙাইগনি। ঐখোয় নমাগী নাক্তা লৈরুগে। নমাহু অসাইদগী য়েংবীত্রবনি। নতাগা ঐগা ঐখোয় ন্নারী শান্নরুগে। লাকও ইবেম্মা।"

শংবানবী পুহুনা মেহেরান্নী মন্নুংগী কারোমদা চঙখ্রে। মখোয়নীদা ঙাইরবদা এস পিনা হায়রকই,

"ইবেম্মা অমিনা, অঙ্কলনা ঙকপা অমা লৈ। নহাক্কা কলকাতাদগী লোইনরকই হায়রিবা নোংয়াই হায়রিবা মুপাসি সহর অসিদা অহুগা অকোয়বা খুঙ্গংশিং অসিদা মাগী শকওং শক্তাসি মানবা, মমিংসিগা চান্নবা, মাগী প্রোফেসনসিগী মীওই অমা লৈ নত্রগা লৈরমই হায়বসিগী করিগুম্বা লংলা লংজিন অমত্তা ফংদে। ইনসরজেন্টশিংগী রেকোর্ডতস্থু য়াওদে, মহাক লমদমসিগী মী নত্রমাল্লে নীংই। নহাক ইপাবু করিস্থু হঙ্গোইগনু নহাক্কা কলকাতাদা উন্নবদা কমদৌনা উন্নরকই, মান্না করি হায়রকপদগী খঙনরকপনো মহু চুমনা অমুক্তা হায়নু।"

"অঙ্কল ঐনা আলিগড়দগী কলকাতা ফাওবা লাকপদা ঐগা তম্মিন্নবী কলকাতাদা লৈবী ইমান্নবী অমগা লাকমিন্নবনি। ঐখোয়

অনী কলকাত্তাদা, অমুক পুং তরেৎ নিপাল তাবা থুংই। অঙ্গ্রাইদা মাস্তু চেনবা য়াওবীরমই ; মাগা ঐগা ষ্টেসনদগী সিটি এয়ারলাইনস ওফিস ফাওবা চৎমিন্নে অহুবু ইম্ফালগী টিকেত্তি, মণিপুরদা স্পোর্টস-কী কেম্পিতেল অমা তৌবগা থুমিং মরী মঙানি ফাওবা কংলরোই তাকপীরকলে। মণিপুর ভবনদা চঙলগা ভাইরসিরা হায়দুনা মখোয়দা কোন তৌবদস্তু মখোয়গীস্তু পেক্ত তৌরমলে। পৈশাস্তু ইয়াম য়ামনা য়াওব্রে। ঐখোয় অনী তান্নবদা মণিপুরদা খোকদৌবা মতা চাবা মৈতৈ মচা খোঙবু খেঙনরবদি ত্রেনদা হেক্তা চৎপনা ফরে হায়দুনা ঐখোয় ষ্টেসনদা লাকলে। টিকেট কাউন্টর পুং অমগী মতুংদা হাংগনি হায়রকপদগী মাগা ঐগা হোটেল অমদা চাক চাখোকমিন্নরে। অমুক হল্লকপদা কাউন্টর হাংলমলে, অসুম হংনবদা টিকেট রিজার্ভ ফংগনি থাজরে, মৈতৈ মচাশিং অমত্তস্তু খেঙনব্রে, অতুমকপু লাকখিবা য়াই মতম লৈরি হায়দুনা ঐখোয় অনী মচি অমদা থৈদোক্তুনা লেপ্তুনা লৈরে। অসুম লেপলিঙৈ ঐখোয়গী তুংদগী মৈতৈরোনদা য়ারী য়াতাই শান্নবমা তারম্মী। ঐনা অহন্দুদা মণিপুরদগীরা, খোকপীগদৌরিব্রা, হংলুবদা মানি হায়বীরকই।"

"অহল হায়বদি ইবেম্মগা লাকমিন্নরিবসিরা ?"

"মানি অক্কন। —মানা মাস্তু চংকদৌবনি, ঐবু কদায় য়োগদৌবনো হংবীরকই। ঐনা চীংখ্রাওপোকপীদগীনি হায়রুবদা মাস্তু অদোমদা চংকদৌবনি হায়রকলে। টিকেট তান্নরিবনি, মখোয়দা ত্রোকর অমনা য়েংবীরুগে হায়রম্মী তমই। ঐনা হৱাউ-মনপ্রহুনা য়ায়বদি ঐগীস্তু অমত্তা ককপীনবা হায়বীবা য়াগত্রা মখোয়দা পীফম খোকপত্থু ঐস্তু পীজগে হায়জরে। মখোয় য়াবী-রমই, হায়রুগে হায়দুনা মখোয়গী মপোৎ মচৈত্থু শিন্নরমলগা চৎব্রে।"

"মাগা চৎমিন্নবহুদি মণিপুরদা থোকমিন্নরকপ্রা ?"

"মাদি নবদ্বীপতগীনি হায়। অহনহুবু থিন্দোকলকপনি হায়। মহাক নবদ্বীপতা চৎলুবমাল্লে।"

এস পি সাহেব খুমমিবশিংহু চে অমদা ইশিল্লি।

"মমিং মথাদি খঙলক্কে্কো ?"

"খঙজরক্কে্।"

"মখোয়না টিকেট ককতীরকলে নত্রা ? পৈশাদি কয়াম লৌখি ?"

"মুপ্নগী লুপা কুন্থ্রাখক্তনি। ব্রোকরহুস্নু পুরকই। শেনহুস্নু মহাক পীগে ঐবু মচাম্নুপীগুম্বনি হায়বী। অহুবু ঐনা যারমদে। মানা হরাউ হরাউ তৌবীবা মহুদা ঐগী মরুপতুনস্নু চৎমিন্নখ্রো হায়বী।"

"নবদ্বীপতগীনি হায়বহুদি করিগুম্বা হৌজিক উরবদি খঙগদ্রা ?"

"ঐ মঙোন্দা পুকনীং কয়া চঙখিদে অক্কল। খঙগনি থাজদে।"

"ফরে। ত্রেনদা লাকমিন্নবদদি মাগী শাজক্তি কমদৌই। চাকচা যুথক্তি কমদৌই, শা-ঙা চাব্রা, তন হৈনব্রা, চাক হৈনব্রা ?"

"শা-ঙা চাদে। অয়াম্বা মতমদা তন চাই, চাক্তগীদি তম্না হেন্না হৈনবগুম তৌই।"

এস পি হায়ক্কেৎ য়েংখৎলকই।

"লোন্দি করি হৈনৈ ?"

"হিন্দী ফজনা ঙাংই, বাংলাস্নু খঙবগুম তৌই। ঐগী মরুপতুগা বাংলাদা ঙাংনৈ।"

"ইংরাজীদি খঙব্রা ?"

"মহুমদি ঐ ভাব তাদ্রে।"

"চাবা থংকপগী খরচ মরম্নাই অতুম তৌজবা, নঙোন্দগী—"

"মরম্নাই চাজে, ঐগী ফাওবা মানা মরক মরক্তা পী, ঐনা হুজিনগে য়াদে। ঐবু য়ামনা লুনা তৌবী। মীমুংশি থঙই, ফুরিৎখাউ চপ্পা মী ফারবাফাও মহাকনা অচম্নত্তু ফুবীদনবা হায়নবী। ঐগী সনাগী লীক— চেন তাহৌবা, মহাকনা খুল্লগা কনাগী চেম্নো অমা তারমলে পুলিসতা পীগদ্রা হায়না ঐঙোন্দা উৎখি, ঐদি থঙঙ্গ্রবনি, ঐগীনি হায়বদা মহাক হরাউখি।"

"মানা থৎপকাদি নঙ্ভেদো ?"

"কদায়দগীনোদা ?"

"মাগী ইমুং মনুংগী রারী রাতাইদি শানখিব্রা ?"

"মচামুপী অমত্তং লৈ হায় অতৈদি অমত্তা হায়খিদে। ঐনসু হংলমদে। মহাক অযাম্বা মতমদা লাইরিক মচা অমা পাতুনা মতম লেল্লমই। ত্রেন্দা চৎলিঙৈদসু নোংমা কাংদনা ঈক মায়থজৈ, ঈরুদ্রবদি মহাক হৈনদে হায়। মুমিদাংদা মানা ঐবু তুমহল্লগা মানা পোৎচৈ মথামতু শংই। ঐগী চান থরুবা মানা লাংবী। অঙ্কল, ঐদি মাবু করিমত্তা চিংনদে। মাগী ঐনা অঙকপা হায়ববু করি করিগুম্বদা মশা মতোমতাফাও হেক হেক কাওথোকখিবগুম তুমিন লৈ। মীনা ভাং শকপা থওইনা তাদবা হেক হেক য়াওই।"

"মাগী মুপী লৈ লৈতে করিমত্তা হায়খিব্রা ?"

"মতুগী রা পম্নখিদে।"

"য়ারে। পোখারুরো। অপ্পাতু অমুক্তা উম্নখিগে। অমুক্তা থোকপীরকউ হায়রু।"

অমিনা কাতুদগী থোকখ্রে। পংকুই কুইবনা মেহেরাম্নী থোকলকলে।

"ইবেম্মগা রারী শাম্নজরে। মুপাতুগী মরমদা খরা হংনবনি, ঐখোয়গী ইনকারীদা মুংঙাইনবা। —সাহেবতা রা অমগা হায়-

জগে তৌবনি। ঐনা হায়জরিবসি, কোর ইত্তর সেফটি, সাহেবকী-সিদা ঐখোয় ভসিদগী সন্ত্রী থমগে থৌরাংজরি। আই জি সাহেব-নসু মসি তঙাইফদে তাকনীরকলবনি। তৌরিবা ক্রাইম মতাসি মহৌশা থোকখিবশিং অতুগা মান্নদে। মসিদা রিস্ক অমত্তা লৌবা ঐখোয় পামদে। হু নোজ— গুপ্তাশিং অসিনা মথা করি তৌরক-কদগে হায়বা। সাহেবকী বাঙ্গলোসি য়ামনা চিকই, আইসো-লেটেড ওই। সাহেবকী পোকফম শাৎফমসু নত্তে, ইমা ইচা কনাসু লৈতে।

"মখোয়গী মোটিভসি পৈশাগীমা নত্রে। গাড়ী পামলম্বসু য়াই হায়ববু মতুমা মখোয় লোৎপা ঙমত্রে, ডাকোটি গুণ্ডা অমগা ইবুংঙোসিগা ওন্নগে সিনি। গুণ্ডা অমগা ইবুংঙোগা ওন্নবা পংলু লুবা নত্তেদি হায়ববু এডমিনিষ্ট্রেসনগী পোলিসিগী বানি। মখোয়গী ডিসিজনদা লৈরে। অমরোমদা লক্কবসু মাল্লি। অতুমকপু রিস্ক লৌবাদ পামদে।"

"ঐগী লাইফ এটেম্প তৌরক্কনি হায়বগী বাবা সাহেব?"

"এনিথিং মে হেপন— অতুগীতা নত্তে, সাহেবকী ফেমিলী লৈ, মপুং মচা ফাববী ইবেম্মা অমসু লৈরি। ফত্তবা মীগী মকোক্তা অকবা থক থনবা ঙমদে। মসিগী মথক্তা ঐখোয়গী ইনভেসটিগেসনসু থুৎনোইবা হেনগনি। মসিদা সাহেবনা কো-ওপরেসেন পীবীগনি নীংই।"

"ঐগী ইচা ফাথগা ঐবু ঙাকশেনগনি হায়বসি য়ামনা ইকাইবা বানি। ঐনা কোওপরেসন পীবগী বাদি করি হায়গনি, ঐহাক আমিরগীদমক শিবা তারবফাওবদা ঐ করিসু চিংনদে।"

"সাহেবনা থন্নায়গীদমক কিরমগনি হায়বগী বা নত্তে। ঐসু মপা অমনি। ভাব অমরোমদা পুবীগ্রে। মখোয়গী মতাসিনা ওন্নবা তান্নরকপদা করি তৌরক্কদগে হায়বগী বানি।"

"ঐ করিমত্তা হায়রজদে, সুম ফগনি হায়রমত্না তৌবীয়ু। ইচাবু কনবা অসিত্তনি ঐগী পামজবা।"

"থ্যাঙ্ক-য়ু।"

"অতুগা সাহেব ঐগী ইচাবু ফারিবা কাংবুসিগী চাওরাকপা অমদি থওবীরম্লগনি, মখোয়না অঙাংসিবু হোষ্টেজ ওইনা থম্লগা থাদোকউ হায়রিবসি কবম্বা মীত্তানো?"

"পিওর ডেকোইটনি। লৈবাক প্রজাগীদমক সেক্রিফাইস তৌরিবা কাংবুনি হায়বগী মিংদা লূট তৌবা কাংবুনি। মখুত্তা মরান লৈত্রবা মীওই কয়াগী মপুনসি লোমগ্রবনি। মথক্তা কেশ য়াম্না লৈরবা কনভিক্ত অমনি।"

"অতুদি কাংবুসি য়ামনা—"

"মশানা তাবনি সাহেব; মখোয়ননি ইরকলিবসি মমিং থাদবগী রানি। রা অমনা সাহেবনদি রারোবীরম্বসু য়াই, ড্রাইভর অসিদি মতম থরা লৈখিসম্নু। মাগী মশাগী সেফটিগীসু কান্নগনি, মরমদি মহাক য়ামনা মরু ওইবা মীশক অমা ওইরি। ইবুংঙোবু ফাখি বশিংহু উরবদি মহাক মশক তাকপা ঙমগনি হায়রি। মঙোন্দসু অকনবা রানীং পীরমলি। মখোয়না চিংনবা থবসু লৈরি। ঐখোয়না ঙাংনরিবা রাফমশিং পংহাই হায়দোকপীগম্নু, অঙাংশিংদা কাওবা তেংনা হায়বা ফত্তে। অফ-ফত্ত হায়বসি থন্দোকপা য়ামনা লুই, ঐখোয়না থাজৈ হায়বা মীশক্ত হৌজিক মাঙখ্রি-বসিনি। মহাকনা অশেংবা ওইরবদি হংলবা য়াববনি।"

মেহেরাল্লী মকোক পায়থুনা মরু লুকথত্রে। হায়রিবথু অচুম্বা রানি থাজরকই,

"সাহেব নচাহু ফংদি ফংগনিকো।"

"করি রানো সাহেব অতুগীনি ঐখোয়না তুমদা চাদনা চেপ্ত-রিবসি। সাহেবকী ইচানি হায়বগী রানি। মখোয়না

শীংনরিবদি ঐখোয়বুনি। য়ামনা ইকাইবা রানি। ঐগী লাই-বকস্তু ইবুংঙোগী কেশ অসিনা ডিসাইদ তৌগদৌরিবনি। পুন্সিদা অসিগুম্বা মায়থীবমা ঐহাক থেঙনখিদ্রি। মক্তসিদা ঐবু থমলগা ইরাংসি কনট্রোল তৌবা থরা মখৈ ঙমগনি হায়না পুবীরকপনি। ঐহাক আই পি এস ওইনা চঙজররকপা নত্তে, ঐহাক করিস্তু খঙজদে ঐ য়াজৈ, অদুবু ঐগী কমনসেনস-না য়াদবা থবক অমত্তা ঐহাক তৌখিদ্রি, ঐগী ড্যুতি তৌবদা থরায় থাগনি হায়বগী অকিবা লৈতনা হোৎনজরকপনি। ঙসি ফংবীখিবা অদুগুম্বা চিঠি কয়া লেপ্তুনা ফংগ্রবনি। ঐগী ইথৌ পাওথোকপা ঙমত্রবদি ঐহাক চৌকী কোন্দুনা লৈরোই। ঐনা রাশকচরি ইবুংঙোবু সাহেবকী, বেগম সাহেবাগী, মচেনগী খুত্তা শোয়দনা শিন্নগনি। ঙমদ্রগনা—"

ফোন খিংলকপা তাবদা রা মখা তারক্তে। মেহেরাল্লীনা লৌখৎলি,

"য়েস প্লিজ, মেহেরাল্লী ইজ হিয়ার। —লৈ পায়বীযু, ঐ পীজগে।"

—"সাহেবকী ফোন্নি পায়বীযু।"

এস পি না লৌই,

"য়েস এস পি স্পিকিং। কমদৌবা? —মশম শাংই হাযবা? বেরেজ মনাক্তগী। —য়েস থনস্মু—ও কে।"

রিসিভরদু থমলে; হায়রকই,

"সাহেব ঐস্তু হঞ্জরগে, মখা করি তৌবা যাবা অমুক্তা হোৎনজরুগে।"

"ফনি সাহেব, পংরা রাবীরে। —অদুগা হৌজিক্কীদুবু?"

"অয়াবা মখৈ খোমগৎলিবনি। ইরাই লাইনা থেঙনবস্তু য়াই,— সলাম তৌজরি। ঐ য়ৌজরে।"

মখুৎ অনী লোম্নরগা হৌগৎলকই মেহেরাল্লী। এস পি

মাগী জিপত্তা ফন চোংখৎখি ; খুদক্কা খোঁদোকখ্রে ।

মহাক কনানো, মাগী থৌরাং করিনো খল্লরিবা, মশামকন্থু অরা মৈশাসি লাংলবা, মুপাত্থুদি লাপ্লবা নোংপোক্কী শুরু মন্নবা চীঙ্গোন লোকচপ অমদা মমিং অনীমক চেংনা পুন ফিজেং অমত্তুং থারগা হিপলি। মগাক অসাইমখৈ তুমলম্বদগী মিকপ থোকলকপদা মঙাইরি। মিকপ হেক থোকলকপদা হিপলম্বদগী ফুক হৌগৎলি, মমিত্তা পুল্লিবা ফিজেত্তু থোক্কে হায়বগুম মথুৎ লামলকই,— অত্থুবু ফিজেংকী মচিত্থু পায়রমলগা য়ামনা নীংবা কাযনা মথুত্তু অমুক শক্তোকচৈ। খর শাংনা হোল্লগা মথন্তা শোল্লকই,

"আমির নংবু কদায়দা লৈরমগবা, করিম্নুংগী নংগা থেঙ-নরুবা !"

মরু লুকথত্থুনা তুমিন অমুক লৈখ্রে। বেঙ্গেজ পুল্লিবা মাগী লুখমদা মথুংনা মারকই। অম্মুম তৌরিঙৈ হায়রকপমা ভাই.

"কোক্কা থরা শোকখ্রবা মাল্লে, অত্থুবু য়ামনা শাথীনা শোক-পদি নত্তে। হিদাক লাম্থক মতিক চানা তৌখ্রে হায়। ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা শোয়খিবনি। বাব্নৌবীগম্থু।"

"ও। হান্না অমুক্কা তাখিদ্রিবা খোনফমনি অনৌবা য়ৌবী-রকপা মাল্লি ?"

"মানি ঐ কুইদ্রি য়ৌরকপদা মঙাইরি।"

"ঐগীদমক য়ামনা য়াম্বশিংনা বাবীরে। হায়নখিবা পুম্নমক ঐ ঙম্না ঙাকচগনি। করিমত্তা চিংনবীগম্থু। ঐখোয়না লৈরিবসিবু কদায়দনো ?"

"লাইমত্তোনগী চীঙ্গোল্লি।"

"অম্মুমনা চনংতানা বা ঙাংনবা ফংবসিগীদমক ঐনা থাগচ্চরি। মুমিৎ হুমনি মরীনি চুপ্পা মফমসি তান্না লাকম্নিন্নবদা

অস্থমনা বা-ম্বান ভাংননবগী তাঞ্জা অমত্তা ফংখিদে। ঐগী বাহংগী পাউখুম অমত্তা নিংথিনা পীখিদে। স্থপ্পত্তগী চাবগী থকপগী বা নত্তনা অমত্তা তাকপীখিদে। ঙসিদি মত্থগী অবাবা কোকলগনি নীংই। বা অমনীদং হংজবা ম্বাগত্রা?"

"মত্থগীনি ঐনা লাকচরিবসি, ঐস্থ বাহং অমা অনী হংগে খঞ্জরি। তাকপীম্থ করি খঙবীনীংবা?"

"য়াম মুংঙাইজরে। কয়াম কুইনা ঐবু অস্থমনা থম্বীগদৌরি, চংকদৌবনা কয়াম বাংলি?"

"অহিং অমা অনীগী লম্বী বাংলি অত্থবু চীং লম্বীনিনা তম্বা ভমদে। মফমত্থ য়োত্রি ফাওবদি ফিভম অসিদা বারবস্থ বানা খাঙবীবা তারে।"

"ঐবু মিং মায় পুনত্থনা লান-ফা অনগুম থম্বীরিবসিবু—?"

"বারৌস্থ য়াম্বগীস্থ ঐখোয়গীস্থ অনীমক্কা থাইফনবগীদমকনি। মফম মতম অসিননি। হৌজিক অমুক চংপা খুদোংচারগত্রা, মতম মাঙহনদবনা ফৈ। য়াম্বনা থিবীরকলিবত্থ অমুক থিম্থদনবা হোৎনসি।"

সনাহল পাউথুম পীরকপগী মহুত্তা মাগী নামৈরোমদা মখুৎনা মারকই। মত্থ উবদা মাগা বা ভাংনরিবা মুপাত্থনা অমুক হায়রকই,

"য়াম্বনা পাম্বীরিবত্থ ঐগী খুত্তা লৈরে। ঐখোয়না হংজরিবা অসিদা খুম্বীয়ু।"

সনাহল ভাব তারবামাল্লে, মখুৎনা মারম্বত্থ তোকত্রে, হায়ফেৎ নোক্লকই, হায়রকই,

"ও, য়ামনা মুংঙাইজরে, মাগী সনাক্তবু পুবীগনি হায়রবদি ঐহাক শেম শাজরে।"

মগাক ফমলম্বদগী হৌগৎকে লাকনৈ অত্থবু পাক হেক ভমদে, অমত্থনা হায়রকই।

"পোখাবীখো, হকচাংহু য়ামনা চোকখরে। ঐখোয়না য়াম্বগীদমক চান থক্লবা অক্ষংবা খরা শেম শারি। হাউবা হাউতবা থিবীবা য়াদে, চাক চখোয় অমত্তং চাখিসি।"

"য়ামনা ফুংঙাইজরে। ঐগী মিত্তা পুল্লিবা অসিবু ?"

"মত্থু হৌজিকমক্তি অদুম লৈখিসমু ; য়াম্রৌবীয়োই।"

সনাহল পাক খুমলক্তে। মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন লৈনৈ। ঙাইহাক লৈরগা,

"য়াম্বগী চান-থক্লবা অসিদা লৈরে। খুৎ-শা হায়দোকপীয়ু, ঈশিংশু থমজরবনি।"

সনাহলগী মখুত্তা ঈশিং হাপ্পা মগ পায়হল্লি। সনাহল মখুৎ মশা শেংদোকই। অমুক মমাংদা লৈবিবা চাক হাপ্পা সিলভরগী পুখমথু মখুত্তা পীরকই। সনাহল চাক্তু ওরাউ হরাউ চাই। চারিউৈ চেক মোক লাউনদে, তুমিন লৈনৈ। চাবা লোইরক্লবদা,

"ঐবু পীজ পীথকপীরিবসিগীদমক খুরুমজরি, ঐহাক শেম শাজরে।"

"য়ামনা ফুংঙাইজরে। ঐখোয় মীফুংশি খঙদবা মী নত্তে। ঐখোয় মীনি, হিংবা পাম্বা মীনি। য়াম্বনা মফমসিদা করিগী লাকপনো হায়বা তাকপীবা য়াগত্রা ?"

"ঐনা থিরকলিবা মীশক্তু উন্নরগা ঐগী অশেংবথু তাকচবা য়ারোইদ্রা ?"

"অথুদি ঐখোয়বু থাজদে হায়বা বানিদনা।"

"হোয় থাজদবমক্তি নত্তে, অথুবু—"

"অথুগা করি তৌরবা ?"

"ঐনা থিরকলিবা অথুগী নাক্তা ঐবু পুবীগনি তাকপীখিবদাই। মাগী মনাক য়ৌত্রিউৈদা হায়দোকপা তারব্রা ?"

"উম চিংনভম থোকই ; ঐখোয়সু য়াম্ববু চিংনরোইদোবগী

মরম লৈতে। ঝাম্বনা থিরিবসি অচম্বা মী নত্তে। হোয় মহাক অচম্বা মীদি মীনি অদুবু মহাক থাজবা অমগীদমক মীচেন অমগুম অশোংবা নাহক শীংলক চীং মাম্না মাগী লৈকম ওইরি। সুংশিব-শিংদা মহাক মপা-মমানি, মচা মগুনি, সুংশিদবশিংদা মহাক য়েক্কবনি, মীচেম্নি, হিংচাবনি; ঐখোয়গীনা মহাক অমত্তা ভাইরবা, সুংশিরবা লুচীংবনি, থবায়নি। খুদোংথীবা পুমনমক্কগী মহাকপু ভাক শেনবা ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। মরম অসিনা মহাকপু ফংবীগে হায়রবদি ঐখোয়বু হাম্না থাজহনবা তাই।"

সনাহল পাক খুমলক্তে; ভাইহাক থল্লুরগা হায়রকই,

"ঝামনা ফরে, ঐনা নীংলম্বত্তুমক থোকলে। মপা মমাগী অমত্তা ভাইজরবা অভাং অমা লম্বীদগী জিপ গাড়ীগা কোম্পনা ফাখিবদগী থিবা খণ্ডখিল্লে। ঝামনা নৌরিবা অভাংনি। থোক-খিবা থৌদোকনা চীংথ্রাওপোকপীদনি।"

ৱা হংলম্বা মুপাত্নসু পাক মথা তারক্তে। সনাহলসু তুমিন লৈ। মথা করি অমুক হায়রকপগে ভাইরিবগুম তৌই।

অমুক হংলকই নুপাত্না, "মপাত্ন করি থবক তৌরি, মমিং করি কৌই?"

"সরকারগী উকিল্নি, মমিংনা মেহেরাল্লী।"

"অদোমসু পাওল্লা?"

"ঐহাক মৈতৈনি।"

"অদুদি মপাত্ননা নেল্লকপ্রা?"

"কনামত্তনা নেকপা নত্তে। ইরম্নাই লাকপনি। মরমদি ঐহাক থৌদোক অসিদা মৈচেম্নরবা মীশকনি। ঐবু য়ুম তাম্না থিম্নবা চংপা গাড়ীনি, মুপামচাত্ন ঐগী য়ুম খণ্ডগনি হায়দুনা য়াও-রকপনি। ঐবু থনমলগা হনখিবদা থোকখিবা থৌদোকনি।"

"অদুদি য়াম্বগী মিং নোংম্নাই? অদুবু—"

সনাহল ইঙক ঙকনা মমায় মায়থোং থ্‌াঙলকই। সুপাড়ুনা মথা অমুক,

"য়াম্বদি শমম্সু শাংদে, কোইস্সু চোমদে।"

হায়রুরগা নোকলকই। সনাহল ইঙক ঙকনা হংলকই,

"অদোমদি করম্না থঙবি রুবা?"

"ঐখোয়স্সু মতুগী পাউ ফংই।"

"মফম অসিদবো?"

"মফম পুমনমক্কী পাউ ঐখোয় তাই!"

"অঙাং ফাবা—"

"অঙাং ফাখিবা মীশিংতুগী পাউস্সু ঐখোয় লৌরি।"

"করিগী?"

"মসিগী মরম তাক্লিন্নৈগী মমাংদা য়াম্বা ইশা নোংয়াই হায়বতুনি হায়বতু প্রমাণ পীবা তাই।"

"প্রমাণ হায়ববু ঐ ইশামকনি। ঐনা লংফৈদগী থোকলকপদা ফাখিবা সুপামচাসিগী মচেম অতুগা লম্বীদা থেঙনরমই। আলি-গড়দা মাস্সু লাইরিক তম্বা চৎলুবদগী মযুমদা হল্লকলমই। ঐহাক মৈতৈমচানি মণিপুরদা চৎলিবনি হায়বদা মহাক্না মহাক্না লোইননা চৎমিন্নবা হায়জরমই, মরমদি মহাক সুগীমচানি মথক্তা চৎপনি। ঐগা অসুমনা লাকমিন্নতুনা চীংথ্রাওপোকপীদা সুমিদাং য়ামনা থেঙনা য়োরকলমই। মাগা মপাগনা খামতুনা ঐহাক সুমিদাং মখোয়গীদা চা-থক্ত্রুনা লেকলগা নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা মেহেরাল্লীনা মাগী ড্রাইভর থাতুনা ঐবু জিপ গাড়ীদা সুম য়োনবা থিলহনখি। সুপামচা আমির ঐগীদা চৎকনি হায়তুনা মপাগা ঐগনা খামনা খামনা গাড়ীদা য়াওরমই। লম্বীদা ঐবু থনমলগা হনখিবদা হিংচা য়াইতম্বশিং অতুনা অঙাংতুগা লোইননা গাড়ীতু ফাখি। ড্রাই-ভরবুনা ফুবমথৈ ফুরগা থাদোকলমই। অসিনি প্রমাণ হায়ববু।"

"নোংয়াইদি মশম শাংই, মকোই চোমই অহুগা—"

"অচুম্বনি য়াম্বা ঐহাক শম শাংলমই, কৌই চোমলমই। ঐনা অঙাং অসিবু করমনা থিগদগে হায়না মোল্লাং মরীং খুলগী ইতাও মোবগা তান্নবদা মফম অসিদা চৎনবা মহাকনা তাকপীখি। মতম কুইরবগী মমাংদা মাগীদা নোংমা হুমিদাং অমদা খুৎলাইনা শাথীনা শোকলবা য়াম্বা অমা, মাগীদা লাক্কনা অনা লাইয়েংখি, মানা চৎলমদাই মতমদা ইতাওদা পৈশা পীখি, মানা লৌখিদে। মাগী মতৌহুদা য়াম্বহুনা চে অমা পীরমই অহুগা হায়রমই করিগুম্বা মতমদা অচুম্বা মরম অমগীদমক মতেং পামলবদি চেহুদা ইরিবা মীশক্ক থিরকউ হায়না। মোবা ঐগী চান্নবা অরাবা কয়া খাঙ-মিন্নগ্রবা মকুপনি। ঐনা হায়জরিবসিনি, ঐহাকপু অঙাংহুগী মচেমনা, মপানা কয়াদা থাজখিবা কয়াদা লুনা তৌবীখিবা ঐহাক নীংশিংলি। ঐহাক ওম্থোকনা নীংঙমলক্কে। অঙাংহুবু কনবা ঐগী রাশকনি।"

সনাহল মখা তাবা ঙমলক্কে। মমায়হু উত্রবম্ব মাগী মমিত্তা মপি শিঙ্খরি হায়বা মহাক খঙই। রা হংলম্বা হুপাহু মখা তারকখিদ্রে। হুপন্নগী চৎনবা তৌরসি হায়রগা হৌগৎলকই। সনাহলবু হৌগৎহল্লে, মখুৎ পায়হুনা লম্বী চিংলকলে, অমুক চৎপা হৌরকলে। হুপাহুনা হায়রকই,

"চীংগী লম্বীনি খরা চেকশিন্না চৎপীয়ু। য়াম্বহুগী রা তান্ত্রি-মখৈদি ঐখোয়না করি অমত্তা তৌবা ঙমদে। ঐখোয়না তৌরিবসি ইশাগী ইরন্নাই কান্নবগী নত্তে। অদোমবু কনানো হায়বা খঙ-ননবগী খরা থিজিনগ্রে মহুগীদমক রারোবা য়াদে।"

মতেক খরা লাক্লগা হুংশা লাংবা অঙম্বা চীংমাই অমা কারকলে। অইংবা চীঙ্গোন্দগী হেক লৈথোরকপদা তবুৎ তবুৎ শারবা হুংশাগী মৈশা লাংবদা পাঙ্গল খরদং থোকপঙম তৌই

অহুবু অঙম্বা চীংমাই কারকপগী হৌনবা সুংশাহু ময়াক কল্লকই, মহৈ মহৈ শদৌ থোংনরকই। লেপ্লদে অস্থম অস্থম কাথংলকই। চীংগী হারিগী য়াক্লবা খোঞ্জেল তামহৌরে, মরক মরক্তা লময়েন-শিংনা থোংলকপা তারকই। ফনা রাংনা কারকলে, লোক তাইদগী হৌরকপা চীংগী চীংয়া তমলকপা নামিরী সুংশিংনা চংলিবশিংগী হুম্মাং লৈরীক লোকলরি।

অস্থম অস্থম কাথংলম্বদগী অমুক থৈদোরক্তুনা লৈতেম য়াম্নবা লম্বী অমা ফংলে। মফমহু য়ৌরকপদা চংমিন্নরিবা সুপাহুনা হায়রকই,

"য়াম্বা ঐখোয় হৌজিক চীংচেপকী লম্বী ফংলে। লম্বী য়ামনা পীকই, লৈপাকস্মু লৈচাক ঙাক্তনি। লম্বীগী নাকন্দা হাইথখ্রিবা লোক তম্বা চীংমাই য়ামনা শাথিনা ঙমই। অশোই অঙাম থোক্তনবা য়াম্বগী থ্বাংদা থৌরী অমা পুনগে, খুং অনীনা থৌরীহু পায়বীয়ু। য়াম্বগী মাংতুংদা চংলিবা ঐখোয়দস্মু থৌরীসি পুনগদৌরিবনি। থোঙফম শোইখিবা থোকলবস্মু লোকখাদা ওম্বখিদনবা শেমগদৌরিবনি। অমুক্তং লেপখিসি।"

চংলম্বদগী লেপ্লরে। সনাহলগী থ্বাংদা থৌরীনা পুল্লে। অতেম্বা চীংথক্তুদা খুদোংথীবা থোক্তনবা মখোয় মশেন শেম শানরে। চীংগী হারিগী তামহৌরবা য়াক্লবা খোঞ্জেল অমুক তারকলে। হাইথরকপা সুমিংকী মশেক মঙাল, অচৌবা চীং-দোন অমনা থংখিবনা সুমিং চাইখিবগা চপ মান্নরে।

তক্লকশুবা

করম্বা মফমনো থঙদে য়ৌরকলিবতু, অহিং কয়া মুংথিল কয়া লাক্লবগে হায়বতুসু মহাক কাওরে; মাগী মমিং পুন্নম্বতু হেক থাদোকলকপদা সনাহল ইঙাও ঙাওই। মতমতু মুমিদাংনি হায়বা মমাংদা থাল্লিবা কেগাম থাউমৈ মচাতু উবদা থঙলকই। পিক্লবা থাউমৈতুগী মৈরীতু কাওবা য়েংবা রাই; মমিং অনীমক উইশিন্দুনা থাওই। কোয়না য়েংলকপদা কনা থোইদোকপা উদে, মীনিনসু তাদে; পুন্নমক অমম্বগী অমম্বা ঙাক। অতুবু মহাকনা থেঙনতুনতা লাক্রবা মনীং তম্না শিংপা অঙাওবা মুংশিংকী শউম মফমসিদা লাংদে, অনকপদা উ-রাশিং অমত্তসু উদে। সনাহল করিনো থঙনীংলকই, অতম্না কোয়েং য়েংলকই। অমুক করিগুম্বা অমম্মুক নীংশিংলকপগুম থোঙ্্রাই চম্না ফম, মথুং অনী লোয়, তুমিন লৈখি। মমিং হেক পাংথোকলকপদা য়াম্না নকনা হায়রকপমা ঙারকই,

"ঙাইহাক্তং পোথাবীয়ু, য়ামনা রারমলগনি।"

ঙাংলকলিবা অদোমদা মহাক ওনশিন্নকই। লম অহম

মরীরোম লাপ্পদা নূঙ্জাউ অমদা কনানো অমা ফমলিবতু মশেন মরাং উরকই। পিক্লবা কেগাম থাউমৈতুগী মৈঙান্দা ফমলিবতুগী মশক লাকশিনবা ওমদে। মানা হংই,

"অমুক চৎখিগদৌবা নত্রা ?"

"য়াম্বনা য়ৌগে তানবীরকলিবা মফমতু অসিনি।"

খুমলকই ফমলিবা মুপাতুনা।

"ও, য়ামনা মুংঙাইজরে। অতুদি ঐনা উরজনীংলিবা য়াম্বতুবু ?"

"খিবীরকলিবতু ঐবুনি, খুরুমজরি ; তাকপীয় করি পাম্বীবা ?"

সনাহল ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলকই, মখুং অনী লোয়ৈ, "খুরুমজরি য়াম্ববু। ঐহাক য়াম্বগী মতেং নীজগে লাকপনি। মুপামচা—"

"আমিরবু ফত্রবা ওওাশিং অতুগী মখুত্তগী কনবা অতুগা মপা মমাগী মখুত্তা শিন্নবা ?"

"মানি, মতুমকনি ; পাউসি করম্না ?"

"ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা পাউ পুম্নমক ঐঙোন্দা খঙহন্নবীরে। মাম্বা মোবদি থোইদোকপা অনা অয়েক সৈহোদেদনা ?"

"ইসৈহোদে।"

"মহাক ওন্থোকনা মপুকচেল চাওবা, মথোনা লৈবা, মীমুংশি খঙবা মুপানি। ঐনা ওসি ফাওবা হিংলিবসি মাগী মপাঅমানি, মাগী মীমুংশিগী, মীয়োক মীচানগী মহেনি। ঐখোয় পুম্নমক মাগী লমন তোল্লি। খল্লবগা ঐখোয় হৌজিকসু ইকাইদবা ওমদে। মাগী মমল নাইত্রবা মীমুংশিবু ঐখোয়না পৈশারোমদা মমল ওল্লবগুম তোকরে। ঐখোয়বু ঙাকপীরমগত্রা খঙদ্রে।"

"মহাকনা য়াম্ববু মাম্বনা ইকাই খুমনরোই। অতুননি ঐবু মাম্বগী নাক্তা থাকীরকজিবা।"

"হয়রাউনা ওরুচরি য়াম্বু। অতুম্বা মতেং পাংজগনি, করিমত্তা চিংনবীগম্ম। ঈশ্বরবু থাজবীয়ু। মফম্ম অসি য়োন্নবা হোংনবদা ওস্থোক্লনা য়াবনিরকলে, লুংডাইতবা খোদোকুম্ম থোকল্লে। মতুগী-দমক য়ারৌবীরোই। খওরীগ্নিবতু মড়াই সুংশিল্লবী ইমা লৈবাক কাংখোং চাইরে, থাম্বী মৈয়াইরে। ঐখোয় ইমাগী মচানি, ঐখোয়গী থাজবা মাঙদ্রি। অহুনা চঙলি ঐখোয় মৈয়ক্ক অসিদা। তুমনা চাকখিদ্রিঙৈ অসিদা ইচা মীচা থায়দবা, লাইয় অনং নাই-রোইদোবা, অপাম্বা ধর্ম চৎচবা, লাইনীং লাইশোন তৌজবা য়াবা, চৎপ্রবা ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা, ইয়মদম-অসিগী মাঙশিল্লকলিয়া পায়মচৎ-পুরমচৎ, চৎন্ন লোনচৎ অমুক নৌনা হিঙৎহনবা, শেঙ্গা থুমজ্জা লৈতবা, চীং-তম থায়দবা, অচৌ অশাংশিংনা মথা-থাবা মচা ওইবশিংবু তিনফা কাকৈফঙ্ময় নোইহৎপগী শাজৎ মাঙহনবা, মপাঙ্গল য়াওব্রবী ইমা ইবেনশ্রিংবু শাম্নপোৎকুম লোইনবা, সুপী-শিংদা নম হাত্নুনা অকাম্বা শাজৎ চৎপা, থুংস্নুমন নত্তবা অয়োনবা শেন্দান লমবীদা মীগী মমল্ল লেপ্পরিবা, পুম্নমক অসি মুথৎলগা য়য়া তপনা পানবা সমাজ্জ শ্রেমগৎনবগীদমক্ক ঐখোয় মীয়াৎ মীপুন্নগী চৈথা নংলবা, য়ানগ্নৌবশিংদা চন্নরা, ক্বাংলুপ্প অমা ওইনা, ইয়ুম ইকৈ, ইপা ইমা, অঙাংমুবী পুম্নমক থাদোক্ক্ নবা চীং-য়ান লৈকু-লৈয়াইদা পুনসি য়েল্লি।

"য়েংবীয়ু হৌরকলিবা ঐখোয়গী নহারোলশিং, নেশা চাবা নোংমা নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকলি। য়ুগী তুকান মশীং থঙদন্না লৈরকলে, থুৱক ইরক্কা শুংবনা কোম্নাই অমনি। পুম্নাও মাঙনবগী মশক্ক ওইরবা ড্রগ চাবগী হৈনবী য়োনগনবা ম্রাইনাক্কুম শন্দো-রকলি। শেঙ্গাও পায়বশিংনা মসিবু য়েন্দান কাম্বী ওইনা শিজিন্নরকলি। মতৌয়গী য়চা-মনা ওনিক্কো হায়রা ক্বাওথোক্ক্ নবা মখোয়গী ওইজবা থীরি। লৈবাকী অচৌ অচৌরা মীওইশিং

ফাওবা মসিবু থৌগৎপঙ্গম পাউ তাম্নরকলি। শেন থোকনীংঙাই লৈতবা, লৈপাক খোংলগা হিংনরিবা মফমসিদা অকে-অমোগী পোংনা পুমচায় চারখোকলক্লনা, ঙুংঙাইবতা তম্বীরকপনা, নহা অঙাং ঙুবী কয়াগী লমচং মাওহল্লি; ঙুংঙাইবা কদায়দনো হায়হুনতা থীনরকলি। পুমনমকসি থেঙনগে থল্লি। ঙমত্রগা মৈহৌ অসিনা ঐখোয়বু চাকপ্রসন্নু।

"মসিদা ঐখোয়বু ফাগ:দৌবগী পুনগদৌবগী কোয়তান তাম্নরি। ঙুংশিবীবা শাহুনা তাম্নরকপা, অয়োনবা পাউ পীবা মীওই কয়া লাকলি, থুরক্কী ঈনা লাই শায়রি। ঐখোয় থুদিংগী ইকোক মনাশেনগী খাউজাউ অমমম ওইহল্লি। ইশাগী মীবু থাজক্কবদগী পাম্মুজরবা য়াম্বশিং কয়া বলিদান কৎপ্রে। মরম অসিদগী ঐখোয় কনামত্তা থাজবা ঙমখিদ্রে। অহুমকপু য়াম্বা মোবগী মীনি হায়বদগী য়াম্ববু কয়ম্বা মীনো, করমনা হোয়কপনো-করি শিনফম পায়বনো, ঐখোয় অহুক মুম্না থিরুদ্রে. ঐখোয় মাবু থাজে। মরম অসিনা য়াম্বগী মতেং পাংসি লেপ্প-প্রবনি। তৌবতবু থোকখিবা ঙুংঙাইত্রবা থৌদোক অসিগা মরী লৈনবা করিগুম্বা থুপচানখিবা রা লৈরবদি মতু তেংনা হায়দোক-হন্নীংই, করিনা অহুম তৌরবদি মতুনা ঐখোয়দা য়ামনা থুদোং চাহনগনি। ঐনা হায়জরিবসি রায়ৌবা য়াদে, ঐনা থজিক্কং খঙজনীংবদি ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা য়াম্বগী মরম হংবদা য়াম্বনা ঐঙোন্দতা হায়বীনীংবা রা থন্না লৈখিবমাল্লে হায়না নীংই। লৈরবদি মতু তাকপীয়ু। কাওবীগনু মৈত্রবাক মৈরাইরবনি।"

সনাহল য়াম্বহুনা হায়খিবা ইমালৈবাক কাংথোং চাইয়ে থাম্বী মৈরাইয়ে হায়বহু হন্না হন্না তারি। য়াম্বহুবু মুম্না য়েংই অহুবু থাউ-মৈগী পিকলবা মৈঙান্নুদা মাবু হকচাননা শেংনা উবা ওইথোক্কে।

সনাহন্না হায়,

"চিংনবীরবদো চিংনফম থোকপনি। ঐবু ঙাকপীগনি। হৌখি পুনসিদা পাপ কয়া তৌগ্রবা মীশক অমনি ঐ। অদুবু মসিমদি খাজবীযু অঙাং অসিবু ফাবগী থৌদোক অসিদা ঐহাক করিমত্তা য়াওখিদে।"

"য়াম্বা য়ামনা লাল্লে। থৌদোক অদুদা য়াম্বগী থৌইনশিন য়াওই নত্রগা শরুক য়াই হায়বগী রা নত্তে।"

"করিগুম্বা চিংনরম্বা থোক্লবসু চিংনদনবা শেংদোকচবনি। ঐহাক ইশাদা মসিগীদমক ইথত্তা চিংনজবা অমা লৈ, মরমদি অহানবদা ঐনা হুপামচা অসিগী মচেমগা হেক উম্নবদগী হৌহুনা ঐগী অশেংবা মিং তাকখিদে, অনীশুবদা ড্রাইভরগা অঙাংহুগদা ঐগী য়ুম খণ্ডহন্নীংদবদগী গাড়ীদু য়াম্না লাপনা থৌদোকহনখি। ঐনা অসুমনা পুথোকলমত্রবদি গুগু:শিং অদুনা অঙাংদুবু ফাবা ঙমলমদবসু য়াই।"

"চুমই তাকপীরিবদু। য়াম্বগী অশেংবা মিং করি কৌবা তাকপীযু। অশাবা মিংদি ঐখোয় খণ্ডজরে।"

"ঐগী অশেংবা মিং সনাহল।"

"সনাহল।"

"মানি।"

"য়ামনা মুংঙাইজরে। মসিনা ফনবু থুদোং চাহল্লমলগনি য়াম্বদা। ঈশ্বরনা তম্বা ঙাকনি। মী পোং তাদবা লমহাংলোমদা গাড়ীদু য়ামনা থাপনা থৌদোকহনখি হায়বসু ঐখোয় তারে। য়াম্বনা য়ুম খণ্ডহন্নীংদবগী থৌদোকহনবনি হায়বসিমা য়াম্বদগী হৌজিক তাজরে। য়াম্বনা য়ুম য়োরকল্লবফাওবদা য়ুমদা চুমত্রিং চংনীংখিদে হায়বসিসু খণ্ডজরে। মতুগী ওইজবা ওইজদবা য়াম্বগী লম্নাই রানি, অফবগী খণ্ডদে ফত্তবগী খণ্ডদে মতু ঐখোয়না খণ্ড-বগী করিসু কান্নদে। কান্নগদৌবা মতমদা তাকপীরবসু য়াই,

থোইদোক্কে।"

"য়াম্বহোম্বনা থৌদোক অসিগী মরম অসুপ কুপনা খঙবীরিবসি করি মরমদগীনো ?"

"হংবা য়াবা রানি, থাগৎচরি। য়াম্বনা য়াম্ববু থোকখ্রিবা থৌদোকসিদা মৈচেন্নহল্লে হায়না ইথম্বা চিংনত্তুনা মত্তু কোক্লবা হোৎনবীরি; ঐখোয়গীসু মত্তুগা চপ মান্নে। খেন্নবা হায়ববু য়াম্বগদি থৌদোক অত্তুগা য়াম্নবু মরী লৈনরি। ঐখোয়গদি করিসু লৈনদে। অত্তুবু ঐখোয়মকনা অঙাংত্তুবু ফারবগুম পাউখোংবীরে। মরম অসিদগীনি।"

"করমননো য়াম্বা ?"

"ঐখোয়গী মিংদা অঙাং অসি থাদোকপা পাম্নবদি হৌজিক হৌজিকমক জেলদা মীহাৎ মীপুনগী, লুট-পাট তৌবগী মিয়াদ তাত্তুনা লৈরিবা, তৌঙবা গুণ্ডা অমা খুদক্তা থাদোকনবা মখোয়না কিহল্লি। মখোয়না অহানবদা মিং থাদবা চিঠি থাখি, মত্তুংদা অমুক ঐখোয়গী মিং থাজিল্লগা অককনবা মতম অমা পীত্তুনা মত্তুগী মমুংদা গুণ্ডা অসিবু থাদোক্ত্রবদি অফবা ওইরোই হায়না ভরাং নহাম্বা খঙহনখ্রে।"

"হায়বদি অঙাং অসিগা শিন্নসি হায়বা রারা ?"

"মত্তুমকনি। কিহল্লকলিবা কাংবুত্তুনা ঐখোয়গী মিং শিজিন্নবগী রানি।"

"থাদোক্ত্রগনা ?"

"থাদোক্ত্রগনা অঙাং অসিবু—"

"করি তৌগদৌরিবা, আমিরবু করি তৌগদৌরিবা ?"

"আমিরদা অফবা ওইরোই হায়রি, করি তৌগদৌবা শেংনা তাক্কে।"

"অত্তুদি অঙাং অত্তুবু—"

"অহুপ হাকনা পাখংপীগনু, মখোয়না মসিদগীদমক মতম পীরি।"

"ও, মতম পীরি হায়বা। অহুদি সরকারনা করিগুম্বা য়াবী-রকলবদি।"

"পাউদি তাস্রি অহুবু হেক য়ারক্কনি হায়বা থাজদে। করিনা অহুম তৌরগদি অসিগুম্বা থৌদৌ শোয়দনা লমদমনরক্কনি। মতুংদা অসিগুম্বা থৌদৌ কয়া থোকলক্কনি।"

"ও, য়াম্বহোয়না করি তৌবীগে খনবীরিবা ?"

"আমিরবু ফাবা মীশক ঐখোয় খণ্ডই। মাবু করম কনসিগে ঐখোয় কুপ্না খন্নরি। ওমগনি থাজ্জে।"

"মহুত্তনি ঐনা নীজরিবসু। মাবু ফাবশিংহু কনানো তাক-পীবা যাদ্রা ?"

"ডাকাটি গেং অমনি। অককনবা মমিং লৈতে; খুদোং-চাগদৌবা য়েংহুনা পংকৌ কৌই অহুগা অতোপ্পা কাংবুগী মমিংদা থবক হেক হেক তৌই। মখোয়গী হায়ববু পৈশা তানবনি। মখোয়না ফাখিবা জিপ গাড়ীহু টিদিম ফালামগী অসোমদগী ড্রগন-চিংবা স্মগল তৌবদা শিজিন্নগে খল্লম্বা য়াই। আমিরবুনা জিরিবাম লোমদা পুননবা থৌরাং তৌরমই। আমিরগী মরাইবক ফবনা মফমহুদা লাপ্পাহুনা লৈবা ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা পাউহু ফংবদগী মখোয়বু ওাইহুনা লৈরমই। পাউ অসি মখোয় তারমই। অহুগী মথক্কা অমুমনা অভাংশিং ফারগা বাংলাদেশরোমদা পুবগী থৌদোকসি অমুক অনীরক থোকখিবদগী মণিপুর পুলিসশিংসু মিৎনা শিংনা লৈ হায়বা মখোয় খওলকলমই। মরম অসিদগী মখোয়না থৌরাং অহু তোকখিরমই। মমৈথংদা মখোয় তৌভম খণ্ডরহুনা আমিরবু থাদোকপমা নম্রগা লোইশিনবমা অনীসিগী মরক্কা অমা তৌবা তারমই। মসিদা অমুক মখোয় মশেন রাথল মান্নরমদে।

থরনা আমিরবু হাৎপা পামলমদে। অসুমনা থংনরিডৈ পুলিশনা মথোয়বু কোইত্তান তান্নরমই। আমিরবু থাদোক্লবা তাপ্পা ফাওবা ফংলমদে। মফম অমদগী অমদা কোইলোং লোৎপা তারমই। অসুমনা লোৎপসিদা ওস্মোকনা শাথিরবা গেং অমনা পাউসি তারমই। মথোয়না অঙাংসিগী মপা মেহেরাল্লী সরকারগী অচৌবা ওফিসারনি হায়বা থঙবদগী অঙাংসিবু থোই থারগা জেলদা লৈরিবা কয়েদী অহুবু থাদোকহন্নবা থৌরাংহু পায়থৎপনি। মথোয়গী মতেংনা অঙাং ফাবা গেংহু মফম চানা থমলগা মথোয়বু কিসু কিহল্লমই অহুগা পৈশাসু পীগনি হায়না থেমলগা মথোয়বু কয়েদীহু থাদোক্লবা চিঠিনচিংবহু থাহনখি। হায়রিবা কয়েদী অসি বরমীজ কাংবু অমনসু কোইত্তান তান্নবা মীশকনি। মাবু করি-গুম্বা ফংলবা মাবু লেমনা থাগদৌবা লৈতে। কাংবু অনী অসিমক লুটেরা মক্তনি, মপান্থোংদা লৈবাকনীংবা, অহোংবা পাম্বা, কাংবু শাজিন্নহুনা থবক তৌবা শাই। মথোয়গী থৌদো খুদিংদা মথোয়না অতোপ্পা কাংবু অমগী মিংদা তৌই, ঐখোয়গী মিং মথোয় তত্তনা শিজিন্নৈ। আমিন্ন ফাবসিদা ঐখোয়বু অসুমনা হকথেংননা মৈচেন্নহল্লি। মসিদগীনি ঐখোয়না থৌদোকসি কুপনা থিরুবা। মথোয়না মথোয়গী থৌরাং অহু পাঙথোক্লবগীদমক অঙাংসিবু থাদোকনবগী কিহনখিবা চেহুগী কপি অমা মেহেরাল্লীদসু পী হায়বগী পাউ ঐখোয় ফংলে। মথোয়না থল্লিবসি মেহেরাল্লীনা মচা সুংশিবনা ঙাওহুনা মিয়াদ তারিবা সুপাহুবু থাদোকহন্নবা হোৎনরক্লনি অসিনি।"

"মহাক মৈসুংদা চোংশিনবগা চপ মান্নরমলগনি। মচাসুপা অমত্তংগা মচানুপী অমগা অনীসিদনি মাগী হায়ববু। ঈশ্বরনা করি তমলিগবা!"

"আমিরগী মপা মমাদা নত্তে মৈসুংদা চোংশিল্লিবা, ঐখোয়সুনি।

অহুবু ডাকুশিং অহুনা তাল্লিবহু য়ামনা লুবা য়াকমনি, পাক য়াগনি হায়বা থাজদে। ঐনা হায়জখিবহুনি মসি তুংদা য়ামনা কায়গদৌবা মরম লৈ। কয়েদৌসিবু থাদোকপগী মহুত্তা অত্তাংহুবু কন্নবা হোৎনবনা চুমই। সরকার অমনা তৌফম থোকপা মথৌ পাওথোকপা পামফম থোকই।"

"আমির হৌজিক হিংলিদনা?"

"আমির হিংলি, মসিদা করিস্থু চিংনীংঙাই লৈতে। হে ঈশ্বর আমির হিংসনু।"

সনাহল ওক্তক তৌনা য়েংখৎলকই,

"লাই থাজবীব্রা?"

য়াম্বহুনা নোকলগা খুমলকই,

"করিগী থাজরোই, ঐখোয়স্থু মীনিনে য়াম্বা। অহুবু মাই-বীগী লাইফাউগুম্বদা ঙাওবা মীমক্তি নত্তে। লাইবকনা তম্বদা শিন্নথোক্তনা ইথৌদি তৌদবা লাইতা মনীংবা মহুমস্থু ঐখোয় পামদে। পুমনমকপু কোনশিনবীবা, অচুম্বা তৌবদা পেনবীবা ঈশ্বরবু করিগী থাজরোই। য়াম্বদি?"

সনাহল তাপ খুমলক্তে। য়াম্বহুস্থু মখা পাক তারক্তে, সনাহলগী পাউখুম ঙাইরিবগুম তৌই। ঙাইহাক খল্লুরগা খুমলকই,

"ঐহাক পুনসিদা মাযথীরবা মীশক অমনি, মাবু থাজবত্তনা ঙসিফাওবা হিংবা ঙমলিবনি।"

"চাংয়েং অমদি থেঙনবীরে। অসিগুম্বা চাংয়েং কয়া থেঙনরকখিগনি। চেৎনা লেপ্পীয়ু, ইশাবু থাজবীয়ু। ঈশ্বরনা শোয়দনা মত্তেং পাংবীগনি।"

সনাহল মশক শেংনা উবা ফংন্রবা য়াম্বহুবু মুন্না য়েংই, মাগী হৌব্রবা পুনসিবু হন্না য়েংখৎপগা চপ মান্নে। য়াম্বহুনা হায়খিবা

"থাজবীয়্" হায়বত্থ হন্না হন্না তাবগুম তৌরি। য়ায়বত্থনা অমুক মথা তানা হায়রকপা তারকই,

"পুন্নসি অসিমক চাংয়েং মখল অমনি য়াম্বা। অবা-মুংঙাই থুবাক খুনমগুম্বনি; থাঙবা তাই। লম্নাইগী ওইবা, রাখল খরা থাদোকপীয়্। পুন্নমক্কী ওইবা, তাইবংপান অসিগী ওইবা, রাখলদা মুংঙাইবা তম্বীয়্। ঐখোয়না খল্লিবদি ঐখোয় পুন্নমক আমিরমক্তনি, মপা মমাগী মতমবাক্তগী শেংনা থায়না থম্বীরবা আমির মক্তনি হায়বসিনি। আমির অমথক্কীদমক য়াম্বনা চীং-মান লোক-তাই লান্দুনা ইশক লোত্তুনা, ইশাগী খুদোংথীবা কয়া মায়োক্নত্থনা তান্নবীরকলি। হুরানবা, অঙাং ফাবা, মীহাৎপনি হায়না কোইতান তান্নরিবা ঐখোয়গী ইতেং ফাওবা নীররি। মসিসু থাজবা মখল অমনি। ঐখোয়সু আমিরগী অতোপ্পা শক্তম অমনি হায়বসিদি খক খনবীরমলোই। আমিরবু আমির অমনা আমির ময়ামনা, কন্নবা হোৎনবা মশানা তাবনি। ঐখোয় থিদে আমির কনাগী মচানো, আমির করি জাতনো, করি ধর্ম চৎলি। আমির আমিরনি, হিংলিবা মী অমনি, মচা অমনি, তাইবং পানগী মীওই অমনি।"

পূর্ণিমাগী মপুং ফারবা থাজবু উবদা সমুদ্র ঈপাকনা মাবু ফংজনীংবনা ইঙাও ঙাওরকপগুম সনাহল য়ায়ত্থ তমনা চণ্ডশিল্লি, চণ্ডশিল্লি হায়বা খণ্ডদনা, অত্থবু মাদি য়ামনা তামনা লৈখিবগুম তৌই— য়ামনা তামনা। পিক্লবা কেগামত্থগী মৈঙান্দুনা মফমত্থ পুমঙান ঙানহনবগুম তৌই, মমিৎ মনা পুমথক থকই, য়েংবা ঙমলক্তে। মমাংদা তোপ তোপ মথন্তা লেপলিবা য়ায়ত্থ মশীং থিঙমদ্রবা, মীকোক কয়ামরুম লেপলিবগুম উরকই, "ঐখোয় পুন্নমক আমির মক্তনি," হন্না হন্না তারকই।

মরকসিদা অমুক তারকই,

"য়াম্বগী আমিয়দা নত্তে ঐখোয়না কনগদৌরিবা, আমিয় পুন্নমকপুনি। ঐখোয়গী রাশকনি। হে ঈশ্বর, ঐখোয়গী হোৎনজমন মহৈ য়ালহনবীয়ু।"

সনাহল অঙাওবগুম লৈমায়থক্তা শাত্রাং তাহ্না খুরুমই য়াম্বদা,

"নহাকনা ঐবু অনৌবা মপোক অমা পীনবীরে। নংগী নশেক নঙাম্না ঐগী অমমবা পুম্বা কোকহনবীরে। ঐগী ইথৌদাং ঐহাক খঙজরে।"

"হৌনদে য়াম্বা ঐঙোন্দা নত্তে, য়াম্বনা থাজবা ঈশ্বরদা।"

সনাহল করম্বা মতমদা হৌগৎলকই মহাক মশামক খঙত্রে। য়াম্বা অমনা হায়রকপা তারকই,

"য়াম্বা মুমিদাংগী চরাসি থমজরমগে থাউমৈসিগী মনাক্তা, ঈশিংসু অসিদা লৈরে। মতম ফংলিঙৈসিদা চারগা ঙাইহাক্তং পোত্থাবীয়ু। কনানা খঙবা হৌজিক হৌজিকসু মফমসি থাদোকতুনা চৎপসু য়াই।"

পিক্রবা থাউমৈত্তুগী মঙান্দুনরা য়াম্বশিং কনা অমত্তা লৈবা উথিত্রে।

## তুরেৎশুবা

এস পি সাহেব মাগী ওফিসকী কাদা মথন্তা মুমিত্তুগী ডাকশিং মথং মথং পারিদৈ ফোনগী রিং খিংলকই। ফোন পায়খত্তুনা ওকই, "এস পি লৈজরে, তাকপীয়ু," অমুকম্মু হায়, "গুড মোর্নীং স্যার, তাকপীসি।" ঙাইহাক তারগা, "ঐ খঙজরে স্যার। হৌজিকমক ঐ চৎতগে। য়াম্ভম থোকই স্যার। মহাক শোয়দনা থম্নভম থোকই।"

ফোন হেক থম্নগা কোলিং বেলদু খিংই, মপান্দগী কনষ্টেবল অমা চঙলকলগা সলাম তৌই, এটেনসন্দা লেপই। হায়রকই এস পি না, "গাড়ী, অথুবনি!"—সলাম তৌরম্নগা চেম্বোকখিবগা মিনিট অনী অম্নমগী মমুংদা থৌজিল্লকই জিপ গাড়ী সিঁড়ী কুমথকম মক্তদা। এস পি চিঙৈ থোকলক্তুনা গাড়ীদা কাখৎলে, "গোমেন্ট এডভোকেটকীদা," ড্রাইভরদা হায়। খুদক্তা গাড়ীদু মুংশিংকী মমাংথানা থৌদোকরকই। গোমেন্ট এডভোকেটকী য়ুম পংলাপ লাপত্রবম্মু গাড়ীদু য়াংনা থৌরকপদগী পংকুই কুইনা চঙদে। গেট্টা লৈরম্বা জরানশিং এস পি য়ৌরকপা উবদা মহৈ

মহৈ চেপ্পোরক্তুনা এটেনসন্দা লেপলে; জবান অমনা হোৎজংগী থোঙ হেক হাংদোক্লকপদা গাড়ীচু থৌজিল্লক্লগা খুম্বাংমক্তদা থায়ে। গাড়ী উরকপদা অমিনা ইমুংগী থোকলকলে; এস পি উবদা মপাদা তাকলুরে। মেহেরাল্লী থিন্দনা থোকক্লগা এস পি বু "গুড মোর্নীং" হায়না তরাম্না ওক্লগা অনীমক খুৎ শোকনৈ। ফম্নফম কাদা অনীমক চঙনরক্রে।

"লেঙশিনবীয়ু সাহেব, করি তাকপীগদৌবা? করি অনৌবা পাউ?"

"ঙসি নোংমা নীনিসিদা অরেপ্পামা থঙগদ্রা নীংই। ঐখোয়গী প্লান লোইজরে। —সাহেবকী পাউ অমা তাহুনা লাকচবনি। সাহেবকী চে অমা!"

"ও ঐগীচু ওইরবরা? সাহেব ঐহাক ঐগী ইথৌ অমত্তা নিংথিনা তৌবা ঙমদ্রে। গিলটি কনস্যান্স অমা পুকনীংদা পোকলে। আই কেনোট ডু জষ্টিস টু মাই জোব-মসিদা ঐনা তলব চাবসিবু!"

"য়ামনা চুমই তাকপীরিবচু। ফিভম অসিদা করমনা থবক তৌভম থঙগদগে, ঐখোয়স্থু য়ার্জে। ঐনা হায়জগদৌরিবসি হায়ভমদি থোক্তবা বানি। ওফিসিয়েল ওইবস্থু নত্তে। হঙ্গোইদবগী হায়জবনি। বারৌবা খাদে। ঐখোয় পুম্নমক য়ামনা খুংঙাইনদ্রে।"

"হেক্তা তাকপীয়ু সাহেব। সাহেবহোয়না তাকপীদনা কনানা তাকপীগদগে?"

"নৈরিবা ফিভম অসি ঐখোয় মুন্না থঙই। গুওাশিং অহুনা হায়রকলিবা রাফম পুলিসশিংগী লেভেলদা ভিনিজন লৌবদা—।"

"ঐগীসিগা মহুগা, বাই গোড, করিমত্তা মরী নৈলনদে। খুম্নতগী ঐনা ঐগী ইথৌ পাঙথোকপদা জষ্টিস তৌবা ঙমজদবা অসিনি। সাহেবহেক্সনা থনবীরিবহুস্থু চুমদে, হায়বা নত্তে।

ইভেন্ট মতাসিনা মরী লৈনখিবনি। সাহেবনা নচাগীমক রাবীবা, ঐ খণ্ডদবা নত্তে সাহেব।"

"ঐদা নত্তে সাহেব পুলিস ডিপার্টমেন্টনা সাহেবকী অরাবা সুংঙাইতবা অসিদা সেম্বার তৌজরিবনি। অদুগা ঐসীদি তশেংনা লুরবা তাঙ্গা অমনি হায়না ঐনা হায়জঞ্রবত্নুনি।"

ঙাংনরিঙৈ অমিনা চা পুথোকলক্লে; এস পি সাহেবকী মাংদা লানশিল্লকই, মপাদসু অমা পী। এস পিনা,

"ইবেম্মা নংসু ফম্মু। অঙ্কলগী বাসি তাউ নংসু।"

অমিনা মপাগী নাক্তা ফমথরকই।

"নহাক খণ্ডত্রা খণ্ডদবরা খণ্ডদে এডভোকেট সাহেব সরকারগী উকিল রিজাইন তৌরগে হায়না চে পীরে হায়। মহুগীনি।"

"খণ্ডজৈ অঙ্কল। ঐনা পামজবগা থরদি থেরে। মতম চাফাত্তবরা থঞ্জবনি।"

"ডিয়ার য়ু আর। চুমইবনি ইচাগী বাহু। সাহেবনা কনা তাকপীত্নুনসু লৈনরিবা রাফম অনীসি খায়দোক্লবা থক য়ারোই। করিনা থোদো মতাসিননি। ঐথোয়দা য়ামনা ডেলিকেট ওই-রবনি। সাহেবনা থবক তৌবদা জষ্টিস তৌবা ঙমত্রে হায়বা ঐথোয় খাই। ঐবু হায়জো হায়রবদি ছুটি লৌবীবা খাই।"

"অহুদা অঙ্কল বা অমদি লৈ। অপ্পানা খল্লিবসিসু পংলানমক লানবদি নত্তে, থঙ্করবদি। ঐথোয়গীদি অউগ্গা উনা লোংনা হাইদোক্লনা থিবা পামজবনি। ইপ্পাদো—অঙাংনি—"

অমিনা বা মথা তারক্তে। এস পি য়েংথংলকই, মাসু বা মথা তারক্তে। মেহেরাল্লীসু মরু লুকথত্নুনা থাঙই। উন বাইমুক টিকই ঙাইহাক্ল।

"হায়ার ওথোরিটিগী রাখল করিনো হায়বত্ ঐথোয়না হায়বা ঙমদবগী বানি। থরা তপাথবসিনা ওইজবা অমসু লৈতবদি নত্তে।

মখোয়না থারকপা খতমসু মরৈরি।"

"অহুবু অঙ্কল অপ্পাবুসু থরাং খঙহনবীবদি য়াইনা।"

"য়ামনা চুপ্পা য়ানি। শোয়দনা তাররক্কনি থাজে। ঐনা হায়জরিবসিনা পারসনেলগী য়ানি, হঙোয়দবগী হায়জবনি। ঐগুম্বা এস পি অমনদি করিদি ওমগনি? অহুবু য়াফম অসি মখোয়দা খঙহনবা ফাওবদি য়াই।"

মেহেরাল্লী তুমিন অশুম তারম্বদগী,

"সাহেব য়া অমত্তংগা য়ানজগে ঐ। ঐনা তৌরিবসি প্রেসর ওইনা লৌবীগনু। ঐনা থাজবা অমগা লৈ। ফজ্রবা কাংবু অহুনা আমিরগী মপা সরকারগী এডভোকেটনি, মরম অসিনা মপানা মচাবু কল্লনবগীদমক শুগা অহুবু থাদোক্কবা হোৎনরক্কনি হায়বমা মখোয়না শেরায়না খল্লম্নু য়াই। ঐনা থবক অসি থাদোকলবদি মখোয়গী থাজবত্নু মাওথিগনি। ঐগী আমির ইচম চম্বা মপা অমগী মচা ওইরগনি। অহুম তৌরবদি—"

অমিনানা, "চাহু ইংলনি অঙ্কল।"

মেহেরাল্লীনা অমুক মখা তারকই,

"সাহেব য়া অমনা, ঐহাক ঐগীদমক্তা কনামত্তা য়াহম্নীংদে। আমির ঐগী অনীশুয়বা ইচানুপানি। ঐনা নীংজরিবসি মাগীনি। ঐগীদি তাইবংপান পুম্নমক নিংথাইখিবগা মাল্লবনি। ইচা কায়নবা ঐগীদমক করিগী সল্লী পীগদৌরিবনো। ঐবু য়াই শঙনা থাদোকপীয়ু। ফারসনু ঐবু। ঐ হায়জগে মখোয়দা, ইচাগী মহুত্তা ঐবু ফাউ, তৌনীংবা তৌ। হাংকে হায়রবসু হাৎসন্নু। ফম অসি থাদোকলবদি মসিগী তাঙ্গাসু ঐহাক শোয়দনা কংবা য়াই।"

"ফমগী য়েংহুনা সল্লী থম্বা নত্তে সাহেব। সেফটি অমদি ঐখোয়গী থবক্তা খুদোং চানবগীনি। ফম থাদোকলগা আমির

অচম্বা মীগী মচা হেক্তা ওইবা য়াম্লোই। মেহেরাল্লী সরকারগী উকিল ওইরমই হায়রবা য়ারোই। মতুনা অমুক্তা হেন্না মখোয়না চিংনগনি আমিরগী সেফটিদা তশেংনা থুরো চেনগনি। সাহেবনা ইচাগী কা খোকপগী পংখন খনবীবনি।"

"ঐদি হায়জবনি অঙ্কল। ঐগীনা খরদি ক্রুড ওই। ঐদি সরকারনা হৌজিক ফাওবা ডিসিজন লৌদবগী ওইনা রিজাইন তৌসি হায়বনি। অপ্পানা ঙনা হায়রুনস্সু প্রেসর তেকটিন্সনি শোয়দনা হায়গনি।"

"য়ামনা চুমই ইচানা হায়রিবতু, খল্লিবমকনি। সরকারগীদি টেবলদা লৌগদৌবা ডিসিজননি, ঐখোয়গীনা ফিলড-দা। ঐখোয়গী অশোনবা লৈতবা নত্তে। মতু ঐনা হায়দোকপদা য়াদবা মতাং অমা ওইরে। ইচাসিদি করিমত্তা চিংনগম্মু। অপ্পাস্সু অমুক্তং খন্থখিসম্মু— অতুগা ঐগীস্সু অপাম্বা অমা লৈ। মতু ঐ শোয়দনা তৌগনি। তাঙ্গা অসিদদি ঐহাক মতু তৌবা য়াত্রি। আমিরবু কনবা ওয়বা লম্বী পুন্নমক থিখিগনি, ঐহাক থরায় পাম্মুদে। ঐ য়াশকল্লিবসিনি, ওমদবা থোকলবা ঐহাক থবক অসি খুদক্তা থাদোক্কনি। মসি ঐগী অরেপ্পা য়ানি। তৌরিবা চাকরী পিবাফম নত্তে, তোকপা য়াবনি, পুনসি অসি-মকস্সু পথ্থে অমা লৈরিবনি। ঐনা ইশাগী ইজৎকীদমক থবক থাদোকপা য়ামনা লাই অতুবু নৌরিবা মরাল লৈত্রিবা অঙাং অমবু মাগী মরাইবক্তা শিন্নথোকপদি ঐহাক তৌরমলোই। অতুবু—"

এস পি মরাইবক্তা হুম্মাং লৈরীরৈ, মেহেরাল্লী মক লুকথ-হুনা এস পি গী য়াহ্ন অমমমতা ওইনা তারি। অমিনাস্সু মমাল্ল মমিং তঙাং তঙাং লুকথহুনা লৈ। কনামত্তা য়া মখা তানরক্তে।

এস পি না হায়,

"ঐনা সাহেবতা হায়জনীংবা হায়বমু ঐগী থৌনা অমুক্তং হাপ্পীয়ু, ঐগী থৌদাংগী অয়োইবা ফাওবদংদি মতম পীবীয়ু। অদু নত্রবদি ঐঙোন্দগী হেন্না স্মার্ট ওইগদৌবা, মথৌনা লৈগ-দৌবা, মথৌ নিংথিনা পাঙথোক্কদৌবা, সাহেবনা থাজবীগদৌবা মীশক অমদা শিন্নরস্নরা ফগদ্রা হায়বসি ঐহাক খনকম থোকপনি।"

"অঙ্কল, ব্রায়োবীগন্নু। ঐথোয়বু ঙাকপীয়ু। অপ্পা, অঙ্কলনা হায়রিবসি অমুক্তং খঙ্গবীবনা ফরোইদ্রা? অঙ্কলগী তৌবীমল ঐথোয় খঙদবা তারব্রা?"

মেহেরাল্লী পুংপং পংশিল্লবা মী অমগুম মচাম্নুপীদা তঙক তঙক য়েংহুনা লৈ। তাপ্পা অসিদা মপাল্লোমদা জিপ অমা থৌজিল্লকপগী শউম তারকই। খুদক্কা মপান্দগী হায়রকপমা তাই,

"স্যার, ক্রাস মেসেজ অমা।"

এস পি ফুক হৌগত্তুনা থোকলকই, ইনসপেক্টর অমনা সলাম তৌরগা চেখাউহু লানশিল্লি। চেহু তললো লৌরগা হাংদোকুনা পাই অহুগা লাউরকই,

"ড্রাইভার, গাড়ী।"

ইমুংলোমদা অমুক লৈশিল্লরগা,

"এডভোকেট সাহেব, ইবেম্মা, ঐ চৎচরে। ঐনা হায়জবহু অমুক্তং ইংনা খঙ্গবীয়ু। থ্যাঙ্ক য়ু।"

পাউথুম অমুক ড্রাইরমদনা গাড়ী মথক্কা চোংখৎপ্রে। গাড়ী পাইবদৌনা থৌখিবহু মেহেরাল্লী মপা মচা য়েংহৌরি।

মেহেরাল্লী খর খবেং খবেং, শোল্লি মথক্তা, "হাই খোদা!" মমায় মমিৎ তাইফেং তাইরবী, অনা শঙ্গুমবী মাল্লবী অমিনাল্লা মপাদা য়েংলগা হায়রকই,

"অপ্পা, খোদানা খোজানবীগনি। চাক চখোম্ব অমত্তং চারগা পোথাবীয়ো। ওসিদি অম্মীসু মশা য়ামনা চোকথনা উই। অমানা অহুম তৌরবদি ঐখোয় কমদৌনি!"

"ইপাগী ইবেম্মা, ইপা লৈভম খঙদেদা। মমা মপানা মচাবু কয়া পাম্মুবা, কয়া মুংশিবা, নখোয় খঙলোই। ইচাগী মহুত্তা ঐগা ওম্নবা য়ারবদি ইপা কয়াদা মুংঙাইগবা। মীনা অলটিমেটম পীরক্লবা ফাওবদা মখোয় তুম্মিন লৈরি।" মখোয়না থারকলিবা মতম নোংমা লীনিঙনি। মসি হেনগ্রগা ইপাগী আমির করি ওইরগবা। আমির, ইপাগী ইবুংঙো!"

মপানা কপ্পা উবদা অমিনা পর্দা মরুমদা খোঞ্জেন থোক্ক থাঙই।

অসোমদা এস পি সাহেব গাড়ীদা তোংনা তোংনা রিজার্ব হেড কার্টরদা মতিক চাবা ফোস´ অমা খুদক্তা রেডি তৌরম্মু হায়না রাকি টোকীদা খঙহল্লে। গাড়ী অসুম থৌরক্লনা রিজার্ব লাইন য়োরকলে। মশামকন্তু ময়াম লাংনবহু য়াওররে। মরকসিদা পুলিস হেড কার্টরদা মখোয়না হায়রকলিবা হুকুমহু হৌজিকমক পাঙথোকলুনবা শেম শারে হায়না মেসেজ অমুক থারি। ফোস´ শেম শাবা হেক লোইবগা এস পি না লূচীংলুনা সাউথ চীংথ্রাও-পোকপীরোমদা পুসিলকী গাড়ীশিং মথং মথং পাইবদৌনা থৌদরকলে।

লম্বী ফত্তবদগী গাড়ী থৌবা মঙম শাদ্দে। এস পি মশা শাম্মুনা পাইনীংই। ওঙাশিং অহুনা থারকখিবা মতম হয়েং ফাওবদি লৈরিকো অমুক খল্লি। মেহেরাল্লীনা তৌহৌরিবা ফিভম অমুক খল্লুবদা এস পি করিগুম্বা ফত্রবাগেং অহু অমুক্তং হকথেঙননা উম্নরবদি মুংঙাইগনি খল্লি। মথকী তৌরকলিবা প্লান অহু অমুক য়েংই, মহাক না খল্লমবগা য়ামনা থৈনবগুম তৌই, অহুবু হুকুমনি,

করিগুম্বা অমা লৈত্রা অমুকস্ু খল্লি। গাড়ীদু করায় য়ৌরকলেং হায়বফাও কাওথোকই। তাঙ্গাম্বিমক্তদা মনাক্তা ফমলিরম্বা ভ্রাই-ভরনা পংলাপ লাপ্তনা উরিবা চীংথোঙ অদোমদগী জিপ গাড়ী অমা য়াংনা থৌরকপদু উরকপদা এস পি সাহেবতা,

"স্যার, সিংহাত পুলিসকী গাড়ী।"

"উম ঐস্ু উরে, খরা ভপথো।"

য়ৌশিল্লকই মাংগী জিপতু। হেক মায়োক্নবদা গাড়ী অনীমক খামনৈ। লাকলিবা গাড়ীদুদগী ডি এস পি চোংথোরক্লগা সলাম তৌই এস পিদা। এস পিস্ু গাড়ীদগী চোংথরকই,

"এস পি সাহেবতি?"

"স্যার, সাহেব মশামক য়াওনা ফোস' অমা এডভানস তৌগ্রে। স্যারবু ভাইরকউ তাকপীরমই।"

"কয়াম কুইরে চঙখিবা?"

"অয়ুক অঙনবদা পাডি অমা ভাই হায়না চংখিবনি। লম্বী-দগী অরৈবা ফোস' থারকউ হৌজিকমক এডভানস তৌদবা য়াদ্রে কৌরপনি।"

হায়নরিবৈ য়ামনা থাপনা নোংমৈ রাউণ্ড অমা কাপ্পা তারক-পদা ময়াম পুম্নমক চীং অদোমদা য়েংনৈ। এস পি না হায়,

"রাইফল মথোল্লি, রাকী টোকী য়াওখিবা নত্রা?"

"য়াওখি স্যার, অহুবু কনটেক্ট অমত্তা ফংদে। ঐ ত্রাই তৌজরবনি। অহানবা অয়ুক্কং ফংলমই অহুদগী ফংখিদ্রে। টেক্নিকেল ফ্লো লৈরত্রা থঙদ্রে স্যার।"

লোইনরকপা গাড়ীশিং ভমনা লেপনৈ। এডিসনেল এস পি, মালাবার আর্মস কনষ্টেবুলারীগী এসিষ্টেন্ট কমাণ্ডেন্ট, ডি এস পি অনী, এস পিগী নাক্তা চেনশিল্লকই। এস পিগী নাক্তা থারিবা জিপকী বোনেট মথক্তা এডিসনেল এস পি না অঙাংবা ফাইল,

চৈথুমদা "ওপরেসন রেড ফেলকোনর" হায়না মখেক লানা থাবক্তু হাংদোক্তনা থমই। ওফিসারশিং পুম্নমক এস পি বু পুমকোয় কোয়শিল্লি। ফাইলদা য়াওরিবা তোপোগ্রাফী তাকপা অপাকপা চেক্তু তিংথোক তিংথোকনা মহাকনা অসাই ফংথিবা মেসেজক্তু য়েংই। মুম্না ভাইহাক য়েংলগা থা পাংবয়োমদা থাপনা লৈথ্রিবা, শুকনা উরবা, চীংলোমদা অমুক য়েংথোকলকই,

"এনিমে, এডিসনেল সাহেবনা, এসিষ্টেন্ট কমাণ্ডেন্টকা, ডি এস পি বানগা, মালাবারগী জৱানশিংগা বেবী হিলস লোমদগী অহুগা ঐনা ঐখোয়গী জৱানশিংগা বেবুনস হিলস লোমদগী। হোলদার সাহেব ঐখোয়গী বাকী টোকী সেটশিং নিংথিনা এডজষ্ট তৌগদৌরা। ডি এস পি টুনা বেবুনস হিলসকী চীংখোঙদা সেকসন টুগী জৱানশিংগা রেডিদা লৈবা। রাউট পুম্নমক সিল তৌবা য়ানবা। ও কে, থ্যাঙ্ক য়ু। —এডিসনেল সাহেব, কাঙম-দবী চীংশাং চীংসিগী বাংমগীচীংশা—"

"মানি স্যার, কোড নেম, ফেলকোনস' ক্লিফ।"

"শোরী, থ্যাঙ্ক-য়ু"

এস পি চীংলোমদা অমুক য়েংথোকলকই অহুগা সিংহাতকী ডি এস পি দা ওনশিল্লকই,

"এস পি সাহেবনা এডভানস তৌথ্রিবসি কদোমদগীনো ?"

ডি এস পি টোপোগ্রাফক্তু য়েংলগা "স্যার, রাউট টু কেনেল ভেলী লোমদগীনা সোর্ট কট ওই হায়রুনা। ফোস'দি পংয়াম য়ামখিদে। স্যারনা সজেসন তৌরম্বদি রাউট বান অতুগা রাউট থ্রি, অনীসি সিল তৌবীরকপা অসিনি।"

মহৈ মহৈ শেম শানৈ, গ্রুপ কমাণ্ডারশিং চাইথারুনখি। অমনা নোংপোকলোমদা অমনা নোংচুপলোমদা অরাপ্পদা উরিবা

চীংশা অহু অমনা থৌজিন্নখি। মিং-মাই পাংবা গুমদমথৈ থৌন-ন্নকপনা পুংখায় অমরোমগী মঙ্গুংদা চীংখোঙহু ফংনৈ। চীংখোঙহু হেক থৌবগা গাড়ী খান্নবগা অশোংবা উক্রম ন্নারুমদা থৌজিন্নে। তোংলকপা জবানশিং মাগী মাগী কমাণ্ডারশিংগী নাক্তা চেনশিন্নে।

এস পি না খেবুনস হিলসকী শাথীনা গুমলবা চীংশাহু কাথংলকই, লোইনরিবা জবানশিং খরনা মাংদা চেন্না চেন্না চথংলি, খরা অমনা এস পি গী নাক ষেন্তা, তুংদা হাইদোক্তুনা খুদোংথীবা খুদিংমক মাথোক ন্নাগে শেম শানা, কোইশেন শেন্নহুনা চংলি। অমুম অমুম কাথংলকলিবা মুমিংকী থোঙচংকা হিনান্নরি। শামান লেংমান্নবগা শাফা লানফা তন্নগে থোক থাক্তুনা থমলক-লবা, মশা মউ খিংলবা, জবানশিংগী লুমযা থাংলকপা খোঙথাংগা ইরোইনরিবা ফুইনা হোল্লকপা মুংশাখ্রগা অনীনা মহৌশা চীংগী মুংগুকনবহু হেন্না অহোই শুকহল্লি। প্রোক প্রোক শাই শাই নমথেক্তুনা চংলকপনা শামু লমশাগী শল্লুপনা নমথেকলকপগুম অকি তুজুং পোকহল্লি। অকি অথং লৈতনা চাক্তাজরন্না শা উচেকশিং মিপাইনবগা লোইননা কোইচেন চেন্নরি, পাইনরি। চীংথক তমলকপা চংন্নাগী মালং-শউম লাংবদা হাইনা হুমনা শান্নজরম্বী, তঙাং তঙাং নিংথিবী, শহু নায়াং পাম্বীশিং জবানশিংনা নৈথেক-লকপদা লৈমাইথক্তা লোংনা উপনা হাইথরি।

ফনা য়ামনা কাথংলকলে, চীংগী চীংথাং য়োন্নকলে। মহৌশা অমুপ ন্নাম্বা মীশিংগা অমুক্তমু শকচাননা মান্নোকনন্সিবা য়োংশিং, খোং লাউহুনা চেন্থোকলকপদা চীংশা অহুমা পুমনোম নোমলে। মথোয়না খোং লাউবদা জবানশিং থক্কংপমক নম্রবমু ইরাং লাংবমা পোকনৈ। তাঙ্গাসিমক্তদা এস পি গী মনাকমক্তদা পুরিবা ন্নাকী টোকীদা সিগনেল লাকপামা তারকই। এস পি চংলম্বদগী লেপই,

সিগনেলশিনা সিগনেলহু লোকেট তৌনবা হোংবৈ, চিঙৈ ঙাই সিগনেল, অহুগা এস পি দা,

"সি পি রাই কোল্লিং কেপ্পি ক্যু, আউট।"

"কে পি ক্যু এট মিড রে বেরুনস, আউট।"

"সি পি রাই এ-টোপ ক্লিফ, নো কনটেক্ট য়েট, আউট।"

"কফিং হর্ড, প্লিজ লোকেট, আউট।"

"কফিং নোট আরাস—এডভানসিং ফরদর. ফোলো স্যুট, আউট।"

"এডভানসিং— টোপ স্পীড, আউট।"

মথা তারকখিত্রে। কৌই এস পি না অমুকস্থু অহুবু থুমলক্তে।

এস পি না লাউরকই,

"ফোর্ রার্ড এব্রিবোডি —ফুল এলার্ট—কাপখিবদো ঐখোয়গী নত্তে। সিংহাক্তকী এস পি ক্লিফ মতোন্দা।"

কাংবুহু চীংথকলোমদা চেনথংনরকই, পাইবে হায়বদা থাকই। শুকলবা নারক মোংশোং মরক্তগী য়েংথোকলকপদা থেন ওইনা তৌবামা উরকই, মহুগী নোংচুপমক্তদা চীংশা নাপোম অমা, নোংপোকলোমদনা লোইরোই হাইথখিবা চীং নাপোম অমনা অস্লুম অস্লুম হাইথখিবনা চীংগী মনাও ওইবা তস্পাক লমদমগা লোঙ্গোয়রি, থেক খোইরবা পিক্তক চেংতক তামথ্রিবা তুরেল মচা অমনা চীংখোঙ চীংয়াহু থোমজিনবগুম উরি। থেনহু উরকপদা এস পি না জবানশিংদা হায়রকই,

"অরাপ্পদা উরিবা তুরেল ফাওবা নো মেনস লেণ্ডনি। মসিগী অসোম থংবনা ঐখোয়গী বোর্ডরগী রাংমা। জাকুশিং, জবানচিন্থি, স্মগলরশিংগীনা হেন্তম্নি। থংনবদা লৈত্রিবা চীংশাসিগী অসোমথংবা চীংমায়সিনি ডেষ্টিনেসন।"

থঙহৌদনা তারকই নোংমৈ কাম্নগী মখোন অমুক অনীরক, কায় কায়না। অয়ায়দনি কাপলিবত্থু— য়ামনা লাপ্পনি। এস পি উমুংবগুম চপ লেপ্পি, তাই কাপলিবত্থু। সিগনেলরদা হায়, "কে পি কু্য অ্যাই তৌ।"

"কোল্লিং কে পি কু্য, কোল্লিং কে পি কু্য।"

হয়্না হয়্না কৌই, রেসপোনস ফংদে।

অমুক উন-রাইমুক চিকই, মুংশিং ফাওবা লেপপ্রবগুম তৌই। এস পি মখুৎ মশা তেকপগা চপ মায়, মায়কৈ মরী লৈনা য়েংই।

'ফেলকোনস' ক্লিফ' ফনা য়ামনা নকুদি উই হায়ববু চীংগী লম্নীনি, উনা উনা অসুম লাপথোকপ্রি। এস পি মশাদা য়াও-রিবা মেসেজত্থু য়েংই। থঙহৌদনা মশাদা করিগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌই, মনাক্তা লেপলিবা ডি এস পি দা হংলকই-

"এস পি সাহেব ফনা ওয়্না এডভানস তৌখি, নত্রা সাহেব?"

"তৌখি স্যার।"

"গুণ্ডাশিং অত্থুগা থেঙনরম্বসু য়াই?"

"স্যার। নহানগী ডিসকসনদা পাউ হেক ফংবগা এডভানস তৌবা য়ানগ্রবনি। ফনা শাংত্রে মতমসি থেঙনরম্বা য়াই স্যার। নোংমৈ মখোনত্থুসু রাইফলগীনি স্যার।"

"কাপ্পবদা অভাংত্থু— "

"মায়কৈ অমত্তনা কাপ্পা মাল্লি, একচেঞ্জমক্তি মান্দে স্যার। ঐখোয়গী জরানশিংগী থুংকাপ মান্দে। য়াইপিংগী মাল্লি স্যার।"

"উম ওইবা য়াই— ওইবা য়াই, অত্থুদি— ঐখোয়গী জরানশিং।"

"থুদোংথীনিংঙাইনি স্যার।"

এস পি শককম হঙ্গিল্লি, মখুদাং থরীত্থু য়েংই। য়েংলগা মাংগী চীংশা অদোমদা খোঙকাপ রাইরকই, জরানশিং ফুজিন্নরকই

মাগী ফুংনা। চৌংগী মতোনতু হেক কাথংলকপদা অরাপ্পনা লৈৱিবা বেবী হিলসকী অয়োম্বা চৌংশাদা মালাবারগী জরানশিং মরী মরী কাথংলিবতু উরকই। জরানশিংসু মথোয়বু উবদা খুদোম্বী থিন্দুনা য়েংনরকই। ইকুই কুইদনা মালাবারগী জরানশিং শোংলবা নারক শীংলকশিং অতুগী মরক্তা অমমম অনীনী মাঙখ্রি।

লোইরোই কুমথরকপনা মহৌশা কোৱীগী উয়োক লৈকোন, অশংবা উপান রাপাম্না তদেক তদেক নিংথিরিবা চৌংশা অনীগী কারনকম, পাকনা শম্না তামখ্রিবা, থেন অমা উরকই। অশংবা খিকলোই মরক্তা শতু নায়াংনা চাইনা চোংনা হৌবনে, হাইথরক-লিবা ছুম্মিংকী মশেকনগা য়ৈবনে, পাকশম্না তিংথোকলবা অশংবা অঙাংবা মচুনা ময়ুং মফেন মাম্নবা ফিগে ক্রিঙামগুম নিংথিরি। চৌং লম্বীদা লাকপগী হুম্মাং লৈরীকনরবা জরানশিং মতু উরকপদা অরাবা কাওনরকই, পুকনীংদা হৈনীংবা পোকহল্লি। এস পি সাহেবসু পুকনীং হকচাংগী অরাবা মিকুপ মরুমদং কাওথোকলুই, কুইদে নীংশিংই মাগী মথৌ, থঙহৌদনা তারকপদা সিগনেলগী খোম্থোক্তুনা খুদক্তা পায়থংলি রাকী-টোকী,

"সি পি রাই কোল্লিং কে পি ক্যু আউট।"

"য়া কে পি ক্যু, এট লাষ্ট রিভর পোষ্ট, নো কনটেক্ট উইথ ফেলকোনস'-স্মোল সার্ট ব্লড ষ্টেণ্ড, এ পেয়ার ওফ সুজ ফাউণ্ড, আউট।"

এস পি মথুং নীকই—

"সি পি রাই পিকিং আপ, মোর ইনফোর্মেসন প্লিজ, আউট।"

"স্ত্রগলিং মার্কস এণ্ড ব্লথ মার্কস ওন টর্ফ, নো ক্লু। ফর্দর এডভানস নোট পোসিবল। এলিয়েন ফোর্স এক্রোস বোর্ডর। বেকিং ওফ টু ডিসএঙ্গেজ, আউট।"

"কোল্লিং, কে পি ক্যু! প্লিজ পুস ওন ফোর গোডস সেক,

চীংশা অহু ওমনা থৌজিন্নখি। মিং-মাই শাংবা ওমদমথৈ থোন-রকপনা পুংখায় অময়োমগী মনুংদা চীংথোওহু ফংনৈ। চীংথোওহু হেক য়ৌবগা গাড়ী থাম্নরগা অশোংবা উক্রম রাক্রমদা থৌজিন্নৈ। তোংলকপা জবানশিং মাগী মাগী কমাণ্ডারশিংগী নাক্তা চেনশিন্নৈ।

এস পি না বেবুনস হিলসকী শাথীনা ওমলবা চীংশাহু কাখৎলকই, লোইনরিবা জবানশিং থরনা মাংদা চেন্না চেন্না চথংলি, থরা অমনা এস পি গী নাক য়েত্তা, তুংদা হাইদোক্লুনা খুদোংথীবা খুদিংমক মায়োক য়াগে শেম শানা, কোইশেন শেম্নহুনা চংলি। অমুম অমুম কাখৎলকলিবা মুমিংকী থোঙচংকা হিদান্নরি। শামান লেংম'ন্নবগা শাফা লানফা তম্নগে য়োক থাক্তুনা থমলক-লবা, মশা মউ থিংলবা, জবানশিংগী লুমনা থাংলকপা থোঙথাংগা ইরোইনরিবা ফুইনা হোল্লকপা মুংশাশ্বরগা অনীনা মহৌশা চীংগী মুংগুকনবহু হেন্না অহোই গুকহল্লি। প্রোক প্রোক শাই শাই নমথেক্তুনা চংলকপনা শামু লমশাগী শল্লুপনা নমথেকলকপগুম অকি তুজুং পোকহল্লি। অকি অথং লৈতনা চাক্তাজরম্বা শা উচেকশিং মিপাইনবগা লোইননা কোইচেন চেন্নরি, পাইনরি। চীংথক তমলকপা চিংয়াগী মালং-শউম লাংবদা হাইনা হুমনা শাম্নজরম্বী, তঙাং তঙাং নিংথিবী, শত্রু নায়াৎ পাম্বীশিং জবানশিংনা নৈথেক-লকপদা নৈমাইথক্তা লোংনা উপনা হাইথরি।

ফনা য়ামনা কাখৎলকলে, চীংগী চীংখাং য়োরকলে। মহৌশা অমুপ য়াম্বা মীশিংগা অমুক্তমু শকচাননা মায়োকনিবা য়োংশিং, থোং লাউহুনা চেম্নোকলকপদা চীংশা অহুমা পুমনোম নোমলে। মথোয়না থোং লাউবদা জবানশিং থকৎপমক নত্রবমু ইরাং লাংবমা পোকনৈ। তাঙ্গাসিমক্তদা এস পি গী মনাকমক্তদা পুরিবা রাকী টোকীদা সিগনেল লাকপামা তারকই। এস পি চংলম্বদগী লেপই,

সিগনেলগীনা সিগনেলশিংদু লোকেট তৌনবা হোংদৈ, চিটৈ ফাই সিগনেল, অহুগা এস পি দা,

"সি পি বাই কোল্লিং কেপি ক্যু, আউট।"

"কে পি ক্যু এট মিড রে বেবুনস, আউট।"

"সি পি বাই এটোপ ক্লিফ, নো কনটেক্ট য়েট, আউট।"

"কফিং হর্ড, প্লিজ লোকেট, আউট।"

"কফিং নোট আরাস— এডভানসিং ফরদর. ফোলো স্যুট, আউট।"

"এডভানসিং— টোপ স্পীড, আউট।"

মথা তারকখিত্রে। কৌই এস পি না অমুকম্মু অহুবু খুমলক্কে।

এস পি না লাউরকই,

"ফোরার্ড এব্রিবোডি —ফুল এলার্ট—কাপখিবদো ঐখোয়গী নত্তে। সিংহাতকী এস পি ক্লিফ মতোন্দা।"

কাংবুদু চীংথকলোমদা চেনখংনরকই, পাইদে হায়বদা থাকই। শুকলবা নারক মোংশোং মরক্তগী রেংথোকলকপদা থেন ওইনা তৌবামা উরকই, মতুগী নোংচুপমক্তদা চীংশা নাপোম অমা, নোং-পোকলোমদনা লোইরোই হাইথখিবা চীং নাপোম অমনা অম্মুম অম্মুম হাইথখিবনা চীংগী মনাও ওইবা তম্পাক লমদমগা লোঙ্গায়রি, থেক খোইরবা পিক্তক চেংতক তামখ্রিবা তুরেল মচা অমনা চীংখোঙ চীংয়াদু খোমজিনবগুম উরি। থেনদু উরকপদা এস পি না জবানশিংদা হায়রকই,

"অয়াপ্পদা উরিবা তুরেল ফাওবা নো মেনস ল্যেণ্ড। মসিগী অসোম থংবনা ঐখোয়গী বোর্ডরগী বাংমা। ডাকুশিং, জবানচিঙ্খি, স্মগলরশিংগীনা হেভন্নি। থংনবদা লৈখ্রিবা চীংশাসিগী অসোম-থংবা চীংমায়সিনি ডেস্টিনেসন।"

খঙহৌদনা তারকই নোংমৈ কাপ্পগী মখোন অমুক জনীরক, কাপ্প কাপ্পনা! অরাপ্পদনি কাপলিবত্থু— য়ামনা লাপ্পদনি। এস পি উমুংবগুম চপ লেপ্পি, তাই কাপলিবত্থু। সিগনেলরদা হায়, "কে পি ক্যু ত্রাই তৌ।"

"কোল্লিং কে পি ক্যু, কোল্লিং কে পি ক্যু।"

হয়া হয়া কৌই, রেসপোনস ফংদে।

অমুক উন-রাইমুক চিকই, মুংশিং ফাওবা লেপপ্রবগুম তৌই। এস পি মখুং মশা তেকপগা চপ মাপ্পে, মায়কৈ মরী লৈনা য়েংই।

'ফেলকোনস' ক্লিফ' ফনা য়ামনা নক্নদি উই হায়ববু চীংগী লম্বীনি, উনা উনা অস্তুম লাপথোকত্রি। এস পি মশাদা য়াও-রিবা মেসেজত্থু য়েংই। খঙহৌদনা মশাদা করিগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌই, মনাক্তা লেপলিবা ডি এস পি দা হংলকই,

"এস পি সাহেব ফনা ওয়া এডভানস তৌখি, নত্রা সাহেব?"

"তৌখি স্যার।"

"গুপ্তাশিং অদুগা থেঙনরম্বস্থু য়াই?"

"স্যার। নহানগী ডিসকসনদা পাউ হেক ফংবগা এডভানস তৌবা য়ানগ্রবনি। ফনা শাংগ্রে মতমসি থেঙনরবা য়াই স্যার। নোংমৈ মখোনত্থুস্থু রাইফলগীনি স্যার।"

"কাপ্পবদা অঙাংত্থু— "

"মায়কৈ অমত্তনা কাপ্পা মাল্লি, একচেঞ্জমক্তি মান্দে স্যার। ঐখোয়গী জরানশিংগী থুংকাপ মান্দে। স্নাইপিংগী মাল্লি স্যার।"

"উম ওইবা য়াই— ওইবা য়াই, অত্থুদি— ঐখোয়গী জরানশিং।"

"খুদোংথীনিংঙাইনি স্যার।"

এস পি শকফম হঙ্জিল্লি, মথুদাং থরীত্থ য়েংই। য়েংলগা মাংগী চীংশা অদোমদা খোঙকাপ রাইরকই, জরানশিং ফুজিল্লরকই

মাগী তুংদা। চীংগী মতোনহু হেক কাখৎসকপদা অয়াপ্পদা লৈব্রিবা বেবী হিলসকী অয়োম্বা চীংশাদা মালাবারগী জরানশিং মরী মরী কাখৎলিবহু উরকই। জরানশিংসু মখোয়বু উবদা থুদোখী থিজনা য়েংনরকই। ইকুই কুইদনা মালাবারগী জরানশিং শোংলবা নারক শীংলকশিং অহুগী মরক্তা অমমম অনীনী মাঙখ্রি।

লোইরোই কুমথরকপনা মহোশা কৌবীগী উয়োক লৈকোন, অশংবা উপান য়াপাম্না তদেক তদেক নিংথিরিবা চীংশা অনীগী কায়নফম, পাকনা শম্না তামথ্রিবা, থেন অমা উরকই। অশংবা খিকলোই মরক্তা শহু নায়াৎনা চাইনা চোংনা হৌবনে, হাইথরক-লিবা মুমিংকী মশেকনগা য়ৈবনে, পাকশম্না তিংথোকলবা অশংবা অঙাংবা মচুনা মমুং মফেন মাম্নবা ফিগে ফিঙামগুম নিংথিরি। চীং লম্বীদা লাকপগী হুম্মাং লৈরীকনরবা জরানশিং মহু উরকপদা অরাবা কাওনরকই, পুকনীংদা হৈনীংবা পোকহল্লি। এস পি সাহেবসু পুকনীং হকচাংগী অরাবা মিকুপ মরুমদং কাওথোকলুই, কুইদে নীংশিংই মাগী মখো, খঙহৌদনা তারকপদা সিগনেলগী থোম্মোক্তনা থুদক্তা পায়খৎলি রাকী-টোকী,

"সি পি রাই কোল্লিং কে পি ক্যু আউট।"

"য়া কে পি ক্যু, এট লাষ্ট রিভর পোষ্ট, নো কনটেক্ট উইথ ফেলকোনস'-স্মোল সার্ট ব্রড ষ্টেণ্ড, এ পেয়ার ওফ সুজ ফাউণ্ড, আউট।"

এস পি মখুৎ নীকই—

"সি পি রাই পিকিং আপ, মোর ইনফোর্মেসন প্লিজ, আউট।"

"ড্রগলিং মার্কস এণ্ড ব্রথ মার্কস ওন টফ', নো ক্লু। ফর্দর এডভানস নোট পোসিবল। এলিয়েন ফোর্স' এক্রোস বোর্ডর। বেকিং ওফ টু ডিসএঙ্গেজ, আউট।"

"কোল্লিং, কে পি ক্যু! প্লিজ পুস ওন ফোর পোস্তস সেক,

আউট।"

"সোরি নোট পার্মিসিবল, আউট।"

মশা তারকখিরে। এস পি না অমুক অনীরক কৌই পাউথুম লাকখিরে। —পাউ ফাওনখিরে। রাকী টৌকী সিগ-নেলরদা শীরগা অথাপা লমহাং অদোমদা মথবাক্কা য়ালিবা বিনোকুলারছু থাঙ্গৎলগা লৈ-না লৈ-না য়েংই। য়েংলমলগা লেপলিরা মফমছুমক্তদা ফমথরকই। জরানশিং পুমনমক তুমিন তুমিন লেপনৈ। অদুবু লমহাংদা মনীং তমনা শিংলিবা হুংশিংকী হুঁ হুঁ লাউবা শাফু মরক্তা চীংগী হারিগী য়াকলবা খোঞ্জেল্লা তান থারি। তারমদাই হুমিংনা অথাপ্পদা লৈথ্রিবা অরাংবা চীং অমগী মরুমদা লৈথখিবগা লোইন লোইননা মশা মুত্তুরবনা চীংগী লৈকু লৈরাইদগী চীংরা তমরা তমনা অসুম অসুম কুপশিল্লকই। এস পি য়ামনা নীংবা কায়না অরাংবা চীংদোনথক্তদা লেপ্লগা থা নোংচুপ পাংবা অদোমদা অদুম য়েংহৌরি। ওফিসার পুন্নমক এস পি না করি হায়রকপগে ঙাইহুনা লৈনৈ।

থাপলবা তেংনৌপলগী অকোইবদা শন্দোকখ্রিবা চীংলোন চীংলোনদি লাইমতোন চীংদোন্দগী হৌরকপা লৈচিনগী মপৈ মপৈনা অসুম অসুম শন্দোকলক্তনা হুমিং চাইথ্রিবৈ মমাংদে পুমম মমখ্রে। রাংলবা শুক্লবা চীংশা নাপোম অমগী লৈকু অমদা সনাহল তুমিন ফমলি। মনাক্তা তারিবা তেলবা মোমবাতিবু চুথংকে লাক্লরিবৈ তাঙ্গাদা য়াম্বা অনীথক লাকলিবছু মশেন মরাং উরকই; মখোয়বু হেক উবদা মহাক ফুক হৌগৎলকই। অনীছু লাপতক লেপই, অমনা হায়রকই,

"য়ামনা য়ানা ঙাইবীরমলগনি, চৎননবা শেম শাবা য়ারে।"

খোনফমছু তাবনা ঙাংলিবছু য়াম্বা লুচীংবছু ওইরিবা নীংই অদুবু তাংখোংবদি থওজ্রে, লাপ্পবদগী। সনাহল্লা হংলকই,

"কদায়দনো য়াম্বা ?"

"চৎমিন্নগদোৱিবা য়াম্বশিংনা তাকনি। —ভাইহাক্তং পো-থাবীখো। চৎলমদাই অসিদা পাঙ্গল ওইনবা চা অমম্মতং থকমিন্নখিসি।"

"য়ামনা য়াবীরে, থক্তবস্ু য়াই য়াম্বা। আমিন্নগদি উন্নগনিকো ?"

"উমাপতিগী কৃপা য়েংবা হায়বত্নি।"

"উমাপতিগী পুনসিচুপ্পা ভাইজৱকপনি। পুনসিচুপ্পা কাউগদৌবা লৈতে। কৎখি নোংমস্, নত্তে, নোংমতা নত্তে। অহুবু করম থৌজ্ঞানবীথি—অওকপা য়ানি। কথোকচরি হৌজিকস্ অৱোইবা ওইনা অথাকপা লৈতনা, ঐগী থবায় হকচাং ঐগী পুনসি, হন্দক্তি অৱোইবনি।"

অঙা ওবগী চোইরোলগুম খুমলকই সনাহল। য়াম্বা অনীত্থু পাউথুমত্থু তারগা য়েংনৈ অমগা অমগা। য়াম্বা অমনা মানা য়াল্লিবা থাউ অহুনগী চা হাপ্পা লিকলি, প্লাসতিকী গিলাস অহুমথক পুথোক্লগা চাত্থু গিলাসশিং অত্থুদা য়ামনা লীকনা লীকনা হৈৱকই, অত্থুগা সনাহনগী নাক্তা চঙলক্‌না গিলাস অমা পীরে, অমনা য়াম্বা অমত্থুদা পী, মাগী শরুক অমা পায়। মনাক অত্থুৱাইদা তারিবা মুংজাওশিং অত্থুদা মহৈ মহৈ ফমনৈ। য়াম্বনা হায়রকই,

"চাত্থু থকশীন্নু। য়াম্নস্ু চম্বা য়াম্নস্ু তাংবা। য়াম্বগীদমক অতম্নবা শেম্বনি, চৎলমদাই অসিদা থকমিন্নগে হায়বগী। ঐখোয় অমুক উন্নৱকপস্ু য়াই, উন্নিবসিনা অৱোইবা ওইবস্ু য়াই, তম্বা ওমদে। মুপাগীদি লাংফমমক্তনি। ঐখোয়গী পুনসি মভাসিনা মৈগীচীংদা ফম্বগা চপ মাত্রে। য়াম্বনা নীংলিবত্থু থুংবা ওইসত্থু, ঐখোয়না নীংজন্নিবসিস্ু ফংবা ওমজগে। ইমা লৈবাকীনি, চমজনা লেল্লিবা মীচম পুন্নমক্তীনি ঐখোয়। মসিমগা কাওবীগন্থু।

"য়াম্বা মোকপা উন্নবা মতমদা ঐখোয়গী হুংশিরুবা য়াম্বা অমা অনীদি মরৈবাক্তীদমক মথরায় কথোকচবা ভমহোরে, লৈহৌরিবা ঐখোয় খরম্ভু মহুগীদমক শেম শাহোবি তম্বীয়ু। লোইনবীগ-দৌরিবা য়াম্বা, উন্নরকদৌরিবা য়াম্বশিং ঐগুম্বনি ; লূচীংবা ভাকনি, পাখোল্লোই ভাকনি, ঐখোয় কনাম্ভু খেন্নদে।

"অহুগা য়াম্বা শিখিগদৌবা মীওইপোক্তী শুনসিনি। হিং-লিউ অসিদা ঐখোয় খুদিংমক মৈবাক অসিগী, সমাজ অসিগী কান্নগদৌবা, হৌরকলিবা নহারোলশিংনা ফিদম লৌহৌবা য়াবা, থৌদৌ খরদি তৌরম্বা তাই। মৈত্রবাক্তী লৈরিবা ফিভম মৈরৌ হেক্তি ওবদি পুমনমক মৈচাকখাক ওইহোরনি। ঐনা হায়জরিবসি ঐখোয়গী কাংবু অসিদা য়াওবীয়ু হায়বা নত্তে— ঐখোয়গীসিদি পুমতোপ তোপ্পনি। অসি নত্তবা কয়াম। লৈরি। হেন্না থওশীরে সমুদ্রনা ঈশিংগী অওকপা নাইদে, অচাকপা মৈনা শিওগী মশক থনদে।"

সনাহল য়াম্বহুনা হায়রিবহু তারগা মঙোন্দা মুম্না য়েংলকই, কমলম্বগী হৌগৎলকই ; য়াম্বহুসু হৌগৎলকই ; হৌনরুবা য়াও-দনা অনীমক চেজেং কোন্নৈ। সনাহন্না হায়রকই,

"ঐ থওজরে য়াম্বা। ঐনা চিংনরম্বা পুম্নমক কোকলে। পেলহৌদবা পুম্নমক মাওগ্রে। ঐনা লানখিবা পুম্নমক ভাকপীয়ু।"

"ঐখোয়বু্নি ভাকপীগদৌবদি। মতেক থরা অরাবা থাও-মিন্নগ্রে। অমুক উন্নরকখিবস্থু য়াই, উন্নখিদবস্থু য়াই অহুবু কাওনগুমসি। ঝা অমত্তুংগা শিন্নজগে।"

লূচীংবহুনা মাগী ফুরিৎথাউদগী লুপা চনীথক লৌথোকলগা সনাহনগী খুত্তা হাপলে অহুগা হায়রকই,

"শেনফম অসি উমাপতিগী চরণদা ঐখোয় মরামগী ওইনা কৎপীয়ু।"

"ফনি কচ্চরমগে।"

"য়াঙনা লেঙলঙ্গা লৈরক্লগদোৌবা মফমছুমগা ভাকপীহু। ভেক্ত কাম্বদা ঔৌরে হায়বহু থঙনলবা।"

সনাহল ভাইহাক খল্লি। হায়রকই, "ঐনা হুনঞ্জগা ক'রি-ভন্না খুদোং চায়বদি উমাপতিগী মন্দিরদা শিবরাত্রি য়াওবা নংনবা চচ্চগনি। নংলে ফরে নংত্রে ফয়ে। ঐহাক মন্দির মফমহুদা সেম্বা য়াওহুনা লৈগে খল্লি। মহাকনা থোজানবীগত্রা খঙদে।"

"থোজানবীবা ওইদ্রে। —য়াম্বশিংগা লোইনবীথিবা য়ারনি।"

য়া মথা অমুক ভারমদনা য়াম্বহু অতোপ্পা য়াম্বা অমগা লোইননা মফমহুদগী চংখ্রে। সনাহল পেলহৌনবগুম মাবু যেং-হৌরি, ভাইহাক লৈরগা মাবু ভাইরিবা য়াম্বশিং অনীহুগা মফম-হুদগী থোঙশানখ্রে। মহাক নোংমা ইথা থাজদনা য়ৌরকখি মফমহুদা, নোংমসিদা অমুক থাদোকলমলে মফমহু থাজবা অমগীদমক।

## নিপানশেবা

লোইবা চাংগী হৌনশা শুকনা মম্বা মরক্তা মম্বা মুশুকনবনা থোইনা অহোই শুকহনখিবনা ঙনৌ ঙনৌরিবী তাংলো মতাংদু ফনা য়ামনা লৈশিন্না উরকলে। সনাহলগী খোঙবু ফনা শাংনা লাকলে। চৌংগা অওম্বা কারকপগী ফুইনা হোনবা মুংশাশ্বরগা শাফু কন্না শিংলবা, চৌংথাং তমনা কারকপা, মালংবগা অমত্তা ওইনা তিন্নখ্রি, নারক মোংশোং লোক-তাই মরক্তা হু হু।

মথং মথং লাকপনা নোংয়াই চবুক লোল্লকপা অহুৱাই আপিকপা খুন অমা য়োরমদাইদা অহাংবা খেন অমদা ঙাইহাক পোখানরগা খুনদু নাকোইননা খা নোংপোক পাংবরোমদা অমুক লাকলে। মথং নোংঙাল্লকপদা তারম তারমবা খুনশিংদগী য়ামনা থাপনা, থৈ থৈহুনা অমুক পোখা অমুক চৎ অস্সুম লাকপনা, হুমনি চল্লকপগী নোংয়াই চবুক লোল্লকপদা মোড়ে তারমদাই চৌংশা ফংলকলে। মফমহুদগী নোংপোকলোমদা খেগৎলক্লুনা লোক-চাও তুরেল লাল্লগা অৱা লৈবাক্তা লমথৈ মনুং ফাওজিল্লক্লুনা অসুম অসুম লাক্লুনা নিউ মঙকাঙ তারকলে। খুন অসিদগী

চুমথ্রিঙ নোংচুপ পাংনা শন্দোকথ্রিবা চীংশা নাপোম কাখৎলক্লগা নোংঙাল্লমদাই ইচিক হুল্লকপা মতাংদা চালশাং— ভেংনৌপল তারমদাই লম্বীদা মখোয়বু ওকপা লাক্লম্বা য়াম্বশিং অহুমগা থেঙনরে। কাংবু অনীগী লুচীংবশিং, য়াম্বশিং অমগা অমগা য়ামনা মুংশিননা থাগোৎল্লে। অমনা অমগী মুংঙাই য়াইফগী পাউ হংনৈ। হংনরবা তুংদা হান্নন থঙনগ্রবা শিম্বাগী মতুংইল্লা ওকলম-লিবশিংদা সনাহলবু শিম্নরমলে। থিল্লকপা কাংবুত্থু মফমত্থুদগী হলহৌরে।

অনৌবা কাংবুত্থুগী লুচীংবা য়াম্বত্থুনা হায়,

"মফমসিদা ভাইহাক পোত্থাখিসি। মসিদগীদি ঐখোয় মিৎ-না শিংদবা য়াদ্রে।"

সনাহল্লা হায়রকই,

"ঐবু মুংশিবীবা, ঐগীদমক ৱাবীবা, অসিগী ঐহাক খ্বায় পুন্নমক্কী লমন তোল্লে। ঐহাক করিস্মু থন্দ্রে। ঐনা থঙজনীংবা অমত্তুং লৈজে।"

"তাকপীয়ু য়াম্বা।"

"আমিরগী পাউ ওস্নোকনা তানীংখ্রে; পাউ অমত্তা ফংবীদব্রা?"

"করিস্মু মুংশা থীবীগনু, মহাক ঐখোয়গী য়াম্বশিংগী নাক্তা তেক্ত কায়দনা লৈরে হায়।"

মং-হাগুম্বা পাউত্থু তাবদা য়ামনা ঙকনা হংলকই,

"আমিরবো, য়াম্বশিংগী নাক্তা?"

"উম।"

"অদুতনি থঙজনীংবা। মহাক করিস্মু তৌদেকো?"

"তৌদে। ফত্রগা গুণ্ডাশিংত্থুগী কম্ননবা লাক্লবদা মহাক অশোক অপন থজিক্তং নঙই। অকনবা নত্তে—"

সনাহল ইপা পাখংনা হংলকই, "আমিরবো, কমদৌনা ?"

"থীনা শোকপা নত্তে পাখৎপীগনু। য়েৎথংবা মপাম্বোম মরূদা, নোংমৈ গুল্লীনা খেৎখিবনি। মরাইবক ফবা অঙাংনি।"

"নোংমৈ গুল্লীনা! ইস!"

"খেৎখিবতনি ঐখোয়গী য়াম্বা অমদি মাবু হাকন্নবদা থরা শাথীনা শোকলে, অতুবু শিবমক্তি শিররোই। মহাক হৌজিক লাইকন্নরি।"

"কয়াদা ব্রাবীরবা! যাম্বহুবু অমুকুং উন্নজবা ফংগদ্রা ?"

"আমিরগী হান্ন হোৎনবা তাবনিনা, মহাক থাপনা লৈহৌরি।"

"আমিরনা কদাযদা ?"

"আমির হৌজিক পুরকলন্নগনি। ঐখোয়গা শোযদনা উন্নগনি, কবিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্ত্রবদি।"

"খুদোংথীবা ?"

"খুদোংথীভম ওাক্তেনি য়াম্বা। অরাইবা খোঙচৎ নত্তে। ঐখোয়মকসু থেঙনবা য়াই, মখোয়গীতা নত্তে। মহাক তরাই তরাইনা পীথোকলকপা নত্তে, ফত্রবশিংতুগী মথযাত্তগী শত্তনা পুবকপনি। মখোয় তাম্নরকপসু যারি। অসিগী মথক্তা মীগী মীরমদসু লাক্তবা য়ারোই।"

"অতুদি য়াম্বা ঐখোয় থবা মাংজোননা চঙশিনবনা ফরোইদ্রা ?"

"মতুগীনি ঐখোয়না পোত্থারিবসি। করিসু মুংশা থীবীগনু। ঐখোয়গী য়াম্বশিং মথৌ থঙবা ওাক্তেনি।"

"কবম্বা মতমদা মখোয়না উন্নবা ফংগনি ?"

"মুমিৎ নীনি হুমনিরোম লৈরগা ফংনরবা য়াই।"

সনাহল য়ামনা ওাইওমদনা তঙক তঙক য়েংনা লৈ। আঙ্গাসিমক্তনা য়ামনা তামনা নোংমৈ কাপ্নগী মখোনগুম্বা অমা তারকই,

অমুক্তা নত্তনা ইরোন লোনশিন্ননা অনীরক। য়াম্বত্থু মকোক হাইগৎলকই, মপুকনীং চঙনা তাই মখোনত্থু। অমুক মখা তাখিদ্রে। মখুত্তা শিরিবা ঘড়ীত্থু য়েংই ; সনাহল য়াম্বত্থুবু মুন্না য়েংলগা করি হায়রকপগে ঙাইরিবগুম তৌই। মিনিট অনী অহুমগী মতুং য়াম্বত্থুনা "ময়াম চৎনবা তৌসি," হায়বগা ফমলম্বদগী হৌগৎলকই।

মহৈ মহৈ হৌগৎনত্থুনা চিথ-নাম্থ য়েংনৈ ; মশা মশাগী পুগদোবা নম্বো থাবো ঙমনা শেম শানরগা মফমত্থু থাদোক-লমলে। অমম অঙান শিন্নরকপগী নোংপোক চীংমায অদোমদা কোরৌ মশেকনা মৈরাল্লকপা মত্তাংনি। মীগী খুনাম তাদ্রিবা, শাহিং চাবা শা ফাওবনা চৎপদা হঙ্গোইগদোবা, লম্বী মত্তানি। অসুমনা লাকপনা হুমিৎ যুমজি লাংলকপা মত্তাংদা চীংচেপ মচা অমগী খোঙথাভমকপু থুংদবা, ওই-ওইননা চৎলিবা পিকলবা লম্বী অমদা পংশাং শাংদনা লাক্লগা লোক মচা অমা ফংলকলে। মফমত্থু ফংলকপদা ময়ামত্থু হুন্মাং হন্দোকনৈ, ঙাইহাক পোত্থানবা শেম শানৈ।

আমিরগী মশাদা নোংমৈ গুলীনা খেত্তুনা চৎখিবগী পাউত্থুনা মপুকনীংদা ফাওখিবা চৈনাত্থু ইকোক কোকপা ঙমদবগুম মহাক করি তৌরমগদগে থল্লুবদগী সনাহল মশাত্থু পুমচোক চোকথৈ। হুমিৎ কয়ানি ইবেপ লেপ্লুনা লাকপদা মশাগী পাঙ্গলগা মযেং তাবনে সনাহল উজাও অমদা ঙাত্থুনা ফমলম্বদগী হায়ফেং উইথরুই। অত্থুবু কুইদে অঙাওবগুম ফুক হৌগৎলকই অত্থুগা থঙহৌদনা তুথরকই। মনাক্তা নৈবম্বা য়াম্বা লুচীংবত্থুনা মাবু কোল্লগা ফম-থহল্লে। যাম্বশিং পুন্নমকস্থু চেনশিন্নরকলে। ময়াম চঙত্থুনা মাবু নৈমায়থক্তা হিপথহল্লে। য়াম্বা লুচীংবনা হংলকই,

"করি তৌরে যাম্বা ?"

সনাহল চিঙৈ ভাব তারকই, খুমই—

"করিগুম্বমা অসুম খল্লুবদগী ওইরমাল্লে ওঙ্খোকপা মও অমা উবদগী ঐ ইভাও ভাওকরে।"

"ভাইহাক্তং পোথাবীয়ু। মফমস্থু ফনা চারে করিগুম্বা থরদং চারগা চংপনা ফরনি।"

অতৈ যাম্বশিংনা চান থক্রবা শেম শারিডৈ মখোয় অনীতা ভাইহৌবদা য়াম্বহু্না হৌদোকলকই,

"য়াম্বা মুংশা থীনীগম্নু। আমিব লাকলমলগনি, ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা পুনকলম্নগনি। তুনভম চাভমগা খভদবসিগী মথক্তা অমুক্তা মুংশার্থীবা অমগা য়াওববদি য়ামনা ন্নারগনি। ঐখোয়গী য়াম্বা লুচীংবনা আমিরগী অশোয় অভাম থোক্তনবা শিন্দুনা লোইথ্রবনি।"

আমিগী রা পল্লকপমক্তদা মাগী মাঙলুরবা পাঙ্গল, চয়মন-রুরবা রাখল পুরমক, কোকথ্রবগুম সনাহল মশাদা হৈনীংবা পোকলকই।

"ঐবু রারৌনীগম্নু। মও অমা উবদগীনি। মহাক্তা শোয়দনা উন্নরগনি তায়বা ঐহাক থাজে। মহাক মপাখোমদা থবা শোকলে হায়বহু্না পাথংনমদি পোকল্লুরে। অহুবু থোইদোকপা তৌরোই তাকপীখ্রে।"

"অসুম তৌবনি য়াম্বা, ঐ কুপনা ভমজগে। এখোয়গী তোংনভম গীমচৈগা, আমিবগী মনাইবকনা ফবগা, মগাকপু জিরি-বামলে মদা পুগ চায়না তোম্বা মখোয়গী থোয়রাংহু তাকথিরমই। করিওরা পুথরম্বা পোকলবান য়াননা থুদোং চানমদবস্থু য়াই। মণিপুর পুলিশকী থৌবাং অহুদগীস্থু ওইবা য়াই মখোয়না তোক-খিবহু মহুনা মখোয়না মাবু বর্মালোননা পুনকলমই। ঐখোয়গী য়াম্বশিংগী হৈশংবা পোরম নিংখিনা শিনবা হৈবদগী মখোয়গী থৌরাং পুম্বা মাংজোননা থভবা ভমলমই। বর্মা বোর্ডরলোমদা

মমায় ওনথ্রে হায়বা খঙবগা ঐখোয়না বর্মাগী কারেনশিংদা ঐখোয়গী ইতেং পাংবীনবা হোৎনখি। লাইবক ফবদগী পৈশা খরা তিংজরবস্তু মখোয়না য়াবীরমই।"

"ও, মখোয়দা পৈশা তিংখি হায়বা।"

"মখোয়দা ক্যাট লীশিংকুন পীখি।"

"ক্যাট হায়বদি?"

"বর্মাগী পৈশানি।"

"লীশিং কুন।"

"উম লীশিং কুম্ন, আমিরদা খুদোংথীবা থোক্লনবগীদমক। মাবু হকথেংননা ফাবা কাংবুহুদগী অতোপ্পা গেং অমনা মখোয়বু কিতন্দুনা, অহুগা শেলস্তু পীহুনা আমিববু মখুৎ চনখিবা কাংবু অহুগা বরমীজ গেং অমগা মরী লৈনৈ হায়বা ঐখোয় পাউ ফংলমই। বরমীজশিং অসিগী মতেংদগীনি মখোয়না আমিরবু বোর্ডর লাম্না পুগদৌরিবহু। অহুনা আমিরবু মুনবা তারবদি মখোয়গা ঐখোয়গা খুৎ থোক্লবা তারমই। ঐখোয় শিবগীনমক থোইনা খল্লুদে অহুবু মহুম ভৌবদা আমিরগীদমক্তি কিদবা ঙমলমদে। ঐখোয়গী মীশিংস্তু য়াবমখৈ শোকহন্নীংদে, খঙবীরিবহুনি ঐখোয়গী মী অমমমগী মমল ওস্নোকনা য়ামগ্রে। ক্যাট লীশিং কুন যামদে হায়বা নত্তে। অহুগী মথক্তা বাবমীজশিং অহুগীদি মরমনি।"

যাম্বা অমনা-চান থক্লবা মখোয় অনীদা পীররে।

"লৌবীয়ু যাম্বা চনীংওইনবনি।"

য়াম্বহুনা অমুক মথা তাথরকই,

"আমিরবু বোর্ডর লাম্না পুরগনি লেপ্পরকপা মতাংদনি মখোয়না কয়েদী অমা মণিপুর জেলদগী থাদোকউ নত্রবদি আমিরবু লোইগ্রগনি হায়না সরকারদা অরাইবা চে থাখিবসি। মখোয়না থাগনা ররোইবা নুমিৎকী নোংম। মাংজোনবদনি মখোয়না বোর্ডর

মক্তদা থুংখিবসি। মণিপুর পুলিশ নিংথিনা শেম শাখিদবা নত্তে অতুবু বোর্ডরগী মফম খুদিং সিল তৌবা ওইথোক্তে। পুলিশশিংগী খুদোং চাদবা অমনা বোর্ডর লানশিনবা য়াননবগী হোৎনবদা য়ামনা খুয়ৌনখি, পাউতু মতম চানা ফংনবা ঙমলমদে। গেং অতুগী খুদোং চাবা অমনা মখোয়না শেৎ চারিবা পোষাক বরমীজ লান-মীগী য়ুনিফোর্মগা চপ মান্নবা শেৎলি। ঐখোয়দা খুদোং চাখিবনা মখোয়না লাল্লক্কদৌবা মফমতুগী নম্মিং তুমৎ ঐখোয় ফজনা থঙই। মফম অতুরাইদা মহৌশা ঐখোয়গী কেম্প লৈরমই। মফমতুগী বরমীজ অতুগা ত্রাইবেলশিং ঐখোয়গা য়ামনা চান্নবা মী ঙাক্তনি। অমরোমদা বরজীজ প্রজাশিংনা আমিববু পুরক্কদৌরিবা মৈতৈগী গেং অতুবুদি য়ামনা তুক্কচখি। মতুগী রারী য়ামনা শাংখ্রে।

"ঐখোয়গী য়াম্বশিং মফমতুদা য়ৈশিন্দুনা মখোয়বু ঙাইরমই। কারেনশিংসু বরমীজ প্রজাশিংগী মরক্তা য়েৎশিন্নহনা লৈখি। মণিপুব পুলিশনা বোর্ডবদা কুপ্পা শেন্নবতু উবদা বোর্ডর লানশিল্লকত্রা হায়না কাবেনশিংতু থক্কৎলমই—। অতুবু বরমীজ গেংতুগী য়ুনি-ফোর্মতুনা মণিপুর পুলিশনা বরমীজ মানমনি হায়না খনবদগী আইন কায়না চঙলকপদা হঞ্জানলমই। মমৈদা ববমীজ গেংতু কারেনশিংনা মখোয়বু ঙাইরি হায়র্বসি থঙলকপদা মখোয় থকৎ-লমই। ঐখোয়গী য়াম্বশিংসু থকংখি করিনা হায়নবু মখোয়না করিগুম্বা অঙাংতুদা তাইনরক্কত্রা। হারবগীনি অতুবু ঈশ্বরনা থৌজান-বীখি। মখোয়না কারেনশিংগা থেঙনদনবা লম্বা থৈদোক্তুনা লাকপদা ঐখোয়না লৈরিবা অদোমদা লাকলমই। মশাংগী হায়রুরবদি ঐখোয় মখোয়গা লানবা পাবা ইতিক নৎলমদে। অতুবু মখোয় অরানবা থবক তৌবনি, অমরোমদা অনেকপনি, ঐখোয়না আততায়ীনি। ইথঙ থঙহৌদনা ঐখোয়না লান্দাবদা মখোয় পুমচায় চায়রমই, আমির নাম্বোক্তুনা চেল্লমই। ঐখোয়গী

য়াম্বা অমনা মাগী মমিংহুমক পন্দুনা কৌরমই, মাস্থু য়াম্বারোমদা চেল্লকলমই। ঐখোয়গী য়াম্বা অহুনা আমির শোকপা তারে হায়বদগী মশা চোংখোক্লুনা লানবা তৌনখি, আমিরদা পানবা য়াবা নোংমৈ গুলী মঙোন্দা পানখি, অহুফাউবদা আমিরদস্থু শোকখ্রিবহুনি।"

"হৌজিক আমির ঐখোয়গী থুৎ চল্লে। মহাক শোয়দা ঙামদনা মপা মমাগী মনাক্তা য়োবা অসিদনি ঐনা নীংজরিবা। হে উমাপতি, নংগী কৃপা মঙাইরে।"

সনাহল মথা তানা আমিরগী ব্রা অমুক হংলকখিদ্রে। লাক-মিল্লরিবা পুম্নমক চাবা থকপা লোইনবক্লহুনা চৎননবা শেম শানবে। লুচীংলিবা য়াম্বগী মতুং ইন্দুনা লোক অহু অমুক থাদোকনমলে। অস্থুয়া আরাকান চীংশা নাপোমগী চীন চীংজাও পবেং তারক্লুনা চীংমান লোক তাই নারক মোংশোং লান সান্দুনা থোকপনা খুন মচা মচা কয়া অমা থেঙনরকলে। হুমনি চল্লকপগী লুমিদাং য়াচংবা মতুংদা চীংগী চীংখোঙমক্তুনা তাবা থাংবা খুন ফংলবলে।

থাংবা খুন, পংচাও চাপ্পদবা য়ুমনাক কুনমুক্তা মতাবা, বর-মীজশিং ঙাক্তগী ওইবা খুল্লি। খা থংবা নাকনহু নত্তনা মায়কৈ অহুম্মক চীংনা ইকোই কোইশিনবগুম তৌই। হেক চঙলকপদা খুঞ্জিন অহুনা য়ুমদোমপোক ওইনা তারিবা য়ুম মচাহু তমনা য়াম্বা লুচীংবনা চীংহুনা য়াম্ব শং ময়াম পরপ পরপ চঙনরকই। থোঙগী থোঙবাদা নপ শল্লগা নাশোন পিকনা কোরকই য়াম্বনা য়ুখুহুবু; চিটৈ থোকলকই মুপা পাখং মীওই মীতৌ ফরবা অমা। য়াম্ববু হেক উবদা হরাউ হবাউ নোক্তুনা মখুং তিংখোকলকই, মখোয় অনা খুৎ শোকনৈ অহুগা অমুক চেজেং কোন্নৈ। য়াম্বনা তাকই সনাহলবু পাখংহুগী লোনদা। মখোয় অনী অমুক চেজেং কোন্নৈ। য়াম্বহুনা সনাহলদা পাখংহুবু শক্তাকলকই,

"ঐখোয়গীদমক হৌজ হৌজ রাবীরক্লবা, মাগী শীংবা ওন্ন-রোইদোবা লমন তোল্লবা, ঐখোয়গী মরুপ, রা থিন সাহেব।"

রা থিন্না মতক নোম্বরক্তুনা ইকাই খুম্ননা ওকই। অম্মুমনা শকতাক্লরগা কাংথক হাত্নুনা পংরাং রাংদনা শাবা য়ুমত্নগী ইমুংদা কাখৎনরকই। লীফক মচা অমগী মথক্তা মশা তনান তনান উরবা, ফম্মুং অমা অত্নগা মোরা মচা অনী অহুমগা ফি উপু পংচাও চাওদবা অমগা মফম চানা চানা থারি। ফকলাংদা নপ্তুনা শেম্বা, লীতনা শারবা, রেক মচা অমদা লাইরিক থরা হাপ্লত্নগনা লোইরে ইমুংত্নগী লৈতেং। পাখংত্নুনা ফকলাং মথাদা কোনশিন্দুনা থমলিবা লীফক মচা অমা তিংথোক্তুনা থারে, ময়ামত্নগী ফম্নবা। য়াম্বা লুচীংবগা পাখংত্নগা মথোয়গী মরোলদা রা অমা অনী ডাংনৈ অত্নগা নোকনৈ। সনাহন্দা ওনশিন্দুনা অমুক হায়রকই য়াম্বনা,

"য়াম্বা ঐখোয় মতম চানা য়োৗরক্লে। আমির ডসি অমুক অডনবদা ঐখোয়না লেপ্লথিবা মফমদা শোয় ডামদনা য়োৗগ্রে হায়বা পাউ ফংলে। ঐখোয়বু ডাইত্নুনা লৈরে হায়। ঐগা য়াম্বশিংগা মফমত্নু তাম্না চৎলুবা তারি। য়াম্বনা মফমসিদা পোত্থাত্নুনা লৈবীরম্মু; করিমত্তা চিংনবীগন্নু। ঐখোয়গী মরুপ রা-থিন মৈতে-রোল খরদি খডবনি। ঐনা ওম্নমক শিন্নজররবনি। —খডবীরেকো থিন সাহেব।"

"খডলে," খুমলকই রা থিন।

"ঐহাক অসিদা।"

"য়াম্বনা য়াওবদা খুদোং চায়োইদোবা থরা লৈ, অত্নুননি।"

"য়ামনা ফরে। থবক্তুদা মঙ্গল ওইনবা হোৎনবীয়।"

য়োৗরকপদা মডাইরিডৈ য়াম্বশিং পুম্নমক অমুক হন্না থোক-শানগ্রে। পোকপদগী শক শখডনরক্তিবা লমলানবা পাখংত্নগী নাক্তা সনাহল মথন লৈছোয়ে।

## মাপনশুবা

হকচাং পাঙ্গল ৱামনখিবদগী খণ্ডে, ৱাখল্লা ফুমুংনবদগী খণ্ডে অহিংগী শরুক অয়াম্বা তুম্বা যাদা ওাওন শাওন খাঙলম্লগা অহিং মমৈ তামলকপদা উইরোল উইরোল তুমথরুবদগী কাংথক মুমতুগী মথাদা খেকনা খোংলকপা য়েনবা অমগী য়েনখোংদা সনাহল মিকপ খংথোক থোকই। মাগী মনাক্তা তুমলিবা পাখংবুদি নাখোক্কনা মুংঙাইনা য়াতারি। ওল্লাংবনম্ মতা অমনি, পারবা ফি অমত্তুং মগুপলবম্ ওমচাকনৈ। থিন্দনা তারকই উচেক ৱায়াশিংগী য়াকাই শৈরোল। সনাহল হিপলম্বদগী মনাক্তা তুমলিবা পাখংবু তুম্বা কায়খিনি হায়বগী ৱামনা ভপনা হৌগৎলকই। খণ্ডহৌদনা তারকই মীগী মীনিল অমা। করম্বা মতমদা হৌগৎখিবনো খণ্ডে মনাক্তা ইশি শিনা তুমলিবা পাখংবু মথুক্তা থাংপাক অমা পায় মাগী মমাংদা চপ লেপলে। সনাইলগা মাগা শংত্রিক য়েংনৈ অতুগা তামিন্নৈ অমুম অমুম নকশিল্লকলিবা মীনিল্দু। অমুম তারম্বদগী চিঙৈ নপশিল্লি পাখংছুনা খোঙগী খোঙবাদা, মথুক্তা পাম্বরিবা থাংবু খুতুম চেংনা অতুম মপাম্বরি। অমুম তারম্বদগী

ঙাইগুমলক্তবরা খঙক্রে মহাক থোঙহ্ খংহাং হাংদোকলগা, য়াক্লবা খোনফমদা, লৌভম খঙক্রবা খোল্লাও অমা লাউরম্লগা চোংথক্রে কাংথক অহুদগী। সনাহল খংপ্রেক খংই, স্বাই লাউবমা ফাওই মশাদা।

নোংঙাল্লমদাই তু উরকপা মতাং ওইরমলে। কাংথকী থোঙজিন অহুদগী য়েংথোকখিবদা পংলাপ লাপ্তনা নোংচুপ পাংব-রোমদা লৈখ্রিবা উরক ৱারক অদোমদগী মথোয় থরা য়ুম অদোমদা লাকলিবহু উরে, অমা, অনী, অহুম— ফনা য়ামই। থোং-লাউহুনা চোংথখিবা পাখং কদোমদা মাঙখিবনো খঙহৌত্রে, মশক উখিত্রে, অহুবু মিংনা কুপ্পদা থোঙ্গেল হৌনা নোক্তুনা ময়াম লাকলিবা অদোমদা চঙশিনখিবহু উরকই।

লাকলিবশিং অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকলি; মথোয় তরুকনি, মথোয়গী মরক্তা পিকলিবা অঙাং অমস্থু মকোক মরু ইথুম খুম-জিন্দুনা য়াওরকলিবহু উরকলে। সনাহল উৱিবহু করিনো মশা মথস্তা থাজরক্তে। তুমিন লেপলম্বদগী চোংথরকই মাস্থু লৈমায়-থক্তা; লাউরকই অঙাওবদোনা,

"আমির, আমির!"

অহুগা অমুকস্থু,

"হে উমাপতি নংগী থৌজান মপান নায়দে।"

লাউখিবহু তারবমাল্লে, তুফক তুফাই চম্না লাকখিবা অঙাংহুস্থু ইল্লম্বা ফিহু ক্রং কম্থোকলম্লগা চেনশিল্লকই নংহৌরোইদোবগুম সনাহল তমনা, 'চাচা!'

অনীমক চেজেৎ কোম্নে, কোম্নবহুনা পেন্দ্রবমাল্লে পমখৎলি অঙাংহুবু সনাহম্না, অমুকস্থু কোনশিল্লি, মথাম্নুংদা কোল্লগা চুপই মমায় মায়থোং ওল্লা ওল্লা। মমিং মরীমক কুপ্পদে, পিরাংতনা থুমহৎনৈ। ময়ামহু উম্মুংবগুম চপ চপ লেপলি, য়েংই অনীহুগী কুম্মে ৱা অমত্তা ঙাংদমখৈ। মমিত্তগী হৌরিবা পিরাং কংত্রি,

অঙাংছুবু শিং-মাল্লগা অমুক নোকল্লকই সনাহল,

"ৱারমলগনি ইচাদি, লাউ পোথাক্লসি ইপা থাঙ্গৎকে।"

সনাহল্লা পমলগা কাখৎমিন্নৈ কাংথকী মুমতুদা। ইমুংছুদা চঙমিল্লগ্রে। মিকুপ থরদং মখোয় অনীদগী তাইবংপান ওইগ্রে।

মশা চাত্রবা, শেগাইবনা শীংনা শারবা, লিংলিবা ফুরিৎ অতুনা আমিরগী য়েংথংবা মপান্থোমদা বেঙেজ অমা পুল্লিবতু ইরাই লাইনা উবা ফংই। মতু উরকপদা হংলকই সনাহল্লা,

"ও! নোংমৈ গুলীনা শোকই হায়বতু অসিরা?"

"নং করম খঙই চাচা? নোংমৈ গুলীনা থেৎখিবনি। মৈচুবগা চপ মান্নৈ, য়ামনা শাই। ঐগা চৎমিন্নবা মুপাতুনা ঐবু কোন্দুনা চিংথরমগ্রবদি ঐহাক শিরমগনি। মাদি য়ামনা থীনা শোকগ্রবনি। চাচা, নহাক য়াওরমদবা নরাইবক ফৈ।"

"উমাপতিনা কনবীবনি।"

"কনানো উমাপতি হায়বদি, ঐবু চিংথখিবা মুপাতুরা?"

"নত্তে— উম মানি হায়বা তারে। মহাক মীগী অরা অনা উবীবা ঈশ্বরনি।"

"মাগা ঐগা উন্নরক্তে। মহাক করম তৌরমগনি খঙদ্রে।"

"করিস্থু তৌরোই অতুম ফজখিনি। —নহাকপু য়ামনা ৱারুরগ্রা?"

"উম ঐ য়ামনা ৱারুরে। পংপুদা পুতুনা চৎলুরবনি। মিং-কাসি পুল্লি, অমুক অমুকস্থু হাংদোকই। মখোয়সিগা থেঙনরম-গ্রবদি ঐহাক চাক-কা চাবা ফংলমলোই। করিগীনো চাচা নংগী অশাংবা শম ককত্রিবদি, ঐ খঙঙ্গ্রবনি নংবু?"

"করি হায়নি আমির, নংগীদমকনি —শাংগ্রবা ৱারীনি। ঐ নোংমা তমগে।"

"অপ্লাহোয় ইচেহোয়দি লাক্কো, মখোয় কদায় লৈহৌই ?"

"মখোয় অসিদা লাক্কে, নংবু ঙাইহৌরি।"

"নহাক নতোমত্তা ? মখোয় খঙঙ্গ্রা ঐহাক অসিদা লাকনি হায়বা ? মখোয়নদি লাকলমগনি হায় ?"

"মখোয় খঙলমলোই।"

"নংদি কমগাইনা খঙভিবা ?"

সনাহল পাউখুম পীবগী মতুঙ্তা অঙাংহুবু মুন্না য়েংই, কঙংরবা মিৎকী শিরাং ঈহৌরকই। আমিরবু মথাদা চেংনা কোনশিনবী।

য়ুম্বু পাখংহুনা মাং থারহুনা য়াম্বশিং মন্নামত্তু চঙলকলে ইমুংহুদা। অনীহুগী মতৌহু য়েংই। য়াম্বা লুচীংবহুনা হায়রকই,

"য়াম্বা অঙাংহু চাভম থককম খঙলক্কবনি। চাক চখোম অমত্তং পীজরগা পোখাহনসি। য়াম্বসু পোখাবীয়ু।"

"চুমই, আমির নং পোখারো, কোম্না য়ারী শাসি। ঐ নংগী ফম থাবীগে।"

"নংনা কদায়দা চত্তৌরিবা ?"

"করিগুম্বু চৎলোই, নংগী নাক্তা অমুম লৈগনি।"

য়ুম্বুহুনা চান-থক্কবগী শেম শাবা হৌখ্রে, সনাহল্না আমিরগী হিপ্পনবগী ফম থাবীহুনা হিপহল্লে।

মুমিৎনা য়ুমজি লাংলকপা অহুরাইদা পাখংহুনা খোং থাকপা লোইরক্লহুনা আমিরবু অহুগা সনাহলবু পীজ পীথকলে। য়াম্বা লুচীংবনা অনীহুবু পোখানবা শিন্নরম্লগা য়াম্বশিং মন্নামগা লোইননা ইমুংহুদগী খোকপ্রে। আমিরনা হিপ্প হিপ্প হায়রকই মাগী চাচাদা,

"চাচা নহাক চৎখিমুকো, ঐ কিজে। নহানসু নহাক য়াও-রম্মদি ফাবা ঙমলোইদোবনি।"

"চুমই আমির, ঐ লানখ্রে।"

"ঐ কয়াম ৱাই খঙব্রা? ড্রাইভরনা গাড়ী পুরীগ্রো ঐবু থম্বীরম্মু হায়। মখোয় মরীদো হিংচাবরা করিনো খঙদে। অহন অমা ৱাওবতুনদি ঐবু থনম্মসি হায়বনি। মখোয় অচুমতুনা সুপয়া য়াদে। মখোয় অনীথক্তি নোংমৈস্নু পায়। মখোয় পংশাওদা শাওই, ৱা ঙাংনবা য়াদে। অতুদগী নোংমৈ পায়বা অমনা মাগী নোংমৈতুনা ড্রাইভরতুগী মকোক্তা হেক্তা থাই, ফুস্নু ফুই। অহনতুনা থামই। ঐ য়ামনা কপলমই। অতুবা সুপা অমনা ঐগী চিন মেল্লি। অহনতুনা গাড়ীতু খোৱগা অতুম চৎলে। ঐনা চোংথহোগে হায়তুনা ক্রিং ক্রিং চোংবদা সুপা অমনা মায়দা খুবাকনা কন্না থাজিল্লকই। ওম্বোকনা নাগ্রপোৎনি। মায়সি হৌজিকস্নু লুম লুম লাউই। খুবাকনা থাবদগীদি ঐ ভাব তাদ্রে। ঐননে ভাব ভারকপদা ঐ চীংদা লৈরম্মী। ইমম মমম্মী। গাড়ীতু থাউ লোইদ্রে হায়না মখোয় ঙাংনৈ। ঐবু খুৎ পুল্লগা গাড়ীদগী থাং-থরগা পুতুনা চৎলমই। থাউ থিরগা গাড়ীতু পুগনি হায়নৈ। ভুমিদাং অথেঙবদা অমুক চৎলমই, য়ুম অহাংবা অমদা ঐখোয় মরাম লৈরমই। ডবল রুটি মচেৎ অমথক পীজৈ, ঈশিং থরা থকলগা ঐ অতুম তুমলে। নহাক য়াওরম্মদি খঙদোনি।"

আমির ৱা ঙাংনা ঙাংনা উইথরকই, মরক মরক্তা মমিৎ পাং-বোই পাংদবোই হেক হেক কৌরকই মাগী চাচাবু।

"আমির কোল্লা ৱারী শাসি। তুম্বা থেম্মু।" সনাহল্লা অঙাংতুগী মথুক্তু পায়বী, শিৎ-নানবী। আমির খর শাংনা শাংনা হোল্লগা "উম" হায়না খুমলকই, হেক হেক অমুকস্নু হায়, "চাচা, নহাক চৎথিন্নুকো।"

"চৎলোই, ঐস্নু নংগা হিপকনি।"

আমির উইথরকই, মাগী চাচাবু কৌনা কৌনা— অস্নুম তুমথরকই। আমিরগী দোব লৈত্রিবা মমার মারথোংতু মুন্না

ঙেংলগা সনাহল ইপেন পেল্লি। হৌঔবা, য়ামনা তামনা তামঔবা পুনসিগী থোৗথোক য়াথোক কয়ামা হন্দুনা চেল্লকপগুম নীংশিং-লকই । ঙাইহাক লৈরগা মপান্দগী সনাহলবু শোন্থাংননা কৌ-থোকলে য়াম্বা অমনা। খুদক্তা মহাক আমিরগী নাক্তগী মোং হাদনা তপনা হৌগৎলক্লে।

মুমতুগী অরাংলোমদা শুকলবা মোংশোং অমা লৈরিবা অদোমদা য়াম্বতুগী মতুং ইল্লকলে,ময়াম ফমলিবতুদা চঙলকলে। য়াম্বা লুচীংবনা হোদোকলকই, "ওসি মুমিং তাবফাও মফমসিদা পোখানরগা মুমিদাং চাক চথোম অমমম চারগা ঐথোয় অমুক খোঙ শানগনি। কন্না চংলবদি মশেমগুম্বদা ঐথোয় লমথুংভমহু য়ৌবা য়াই। মফম অতুদগী অঙাং অসি ময়ুম য়ৌহনবা খুদোং চাগত্রা থল্লি। মাবু করম য়ৌহনসিগে হায়বতু য়াম্বগা অমুক্তং তাম্লনীংই।"

সনাহল ঙাইহাক থল্লিঙৈ য়াম্বতুনা অমুক মথা তান্নকই,

"চিংনবা পুন্নমক শেংনা তাকপীয়ু। থবক অসিগী দায়ী ঐঙোন্দা শিন্নরক্লবনি।" সনাহন্না হায়, "অঙাং অসি ঐনা চৎমিন্ন-বদগী ফাখিবনি। ঐহাক ইথুংমকনা শিন্ননীংবনি, অতুবু—"

"ঐস্মু থঙ্গরিবনি। অতুদা কৈদোরবা?"

"ঐবু অঙাং অসি ফাবদা য়াওত্রা হায়বসি মপা মমানা শোয়দনা চিংনফম থোকই। মপাস্মু অচম্বা মী নত্তে, সরকারগী অচৌবা ওফিসার অমনি। ঐবু করিগুম্বা চিংনতুনা—।"

"য়ামনা চুম্বা য়ানি। পুলিসশিংনা মরোল অমা থোইরেন মশা পানবগা মান্ননা চিংনবা মীশকশিং থিরি হায়। ঐথোয়গী য়াম্বনা তাকপীরকপদা য়াম্বনা ইথুংনা অঙাংসি মপা মমাদা হকথেং-ননা শিন্ননীংবগী য়া থঙহল্লকই। অতুননি ঐনা হোদোকচরিবসি।"

"চুমই ঐনা হায়জখি। অতুবু মতমনা কুইশিল্লকপগা ইরাং

অসি করি গুইরমগদগে হায়বমা থগুদবনিনা থন্নরকপগী বানি।"

"ঐবু হায়জৌ হায়রবদি য়াম্বনা পাম্ব রিবতু য়ামনা খুদোং থীনিংঙাইনি। ঐবোয়গী য়াম্বনসু অহুম খলহৌই—"

সনাহল হোয় মাই পাউথুম পীবা ঙমদ্রে। বাখল্না চমমন-বগুম চপ য়ুংনা লৈবতু উবদা য়াম্বতুনা মথা তারকই,

"ঐখোয়না আমিরবু ময়ুম য়ৌখিনবা হোৎনবা পংলু লুবা নত্তে। সিদগী হেনবা থৌদাং কয়ামকুম পাঙথোকপ্রবনি। অরুবা অমদি মহাক মতম শাংনা তুমফম চাঙম থগুলক্রে, মশা য়ামনা চোকথরে, করিগুম্বা লম্বী লমখাংদা মশা ঙমলক্কবা থোকলবদি য়ামনা খুদোং চারোই। করিনা মাবু অরোনবা লম্বীদা থিনবা তারবদি মতম শাংনা চংগনি, লম্বীদা মশা ঙমলক্কবদি লায়েংনবা উপাগ লৈরোই। নৌম্বিবা অঙাংনি যামনা খুংশথীনীংঙাইনি। মসিনি থায়দগী লুবা। ফননবা তৌরুব্রা হায়রবু ফত্তাবা তৌবগুম থোক্কনি।

সনাহল বা অমত্তা য়ানবা ঙমখিদ্রে। হায়রিবতু য়ামনা চুম্বা বানি হায়বা মাস্তু থগুই। য়াম্বনা মথা তাথরকই,

"ঐনা হায়জনীংবদি বাফম অসি য়াম্বনা চনীং তানা থন্থবী বগা মোরে মনাক হেক য়ৌরকপনা ঐঙোন্দা থগুহনবীবা য়াই। অতুগা অস্তুম তৌসি হায়বমা ঐখোয় লেপ্নবা তাই। করিগুম্বা ঐখোয়না থিনবা তারবদি মতুগী শেম শাদ্রিঙৈ মমাংদা য়াম্বদি অঙাং অসিবু থাদোকপীরম্বা তাই। করিগীনো হায়রবু মহাক য়াম্বগা উন্নদ্রিঙৈ মমাংদা ঐখোয়গী য়াম্বশিংনা হায়বা পুন্নমক মহাক হরাউ হৈরাউ য়ায়মই, হৌজিক্তি মহাক য়াম্বনা হায়বা নত্তনদি অতোপ্পা অমনা হায়বদা য়াগনি থাজদ্রে। মসিনা ঐখোয়গী থবক্তা অপনবা থোকহল্লকনি। মসিমক্তংদি য়াম্বনা য়াবীবা তাই।"

সনাহল বাতু তাবদা কোকচাওবী কাই, থগুহৌদনা মায়থোং

লাংশিল্লি।

"মসিমক্তুং হায়নীংহুনা তৌবনি। ভাইহাক্তুং পোত্থাঝীরু। চংকদৌবসি য়ামনা ঋাংলি।"

"তাকপীরিবা পুম্নমক ঐ থওজরে। ঐস্থু অমুক্তুং থগ্রখিগে।"

সনাহল ফমলম্বদগী হৌগংলকলে, আমিরগী মনাক্তা অমুক লাকলে। আমির হৌজিক ফাওবা ইংনা চিকনা য়াতারমলি। অঙাংহুগী মায়থোংহু মুন্না য়েংলগা, করমনা মাবু মদোম থাদোক-লমসিগে থল্লকই, অমুকস্থু থল্লকই, করিগুম্বা মহাকনা পুহুনা চংলগা ফত্রবা কাংবুশিং অহুগা থেঙনহুনা অমূক মুনগ্রবদি কমদৌবা। লেপলম্বদগী মহাক ফমথরকলে। নাওশোন্নবা উরবা, মশক মচু তাইরবা, অঙাংহুগী শক্তম উরকপদা মাবু অমুক করমনা নারক মোংশোং মরক্তা থাদোকসিগে থল্লকই। থোক্লবা অমা লাক-লসস্থু মহাক মশামকনা আমিরবু পুহুনা চংলসিরা থল্লক্লে।

য়ামনা তপনা অঙাংহুগী নাক্তা হিপথরকলে অহুবু হিপলি হাযবা মঙাই পোত্থাভম থওদে। মশামকনা অঙাংহুবু পুহুনা চংকে হেক লেপখিবগা মাগী পুনসিদা থোকখিবা মথল মথেলগী থোথোক ব্রাথোক, কায়নবগী অরা মৈচাক কয়া, নীংশিংলকই;

। মিকুপ থরগী মতুং সনাহল অরা-মৈশারক্তুদা চঙখিবগুম উইরোল উইরোল তুমথগ্রে। কয়া কুইনা অস্থুমনা লৈরুথনো থওদে মশা নোমহুনা হৌদোকলকপদা ইফিং ফিংনা হৌগংলকই। অতৈনা নংলমগ্রে হৌদোকলিবহু আমিরনি। হায়রকই অঙাংহুনা, "ছুমিৎ তারে চাচা।"

য়েংথোকলুবদা ইমুংহু থাউমৈনা ইঙান ভাল্লমলে, য়াম্বশিং পুম্নমক ছুমিদাংগী চরা চাননবা শেম শানরমলে। য়াম্বা লুচীংবনা হায়,

"অসিদঙ্গীদি চারম থকলম থওলয়োই, চাক চখোম অমমভুং

চাবগা অমুক চৎননবা তৌসি।"

ঋম্বিদাংগী চয়াহু চানরবা তুংদা য়াম্বশিং পুমনমক চৎননবগী শেম শানরে। অরা পাখংহুনা য়াম্বশিংগা অমমমত্তা ওইনা খুৎ শোকনৈ, অমুক মনাহলগা অহুদগী আমিরগা। কাংখক য়ুমহুদগী মহৈ মহৈ কুমথনরকলগা য়াম্বা লুচীংবনা য়াম্বা অমদা হায়রকই, "ফরে য়াম্বা, ঐখোয়না তাম্নখিবা পুমনমক শোয়দা ভামদনা পাঙ-খোকপীনবা তৌবীরুরে। ইনাওহু করিম্নু খোইদোকপদি তৌররোই হায়বদি তাজরে অহুবু চেকশিন্দবদি য়াদে। ঐখোয়গী কারেন মরূপশিংদা ঐনা খুরুমজরকই তম্বীয়ু।"

"য়াম ফনি য়াম্বা। অহুদি ঐখোয় য়োজপ্রগে।"

হায়রগা অনীহু চেজেং কোম্নে। অরা পাখংহুনা মাগী য়ুমহু শো লোনশিল্লমলগা য়াম্বা অনীগা খা পাংনা, অহুগা য়াম্বা লুচীংবনা চিংহুনা অতৈ য়াম্বশিংগা আমিরগনা অরাং পাংনা, মহৈ মহৈ খোঙশান্নরকই। আমিরবু পুননবা শেম শাখিবা রাগী অচল্বা দোলাই অমা খ্যায়গী তুংদা চৎলিবা য়াম্বা নহা অমনা মরেং-বান্বা খোঙ্গজ্ননা পুরি।

য়াম্বা অহুন লুচীংবনা চৎনা চৎনা হায়,

"নোংয়াই চবুক লোল্লকপা অহুরাইদা তুরেল মচা অমা ফংগনি। মহু ফাওবদি খোইনা চীংননীংঙাই লৈতে। তুরেন্দু লানবদগীদি চীং অহুম কারগনি, লম্বীম্নু ফত্তে, মফমম্নু ফত্তে, খরা চেকশিনবা তাই। আমির নংম্নু চাবা তুমনবা মতেক খরদি খোঙনা চৎখো। অহুদগী দোলাই অসিদা অমুক তোঙ্গদৌবনি।"

"ঙরাংগী অহুমহাইনা ?"

"উম য়ানি।"

আমির মাগী চাচাগী মখুৎ পায়হুনা হরাউ হরাউ চৎলি। পাল্লথংলকপা থাজগী তাংথক নাম্লবা থাবল্লা অরোং অফোং

শংন্নহনা শোংলবা নায়ক শিংলক মরক্তুদা মখোয়গী লম্বী তাকপী-বগুম তৌরি। অরেপ্পা নৈতনা লোইরোই লোইরোই লাকপনা পংচাও চাওদবা চীং অমা ফংলকলে। চীংখোঙত্থ রৌরকপদা আমির য়াম্বশিংগী খোংথাং ইনবদা স্বর যুইরকই। য়াম্বশিংনা পুরকপা দোলাইদা হিপহল্লগা সনাহলগা য়াম্বা অমগনা আমিরবু পুবীরে। আমির মথুং নাম্মনা তুংগী দোলাই পাম্বোম পায়রিবা মাগী চাচাগী খুত্তু পায়; অম্মুম হিপলম্বদগী নোমহৌ নোমহৌ চংলিবা খোঙশাংদা মশা পুম্বা ইমুন মুরকই, অম্মুম অম্মুম উইথরকই।

চীং মচাত্থ লাম্বোকলকপদা অতেম্বা লমহাং তারকলে। নোংমাই চবুক লোল্লকপা অহুরাইদা য়াম্বা লুচীংবনা হায়খিবগুম তুরেল অমা ফংলকলে। তুরেলত্থ হেক লাম্বোকলকপদগীদি আমিরনা ময়াইদা, মাং তুংদনা, য়াম্বশিং অনী অনীনা মিকুপ নাছুম শিংনা, য়ামনা চেকশিন্না চংপা হৌরকলে।

অকিবগী মশক ফংলবা অহিং অত্থমগী খোঙচং অশোয় অঙাম য়াওদনা লাম্বোকলকলেদি হায়ববু রাং চাওরবা চীংশা অত্থমদি লানগদোবা রাংলি। মখোয়গী লাইবক ফবা হায়ববু চীংশা পরেংত্থ থুন অমত্তা তাদবা, মীনা হঙ্গোইনরবা চংশা অমগুম নাইতোম মথন তারম্বা অত্থনি। আমির নত্তনা মখোয় কনা অমত্তা চাবা চাদবগী থন্দনা অম্মুম অম্মুম লাকপনা নীনি চল্লকপগী মুমিদাং অথেঙবদা চীংশাত্থগী অরোইবা নাপোম ফংলকলে। য়াম্বশিং পুন্নমক রাবনা তপতারে খঙলত্থনা য়াম্বা লুচীংবনা পোথা-বদা খুদোং চাগদোবা মফম অমা থিননবা ময়ামত্থবু ভাইহাক লেপ্পবা খঙহল্লে। য়াম্বশিং পুন্নমক পুল্লপ পুনশিন্নৈ। কোইনা চত্তুনা রেংবদা নাপীশিংনা অমত্তা হৌত্রবা, নুং ভাক্তা ভাইবা অতেম্বা লমহাং অমা, মত্থদগী পংলাপ লাপ্তনা চীং মঙ্গুংদা

শুরুংগুমনা হুৎচিল্লবা মফম অমা ফংলে। সুরুংহুগী মথক্তনা চাওরবা নুংজাউ অমনা য়ুমগী লাইথলগুম ফনা শাংনা ইম্বোক্তনা লৈরি। মফমহুদগী মায়কৈ মরী য়েংথোকখিবদা পুমহাং হাংই —ফনা য়াংবা চীংশা নাপোম ওইরবমান্নে। য়াম্বশিং পুম্নমক মফমহু যৌনরকলে।

মহৈ মহৈ ক্ময়রবদা য়াম্বা লুচীংবনা হায়,

"ওসি অহিংসিমদি মফমসিদা পোথাবরসি। হয়েং ওস্তা চৎপনা খুদোং চায়গনি। ঐথোয়গী লমথুংফম পংলাপ লাপত্রে। চানথরুবা থরদি য়াওরিনিনা য়াম্বা?"

য়াম্বা অমনা খুমলকই,

"হয়েং ফাওবগীদি কোন্নখিবা য়াই।"

"ফরে, য়াবমথৈ থাকসি। অফবা ঈশিংদি হৌজিক লৌ-হৌবনা ফগনি। য়ামনা নকনা লোক মচা অমা লৈ। য়াম্বশিং অনীদং ঐগা চৎসি। মুমিদাংদা লোক্তা চৎপা চেকশিন্দবা য়াদে।"

য়াম্বা নহা অনীথক ফুক ফুক হোগৎলকই। অমুকস্থু হায়রকই,

"য়াম্বশিং মিৎ-না শীংনা লৈবীরম্মু। শুরুং অসিগী মচিন অম্বাইদা শেন্নবীবা তাই। অঙাংবুনা মন্নুংদা। করিগুম্বমা হেক চিংনবদা লাউনসি, শোয়দনা তাগনি।"

মাগী তুংদা য়াল্লিবা কমথিহু সনাহলদা পী। মহাকনা চিংহুনা য়াম্বা নহা অনীহুগা মখোয় অহুম চিঙৈ চৎখ্রে। মখোয়না হেক চৎখিবগা লৈহৌরিবা য়াম্বশিং সুরুংহুগী মচিন মক্তদা মথুং মথুক্তা পায়রিবা থুৎলাইশিংহু থুহুম চেৎনা চেংনা পায়; মায়কৈ মরী, কোইয়েং য়েং, লেপ্পরৈ— সনাহল্লা আমিরগী নাক্তা। মায়কৈ মরী য়েংখি খুদিং অময়তনা অরোই অথম নাইদনা কুপখিবনা শুকলবা চীঙ্গোনহু হেল্লা তমখিনা উরকই। মখোয় অহুমগা আমিরগতা মঙাইহৌরবদা সনাহল মুংশা থীদবা ওমলক্তে, মশাগী নক্তে অঙাংহুগী,

মোংফমদগী হল্লকলবা অঙাংহুগী। তাঞ্জাহুমক্তদা ইথঙ খঙহৌদনা সিনি হায়ভম খঙত্রবা, য়াক্লবা লূমলবা খোঞ্জেল অমা তারকই, চীংশা পুম্বহু শেগাক শেগায়হন্দুনা। য়াম্বশিং পুম্নমক কোইয়েং য়েংনৈ, হংনৈ, "কদোমদনো ?" খোল্লাউহু অমুক তাখিব্রে, তমথিরবা খোল্লাউহুগী খোম্থাংদি য়েহৌরি চীংগী চীঙ্গোনশিং অতুদা মথং মথং। সনাহল কমথি পায়রিবা মখুত্তু হুম্মাংনা চোৎলি, থাংহু পায়বা য়ারক্তে। চিঙৈ থাংহু থমই, চীংলৈপাক্তদা খুবাং অনী শুরু শুরু নৈ। অমুক পায়খৎলি খুহুম চেৎনা, মায়কৈ মরী লৈনা য়েংই। অমম্বঙাক। চৎখিবশিংহুবু ঙাইঙমলক্তে।

কুইদে লৈকুহুগী মচিন্দা টোর্চলাইটকী মৈঙান উরকলে, য়াম্বশিং অহুমহুস্থু চেল্লক্লে। য়াম্বা লুচীংবনা হংলকই,

"হৌজিক্কীহু তারিনি, কদোমদনো খঙহৌব্রা ?"

"তাই, কদোমদগীনো খঙহৌব্রে। য়ামনা নক্না তাই।" —নহা অমনা খুমলকই।

"অহল লমন্নদি লৌত্রাউবীশিংনা অহুমনা খোংই হায়। মখোয়সি য়ামনা শাথীবা শানি হায় অহুবু মৈদি য়ামনা কিবমাল্লে। মোমবাতি অনী অহুমদং থাঙ্গৎসি। মখোয়স্থু কিগনি, লাক্লবস্থু উগনি।"

য়াম্বা নহা অমনা মাগী থাউদগী মোমবাতী তনপু পুথোকলক্তুনা মৈ চুখৎলগা লৈকুগী মচিন্দগী খরা হজিল্লক্লগা মফম চাবা য়েংহুনা য়ুংশিল্লে। মখোয় পুম্নমক মখুং মখুত্তা খুৎলাই পাযহুনা শেম শাহুনা লৈনৈ। খুদক্তা অমুক তারকই খোঞ্জেনহুমক, অমুক্তা নত্তনা হৌন হৌননা, অনীরক অহুমলক। য়াম্বা লুচীংবনা হায়,

"খোঞ্জেনসি তামখিবা মাল্লি।"

য়াম্বা নহা অমনা হাযরকই,

"ঐদি য়াম্বা, খোংলিবসি মরৌ চাওবা শাহু মাল্লি। শা

থুদিংগী মতৌ তম্মা হৈবা মুমিদাংদা মশক মমিং পন্নদবা শাহুনি। ঐহাক থেঙনঞ্রে তেংনৌপলগী চীংশা অমদা। অমত্তনা ময়ামনা খোংবদৌনা লোনশিন্নহুনা খোংবা ঙমই। ঐখোয়না অসাই ঈশিং শোকলিঙৈদা লোক্তুগী অৱাংথংবা অদোমদা শউম অমা তাখিবহু নীংশিংবীরিনি।"

"ওইরসন্নু ওইনীংবা অমা, থেঙনবা তারেদনা।"

হায়নরিঙৈ চৈরকসিদা লৈকুহুগী মথক্তুগী ওইনা তৌই মাংদা লৈখ্রিবা অকোকপা নুংপাকশিং অহুদা লৈচেংং চাইরকপগুম জ্বাই জ্বাই তারকলি। খঙহৌদে অহুগা য়াক্লবা খোনফমদা "উ-ৱা" হায়না খোংলকপহু তারকই। হন্দক্তি ওম্মোকনা নক্লা, লৈকুহুমক্কী মথক্তা খোংলকপদৌনা তাই, অসাইমখৈ তুমিন য়াতারম্বা আমির ইথং থংনা লাউরকই, "অম্মী।" মাগী চাচানা কোনশিনবী অঙাংহুবু, "করি তৌরে আমির, ঐ লৈ।"

"হৌজিক খোংখিবহু।"

"খোংসন্নু, ঐখোয় ময়াম লৈরিবসিদি।"

আমির মমিৎ নোইরগা কোইয়েং য়েংই। য়াম্বশিং পুন্নমক মাংদা চথংনরকই, লুচীংবহুনা হায়,

"সাইলেনসর হাপ্পা মচাহু শিজিন্নগদৌবনি তঙাইফদ্রবদি। ঙমলগনা থাংনা।"

মথা তানদে, য়াম্বশিং শেম শানৈ। য়াম্বা লুচীংবস্নু আমিরগী নাক্তা।

"মিকপ থোকলব্রা ইবুংঙো?"

"করিনোমা খোংখিবহু তাহৌব্রা?"

"ও। হৌজিক্কীদো। করিস্নু নত্তে চীংমানদা লৈবা শা মচা অমা ওইরমগনি। তুম্মু নংগী চাচাস্নু লৈ। করিস্নু তৌরোই।"

মাগী চাচানস্নু পাংশিল্লকই,

"তুম্মু আমিব, করিস্নু তৌরোই।"

মহাক ফমলম্বদগী তপনা হিপথখি; মিকুপ খরগী মতুং মাগী খ্বর চাওরকই। হায়গুমলহুনা চীংমানদা চাক্তাবা কৌজেং হারৌগী খোঞ্জেনবু ওক্তুনা হুমলিবা মুংশিংকী শউম নত্তনা খৌরাংনা ঙাইনরিবা খোল্লাউহু অমুক হন্না তাখিদ্রে।

য়াম্বা লুচীংবনা ঈঙ্গিং তৌবদগী সুরুংগী মচিল মক্তদা ঙাক শেন্দুনা লৈহৌরিবা য়াম্বা অহু নত্তনা অতৈ য়াম্বশিং পুন্নমক পো-খানগ্রে। মথং মুমিংকী চিংখৈ ফিতুপ হুল্লকপা অত্নুরাইদা মফমহু তুংওই থনমলগা চিংখৈ পাংনা চীং-মান, তু-খোং, নারক মোংশোং ফাও ফাওহুনা লাকপনা মুমিবাং চাকচামাংদা মোরে খুল্লক, ওই ওইননা থনমলগা খারোমদা লোকচাও তুরেলগী রাংমা লাম্থোক-লকলে, বর্মাগী লমদা চঙলক্তুনা অৱাং পাংনা কারকলে। মতেক খরা চংলগা তুরেল অমুক লাম্থোকলক্লগা মোড়েগী অৱাং থংবদা, বর্মাগী লম মনুংদা তাবা যুম অমদা চঙলকলে।

মীগী মীনিল তাবদা য়ুম্বুহুম্বু থোকলক্লে, য়াম্ববু হেক উবদা নোক্তুনা হায়,

"য়ৌবীরকলেদনা। —ইমুংদা।"

য়াম্বশিং ইমুংদা। লুখুম কাদা অপাকপা লীফক অমা থাব্রিবা অদোমদা মহৈ মহৈ ফনৈ। য়ুমহুগী নুপীনা ময়ামহুগী চান থক্লবা থোং থাক্লবগী খুদক্তা শেম শাথ্রে। যাম্বহুগা য়ুম্বুহুগা অনীনা মপানদা মাঙ্গোল নাকথদা ফম্মিন্নহুনা চিকপক্লনা খারী শান্নে। য়ুম্বুহুনা হংই,

"পাউ অমা তাবীরব্রা?"

"করি, পাউ?"

"অঙাংসিগী মপানা পাউ চেশংদা অঙাংসিবু পুবীরকপা নত্রগা ফংহনবা মীদা লুপা লৌশিং কুন অৱামন পীগনি হায়না লাউথোকলকলে হায়।"

"পাউ-চেশিংদা ? মফমসিদা ফংনরব্রা ?"

"পাউদনি ভানরিবা, ফংনব্রি। হেক য়ৌরকপগা খোম-জিন্নবা হোৎনরি।"

"মতু শন্দোকখিদনবা হোৎনবা তাই। সিক্যুরিত্তিগী কাংবুদি খঙলমলগনি।"

"উম মখোয়দি খঙলমলগনি। অতুবু ময়ামদা শন্দোকতনবদি শিন্নবা লোইব্রে। অতুগা য়াম্না হৌজিক ঐখোয়গী ফিভম নোংমা নোংমগী লুশিল্লকলি হায়বসিদি খঙবীররিনি।"

"ব্বাংমগী পাউতু নব্রা ?"

"ব্বাংমগা অসোমগা পুন্না চথরক্কদৌবা মাল্লি। ঐখোয়গী য়াম্বনা ঐখোয় পুন্নমক ঐখোয়গী অনৌবা হেড কার্টরদা চিঙৈ পুনশিন্ননবা হায়রকই। অঙাংসি হয়েংমক থাদোকখিনবা শেম শাবীরব্রা ? মহাকপু থিরকলিবা মুপাসিদা—।"

"মঙোন্দা শিন্নগে থল্লম্বনি অতুবু অনৌবা পাউ অসিনা অমুক নৌনা খন্নবমা চঙলে। অঙাংসিবু থিরকলিবা মুপাসি কনানো হায়বা য়াম্বনস্মু খঙবীরিবতুনি, ঐখোয়গী খ্বায়গী লুচীংববু কনবী-রকপা য়াম্বতুগী মীনি, ঐখোয়না থরায়মক্কা ওন্নবা তারবদস্মু মাগী মনীংদি থুংহনবা তাবা।"

"খঙজে, তঙাইফদবনি।"

"অতুবু মনা মথুম পীগনি হায়না ফোঙদোকলকলে হায়বা পাউ অসিনা ব্রাফম অসি ওস্থোকনা অরুবমা ওইহল্লে। অঙাংসি কনানো হেক খঙবদা মাবু পুরিবসি কনানো হায়বা শোয়দনা থিগৎলক্কনি। ফত্রবা গুণ্ডাশিংনা অমুক অঙাংসিবু নৌহৌননা তান্নরকপস্মু য়ারি। মখোয় কান্নবা অমত্তা ফংখিদ্রবনি। অনৌবা কাংবুস্মু মসিগীদমক থোকলকপা য়াই। ঐখোয়বু কল্লকপা, মুংঙাই-তবা কাংবু, মশীং থিঙমদনা লৈরি। থানাগী মীওইশিংস্মু অরা-

মনসি পান্থা য়াওরমলোই হায়বা ভন্থা ওমদে। মখোয়না অমুক কমদৌরকপা। মাগী মথুন্তা শিন্নখিগে খল্লিবা স্নপাসি অঙাংসিগী মরীদা চিংনরিবা মীশকনি। মহাকপুনা মসিদগী করমনা কনবা মসিমস্থু খনদবা য়াদে।"

"অঙাংসি থানাগী খুক্তা য়ৌহনখিবদি ?"

"করমনা য়ৌহনগনি। অঙাংসি অকি অখং নংঙ্গবনি, য়াম্বসিগা লোইনঞ্জবদি মহাক অতোপ্পা অমগা চৎলু হায়বা য়াগনি থাজদে।"

"লৌবা লাই খায়নবা লুই হায়বত্তুদা তারে। অত্থুবু ঐনা থাজবা য়াংমগী মরূপ অমদি লৈ।"

"উম মত্থমা খন্নবা য়াই, মহাক থাজবদি য়াইক্কো ?"

"মত্থ ঐগী দায়ীনি, অত্থ খঙজবদি ঐনা সিদা লৈবগী করি কায়গনি ? মহাক লাকলমবনি হৌজিক্তস্থু, ঐনা য়াম্বগী রা তাখিগে হায়বগী থাদোকখিবনি।"

"মহাক হৌজিক উন্নরুবদি য়াগনিদনা ?"

"করিগী য়াদনি।"

"অত্থদি হৌজিকমক চৎনবা তৌসি। অতৈ অরাইবনি। ঐহাক য়াম্বা অসিদা রা অমগা শিন্নরমখিগে।"

"ফরে ঐস্থু ময়ামগী চান থরুনবগী অমুক্তং শিন্দোকলুগে। ইহে, পাউ অমগা তারি। চীংথ্রাওপোকপীগী এস পি মফমসিদা লাকলমই হায়।"

"ও, অঙাংসিগী ওইরিগঞ্জা ? রাফমসি য়ামনা লুরি। কুপনা খন্নদবা য়াদে।"

অনীমক অমুক চঙলকলে ইমুংদা। য়াম্বনা সনাহলবু কৌথোকলগা স্থল্মাং মতোন্দা রা তান্নৈ, য়ুস্থুহুনা মাগী স্থপীদা ময়ামত্থগী লৈফম চাফমগী রা শিন্নৈ। পংকুই কুইদে রা ভাংনবা হেক লোইবদা য়ুস্থুহুগা য়াম্বা লুচীংবগা ইখোল রাংমা লানপ্রে।

## তরাশুবা

নোংঙাল্লমদাই ইচিক হুল্লকপদা হায়নখিবা গতুংইম্মা লুচীংলকপা য়াম্বা, অতৈ য়াম্বশিং, সনাহল, তুমিন তু'মন চৎননবগী শেম শাম্লরকলে। চৈরকসিদা য়াম্বা লূচীংবগা সনাহল মখোয় অনী মাঙ্গোল্লোমদা লাকলে। যাম্বনা হৌদোকলকই,

"য়াম্বা, কো-থান, হৌজিক য়ৌরক্লগনি। ঐখোয়না লেপ্পখিবা চপ চানা পাঙথোকপীরু।"

"ঐহাক অমত্তা কাওজদে। শোয়দনা পাঙথোকচরুগনি। য়াম্বনা হেক য়ৌবগা য়াম্বা লূচীংবদা, য়াম্বশিংদা খুরুমজরকই তম্বীয়ু। ৱাবীখিবা পুন্নমক অত্থগী লমন অমুক শীংবা ঙমলরোইদোবনি।"

"ঐখোয়গী ইথৌনি, মত্থগী করিস্থু খনবীরুগম্বু। য়াম্বগী ৱা ঐ শোয়দনা তমজরুগনি। ঐনা হুংঙাইতবা হায়ববু য়াম্বগা অঙাংসিগা অশোয অঙাম য়াওদনা হনগ্রে হাযবসি ঐ খঙলোইদোরে। অত্থবু হুপামচা আমির মপা মমাগী নাক্তা য়ৌরগনি থাজরে। অত্থগা য়াম্বা, য়াম্বদি মিৎ-না শিংদবা য়াদে। মখোয়গা

হকথেঙনদনবা, করিগুম্বা থেঙনদবা য়াত্রগনা নাম্বোক্লবা উপায় য়েংবা তঙাইফদবনিকো। য়ুম্বু য়াম্বগী কো-থাম্ভকনা মতুগীদমক অঙম্বা মতেং পাজনি।"

"ঐ ভাব তাজরে— অতুগা য়াম্বা মতাংদি চাদ্রে হংনীংবা অমত্তং লৈ। হংলরোই খঞ্জরম্বনি।"

"করিনো তাকপীয়ু।"

"য়াম্বহোয়গী লুচীংবগী মবমদনি। মহাক কনানো, করম্বা মীশকনো, ঐহাক ওম্বোকনা খঙনীংঙ্গে।"

য়াম্বতু সনাহলদা মুন্না য়েংলকই, তাপ হেক খুমলক্কে। মায়-থোং লৈশিন্না উই, হায়রকই,

"উম খঙনীংফম থোকই। অতুবু মসিদি হায়দোকপা য়াদে অতুগা মুন্নসু খঙদে। হংবসু য়াদবা ৱাফমনি। অতুবু য়াম্বদি কনাসু নত্তে, হংলবনিনা অসি ফাওবদি তাকচগে, মহাক মৈত্রবাক অসিগী অচম্বা মচা অমনি, মহাক মপী মপা ওইবশিংগী কারাম চাওবা, মীনুংশি খঙদবা, মীগা মীগা শাথীনা থেন্নহল্লিবা, তৌভম খঙদ্রবা নহারোলশিংনা নোংমা নোংমগী লৈথা তারকলিবা উবদগী ঐখোয়গী ইরক তিল্লকপনি। অসিতনি।"

"ঐবু ঙাকপীগনি। ঐহাক লাল্লে।"

মথা অমুক তানদনা মখোয় অনী শংতপলোমদা অমুক লাকলে। আমিরসু মিকপ থোকলমলে।

মখোয়বু উবদা আমিরনা হংই,

"চৎলসিরা চাচা?"

"ঐখোয়বু থিন্দোকপা মী লাকখিগনি।"

য়াম্বতুনা হায়,

"ইবুংঙো নহাক ওরাং ঙাংনখিবতু কাওদেকো। অপ্পা, অম্মী, ইচে ওয়া উন্নরুরগনি। অপ্পাদা ঐখোয়না থুরুমজরকই তম্মু।

ঐখোয়গস্থ হৌজিক য়ুমলোমদা চৎলগনি। নহাক্কা লম্বী তিম্নদবনিনা চৎমিন্নবা য়াজ্রে।"

"ও! ইপনহোম্নস্থ চৎলগদবা?"

"উম চৎলনি। ঐখোয়না হায়বহু কাওন্নুকো!"

"কাওরোই ইপন।"

ঙাংনরিঙৈ য়ুমুহু চঙলকলে, য়াংমগী মী লাকলে হায়ররে। য়াম্বনা মাং থারগা মখোয় পুম্নমক মাঙ্গোল তান্না লাকলে। হাওরৈ নোংপোক পাংবরোমদা ঙ্রাং ঙ্রাংনবা মচু ফাওরকলে, উচেক য়ায়াশিং লাংনবা তারকলে। মাঙ্গোল্দা কমহুনা ঙাইরমলিবা য়াংমগী মরুপ কো-থাম্ভকা য়াম্বা লুচীংবগা হরাউনা খুৎ শোক্নৈ,

"য়ৌবীরকলেদনা!"

"লাকচরে সাহেব।"

"ঐখোয়গী মরুপ, য়াম্বা সনাহল অহুগা আমির!"

অনীহুবু শক তাকই মঙোল্দা। সনাহলগা খুৎ শোকনৈ। অঙাংহুবু চেৎনা কোনবী,

"আমির সাহেব!"

আমির হরাউ হরাউ নোকই, করিমত্তা কোইদে।

য়াম্বনা অমুক মথা তারকই,

"থাম্ভ সাহেব, ঙরাং মুমিদাং হায়নখিবহু ঐখোয় পুম্নমক য়ানরে।"

"য়ামনা ফরে সাহেব। ঐনা শোয়দনবা শিঙ্গগনি।

"সাহেবপু ঙাইজরম্বনি। হৌজিক্তি য়াম্বগস্থ আমিরগস্থ শক থঙনরে। ঐখোয়গীস্থ অথুবা থবক লৈহৌই। ঐখোয় চৎনবা তৌজরগে।"

"ফরে সাহেব, মঙ্গল ওইনসি।'

অমুক হন্না অনীহু খুৎ শোক্নরে। অহুগা অমুক সনাহলগা

আমিরগা অনীমক্কা চেজেৎ কোম্নরগা হায়রকই য়াম্বনা,

"খুংলৌ পল্লৌদনা য়ৌবীখ্রো : মঙ্গল ওইনসি। আমির ইপনহোয় চৎলগে।"

"ফরে ইপন।"

সনাহম্না য়াম্বদা খুৎ লোম্নহুনা হায়,

"খুকমজ্ঞরি য়াম্বা। উমাপতিনা কৃপা তৌবীসনু।"

হায়নরমলগা য়াম্বা অনীহু নোংপোক পাংনা চৎখ্রিবা লম্বী অদোমদা খোঙশানখ্রে। মখোয়না চৎখ্রবা মতুং পংকুই কুইদনা কো থাম্ভ-না তাকপা মতুংইম্না, য়ুম্বুহুগা কায়নরমদাই পুকমেন পাউমেম্নরগা, মফমহুদগী থোকলকলে। য়ুম্বুহুম্নু মখোয়গা লোইননা থোকমিন্নরক্লে, মানা হায় "ঐসু থিন্দোকনি, য়াম্বহোয় করম তৌথ্রবগে খঙবা য়াদবনি। তৌবতবু ঐহাক খরা থাপতক লাককে। ঐগা খঙনৈ হায়বসি থাম্ভ সাহেব নত্তনা কনামত্তা খঙহনবা য়াদে। ওরাং হায়নখিবহুনি। ঐগী শরুকম্নু শেম শাবা লোইরবনি।"

"ঐ কাওজদে য়াম্বা।" সনাহম্না খুমই।

মতমহু নোংপোক মায়কৈ মৈরাল্লে। মায়কৈ মরীমক তনৌ তনৌ উরকলে। মখোয় অনী নক্কনা চৎমিন্নরম্বদগী কো থাম্ভনা আমিরগী মখুৎ পায়হুনা শম্বারি, সনাহম্না তুংদা খরা লাপতক ইল্লকই, খরগা অমুক তামবদা য়াম্বা য়ুম্বু। অহানবদা নোংপোক-লোমদা লাকলমবদগী থা পাংনা লম্বী মতুং ইম্না চখ্ররকলে, মাংদা খরা চৎলগা কৈথেন শঙ মচা মচা অহুদগী হুকানশিং মথং মথং তাররকলে। হুকানগী পরেং হেন্দোকলকপদা সড়ক অচৌবা পরীং ফংলে। লম্বীহু হেক ফংবগা চিংথৈ তম্বা লম্বী অদোমদা অমুক লাকলে। হরা চাবা চৎলম্বা কাংবু, থবক থানা থিবা ময়াম, ফনা য়ামনা চৎনরমলে। মতেক্তু লাম্ফোকলকপগীদি হুমিৎনা কারক-পগা লোইন লোইননা মোড়ে সহর ইরাং লাংনরকলে। অম্নুম

লাক্কুনা সড়কী অরাংথংবা অদোমদা হেক লৈশিল্লকপদা রাংলবা শম্বৈনা পুমকোয় কোয়শিল্লিবা মমায় মখা ওন্না শাবা মুমত্থ উরকপদা কো থাস্ত তুংলোমদা খরা তামলপ লাকলিবা সনাহল-লোমদা লৈত্থনা য়েংলকই। সনাহলস্থ খোঙথাং হল্লপ তৌই। আমিরস্থ হন্না য়েংলকই, মাগস্থ মিৎ চানৈ।

মুমত্থগী কোম্বোং হোজং য়োরকলে কো থাস্ত অত্থগা আমির। উগী গেটতু থিংজিল্লি লোনদি লোন্দে; কাংথক হাত্থনা শাবা মুমত্থগী কুমথভম সিঁড়ি মনাক্তা হৌরিবা আতর-গুলাপ পাম্বীদা ঈশিং চাইরিবা মুপাত্থ মফমত্থগী এস ডি ও নি হাৱবা থাম্ব থঙই। মহাক আমিরগা মখোয় অনী চঙলকলিবত্থ উদে। লৈ ঈশিং চাইরম্বদগী সিঁড়ি কাখৎপ্রগা মাঙ্গোন শাইজিন্দা য়োৎকী তারানা রান্দুনা শেম্বা গমলাদা কেনা-মৌনা হৌরিবা মেলৈ লৈস্না লৈপান-ত্থদা ঈশিং চাইগদোবগী হেক য়েংথোকলকপদা চঙলকলিবা মখোয় অনীত্থবু উইদি হায়বত্থ থোইনা থৌওইদে। কো থাস্ত চঙশিল্লকলগা এস ডি ও সাহেবতা সলাম তৌই,

"গুড মোর্নিং সাহেব!"

"গুড মোর্নিং।"

"স্যার, করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে। অঙাংসি ঐখোয়গী লমদা লম্মাংনত্থনা ঙরাং লৈরমলে। মৈতৈ মচানি মপাগা তুমুদা চঙঙ-বদগী কায়নরবামাল্লে। অঙাংসি থমজরমগে।"

কো থাস্ত হায়রম্নগা অত্থম হন্দোকপ্রে।

থোইচৎ রাংচৎননা উরবা এস ডি ও সাহেব মাগী ঈশিং চাইবত্থ তোক্কে, হন্না ফাওবা য়েংথোকলক্কে। মথক্তা ঙাংবদোনা হায়,

"হৌজিক কানগী মীসিবু করিনো মচাবু অস্থপ মিরাইব সিবো। নহানস্থ অমা অম্থমনা রিপোর্ট মতৌরৈ। —ফৈ থনম্মু থানাদা পীথোকপ্রগা লোইরে।"

ইশিং চাইবহ্ লোইরগা লৈহুগী লৈপান্দা অকংবা মনা অমা যাওরিবহ্ থদত্তনা লৌথোকই অহুগা মুপাহুবু নীংশিংলকপদৌনা য়েংথোকলকই, অঙাংহুদা হংলকই,

"নংলা ইবো, নমিং করি কৌই ?"

"আমির।"

এস ডি ও মখুৎ মশা তৈথোকলম্বহ্ খংলেপ লেপই,

"হা আমির হায়বা, পাণ্ডন মচারা নংবো ?"

"উম।"

"নহোয় বাজিগী মিংদি ?"

"মেহেরাল্লী।"

"হা, মেহেরাল্লী, চীংথ্রাওপোকপীগী ?"

"উম।"

খুমলকপহ্ তারম তাফাত্রিবৈ কোম্বোংলোমদা য়েংথোকলকই, কোম্বোংদা লেপলিবা মুপাহুদা লাউরকই,

"হাই মুপা, হৌজিক সিনগী থোকখিবহ্ কদোমদা চংখি ?"

লেপলিবহ্ সনাহল্লি। হংনা হংনা থোকলকই এস ডি ও, মাগী তুংদনা মুপামচা আমির। সনাহম্না, "উহৌদে" খুমই। মাঙ্গোন্দা লৈহৌবা অঙাংহ্ অমুক নীংশিংলকপগুম এস ডি ও মমায় খংলৈ লৈথোকলকই, মাগী মনাকমক্তদা অঙাংহ্ লেপলম্বা হেক উবদা অঙাংহুগী মখুজেং তাপ পায়রগা ইফিং ফিংনা চিংহুনা পুই মুমলোমদা,

"কদাযদা থোকলকলিবনো, লাউ।"

আমির কিবোই খংবোই কোইরাউ লাউই,

"চাচা ! ঐবু ফাদৌরে, হো চাচা !"

সনাহল চৎলগে হায়হুনা মম য় লৈথোকলমলবনি। আমিরনা লাউবগা চোংবগা তৌরিবহ্ উরব পা মখোঙ থাংবা ভমত্রে, তৌভম

খঙদনা লেপলে। আমিরনা মাবু মথুং পায়থুনা চিংলিবথুদগী নাম্বোকননবা ক্রং ক্রং চোংথুনা মাবু খামই,

"চাচা নং চংখিস্থু, চাচা চংখিস্থু, ঐ কি চংখিস্থু।"

এস ডি ও মথন্তা হোৎনবা ঙমলক্রুথুনা কৌরকই মাগী পিওন, "হাই আব্দুল—সিদা অমুক্তা লাওনহাই অথুবনি চেল্লকউ।"

আব্দুল ইমুংদগী চেম্থোরকলগা দারী মথক্তগী চোংথরকই। সনাহল তৌরিবথু উবদা চংসি কদায় চংকস্থুসি কদায় লেপলিঙৈ আমির এস ডি ও না ফারম্বদগী নাম্বোকলক্কুনা মাঙোল্লোমদা চেল্লকপথু উবদা মহাক চংপা ঙমদ্রে; করি হায়নখি পুমকাও কাওদ্রে; চংখিবগী মহুত্তা গেট মমুং লানশিল্লকলে, চেল্লকলিবা আমিরবু ওকপীগে হায়বগুম চেনশিল্লকলে। আমিরনা মশা পুম্বা চেংথৈবগুম তনীক তনীক মচিন্দা খোঞ্জেল থোক্তমখৈ, "চাচা—চেল্লসি, ঐবু ফাদৌরে" হায়না লাউবথু তারকপদা সনাহল অঙাং হুবু ফাগে তাম্নরকলিবা এস ডি ও গী মাংদা লেংহৈদ্রবা চীংগুম লেপ্লরে। আব্দুল চেনশিল্লক্কুনা সনাহলবু ইম্বোকই, এস ডি ও না আমিরবু মথুং লাক্কুনা চিংলুবদা সনাহন্না যাল্লপ যাল্লপ তৌনা ইরোইননা লাকপনা এস ডি ও গী যুমথু য়োশিল্লকলে। সনাহন্না থেমই আমিরবু, "আমির করিস্থু তৌরোই কপকস্থু, এস ডি ও সাহেবনি, নংবু ফাগে তৌবা নত্তে। যুমদা থিনবীগদৌরিবনি।"

আমির মশা পুম্বা থক থক নীক, হুম্মাং-লৈরীক্ত, মাগী চাচাদা চেৎনা কোল্লি, মচিন্দনা "চ'চা ঐবু থাদোকস্থু," হায়না মুংশা থবেং থবেং লাউরি। ইন্ন ইন্ননা মখোয় মরীমক মাঙ্গোন দারী কাখৎলক্কুনা ইমুং য়োরকলে।

নোই চাওরবা এস ডি ও মুংশা থবেং থবেং, লৈরম্বা চৌকী অমদা আমিরগী খুজেং পারনা পায়না ফমথরকই অথুগা হংলকই সনাহলদা,

"অঙাংসি মেহেৱাল্লী সাহেবকী মচানিনে অহুগা নংনা কনা?"

সনাহল খুম্বা নংহৌদে আমিরনা মথক থম্বনা খুমলকই,

"ঐগী চাচানি।"

"নঙোন্দা নত্তে ঐনা হংলিবসি। অঙাংসিগা কমদৌনা খঙনরুই? খুম্মুনে মুপা নংবো?"

"অহল লমনগা খঙনজবনি, ইচাগুম্বনি।"

"অসাই অঙাংসি পুরকপা মুপাহুগদি খঙনরিনিনে?" হায়রগা করেম্মনা নোকই এস ডি ও অহুগা অমুক কিৎ নমহুনা হংজিল্লকই,

"নহাক্কা মাগা তাম্মরগা অঙাংসি ফাবা নত্ত্রদো? খঙ-গনিদনা।"

"করিনো তাকপীরিবহুবো?"

"করিনো হায়বদি করিনো — আব্দুল থোঙ লোনশিল্লু. তোম্বহু কৌ মপান্দা লেপ্পগা!"

আব্দুল থোকলকলগা দারীদা লেপ্পুনা কৌই তোম্ববু। তোম্বা য়ুম মনীংলোমদগী চেম্থোকলকলগা ইমুংদা চঙলকই। এস ডি ও না,

"তোম্বা এস ডি পি ও সাহেবতু অথুবনি চেল্লু।"

তোম্বা পাইথোকখি। এস ডি ও অমুক ওনশিল্লকই সনাহলদা,

"নংগী নমিং নোংয়াই, নত্রা?"

সনাহল খংপ্রেক খংই, এস ডি ও না কংনোক নোক্লগা,

"ঐ লোইনা খঙবা মীনি। মণিপুরগী হুরান চিন্থি, তোবা ওম্বা গুণ্ডা, মীহাৎপা কযা, ঐগী খুত্তা তুমথ্রবনি। —অব্দুল থোঙহু শেম্মো হাই নাবা! হৌজিক থানা লাক্লগা মীগী মরীন চুমগনি। কাঙ্কাইমচা ঐগী ইগুণ খঙগনিদনা!"

"অঙাংসিগা ঐগা খঙনৈ হায়বগীরা?"

"চুপ বদমাস। নংন্না শিন্দুনা ফাহল্লগা ওনশিন্দুনা মনা মথুম অমুক লোংগে সিনিনে।"

"চাচানা কদায়দা ফাহল্লিবা? চাচা চংলসি।"

ফুক হৌগংলকলগা সনাহলগী মখুৎ পায়থুনা চিংই আমিরনা। এস ডি ও না চিংথোকই। চিঙৈ য়ৌরকই এস ডি পি ও স্থু।

"ঐ লাকচরে স্যার।"

অব্দুলনা থোঙ হেক হাংদোকপগা এস ডি পি ও ইমুং চঙলকই, এস ডি ও দা সলাম তৌই,

"করি তৌরবগে সাহেব, মপান্দনা মী য়ামনা তিল্লিবা, অঙাংসিবু কনানো?"

"চীংথ্রাওপোকপীদা ফাথি হায়বা অঙাং— গোমেন্ট উকিলগী মচাথুনি।"

"ও অথুগা মুপাসিনা স্যার?"

"কনা ওইনি, শক্তাসি য়েংবদা থওস্রা সাহেব? অঙাংসিবু থেমথুনা গাড়ীদা পুথি হায়বদো!"

"ও নোংমাই হায়বদো। সত্য শামু ময়া থিন্দোরক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা কৈদৌনি?"

"য়েস ডিয়ার ম্যু আর। মথুমকনি সাহেব!"

"ঐনা শাগৎচবা থিওরি অথুদা পোপ তাররে। সাহেব-হোয়নদি থাজবীদবা। থানাশিংগী অপ্রিগুম্বা সিক্সথ সেনস অমা লৈজবনি স্যার। কমদৌনা থেঙনবীক্লরিবা?"

"কাঙ্কাইমচা ঐবু ব্লফ তৌগনি লাকইবনি। বরমীজ মচা ইমিগ্রেসনগীথুনা অঙাংসি মৈতৈ মচানি, মখোয়গী লমদা— য়েস, তুমুদা মপাগা কায়নরে হায়না লৈরমই হায়থুনা অফ শাথুনা পুরক-লম্বনি। মা চেন থ্র। মুপাসিনা শিনবা মাল্লি। মানা মনা লৌবা য়াগত্রা হায়বগী কাবু য়েংথুনা অঙাংসিদা মোইথেম তৌবা

ওইরিনি, ঐগী থোঙ্গান্দা মা লুমহুনা লৈরমই। মা হেক উবদা অঙাংসি ফানবা-কা য়াখিদ্রবনি।"

"সাহেব পংতাক তাকপীগন্নুদা!" শাওরপ তৌনা থুমলকই সনাহল।

"মু ট্রুপীদ সাহেবকী চিম্থক মক্তদা।" লাউরকই এস ডি পি ও না মমিৎ অনীমক উরু-রু লৈরহুনা। সনাহলগী খুদাং তাপ পায়রগা হৌগৎলকই,

"স্যার, মুপাসি ঐ পুজগ্রগে— লোক-অপ্তা। অতুগা অমুক লাকচগে।"

"ফরে সাহেব।"

সনাহলগী খুজেং পায়হুনা ইমুংদগী খোঙ হেক থাংদোকল-পদা আমির চোংশিল্লক্লুনা মাগী চাচাগী মখুৎ পায়, "ঐসু চৎকে চাচা!"

এস ডি ও হৌগৎলক্লুনা আমিরবু মখুৎ পায়হুনা চিংশিনগে লাকনৈ, আমিরনা মাবু ফারিবা এস ডি ও গী মখুত্তু কম্থৎলি,

"ঐ চাচাগা চৎকে!"

"হাই হুরানবনিনে মদো।"

"চাচাবু হুরানবা!"

আমিরনা শিরগে মথৈ চোংবহুদা ফাবা ঙমদ্রহুনা মথোয় অনীমক মাঙ্গোল য়োৎরকলে মাঙ্গোলদগী দারী মখা। সনাহল তৌরিবহু উবদা চৎলম্বদগী লেপই, হায়রকই,

"সাহেব ঐ হুরানবা নত্তে; অঙাংহু ফাবীম্ব ঐগা লোইন-জখিগে।"

এস ডি ও শাওমনখিহুনা ফন চোংশিল্লকই, "কম্নি" হায়না লাউরমলগা সনাহলগী মমায়দা খুত্তু মনা শুরকই। মত্তা থোকউ-হুনা মনাতোন্দা পাল্লে, নাতোন্দগী শিম্থরকপা নাহীনা সনাহলগী

মফি মরোল পুমঙাং ঙাংলে। আমিরনা মতু হেক উবদা মখোঙ য়েং মচাহুনা এস ডি ও দা কাউরকই। মহাকনা অঙাংহুবু মখা চিকনা য়েংলগা ওনশিল্লিবহু উবদা সনাহুল মাগী মখুৎ পান্নরিবা এস ডি পি ও গী মখুত্তু কন্থৎলমলগা এস ডি ও গী মাংমক্তদা চোংশিল্লকলে, মাবু শিঙনরগে হায়বগী মতানি। এস ডি ও না মাগী পিওন আব্দুলবু খংকৌ কৌরকই।

মিকুপ খরগী মন্নুংদা খঙহৌদনা থোকখিবা থৌদোক মতাহুদা এস ডি পি ও স্তু পুমঙাও ঙাওরে। আব্দুলস্তু দারী মথক্তগী ফন চোংথরক্লগা সনাহলগা মায়োক য়ানরে, অনীমক খুৎ থোক্ন-রকলে। এস ডি পি ও স্তু চোংশিল্লক্তুনা সনাহলদা কাওবগা খিনবগা মতাম তৌরে। থৌদোহু উবদা আমির ফ্রিং ফ্রিং চোংনা কপ-লাউরকলে।

থোঙ্গাল ব্রাংমদা মী অমমম অনীনি অস্তুম য়েংলম্বদগী ফিঙৌ ফৌবগুম তিনপ্তে। অঙাংহুনা কপ-লাউবা, মী অমদা মখোয় অহুম মরী চঙহুনা ফুবহুগা উবদা য়েংলম্বা মীয়ামহু লাউনরকই, "করিগী অঙাং ফুরি, করিগী মী ফুরি" অস্তুম লাউরম্বদগী "হাৎলু তুম্ন" হায়নবা য়াওরকই, হায়নবতা নম্ভনা মীয়ামহু গেটকী থোঙহু হাংদোক্লক্লগা ব্রা ব্রা ফুজিল্লকলে। এস ডি ও গা আব্দুলগা অনীনা মীয়ামহু উবদা অঙাংহুবু ইমুংদা চিংশিনপ্তে। মীয়ামহুনা য়ুমহুগী থোঙ, থোঙনাওদা চেক্তুম মুংহুম থাজিল্লক্লে, সনাহলস্তু আমিরনা ইমুংদা কপ-লাউবহু তাবদা মাগা মায়োক্নরম্বা এস ডি পি ও বু থাদোকলম্নগা য়ুম অদোমদা চেনশিল্লকলে, থোঙ থিন্দুনা "আমির আমির" হায়না কৌরকলে।

লমহাংদা তরক তরক নৈহৌবা এস ডি পি ও শাওগৎলবা মীয়ামহুগী ভাইনফম ওইরে। ময়ামহুনা থারকপা মুংহুম অমনা মাগী মকোক্তা পাল্লবদা মকোক পায়হুনা ইমুং অদোমদা

চেনশিল্লকপদা মকোক ভাওহুনা উপ্রাল্লনা তুশিল্লে। মীয়ামহুনা চোংশিল্লক্কুনা কাওবগা নেৎপপা এস ডি পি ও দু জ্ঞাম মাওহুনা তুথখ্রে। তাঞ্জাসিমক্তদা জরানশিং ভোংবা জিপ গাড়ী অনীথক মফমহুদা থৌজিল্লকলে, তৌরমলিবা থৌদোহু উবদা জিপুগী কুমলম কুমফাল্লিঙৈনা জরানশিং অহুনা নোংমৈ য়াওগু অনী অগুম কাপলকই, কনাগী হুকুমনো খঙদে। মীয়ামহু য়া য়া কায়নরকই; ইনসপেক্টরনা এস ডি পি ও গী ফিভমহু উবদা জরান খরগা চেন-শিল্লক্কুনা জিপ গাড়ী অমদা থাক্সংনবা হোৎনরি। অস্তুমনা লাংনরিঙৈ চৈরকসিদা কায়নরকলিবা মীযামহুগী মরক্কগী মখোয় অমা অনীনা নারোন্দগী চেনশিল্লক্কুনা সনাহনবু চিংথোক্কুনা পুখ্রে। এস ডি পি ও বু গাড়ীদা হাপ্তুনা জরান খরগা লোইননা পুথ্রবা মতুং মখোয় খরা গেটকী য়াংমদা য়েংনরিবহু নত্তনা অয়াম্বদি চৎনখ্রে।

মীযাম কায়নথ্রবা মতুংহুদা এস ডি ও ইমুংদগী থোকলকলে; ইনসপেক্টরবু উবদা হংলকই,

"ইন্সপেক্টর সাহেব, কলপ্রিট হুরানবহু ফাহৌত্রবরা, নোং-য়াই কৌবনি?"

"স্যার ঐখোয়দি খঙহৌদ্রে, অসাইনা তাকশীরবদি—।"

"অঙাং ফাবহুনি, মাননি এস ডি পি ও দা এসোলট তৌ-খিবহু। মাঙলেদনা! —এস ডি পি ও দি?"

"স্যারদি য়ামনা থীনা শোকলমলে। হোসপাটালদা পুহনখ্রে স্যার।"

ইমুংহুদা আমিরনা মাগী চাচাবু কৌহুনা কপ-লাউরি। গেটকী য়াংমরোমদা তাম্নরকপদা কায়নখ্রবা মীয়ামহু অমূক পুন-শিন্নরকপগুম অমমম অনীনি তেক্সংলক্লে। মহু উরকপদা ইনস-পেক্টর জরানশিংগা লোইননা গেটলোমদা পরপ পরপ থোক্লকলে, মীয়ামহু অমমম অনীনি কায়নখ্রে।

ইনসপেক্টর এস ডি ও গী লোইননা বাঙলো ময়ুংদা চঙলক্লে। মখোয়গী উমদা আমির ফুক হৌগৎলকই; কপনা কপনা হংলকই, "চাচাদি? চাচা কদায় চৎখ্রে?"

"হুরানবদো চেনখ্রে। হুরানবনি হায়রব্রা ঐনা?"

আমির এস ডি ও দা মুন্না য়েংই, মমিত্তা ঈরা চেল্লি, মথা চিকনা হায়রকই,

"চাচাগী হুরানবা। নংনি হুরানবদি, করিগীনো ঐবু কারিবা?"

এস ডি ও অঙাওবদোনা অঙাংহু তমনা ফুজিল্লকই, ইনস-পেক্টরনা থামই,

"স্যার, অসান য়াওব্রিবা অঙাংনি।"

মপান্দা গাড়ী লাকপা তারহুনা ইনসপেক্টরনা আমিরদা হায়রকই,

"ইবুংঙো, লাউ চৎসি চাচাগী মনাক্তা।"

আমির হরাউ হরাউ ইনসপেক্টরগী তুং ইন্দুনা থোকলকলে। এস ডি ও নচিংবা ময়ামত্তুম্ মহৈ মহৈ থোকনরকলে।

IPAM MEIHOURE meaning "My home is on fire" ( Second Part ) written by Hijam Guno Singh and Published by Hijam Chanu Shreemati of Keisampat Thokchom Leikai, Imphal, 795001 and Priced @ Rs. 30/- only.


ফোঙজবী : হিজম চনু শ্রীমতী

অহানবা ফোঙবা : নোবেম্বর, ১৯৯২

কপী মশীং : লীশিং অমা

ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, সত্য বুক ষ্টোর, ইম্ফাল

মখুম : শ্রীথোইদিংজম তোম্বা সিংহ

নম্ফম : সর্বশ্রী পদ্মা প্রিন্টরস, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৩০.

অহু পুস্তক ফোঙজবীগীনি ঃ

## তরামাথোইশুবা

মকোক থোংবা ওফিসারশিংগী হুকুম মতুংইন্না সেন্ত্রেল অমসুং ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস হেড কার্টরদা আমির খুদক্তা চীংথ্রাওপোকপী-রোমদা পুরকলগনি হায়বগী পাউ য়ৌরকলে। পাউ হেক থাখিবগা খুদক্তা মোড়েলগী এস পি সাহেব মশামকনা মতীকচাবা এসকোর্টক্তা লোইননা আমির পুথনা থোগৎল্লে। লম্বা লমথাংদা খুদোংথীবা থোক্কনবা চিংনবা লমদাং খুদিং সিকুরিটিনা মতীক চাবা থৌরাং তৌরম্বশিং ফাও ফাওহনা লাকপনা, চীংথ্রাওপোকপী, য়োগদোবা ফনা য়ামনা নকলকলে। ডি আই জি সাহেবসু ইস্কালদগী থুংলরে। মচা কায়নবগী মৈনা মৈগী চীংগুম থম্মোয়ুংদা ওমহনা চাকলম্লবা মপা মেহেরালী, মমা নূর বেগম, মচেম অমিনা অহুগা মচেমগী মতা শংবানবী মকোক মরু ইফা ফা পাউহু হেক ফংবগা পুলিসকী লোইশঙ্গদা চেল্লক্তনা আমিরবু থৌরাংনা ভাইরি। হুমিদাংবাই নাত্রং কুচু ফাওরকপা মতাংনি, নোংপোক পাংবা অদোমদগী পাকলবা সড়ক পরীংদা জিপ গাড়ী পরেং অমা

[illegible]

ইুক ইুক হৌগৎলৈ, পুম্নমাং লাংলৈ। লোইশঙলী মাঙোল্লগী, মমুংদগী, হৌনকবা মাওদনা মহৈ মহৈ মথাদা কুম্নথনরকই।

উনা উনা অশুম অশুম নকশিল্লকই ; মিকুপ থরগী মমুং লোইশঙগী হোজং লানশিল্লক্লা চাওরবা শঙজাও অহুগী কুমথত্তম সিঁজি নকনা খ্বায়গী মাং থারকপা গাড়ীচু থারৈ। গাড়ী হেক থাম্বগা এস পি না মনাক্তা ফমলিবা, মশম মনা ইকা কারবা, লৈপাক মচু মাল্লবা গুপামচা আমিরবু পমলগা কুমথরকই ; আমিরবু থমলগা মথকথোংবা ওফিসারশিংদা সলাম তৌই।

গাড়ী নকনা চঙশিল্লকলিবী অমিনানা মৌপ্রাবু তনপম পমথৎলি, মমায় মাম্বথোং ওল্লা ওল্লা চুপই, শিং-নাল্লি। আমিরসু নোক্লা মচেমবু কোল্লি ; মমা মপা শংবানবী অহুমনা মচিন মৌপ্রা অনীবু পুমরোম য়োমশিল্লি ; শংবানবী বা ভাংবা থোক্তে, মমায় মায়থোং পিনা থুমহৎলি ; আমিরবু অমুক পমই, কোল্লুনা চুপই ; মহৈ মহৈ নোকনৈ, মপি শিল্লনৈ। মতম কুইনা কায়নক্লরবা, অশুমা উল্লরকনি থাজরক্লবা মমা মচা, মচিন মৌপ্রা মথোয়নি ; চুপ্লগী অপেনবা লৈতে ; অওইবমক আমির শিরবদগী হুল্লকপনি, মওওমবনি। পুংতাইরবা ইরাংচুদা মথোয় পুম্নমক তাউমিন্নৈ। হিংবগী, হিংমিল্লবগী, তাংলবা মহাউ অমনি—পুনসিদা কংওমদনা কংবা মহাউনি। পুলিস ওফিসারশিংসু য়েংনরি হৎপাউনা কুপ্পৎচু। মথোয়গীসু মহাউ অমনি।

অমিনা মৌপ্রাবু শিং-নাল্লবদগী মপাদা হায়, "অপ্পা উত্রা, মরাং কম্না কাংলবনো ?"

"উম ইপাসু য়েংলিবনি। মরাইনা কজরকনি ইচাসিদি—হুম চৎনবা তৌসি।"

মনাক্তা লেপলিবা ডি আই জিনা হায়, "সাহেব ফোরমেজিটি থরা লৈরি। ওফিস মমুংদা লেওসিনসি। —এস পি সাহেব।"

মিঁজিদা কাখংনরকই। আমির কোইরেং য়েংলগা রামনা হয়াউরবদগী মুংন্তক মুংজানৈ। মচেমনা হংই, "কৈদোৗরগে আমির, নশা ভমদব্রা ?"

আমির মমিত্তা ঈরা চেন মচেমদা য়েংলগা হায়রকই,

"ইয়ে, চাচাদো কদায়দা লৈহৌবনো খঙব্রে। মহাক য়াঙহৌরে। সিক্ষাইশিংনা শাখিনা ফুবীখি।"

"হা, চাচা হায়বা ?" হংলকই মপানা। ময়াম পুরমক চংলম্বদগী লকক ত্তৌনৈ। ডি আই জি, এস পি অনীমু অঙাংছুদা য়েংই। মেহেরান্নীনা শাওরপ ত্তৌনা মখা তারকই,

"চাচা হায়বদি ঐখোয়দা লাকলম্বদো ?"

"উম চাচাদো।"

"শয়তান হুরানবদো। কয়ম্না নাম্বোকব্লিবা মাদি ?"

এস পিনা মরক থক্তুনা হায়রকই,

"স্যার অকুপ্পা বা রামনা লৈরি। পাউ খরদি তাবীররিনি।"

"তারে সাহেব।"

আমির মপাদা য়েংলগা মরু লুকখে। ডি এস পি অমনা অঙাংশিংছু ওয়েটিং রুমদা পুশিনবী। মেহেরান্নীগা এস পি গনা এস পি মীদা। কাগী মঙ্গুং য়ৌরকলবদা মচেমনা মৌপ্তাবু কোনবীরগা হংই,

"চাচাগা নংগা কদায়দা খেঙনবা ?"

"হৈংমা নখোয় খঙব্রা মানা ঐবু লৌবীরবনি।"

"কদায়দা ?"

"আ চৌংদা। রামনা বাপ্রে। য়েংউ পাম্বোমদসু নোংমৈ মকনা খেংব্রবনি। হৌজিকসু শারি শারি লাউরি।"

"হৈম্না কবায় ?"

আমিরনা য়েংকী পাম্বোম মকদা বেঙেঙ্ক পুক্লিরছু মপাম্বোম্ভ আখংলল্লা য়েংহল্লি মচেমদা। লাকনা কানখিবছুনয়া কল্লিনো

ইনৌ নৌনা পোমখংপদৌনা উই। অমিনা কিমলখদগী বুক হৌগংলি, মপাদা তাকে নীংথমাল্লে।

"অমাদা তাকউমু ইচে, অমুক চৈক্কনি।"

"করিগী চৈকনি।"

হায়নরিঙৈ এস পি গা মেহেরাম্নীগা চঙলকলে।

"কদায় নংগী অশোকপচু ইপা য়েংগে।"

অমিনানা অশোকপচু উহল্লি মপাদা।

"অপ্পা, ইপোম পোমখৎপগুম তৌই, ডক্তরদা য়েংহনবনা করোইত্রা?"

"এস পি সাহেবকা তান্নরবনি। ঐ তারে। মকম খঙপোৎ-নম্ভেনে ইবেম্মা! শয়তানচু ফাদবা য়াদে। মহাক খঙনি। হৌজিক-মক আমির পুচুনা হোসপিটালদা চংকনি। অশোকপসিগীতা নত্তে। মশাম্মু য়েংহনগদৌরিবনি। নীনি হুমনিদি হোসপিটালদা লৈহনসি হান্নরি। করি তৌরমগনি চেক তৌদবা য়াদে।"

এস পিনা য়াপাংশিল্লকই,

"অচুনা কগনি সাহেব। ঐমু য়াওজগনি, ডক্তরদা চত্রিঙৈদা ডি আই জি সাহেবনা উন্ননীংমাল্লে। অমুক্কং লেঙশিল্লুখিসি।"

মেহেরাম্নী মচাশিংচু পুরগা ডি আই জি গী নাক্তা লাকলে। মচাচুপা আমিরগী মথুং পায়চুনা পুশিল্লকলে।

"আমির, ডি আই জি সাহেব অচুগাময়ামসিদা সলাম তৌ।"

আমিরনা মখুং থাঙজনা সলাম তৌই। ডি আই জি, এস পি নচিংবা ময়ামচুমু সলামচু ওকই। নূর বেগম, অমিনা অচুগা শংবামকী হোম্বরুমু "নমস্কার" তৌহল্লি মেহেরাম্নীনা হায়,

"সাহেবহোয় অচুগা জবানশিং ময়াম পুম্নমকনা থৱায় য়াওনা হুংশিনা হোৎনবীবদগী ঐগী আমির কংজবনি। মহাক শিংবদগী হল্লকপগা চপ মান্নরবনি। মসিগীদমক ঐহাক্না অচুগা ঐগী ইমুং মহুং

পুম্নমক্কা সিক্যুরিটি ফোস' অসিগী মফমদা শিংবা ওমলরোইদোবা লমন পুনসি চুপ্পগী ওইনা তোনশিল্লবনি। ঐনা ইচাগীদমক পাথত্তুনা করিগুম্বদা ওফিসিয়েলশিংদা লানথিবা পুম্নমক্তু তাক-পীয়ু। ময়াম পুম্নমকপু মঙ্গল পীবীনবা ঐনা খোদাদা চঙজরি।"

হায়রমলগা মেহেরাল্লীনা ডি আই জি দগী হৌত্নুনা রেন্ঞ এণ্ড ফাইলগী ওফিসিয়েল পুম্নমক্কা খুৎ শোকনরে। ময়ামত্নুনস্মু হরাউনা ওকপীরে। ডি আই জি না হায়রকই, "ঙসিগীসি ফোস' অসিগী চাওথোকনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি। মরু ওইনা ডিস্ট্রিক্ট অসিগী এস পি না কখোকপা অমগা লোইননা তাকু কাংবু অত্নুবু শীংনবদগী অত্নুগা মখোয়না বাংলাদেশরোমদা চৎকে থৌরাংবত্নু থিংথিবা অত্নুগা বর্মালোমদা অঙাংসি পুগে থৌরাংবদা ঐখোয়গী ফোস'না চপ চানা শীংনত্নুনা মখোয়বু কোইতান তাম্নবদগী গতি লৈরক্তুনা আমিরবু থাদোকলকপনি থাজে। অসিগুম্বা ফোস' অসিগী থৌদৌ থৌওং থৌনা অসি অতৈ ফোস'শিংনস্মু তমজহৌ-গনি। মেহেরাল্লী সাহেব, ইবেম্মা নূর অত্নুগা ইবেম্মা অমিনা, শংন্নানবী পুম্নমকনা আমিরবু অমুক ফংবসিদা মুংঙাইরিবা অসিদা ঐখোয়স্মু হরাউনা শরুক য়ারি। ঈশ্বরনা আমিরবু থৌজানবীসনু।"

থিল্লিবা ময়ামত্নুনা খুবাক খুত্নুনা ডি আই জি গী রাত্নুদা হরাউ তমাম্বা ফোঙদোকখৈ। মরকসিদা এস পি না মেহেরাল্লীদা চে অমা লানশিল্লি। মেহেরাল্লী চেত্নু যেংলগা মশাগী সহি তৌই, অমুক পি এস পি দা। ডি আই জি গী ইজ্জিৎ মত্নুংইন্না এস পি না সিক্যুরিটি ফোস'না আমিরবু ফংবদা মুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা কারনস্ক্রিটৈঙসিদা রিক্রিয়েসন হোলদা ময়াম পুম্নমক্কী কোফীনচিংবা শেম শাত্নুনা থমলে, ময়াম পুম্নমক লেঙশিনরীবু লাউথোকলকলে। তিন্নবা পুম্নমক চোল অদোমদা চঙনখ্রে।

## তরানিথোইশুবা

শিবরাত্রি হুমিৎকী মাংওইনবা হুমিদাংবাই সন্ধ্যা য়াচংপ্রবা মতুং, চৌংথ্রাওপোকপী সহরদগী কিলোমিটর তরানিথোইরোম লাপনা লৈবা, পংচাও চাওদবা লোঙা চীংগী চীংদোন্দা, চিকপক ঙাম্মোইরিবা উমাপতিগী মন্দির তম্বা চীং-লম্বীদা, মশা মউ চোকথনা উরবা যাত্রিক অমা নংহৌরবোই হায়বগী মতাংঙম য়াম্না য়াম্না কায়কলি। থা শিরমদাইগা ওইবনে, চীংগী উয়োক উজাও-শিংনগা কুঙনা হৌবনে, মতম কুইনা শেম্বী শাবীখিত্রবা লম্বী লম-দাংগা ওইবনে, য়াচংখিবদা মঙাইরবস্থু অথেঙবা অহিংগী মতৌঙম শুকনা য়মই, মশানগা ঙমদবগা মহাক চৎপা মঙম শান্দে। চীং-দোন য়ৌরকলবদা, শেম্বী শাবীখিত্রবা, মন্থরকলবা, লম্বোই ফুপী মাম্না শারবা, ফুরা লাইশঙ চিকপক্কনা উই, কুঙনা হৌরিবা হৈনৌ থৈবোং চীংথ্রাঙ পাম্বীশিংহুগী মরক্তা। মন্দির দর্শন হেক কংলকপদা ঙাইহাক লেপই, মখুং অনী লোয়হনা মকোকথক্তা থাজংলি, মচিন্দা শোল্লি "জয় উমাপতি, জয় শিব শঙ্কর।" মন্দির তমনা লোইরোই চঙশিল্লকই। সন্ধ্যারাতি কৎখিবদা ঙাইরমলি,

মন্দিরগী থোঙ লাউনা হাংলমদি। মন্দিরগী মাংদা যান্ত্রিক অনী অহুম লৈরমদি। মহাক হেক য়োরকপগা মন্দিরগী মাং-ওইননা লৈরিবা পুখ্রীদুদা চুমথিং কুমথখিহুনা মথুং মশা শেংদোকলুরে; অমুক তন্না মন্দির লোমদা লাকলে। মন্দিরগী সিঁড়িগী থাক্তা মরাইবক কংলগা মন্দির মথক কাখৎলকলে, মথুং চঙলকলে। অচানবা থাউমৈগী মৈঙান্দা চীংলেমনা ঙাম্মোইরিবা মুঙগী শিব-লিঙ্গ মূর্তি, উমাপতিবু দর্শন হেক তৌজবদা মুপাহু মমিত্তা তরং ঈহৌরক্লই, মথুং অনী লোয়রহুনা সনামাংদা খুকউ লৈপাক তানা কুহুরকলে। মচিন্দা শোল্লি,

ওঁ নমঃ শিবায় শান্তায় কারণত্রয়হেতবে।

নিবেদয়ামি চাত্মানং গতিঃ ত্বং পরমেশ্বর॥

খিবা হেক লোইরকপদা স্তাঙ্গ প্রনাম তৌরকলে। মন্দিরগী থোঙগী থোঙজিন রাংমদা সেবা চৎপা ঐজ্ঞাগা, মপান্দগী লাকপা লম্মোই তুবোইবা মানবা, মশম মনা শাংলবা, গেরুবা মচুগী ফিনা ফিজোমরবা যান্ত্রিক অমগা মখোয় অনীনা নিংথিজবা স্তোত্র অমা খিখিবহু তাবদা মন্দির মথুং চঙলকলে; সনা মাংদা শাত্রাং তাহুনা খুরুমজরিবা মুপাহুবু য়েংহুনা লৈরে। খুরুমলম্বদগী হৌ-গৎলকলগা খুরু খুদক শন শানা মথুং অনী লোয়রহুনা অমুক হন্জংলি,

"জগৎ জীববু লানবীহৈবা হে উমাপতি, চহী কয়া হৌঙ্গবগী মতুং ননাইনা নংগী দর্শন ওসি ফংজররে। লাকওম ফাওমত্রবা, ননাইনা লাওজখিবা পুন্নমক্কী প্রায়শ্চিত্ত ফংহনবীয়ু। ননাইগী আশা মহৈ য়ালহনবীয়ু।"

করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম মাগী ফুরিংখাউদগী চেখাউ অমা তনগু পুখোকলক্লগা মথুংদগী চাম্ম চৎপী অনীথক লৌথোক-লকলে, জেপকী ফুরিংখাউদগী অমগা অমুক লৌথোকলগা লুপা চহমহু সনা মাংদা থারিবা কোয়ীগী শেমপাক্তদা মথুং অনী লোয়-

হন্না থম্মলে, অহৃগা, অমুক বাক এনায় তৌনা, খুরুমলগা, হন্দোকই,

"আপনা লৈরেম্বোরবা, মরেরাক মহাপতিগীদমক বানা, খাওরোয়া ননাইশিংনা কচ্চবকপনি। ননাইশিংবু মঙ্গল ওইবা পীনবীয়ু।"

খুরুমলবলগা, মন্দিরগী মপান্দা থোকলকলে। সিংভিদগী খুমররগা অমুক মথুং লোয়ন্নহুনা সিংভিগী থাক, ময়াইবক কংলি; মন্দিরগী মুং ওইরগ, লৈবা থৈবোং মথোং, চেকনা কোয়না চল্লিবা, অরোমমা মথন তুমিন চংগ্রে।

কুইদে মন্দিরগী থোঙজিন্দা লেপহৌবা সৈবারী ঐজ্ঞাগা লেপমিন্নহৌবা, মপান্দগী লাকপা অহনহুগা মথোয় অনী লাকলে থৈবোং মথোঙহুদা। খাত্রিক মাগী পোৎয়োম মচাহু মনাক্তা থম্নগা থৈবোং পাম্বীদা ভাহুনা ছিপলবা উবদা ঐজ্ঞানা য়ামনা ইকাই খুম্নমা হায়জে,

"ননাই ঐ উমাপতিগী সেবা চচ্চবা বামশ্লি। ঐগী অশেংবা মিং ইমো কৌই, গুরুমমুমনি, কাশী ধামদা কুইনা লৈরুবদগী ময়ামনা মুংশিবীহুনা কাশীদাস হায়না কৌবী। হয়েং শিবরাত্রি-গীদমক অতমননা লেঙবীরকপা মাল্লি। বানগা লাকপীরে উখোঙ অসিদা পোথাবদা য়ামনা মুংঙাইররোই, ননাই ঐগী শঙ মচা অসিদা মুমিদাংসি পোথাবীনবা হজচ্ছগে লাকচবনি। লেঙশিন্নবা তৌসি।"

"ননাইগী লাইবক ফবনি তাকপীরিবহু। অহুবু ননাই ঐ অসিদা অম্মম লৈজগে। শিবরাত্রি নংনবা লাকচবনি। উখোঙ অসিমকম্মু ফমনগ্রে।"

ঐজ্ঞাগা ল্যাকমিন্নবা অহনহুনা মহোল খোইতক তৌনা ঐজ্ঞাগী বা-পাংশিল্লকই,

"চহী খুদিংগী উমাপতিগী শিবরাত্রিগী সেবা মাওরা হেক হেক

লাকচবনি ঐখোইস্ম। ঐগী লাকপা শৈগুনবী। হৌজিক শঙসিদা পোখাবীয়ু।"

ঐজ্ঞানা অমুক,

"উমাপতিবু থম্বায় য়াওনা স্তুতি তৌবীবতুদা উমাপতিগী ভক্তনি হায়বা খঙজরে। শিবরাত্রিগী উৎসব কৎপা ঙমলরোইদ্রা রাজরম্বনি অতুবু ভক্তনা কৎপীরিবা পৈশাসিনা মতেং য়ামনা ওইনরগনি। কৈদোংগে ঐখোয়বু সেবা অমুক্তদি ফংহনবীয়ু।"

মখোয় অনীনা হয়া হয়া তক্কররক্লবদা যাত্রিক্ক য়াদবা ঙমখিদ্রে; ঐজ্ঞাগী নাক্তা লৈরগে য়াবীরতুনা ঐজ্ঞাগী শঙ মচাতুদা লাকলে। ঐজ্ঞানা হৌদোকললকই,

"হয়েং মুমিদাংরাইদগী হৌগদৌবা বজ্ঞগী চঙগদৌবা পোৎলম চৈরম ঙম্না লাংজরবনি। মুংঙাইনা পোখাবীরো।"

যাত্রিক্কুনা হংই,

"ঐজ্ঞানা লাংবীবতুদা ননাইনা পুজরকলিবা পোৎলম চৈরমশিং খরা অসিম্মু য়াওহনবীয়ু। চহী অমগী মমুংদা অমুক্তং কুপা পীনবীবা অসিগুম্বা তাংলবা পর্ব্বদিন অসি খরা চঙখোম্না, নিয়ম চুম্না কৎনবা হোৎনদবা য়াদে। উমাপতিগী দর্শন ফংলক্তবা, অসিগুম্বা সেবা ফংজদক্তবা মতম কুইরকলবনি। যজ্ঞ হৌবসি মুমিৎ মথুম হেক চঙখিবগা হৌগদৌবান হায়না গুরুজনশিংনা তাকপী। অচাবা পুংফম শোয়হনবীগম্মু। যজ্ঞগী মতাং মরীরকনি হায়, কৎকদৌবা পোৎচংস্মু তোঙান তোঙাল্লি, ঐজ্ঞানা হেম্না খঙবীরম্লগনি।"

কাশীদাস য়েংখৎলকই যাত্রিক অতুদা; হায়রকই,

"ঐ অশেংবদা হায়জবনি ঐনা খঙজরিবাস অতুপ কুপকনি থাজদে। ভক্তনা খঙবীবা পুন্নমকতু অমুক্তং শুগাইনা তাকপীরবদি মুংঙাইজগনি।"

"ননাই ঐনসু অতুক হাকনা খঙজবা নত্তে অতুবু তাকপীরকপা থরা হল্লংকে, অশোয় অঙাম তাকপীগনি। যজ্ঞগী মতাং মরী-রকনি। মরীরক অসিদা অহানবদা শঙ্গোম অনৌবা, মথংদা শঙ্গোম অফম্বা, অহুম শুরকপদা ঘী অতুগা মরীরকশুবা অরোইবা অহুমনা থোইহী, হায়রিবশিং অসিনা সনা হকচাং থোগল তৌগনি, চাইথগনি। ঈশিং অশেংবনসু অমুক অমুক চাইথগনি। পুং-ফমসু তোংঙান তোংঙানগনি। কৎকদৌবা মক ওইবা পোৎচংনা, চেং থোইদিং, ঘী, থোইহী, চিনি অঙৌবা, যব, য়ুবী অকংবা, কিসমিস, কর্পুর অসিনি। সিগী মথক্তা ফজবা মপুং ফারবা হৈ—লৈ, তিংথৌ মতোন, পূজাগী হৌনবী পোংলমশিং, তঙাইফদনা হৈ-খাগোক ফংদ্রগা মনা, ফংদ ফংদ্রগা হৈক্র মনা যাওগনি। ননাই ঐনসু থরা পুজরকই। হান্নসু লাংবীরম্নগনি। অতুগা ঐজ্ঞা জবা কুসুম অঙৌবা, কেতকী লৈ অতুগা শঙ্খ করতান কৎপা য়াদবনিনা কনা-গুম্বা ননাইশিংনা খঙদবদগী কৎলবা যাওরবসু থিংবাবা তাই। মসি অরুবনি।"

অতোপ্পা যাত্রিকতু হায়রিবতু তাবদা য়ামনা হরাউনা হায়,

"সাধু সাধু, শিব ভক্ত অশেংবনি মহাশয়দি। উমাপতিনা কৃপা পীবীরবনি।"

হায়রমলগা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুমলকই হুপাহুদা।

"হৌনদে করিনো, ঐঙোন্দা নত্তে ঐজ্ঞাদা!" হায়রম্লগা খুরুম-লকই হুপাহুনা অমুক যাত্রিকতুদা। ঐজ্ঞানা হায়,

"অসুপ কুপ্পসি খঙজরমদ্রি। যজ্ঞ কৎপা ফাওবা কিজরিবনি ঐদি। লেওবীরকপসি য়ামনা হুংঙাইজরে। সেবা মপুং ফারগনি থাজরকলে। পুন্নমক ভক্তনা তাকপীগদৌবনি।"

"করি য়ানো। ননাইদি করিসু খঙজবা নত্তে। —অমুক্তা থরা ঙম্না হৌগৎলগা অরাং অপা পুমনমক হোৎনবনা ফগনি।"

সুমিদাং অহুমা অমুমনা খম নৈনহুনা লেল্লবা মতুং নোং ঙানফাম্রিৈঙদগী মন্দিরগী অকোম্বহু তনান তনান শেংদোকলে। মন্দিরগী মেক মাংমক্তদা যজ্ঞ কুণ্ড শেমলে। ঙম্লিৈঙদগী হৌনা দর্শনগী লাকপা যাত্রিকশিং, নহা অহন লৈশা পাখং, অতং অথম লৈতনা লাক্লরি, অঙম অঙম্বা কংলরি। দর্শনগী লাকখিবা মীয়াম মহৌশা অম্মুপ য়ামথিদ্রি। ঐজ্ঞা কাশীদাস উমাপতিগী থৌগল তৌবহুদগী হেন্দোং পা ঙমখিদ্রে। মখোয় অহুম্মুক সুমিত্তুমা ব্রত তৌতুনা উপবাসকী হৌনবী পুম্নমক পাঙথোকলে। উনা উনা সুমিং লৈথরকলে। ঙরাং সুমিদাং হায়নখিবা মতুংইম্না ঐজ্ঞাগা মখোয় অহুম তোঙান তোঙান মরীরক থোকনা কংকদোরিবা যজ্ঞগী পুংফম, চঙগদোবা পোংলমনচিংবা শেম শাবা লোইরে। পুংফমহু য়োরকলবদা মন্দিরগী মাংদা লৈরিবা যজ্ঞ কুণ্ড মনাক্তা উমা-পতিগী সনা হকচাং শঙ্গোম অনৌবনা চাইথরে, অমুক অশেংবা ঈশিংনা সনা হকচাং শেংদোকলগা যজ্ঞ হৌগংলে। লাকলিবা যাত্রিকশিংনা পুজবকপা হৈ-লৈনচিংবা যজ্ঞ কংপদা হাপলে। মথং মথং পাঙথোকলকপনা অরোইবা পূর্ণাহুতি কংপদা নোংয়াই মতুং পুং অনী মখায় হেল্লকপদা থোকলরে। অয়াম্বা যাত্রিক হন্নখ্রবা মতাংনি। উমাপতিবু য়ামনা থাজবা মখোয় খরদি অহুম মরৈরি।

পূর্ণাহুতি কংগ্রবা মতুংদা মন্দিরগী মন্নুংদা য়ামনা অহল ওইরবী মখ্বাং কোল্লবী অমগা, মহাকপু শেন্নরিবা নহা পাখং অমগা, অতোপ্পা যাত্রিক খরগা দর্শনগীদমক চঙলকই। মহৈ মহৈ দর্শন তৌরগা থোক্লখ্রে। সুপ্পগী অহল অহুমত্তুংদি দর্শন তৌহুনা অহুম লৈহৌরি। ঐজ্ঞা কাশীদাসকা মপান্দগী লাকপা যাত্রিকশিং অহুগা অতোপ্পা যাত্রিকশিং খরগা লোইননা যজ্ঞকুণ্ডগ শেংদোক্লবা কল্লা হোংনরি। মরক অসিদা ঙরাংদগী হৌনা পূজা অর্চাগীদমক

ববরাম য়াওবা হোৎনঙবা যাত্রিক্ন্ পোনহৌরবগুম মন্দির মনুং.
উমাপতিগী সনা মাংগা, খুকউ নৈপাক শোকনা কুহহ্না মখুং অনী লোয়রহ্না খুরুমলরি। মতু উবদা মন্দির মনুংদা লৈরিবী অহন্দুনা হায়রকই,

"পেম্মা খুরুমজো ইচাসিদি প'না ফংবা নত্তে। ইমাসু চহী খুদিংগী শিবরাত্রি সু মিৎসিদা হেক হেক দর্শন তৌজরবনি। কুমসিস্‌ বুপা ফংজহ্না ইমা লাকলিবসিনি। চহী চাম্ম শুরবনি ইমাদো। লেপ্প শং শং পীনবীবা উমাপতিনি। অপাম্বহ্ হঙ্গৎলু।"

তাত্রা তাদত্রা খওদে খুরুমলিবা সুপাহ্, দণ্ডবৎ শাংনা তাহ্না অহুম মরৈ। থাল্লিবা থাউমৈহ্ অমুক ওান অমুক মম কুফেৎ কাফেৎ তৌরকই। চৈরকসিদা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা সিংহাসন নুংপাক মনাক অহুরাইদা অচৌবা খারৌ অমা থোকপকলগা শাত্রাং তারিবা সুপাহ্দা চণ্ডশিল্লকলে; মতোক্ত্র রাংনা থাঙ্গৎলম্লগা ইখণ্ড খণ্ডহৌনা অকিবগী মশক ফংনা কামলহ্না খুকমলিবা সুপাহ্ তমনা মকোক্ত্র হাইথরকই। কামল্লিবা শউমহ্ তাবদা অহন্দু খংয়েং য়েংথোকলকই, থাউমৈনা ওাম্মোকলকপগা তান চাম্রকহ্না অকিবগী মশক ফংলবা থৌদোহ্ শং শং উরকপদা ইপা পাখংনা খোনফম কায়না লাউরকই,

"হা শিরে শিরে, লীম্মা চিকলে।"

মপান্দা কুণ্ড শেংদোকলম্বা ময়ামহ্ তাই লাউরিবা খোল্লাউহ্। ময়ামহ্ চেনশিল্লরকই মন্দির মনুংহ্দা; লাউখিবী অহন্দু লৈমায়থক্তা রাম্বহ্না শাত্রাং তারমলে। সনামাংদা তারিবা অহুমসু লেওখিত্রে। ময়ামহ্গী মাংমক্তদা চাওরবা লীনহ্না অকিবা শক্তমদা মতোক হাইগত্তনা লৈরমলগা কদোমদা চণ্ডখিবনো খওদনা অহুম মাওত্রে। ময়ামহ্ ইথক থক্কংনৈ, তৌফম খওনদে। অহন্দুগা লোইনরকপা পাখংহ্না ইফিং ফিংনা 'অবোক' হায়না কৌরম্লগা কোনখৎলি

অহন্দুবু। ময়ামদুনা লীম্না চিকলিবদু অহলদুবুরা থম্নৈ, ময়াম চত্তদুনা মন্দিরগী মপান্দা থাংন্দাকলকলে, যজ্ঞ কুণ্ড মনাক অদুদা নিংথিনা থমলগা লাইকম্নরক্লে। মন্দির মনুংদা লৈহৌবা কাংবুদুনা শাস্ত্রাং তারিবা মুপাদুবু হম্না হম্না কৌই, তাদে, লেংদে, শাস্ত্রাং অদুম মতারি। কাশীদাসপু ইফিং ফিংনা কৌনরকই। চেনশিল্লকই ঐত্তা পাখত্তুনা। তৌরমলিবদু উবদা কৌই ঐত্তানা মুপাদুবু হম্না হম্না,

"তাবীরিব্রা, ভক্তবুনি কৌরিবসি, তাবীরিব্রা ?"

মশা পায়রবফাউ লেংদে। তৌভম খণ্ডব্রদুনা ঐত্তানা কোয়কৌ কৌই— মপান্দগী যাত্রিকশিং। থরা অমনা অহনদুবু লাইকম্নহৌই, থরা অমনা চেনশিল্লকই। যাত্রিক অসিমসু লীন-দুনা চিকলবমাল্লে হায়নরকই, ময়ামদু তৌভম খণ্ডনরক্কে, সেবা অপরাধ তৌগ্রব্রা মহৈ মহৈ হঙ্গোইবমা পোকনৈ, তুমান চুংনৈ। খণ্ডহৌদে মিকুপ অমরোমগী মনুংদা শাস্ত্রাং তারম্বা যাত্রিকতু করিসু তৌদবগুম তপনা হৌগৎলকই, খুৎ লোম্নদুনা হায়জরকই, "হে উমা-পতি, হে শিব শঙ্কর, পাপ চেল্লবা ননাইগী আশা, কৃপা পীনবীয়ু !"

ময়ামদু ইণ্ডক ঙকনৈ, অমগা অমগা য়েংনৈ। হায়নরিঙৈ মপান্দগী কৌরকই কনানো অমনা,

"ঐত্তা অহনসি যারোইদৌরমাল্লে, অমুক্তা লেণ্ডথোক-পীরকউ।"

ঐত্তা কাশী মপাল্লোমদা অমুক চেম্বোকলকলে। ময়াম পুম্নমক মুংবং মুংশা য়াইনরে। মশুমুপাদুসু মবোকপু কৌদুনা কপলকলে, "অবোক, ঐনা কৌবসি তাব্রব্রা ?"

য়েংনরম্বা পুম্নমকপু ইণ্ডক ঙকহন্দুনা করিসু তৌদশানা হৌগৎ-লকখিবা যাত্রিকতু থোকলকলে ময়াম লাংনারবা অদোমদা, ইরেন পমখৎলরে ব্রাম্বদুনা তারিবী অহনদুবু,

"করি তৌখ্রদগীনো ঐঙ্গা ?"

"দর্শন তৌরিঙৈদা অচৌবা থাম্লৌ অমনা— মন্দির মঙ্গুং-মক্তদা।"

"এঃ করি ব্রানো হায়রিবসিবু, উমাপতিবু দর্শন তৌজবী ইমাবো।"

হায়রমলগা কৌই অহনহুবু য়াম্না তপনা,

"ইমা, ইমা, ঐনা কৌবসি তাবীত্রব্রা ?"

ইরেং লেংদনা অহুম মরৈ। যাত্রিকতুনা চেজেৎ কোনশিনবী অহনহুবু অহুগা অমুকস্থ কৌরকই,

"ইমা, কৃপা পীনহৈবা উমাপতিনি তাকপীখিবদাই। হৌগৎলসি য়ামনা ব্রারমলগনি।"

করিমত্তা তৌখিদবগুম শ্বর শাংনা হোল্লগা খুমলকই অহন্দুনা,

"তারে তারে, ঐবু নত্রা ?"

হৌগৎকে হোৎনৈ অহনহু।

লাইকল্লয়স্বা মীয়াম পুমঙক ঙকনৈ, অমগা অমগা য়েংনৈ। মঙ্গুপাহুনা কপতুনা খুকমই, মবোকপু কোল্লিবা মুপাহুদা। মপানদগী লাকখিবা যাত্রিক অনীহুস্থ অস্থুম লেপলম্বদগী নুপাহুগী মখোঙ অনী পায়হুনা দণ্ডবৎ তৌরকই, অহল ওইরপ তৌবহুনা হায়,

"ঐখোয় খঙজরুদ্রে, নং অশেংবা ভক্তনি উমাপতিগী; ঐখোয়গীনা গুরুনি, স্বামিনী পুম্নমক খঙলবা, ঐখোয়গী অপরাধ খিবিক ঙাকপীগনি।"

থাম্বা নংহৌদে ফুক হৌগৎলকলগা লাউই মানা খোঞ্জেল ব্রাংনা,

"উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয়।"

হৌনরুবা য়াওদনা খুমই তিল্লিবা মীয়ামহুনা, "উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয়।" মহৈ মহৈ লাউরম্লগা খুরুমনৈ মঙোন্দা।

মহাক পুমণ্ডক ওকলে, মমিস্ত্রা মপি শিস্থবমথৈ থামজৈ মম্নামহুবু, অহুবু মহাকনা থামল থামলগা হেন্ন হেন্নহুম খুরুমনরকই, হেন্ন হেন্নহুম লাউনরকই, "উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয় !"

ঐজ্ঞা কাশীদাস তৌরিবহু উবদা মপান্দগী লাকপা যাত্রিক অহনহুদা হায়রকই, "ঐনা নহান তমজখিবা মগু অহুনি। উমা-পতিনা খুদম পীবীথ্রবনি ; লীন অহু অস্থুমনা থোকলকখিদবা কুইরবনি। স্বামিজীবু শক তাকপীগে হায়বগী লাকপনি। ঐথোয়গী লাইবক ফবদগী ফংজরবনি।" স্বামিজীদা অমুক হায়জরকই, "স্বামিজী দেবালয় অসি থাদোকপীরগনু। উমাপতিগী সেবা মপুং ফাহনসি।"

অসিগী মথাদি ! নীনি চনবগী মণিপুরগী মন্নুং অমস্থুং মপানগী পাউ-চেশিংদা, অহানবা লাথক-মক্তদা, অচৌবা অকুগুবা ময়েকনা, দেবালয অসিদা শিবরাত্রিগী থুমিদাংদা থোকখিবা থৌদোক্ক অস্থুমনা ফোঙদোকলকই,

"মীনা থওইনরুত্রবা, অয়াম্বনা লৈরি হায়বফাও কাওনকুরবা, ইম্ফাল মহানগরদগী কিলোমিটর চাম্মকুন লাপনা লৈবা, থায়না নিংথৌ পাল্লিডৈ হাক্তক্তগী লৈরক্লবা, চৌংথ্রাওপোকপীগী ভারত-বষগী থ্রায়দগী লারবা ফুরা লাইশঙশিংগী মরক্তা অমনি হায়না শাংথানরবস্থু, কনানস্থু হন্ন। য়েংবীদবদগী অস্থুম অস্থুম কায়থরক্লবদা অকোয়বদা তারিবা খুঞ্জাশিংনা শেমগৎচরকপা উমাপতিগী মন্দিরদা, হৌখিবা শিবরাত্রি থুমিদাংদা পূজা যাওরবা, মতীক চাওরবা স্বামিজী অমনা স্তুতি তৌজবদগী উমাপতিগী থুপতুনা লৈরুরবা মতীক মঙান পুন্নমক ফোঙদোকপীরকলে।

"স্বামিজী মশামক্তা অহল ওইরবী যাত্রিক অমগা অনীমক, লাইশঙ মন্নুংমক্তদা উমাপতিবু দর্শন তৌরিডৈ অকিবগী মশক ফংনা চাওরবা অমুবা থারো অমনা চিক্তনা শিরে হায়না লৈরম্বদগী

স্বামিজী মশা মথন্তা হিঙ্গংলকই। হিঙ্গংলকলবা মতুংদা মহাকনা চুম্নতা কৌৰীবদা শিরুরবী অহল অত্নমস্নু ইরাই লাইনা হিঙ্গংহন-বীরে। মায়থীরবা খারৌ উমাপতিগী চরণদা চওজহুনা লৈরি—"

—অসিনচিংবা।

নোংঙানবা ঙাইওমদে যাত্রিকশিংনা দেবালয়দু পুমথন থনগ্রে, উমাপতিগী দর্শনগী, উজনীংবদগী। সেবা চৎলিবা ঐজ্ঞা কাশীদাস মীয়ামদুনা হংবগা খোৎপগা কৎলবগা তৌভম খঙলক্কে। থোক-থিবরা থোকখিদত্রা খঙম্রবা থৌদোক কয়া— শিবরাত্রিগী মুমিদাংদুদা কৈ অমস্নু লাকখি, অহিংচুপ্পা যজ্ঞ লোইরিক্রফাও লৈরমই, যজ্ঞ লোইরকপদা চীংথক অদু পুমঙান ঙানখি, অসিন-চিংবা কয়া অমস্নু হায়নরকই—হংলৈ অরাকপা মীয়ামদুনা ঐজ্ঞাদা। কাশীদাস থোকখিবনা করম্বনো, থোকখিদবনা করিনো খঙলক্কে। হংলরিবা পুম্বদু থোকখিবা ঙাক ওইরমাল্লে থাজবকই। অদুবু মানা শংশং উখিবা, শিরে লৈরমলমা যাত্রিকক্না করি তৌদবগুম ইরেন হৌগৎলকখিবা, মহাকনা কৌবদগী শিরে লোইনরমলবী অহনদুনা ইরাই লাইনা হিঙ্গংলকখিবা অদুমদি মহাক করম থাজ-রোই। থল্লি মুপাদু অশেংবমক উমাপতিগী কৃপা ফংলবা মীশকনি, স্বামিনি গুরুনি, অচম্বা মী নত্তে। মপান্দগী লাকখিবা যাত্রিক অনী অদুমস্নু হাম্না থাজরম্বা পুম্নমক্ন নৌনা মথৌ শংখিবগুম থোকহল্লে। মখোয়নীনা শন্দোকপা মক্কনা অঙকপমা ওইহল্লে। করমনা থাজরোই।

থুম্তাক লানশিবগুম তরক্ক তরক লৈরমলবা লাইফম অসিদা অনা অয়েক্কা, রাথোক লাম্থোক্কী, মীরেপতা মায় পারুবগী, ফম কাবগী কুম্বগী, হৌনশা মীওইবগী অপান অরং পাম্বগী, অরা অনা কোক্রুবগী, চওজফম ওইরকপা অরাইবদি নত্রে। লাইগী রা কনাস্নু উহৌদে, মীনা শেম্বনি ; লাইগীদি মীনি, মীগীনা লাইনি।

চেফোঙহুগী নোংহেক ঙানবদা ঈশিং ঈরাইবগুম হৌরকলিবা ইরাং মরকসিদা নহা ওইরিবা মতৈ মনাও অনীথকসু য়াওরকই। সেবা চৎলিবা ঐজ্ঞাবু কোইথি থিরকলগা হংই ঐজ্ঞাদা,

"ঐজ্ঞা, উমাপতিগী দর্শন অমুক্তং তৌজবা য়াগদ্রা অহুগা স্বামিজীসু ?"

মন্দিরগী থোঙ হাংদোক্লুনা দর্শন তৌহনবী, কৎলি অনীহুনা চাম্ম চাম্ম চৎপী অমমম। নির্মাল্যনচিংবা পীবী ঐজ্ঞানা। মথংদা স্বামিজী থুরুমজগে হায়রবদা তাকপী ঐজ্ঞানা,

"স্বামিজীদি আদা থৈবোং মথোঙদা পোথারি। হৌজিক্তা মঙাইগ্রি।"

অনীহুনা ঙাইহাক ঙাইবগুমনা ঐজ্ঞাগী লৈনরিবা পৈহৌ ঙামহৌবা চকনা কুপ্পা থাংপোকশঙ অদোমদা লাকই অহুগা হায়,

"য়ুম অসিদি য়েংবা মুংঙাইত্রেদা, স্বামিজীবু অসিদা লৈব্রা।"

"স্বামিজীগী নত্তে ইবুংঙো, ঐগীনি। স্বামিজীদি থৈবোং মথোঙসিদা অসুম লৈ।"

"য়ুম মসুংদা লৈবা য়াদবা জাতলা ?"

"করিগী য়াদনি, শঙ মতাসিদা করম লৈগনি ?"

মতৈ মনাও হায়ফেৎ চিকথনা রারী শানৈ। ঐজ্ঞাসু সেবাগী কোইচেন চেল্লি। হঞ্জিল্লকপদা অমুক হঙ্গৎলি মুপাহুনা ঐজ্ঞাদা,

"ঐজ্ঞা স্বামিজীবু অমুক্তং থুরুমজনীংবনি। ননাই ঐগী ওম্বোকনা মুংঙাইতবা বেড়া অমা লৈ, থবক্কী মরীদনি, ইমান্নবনা ওম্বোকনা লাকচগ্রবা! ননাই ঐহাক অতেক অকায় ময়ামসি শেমজিল্লগে। স্বামিজীদমক শঙ মচা অমগা কচ্চগে। ঐগী রাথোকসিমত্তং মঙ্গল ওইনবা!"

"লেপনা মঙ্গল ওইগনি ইবুংঙো, মনাইনা য়ারবদি মপুনসু য়াবনি, স্বামিজীবু থুরুমজৌ।"

ইপাম মৈহৌরে

লাপনা থুক্কমই অনীতুনা স্বামিজীবু।

কুইদে স্তুপাতুনা মিস্ত্রি থারকই, আখড়াগী অতেক অকায় শেমজিল্লে। শঙ মচা অমসু তনশা শারৈ স্বামিজীগীনি হায়তুনা, অতুবু য়াবীদতুনা যাত্রিক ময়ামগী পোত্থাশঙ ওইনৈ। কুপা ফংল-বামাল্লে মাগী থবক্তু মঙ্গল ওইরে হায়তুনা অমুক কৎলৈ, অথুম অহাউ, হৈ লৈ, দক্ষীনা পংকুই কুইদনা। অসুমনা কৎলবা কয়ানি। মীচিন অমা তুকপা ঙমদে, চিঙ্গাং য়ৈনা শন্দোকখি দেবালয় অসিগী মারী।

স্বামিজীনি হায়রিবা মহাক তৌরিবা থোদোকশিংদু থল্লুরগা মথন্তা চৈর্মনবমা পোকলকই। মহাক মফম অসিদা, উমাপতিগী মন্দির অসিদা, মতেক থরদং কনা কনাসু থঙহনদনা, মপুকনীংদা পামজবা অমা লৈবদগী পুন্সিগী ফংঙমত্রবা তাংলবা মতেক থরদং, মাগী মখোঙ থম্বালগী সেবা ফংজনবা যৌরকখিবনি। অতুবু মঙদা তৌখিবগুম থোকলরে, মহাক হনখিবনা ফরগত্রা, নীংজরকপা পুম্নমক মাঙবা তারত্রা, হন্না হন্না থল্লকলে— মরমদি মহাক মথন্তা ফাওবা মহাক কনানো কাওথোকচনীংলবা, খোঙফম থুদিং মারৈ চেল্লবা সনাহন্নি।

## তরাহুমদোইশুবা

ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং হৌখিবনা থা অমরোম ফাজিল্লকলে আমির য়ুমদা হল্লকপা অদুবু মানা য়ামনা থাজনা মুংশিনা ঙাইখিবা মাগী চাচাদি লাকপা মরৈখিদ্রে। খ্বায়গী অঙাং ওইরবদি কাও-খিবস্মু ময়ারবনি অদুবু মাদি হৌজিকস্মু মহাক লাকখিগনি অদুম থাজরি। মমাল্লবশিংগা তিন্না-তোংনদুনা শান্নৈ ঙাইহাক কাও-থোকলুরবস্মু মথন্তা নাইতোম হেক তারকপদা মাগী চাচাবু হেক্তা মনীংশিংলকই। অদুবু মহাক মহৌশাগুম মচেমদা মমাদা "চাচা লাকলম্ব্রা", হেক হেক হংবদু হংখিদ্রে, মপানা মাগী চাচাগী য়া পনবা য়াদবা অদুনরা খঙদ্রে। অমুকস্মু থল্লি মথন্তা মখোয়গী য়ুমদা সিফাইশিংনা কোম শেনবা লীল্লবোক্কুম অহিং মুংথিল য়ারেক্তুনা লৈখিবসিনা মাগী চাচাদু লাকখিদবনি হায়না। অঙাং ওইরবস্মু অদুগৈ মাগী চাচাবু ফুখিবদু মাগী মমাংমক্তদনি, মদু মহাক কাওদ্রি। মহাক "চাচা লাকলমব্রা" হংবগী মহুত্তা "ঐখোয়-গীদা লৈরিবা সিফাইশিং কৈদৌগৈ চংখিনি" হায়না ইতং তত্তনা হংলকই। মচেমনা হায় "অপ্লাদা হংউ," অদুবু মহাক মপাদদি

ঙক হুত্তুগে। মাগী অমাংগা মহাক্তা অসুম অসুম লাপথোক-
নরকই ; অমানা হুংলগনা খুমা, মপানা থিরকলগা উরবা অসুমা
লোইনরকই, হায়রুম মপাবু উরগা হরাউ হরাউ তৌবহৌ তৌখিরে।
অহুমকপু হায়শাবনি আমির অঙাংনি, মাগী অহাংবা মতমদা
নীংশিংজরবসু নীংশিংবহু অসুম অসুম তামলকপগুম তৌই।
অমিনাসু মাগী চাচাবু লাকখিনি অহুম মথাজরি মৌপ্রাগুমনা,
অহুবু মাসু মপাগী মতৌহুদা রাকমহু মপাদা অপামনা হৌদোকপা
ঙমখিরে।

চৈরকসিদা নোংমা কৌরৈ ইবেচাওবীনা অমিনাবু,

"ইবেম্মা নংবু কৌরুচো লাকইবনি ইমা। নত্তাদো মশা
ঙমদহুনা লৈ। নখোয়সুনে হেক কৌরদ্রিমথৈ লাক্কেদো!"

"ঐ লাক্কে থনবা কুইরবনি ইমা। আমিরনা মরোল অমা
চৎলুসি হায়বসিনা মতাম তৌরবনি। ঐনা মরোন অমা চিল্লিবা
ইঙম হেক ঙমদে। কয়াম কন্না ঙমত্রগেনে মাবু?"

"অইং অশা ওম্নরকপগী থরা শা-ঙানবতনি। করিনো
খঙদে মপুকনীং খোইরাংবমসু য়াওরিমাল্লে। হায়মু হায়বসু য়াদে,
মতা অমনি।"

"থরা রাথল থনগনবনি মাসু ঐদোনা। মসিদা তোক্কে
হায়বসে ইয়া হেক য়াদে।"

"উম লাইমা মাম্লজে নবানি। মতাং চারিঙৈসিদা রামগা
হায়গে ইমা, ঐননে কিবমগা লৈ। মীগী ইমুং অসিনা হায়জরক-
লিবসে কুইরকলে। লমদা থাদা হায়জবনি। হন্দক্কী পানখৎ-
লকপসিদা লুহোংনবা তৌসি হায়নরিবসি নংনসু থরা হায়মু
ইবেম্মা।"

"অহুগীহুম ওইরমগনিকো মানা খোইরাং খোইশাওরিবহু।
ইমাহোয়গা কায়নগনি হায়বগী ওইরম্নসু য়াই। মখোয় মশা

য়ামদ্রা য়ানবনি, ঐস্সু থগুই।"

"মথোয় মশেন য়ানৈ হায়বগী ঐথোয়নস্সু য়াকুবনি। অদুবু মাগী মতৌসিদা পংকিদা মকিরে।"

"ঐ ফি অমত্তং হোংদোকচরুখিগে, ইমাগা হেক্তা লোইন-খ্রসি। ঙাইহাক্তং ঙাইবীয়ু।"

"ঐস্সু ইমাগী নাক্তা অমুক্তং চঙডুগে।" হায়নরমলগা মহৈ মহৈ চঙনখ্রে। পংকুই কুইদনা অমিনা মফি মরোল হোংদোক্লগা থোকললকলে, ইবেচাওবীস্সু লাকলে। তাল্লকসিদা আমির কদোম-দগীনো চেস্থোক্লক্তুনা মাস্সু চৎকনি হায়না মফি মরোল তনহোং হোংদোকলুরে। থাম্বা য়াররোই থগুলদুনা অমিনা মমাদা তাক-লুরগা মচিন মৌপাগা ইবেচাওবীগা অদুমক থোকমিন্নরকলে।

শংবানবীহোয়গী য়ুম পংলাপ লাপ্তে, য়োংলী মথোঙ মরী মঙারোমদং চংলগা অদুম ফংলে। কোম্হোং হায়জিল্লমদাইদা ইবেচাওবী লম্বীগী রাংমদা ফমলিবা কৈথেন মচাদুদগী মথোয়গী অচা অথক থরা লৈরুগে হায়না মচিন মৌপাবু কোম্হোং মমুং য়ৌনবা থিঞ্জিলমলগা চৎখ্রে।

কোম্হোং মমুং হেক লানশিল্লকপদা শংবানবী অচৌবা জাম পাম্বীদুগী মথোঙদা লেপ্তুনা পাম্বীদুগী মতোল্লোমদা য়েংথৎলগা মুংঙক মুংজাননা লেপলম্বদু উবদা অমিনানা চৈরকই,

"হিংচাবী, নশা ঙমদে হায়রগা কৈদৌরিবা?"

শংবানবী মমায় মমিং ইপোম পোম, মমিত্তা ঈরা চেন, মমায় লৈথোরকই। অমিনা উবদা হরাউ হরাউ নোকচৈ,

"ঐনা ঙমদেকা হায়বসে থাজপোৎ নত্তে নংদি। নং কৌন-ররোই থল্লম্মিবনি ঐ।"

জাম মথোঙদগী থোকলকই। শংবানবীগী মমায় মায়থোংদু উবদা অমিনা শকফম হঞ্জিল্ল,

"করি ওইনা ঙমদবনো ? হেক ঙমদবগা হায়রকপা য়াঙ্গা ?"

"আমির, লাউ ইচেমগী নাক্তা। নচে অঙাওবীসিগা লাক-মিন্নবসি তঙ্গ্রা নংবো ? নংগী চাচাত্নদি লাকথিদ্রেনে ?"

আমির শকফম হঙ্গিল্লি। তুমিন তুমিন চঙনরকই য়ুম-লোমদা। কাগী মন্নুং য়ৌরক্লবদা,

"ফম্মোরাও অসিদা। ইচে চা থাঙ্গংল্লুগে।"

অমিনানা হায়রকই,

"ঐ লোল্লুগে ইবেম্মা, নংহুম ফম্মোলাউ, নশক্তু য়েংবা মুং-ঙাইতে। ইমাস্থু চিঙৈ লাক্কনি হায়রমই। ইমা লাক্লগা ঐ পুন্নপ লোনগে।"

য়াত্রহুনা শংবানবী অত্নম ফমলে। শুম্মাংলোমদগী সনা-তোম্বনা উরাউ থরাউ কৌরকই,

"ইচে, হো ইচে!"

"তৌররদৌনি। —করিনো ঐ সিদা লৈয়ে।"

ফমলম্বদগী হৌগত্তুনা থোকলকই শংবানবী।

আমিরস্থু মাগী খোন্দু তাবদা মচেমগী তুং ইল্লকলে; মাস্থু অত্নম চেম্থোকখ্রে। রা মথা অমুক তারমদনা মখোয় অনী লেঙ্গোম্ন-ত্নুনা শুম্মাংলোমদা থোকখ্রে। অমিনানা ইমুংদগী লাউরকই,

"মপাল্লোমদা থোকথিন্নুকো নখোয়'নী।"

শংবানবী চঙলক্তুনা ফমলরবদা অমিনানা হংলকই,

"নংবু নশাত্ন ইচোক চোকথনা উরে। করি ওইনা ঙমদবনো ?"

"খঙদে হকচাংসি ইমুং মুংঙাইতে। হকচাংস্থু হকচাংগীনি। পাউ অমা তাত্রা হঙ্গে তৌবনি।"

"করি পাউ ?"

লোঙা চীংগী উমাপতিগী মন্দিরদো, ঐখোয়না চহী অনী

অহুমগী মমাংদা অমুক চৎলুবদো, মহুদা স্বামিজী অমা লৈররে হায়। ঐখোয়না অহুঙৈ চৎলুবদদি মন্দির অহুমতা তরক তরক লৈহৌইদনা অহুবু হৌজিক্কি পুমলং লংলে হায়। ঐ ওস্থোকনা য়েংনীংঙ্গে। স্বামিজীহু লাইনি হায়নে। খবরদসু করি করিনো য়ামনা ইঙ্গে হায়নৈ। নংবু খবরকা অমত্তা পাত্রবরা?"

"খবর পাবা হায়য়ে ইমাগী সেবা তৌবমকসু কোয়দে। আমিরবু শেম্নবগী মরোল অমা। ইহে, রা অমা হায়গে তৌরগা কাওরে। আমিরদনে নংনা অসাই চাচাগী রা হংবহু ঐ স্বাই লাউঙ্গে। মতুংদকা অমুক হৌদোকলুহু। মসিগী অঙাংসি জাত অমনি। ঐ কোয়া তমগে।"

"ঐসু হৌদোকলুরগা খংনীং নীংশিংলকই, স্বাই লাউগ্রবনি। খঙদে অমিনা ঐসি ঙাওগদৌরিত্রা করিনো! ইখন খনদবদৌনা তৌবমা হেক হেক য়াওরি। য়ুমদসু ঙাইহাক্তা লৈনীংদে। লমহাং তুহাং, মী পোং তাদবা লমদা ইথন্তা লৈনীংবমা তৌই।"

"মহুরা নংগী লাইনাবো? অহুদি প্রোফেসার সাহেবকা তাম্নবা তাইদনা!"

"ফাগি তৌহু অমি। নংসু ঐবু য়ুম্না খঙদে।" মমিৎ অনীমক ঈরা চেল্লি শংবানবী।

"করিনোনে মসিবো করিনোমন্তং হেক হায়বগা মপি ঈরা হেক্তা মচেনবসিবো!"

"অমিনা, ঐসে ওস্থোকনা মপোক থীনা পোকগ্রবনি। নংনা খঙলিবহু মঙাই, ইপা লৈরি লৈত্রগুম্বা, ইপাগী মশক মশা খঙদ্রবা মচানি ঐ। বাবাগা অমুক উম্নরকনি থাজরক্কে। মহাক হল্লকনি হায়বা থাজরক্কে। অসুপ লাইবকথীবা মপোক করিমুংগী পোকলরবা!"

"শিগ্রবদি খঙক্রে, শিত্রবদি উম্নরখিনি। মপানা মচাবু মুংশিদবা হৌনত্রা?"

"মতুগী আশাদা হিংলিবনি ঐ। অতুবু মতু তমলমগনি থাজরক্তে। হায়দোকনীংঙাই হংনীংঙাই কনাস্থ লৈতে— নং নত্তনা। মসিদা প্রোফেসার হোয়গী মমা মপানা মরোল অমা। করিম্নুংগী মাগা শক খঙনরুবা, করিম্নুংগী ঐনা অহল লমনদা হায়-হল্লো হায়রুবা। অওইবনি অমি ঐ মাবু ফাওবা কিরকলে।"

"তানীংদেদা করি রাত্তানো। নহাক কনানো, করিনো খঙদবা নত্তে মা। অতুপ মবুক তপ্পা, নংবু হায়নীংঙাই লৈতনা মুংশিজবা মুপাতুদো কিরিবা। অতুম হায়নু নহাক দোষ পুগনি।"

"পুগনি নত্তে অমি, পুরবনি ঐ। ঙরাংতু লাকই মা। মখোয়গী পাবুংগা ইমাগনা য়ামনা তকশিল্লকলে, ঐখোয়না অসুম তপথবসিদা মখোয়গী মবুক্তা চিংনবমা পোকলমাল্লে, ঐগা উন্নরগা অরেপ্পা অমা খঙহল্লো হায়রে হায়। ঐনা অসুপ য়ামনা তহা তহা তৌ-গদৌ লৈরদি ঐগী আশা থাদোকপীযু কোক হায়দোকলুরে। মহাক মরু লুকথতুনা তুমিন লৈখি।"

"হিংচাবীনি নংসি, তশেংনা মীমুংশি খঙদবীনি। কয়া-রকনো নংনা অসুমনা তৌখিবসি?"

"অ মে, নং খঙদে, ঐনা মাগা চৎকে হায়র'দবু কনানো খিংলদৌবা। মাগুমনা থরায়না তাবা মুপা অমা ঐগী পুনসিদা অমুক থেঙনরক্কনি থাজদে। অতুবু ঐনা খাঙলিবসে ঐগী ইপাতুনা ইখুৎসি পায়তুনা কন্যাদান পীবদো—"

শংবানবী থাঙবা ঙমদ্রবমাল্লে রা মথা তারমদনা হীক হীক কপলকই। অমিনাস্থ মপি ঈরা চেল্লি। মথা অমুক তারকই,

"ঐমুক'লাইবক'থীবসিবু তাইবংপান'অসিদা লৈরমথিগদ্রা?"

"শংবী, নংগী রাদো ঐ তানীংদে। নহাক অতুপ য়ামনা তৌবীমল খঙলমলোই হায়বা ঐহাক থাজরমদে। নংনা অসুমনা খল্লমগনি হায়বসি য়ামনা ইকাইবা রানি।"

"মতু ঐ লাল্লি হায়দে। অতুগা ঐগী থম্মোয়না পামজরি-বসিন্সু অয়ানবা নত্তে। ঐ নংগা তাম্নগে ওাইরিবনি, ঐহাক প্রোফেসারদা অরোইবা অমা হায়গ্রগে, পুনসি চুপ্পসি ঐহাক ইথত্তা লেল্লগে নীংলে।"

অমিনা শংবানবীদা শংত্রিক য়েংলকই— বাগী মচেং অমত্তা য়াল্লক্তে। মুন্না অস্থম য়েংলমখদগী মমিং অনীমক মপি ঈরা চেল্লি। শংবানবী মরু লুকলম্বদগী অমিনাদা য়েংথংলকই। মিং মরীমক মিং চানরকই, অনীমক বা অমত্তা ওাংনদে, চেজেং কোম্নৈ, খোঙ্জেন খোক্ত কপমিন্নৈ।

"নংগী থম্মোয়গী বা ঐ খঙই, মিনমলগা করি কাম্নগনি? বা অতু অমুক্তি হায়খ্রে অমুক হায়রবদি ঐ নংগা মপোক অসিমগী কৌনরোই; ঐ শেংনা হায়রিবসিনি।"

"অমি ঐহাক উমাপতিবু অমুক্তং দর্শন তৌনীংই, অমুক্তং খুকমনীংই, থৌনা পীনবীষ্ণু হায়জনীংই।"

"করম্বা থৌনা! কায়নবগী মৈচাক খাঙবা ওম্নবগী, তৌবীমল খঙদবগী থৌনারা, থম্মোয়গী অপাম্বতু উং ওইহনগে হায়বগীরা? য়ামনা তৌহৈদম্না বানি। অতুগী মহুত্তা নংগী হিংচা য়াইতম্বগী বাখলতু থাদোরুবা নীরুসি হায়রবদি য়াই।"

"অতুনা চুমগত্রা? মানা ওরাং অমুক্তং খুকম্নু'সি হায়রমই; করিগীনো খঙদে। মথরায় য়ামনা য়াওনা উমাপতিগীদা থোক-খিবা থৌদোক অমম্মু তমলমই।"

"করিনো মতুতুম তাসি।"

"থাজসিরা থাজগুমসিরা খঙদে, উমাপতিগীদা স্বামিজী অমা হৌখিবা শিবরাত্রি মুমিংকী মুমিদাংদা লাই খুরুম্বা লাকই হায়। উমাপতিগী দর্শন তৌরবী মপাক্কল শোল্লবী অহন অমা লাইমাং-মক্তদা কদোমদগীনো অচৌবা খারৌ অমা থোকলক্তুনা চিকপদগী

লাইকম্নবা য়াদনা শিরবনগী স্বামিজী অহুনা কৌবদগী অমুক হিঙ্গং-লকলে হায়। সিগী ঙাকস্নু নত্তে, ঐহাক উমাপতিবু অমুক্তং থুরুমজনীংবা কুইরবনি। ঐগা মাগতা চংপস্নু চংনীংদে, অম্নাদা গাড়ীদু অমুক্তা পীয়ু হায়গে হায়ববু য়ারকদ্রা ?"

"করিগী য়ারোইদগে। কৈদৌঙৈ হায়য়ুগে।"

"অশংবা মুমিৎ অমদা হেক্তা য়াই হয়েংস্নু য়াইনে নোংমাইজিং মুমিৎনি, মুংথিন মুমিদাংবাই, নংস্নু শংগনিদনা।"

"ঐস্নু ?"

"নং য়াওরবদি মাগা ঐগতা করম চৎকনি ?"

"প্রোফেসারগী পাউদি ?"

"পাউ চেনাথবা য়ানি। মশা লাকপস্নু য়াই, মতম অমা লেপ্পসি হায়খিবনি।"

"য়ারে ঐ অম্নাদা য়ানবা হায়নগে।"

কোম্থোংলোমদা গাড়ী থৌজিল্লকপগী মখোন অমা তারকই। য়েংথোকখিবদা মেহেরাল্লা সাহেব জীপ গাড়ীদগী কুমথরকপদু উই।

"কৈমা অম্নানিনহায় অমিনা !"

"নং নশা ঙমদে হায়রম্বনি অম্মীদা মুংশাথীনুনা, লাকপা ঙইরম্নি।"

শংবানবী চেম্থোকলকই ইমুংদগী, অমিনাস্নু থোকলকই।

"অম্না লেঙশিনবীরকউ, অমিনাস্নু আমিরস্নু লৈ। খোংউপ য়াওজসস্নু হেক্তা চঙবীয়ু।"

"নংবু নশা ঙমদে হায়বদাইনে, অহুগী লাকইবনি মুংশাথী-নুনা। ঐ য়ুম য়োক্লরবনি।"

"কম্না ঙমদবা নত্তে, মাগস্নু উম্নীংনুনা কৌহনবনি।"

কা মম্নুং চঙলকলে।

"অম্না ঐ চা লোম্লুম্বিগে।"

"য়াইদা ইচাসিদি। ইমাদি?"

অমিনানা হায়, "ঐ লোল্লুগে, নং অপ্লাগা ৱারী শান্নরম্মু। ইমাস্থ লাকলনি, কৈথেল মচাসিদা চৎখিবনি।" —অমিনা চঙক্রে ইমুংদা।

"ঐদি কন্না ঙমত্রবমাল্লে নীংঙ্বুরে। নমিৎ ননাহ্ কুৎনা উই, ঐগী মিৎনরা। নংগী থবক্তু্রু য়ামনা ৱাত্রনে?

"ৱাদে অপ্লা।"

"ইপাস্থ নংগা অমুক্তং উন্নগে খনবা কুইরবনি। ইপাবু হঙ্গোইগন্নু। ইনসপেক্টর সাহেবকস্থ তান্নরবনি। প্রোফেসার-হোযগী মপানা ঐঙোন্দস্থ নহান হৌদোকলমই। নংনা অরেপ্লা ৱা অমা ইহায় হায়দোক্তবগুম তৌবসিদা মখোয় পুন্নমক তৌভম খঙদ্রে। ইচাশা, নিংঙোন্না মপুং মরৈ ফারক্লগা মপা মমাগী নাক্তা অস্থম লৈবা হায়বসি মপা মমাগী পাপ মথল অমনি। নহাক মতম চপ চারে। অমিনাগীস্থ ঐনা কন্না হোৎনরি, তান অমা ইচা চাদ্রি। করি ননীং থুংদবা লৈবগে ইপাদা হায়য়ু, করিস্থ হঙ্গোই-রুন্নু। প্রোফেসারগী মপা মমা অনীমক য়ামনা ৱারবনি। ইপাদা হায়বা হঙ্গোইরবস্থ নত্তাদা হায়য়ু— শোইবা য়াদেকো।"

শংবানবীগী মমা ইবেচাওবী হোবে হোবে চেল্লকলগা মেহে-রাল্লীনা ফমলিবা অদোমদা চউলকই,

"গাড়ী চঙখিবা উবদা ঐ চেল্লকলবনি। ইবেম্মা নংদি কৈদৌরিবা, অপ্লাগী সেবা করিস্থ তৌত্রবরা?"

"মা ঐনা ফারিবনি। অমিনানা চা লোনজ্রি। ইপা ইচা ৱারী অমা শান্নরমলিবনি। —ইপানা হায়বহ্ কাওবা য়াদে, নংনা অপাম্বহুত্তা হায়য়ু।" শংবানবীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

ইবেচাওবী ইমুংলোমদা লৈশিনখ্রে।

মমা চঙখিবা উবদা সনাতোম্বগা আমিরগস্থ ইমুংলোমদা

মমাগী মতুং ইন্নখ্রি। শংবানবী কমলমবদগী হৌগংলকই,

"অম্না ঐ চা লৌথোকলুখিগে।"

"চণ্ডঙ্, চণ্ডঙ্।"

মিকুপ অমা অনীগী মন্নুংদা অমিনা শংবানবী কা অদোমদা চঙলকলে, অমিনানা ত্রে অমদা চা বিস্কুট্‌টনচিংবা পুরক্নুনা। মাংদা থারিবা টেবলদা থমই অন্থুগা,

"অপ্পা শংবানবীনা হয়েং মুংখিল গাড়ী অমুক্তা পীন্নু হায়রি। উমাপতি খুকম্বা চংকদৌরি, ঐস্নু য়াওগনি, শংগনিনা?"

"হয়েং মুংখিল? য়াই য়াই। ঐদি কাওগম্লিহায, নং হোরেল ড্রাইভরদা পুংফমকাক্নু ফজনা হায়খো।"

ইবেচাওবীনা এপল খরা নিংথিনা শেম শাক্নুনা পুরংলে। অঙাংশিংস্নু মরী মরী চঙলকলে।

"চুম্না লেঙবীরকপা ওইরত্রা মহোয় অপ্পাবু, করিগুম্বা?"

"চুমনা লাকপনি। ইবেম্মগস্নু উম্নগে খল্লমবনি। য়ুম য়ৌরুরবনি, মহাক মশা ওমদে হায়রবক্নুদা তম্না হেক্তা লাক্লুবনি। ইপা ইচা য়ারী শান্নরে।" শংবানবীদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়, "ইপানা হায়বক্নু মুম্না খল্লু। নখোয় অঙাং নত্রে। নংগী বাবাস্নু য়ামনা য়ারবনি।"

শংবানবী মরু লুকথক্নুনা ফমই। অমিনানা মতাদা লোম্না য়েংই। মেচেরাম্মীনা অঙাংশিংক্নুদা হায়,

"এপলসি চাও, য়াম্মনত্রে ইতোমতা চাবা ঙমলোই।"

মখুৎনা লৌথক্নুনা য়েল্লি অঙাংশিংদা। চাবা থকপা লোই-রকুবদা মেহেম্বাম্মীনা ড্রাইভর হনবা থেওত্রগনি হায়ক্নুনা মমা মচাদা তাকলমলগা মচাশিং পুক্নুনা চৎত্রে।

## তরামরীশুবা

মথং মুমিৎকী মুংথিল পুং মরী হেল্লকপা অতুরাইদা কার লাকপগী মখোল তারকপদা নিংথিনা শেৎ-চারতুনা ভাইরিবী অমিনা ইমুংদগী থোকলকই। শংবানবীনা গাড়ীদগী হেক কুম-থরকপা উবদা চৈরকই অমিনানা,

"নংগী থেঙণনবীসি ত্তোকও হায়বা মুপয়া হেক মাদে। আমির হল্লকপগত্রা হায়দুনা ঐদি ফম্বা মাত্রে।"

"ইবেম্মা নংনদি খঙদবা, লাইরবনা ফিগুবা নোং নঙই হায়-বতুদা তাগ্রে। বাবাগী ত্রানসফরগী ওর্ডর থোকলে হায়, অতুগী থোইদো শাওগৎনবদা ত্তৌরিবনি।"

"কদায়দা?"

"জিরিবামদা! অপ্পাগসু মারী শাম্নরমলে হায়।"

"মুংভাইবা পাউ অমত্তা হেক তাদেদা। কদায়দনো ত্রানস-ফর ত্তৌরুবদগী হল্লকপা কুইত্রিবদায়নে? অপ্পাহোয়না মরাইনা থোকপা ত্তৌজরনি। —চৎলসি, আমিরনা অমুক মাওগেককা হায়রকত্রা ঐ ভাইওমত্রবনি।"

"ফয়ে চৎলসি।"

মখোয় অনীমক গাড়ীদা তোংখৎলে; মখোয়না তাক্লনা গাড়ীহু সিটি লো কোলেজ তমনা থোরকলে। কোলেজগী গেট মপাদা প্রোফেসার নবনা ঙাইরমবহু উরকলে। গাড়ী হেক থাম্বদা হায়নরুবা য়াওদনা মশানা খঙনা গাড়ীগী মমাংগী সিট্রা কাখত্তুনা ফমলরে। মানা হেক কাখৎপগা গাড়ী অমুক থোগৎলকলে।

অমিনানা প্রোফেসারদা হংলকই,

"কুইরমলগনি ওঝাদি?"

"পুংকুই কুইত্র পুংমুক্তনি।"

"ঐনা হায়ত্রা থেঙলনি হায়না।" শংবানবীদা ওনশিল্লকই। ওঝা নবনা য়া-পাংশিল্লকই,

"মহৌশাদগীনি।"

শংবানবী লোয়া য়েংলকই প্রোফেসারদা, অমিনা মহু উবদা মথন্তা নোকই, য়াদি ঙাংদে। গাড়ীহু অস্থুম থোগৎলক্তুনা কেন্টোনমেন্ট এরয়া হেন্দোকলকলে; সহরগী মা কুঙলবা মফমহু হেন্দোকলকপদগীদি গাড়ীহু থরা হেম্না কন্না থোগৎলকলে। মথং মথং এগ্রীকল্চরেল কোলেজ, বোটানিকেল গার্ডেননচিংবা লান-থোকলক্তুনা লাপলপনা লোঙাচীংগী চীংহুম মচাহু উরকলে। অস্থুম চঙশিল্লক্তুনা চীংগী চীংখোঙ ফংলকলে। চীংথক তঙ্গা লম্বীহু গাড়ী কাবা য়াদবদগী ড্রাইভরগা গাড়ীগা চীংখোঙদা থনমলগা মখোয় অহুম চীং মচাহু কাখৎলকলে।

পংচাও চাওবা চীংদি নত্তে হায়ববু চীংগী চীং অহুম মওই, চীং কাবগী হৌনশা শদো থোংনৈ, চীংচেপ চৎপগী য়াই লাউবা অহুম মপোকনৈ। অঙয়া চীংমায় কাখৎলক্লগা চীংগী নমলোন মক্তদা ফনা শাংনা অমুক লাক্লনা চীংচেপ মতেক অমা হেক লাম্থোকলকপদা শঙম অমরোম চাওবা, য়েম্লিং পাম্বানা ইনৌ

নৌহল্লবা, মপাম্না পুমনমোম যোম্নবা খৈখোং, হৈনৌ হৈপাল্লশিংগা য়েংন য়েংননা হৌরিবী, হিগোক কুম্বান মচুম্নী লৈরাংনা শীংজেল লৈশক তাকচবী, চীংথ্রাও লৈপান্ন কয়ানা লৈতেংলবা, লোকমাক্ল খুদেং শাবা থেন মচাহুদা, চিকনা ইংনা ডাম্থোইরিবা, পিক্তক্ল তৌবা, উমাপতিগী ফুরা লাইশঙ উরকপদা মখোয় অহুমত্থু চীং কারকপগী অন্নাবা, পূকনীং ইশৌ লাংবা পুম্নমক কাওনবগুম চপ্ চপ লেপ্লহুনা য়েংনরি। খঙদে কনানা হেম্না ফজবা, হৈরাং হৈপাম্না হেনব্রা হেন্দে, লৈরাং লৈপাম্না রাংপ্রো রাঙ্গে, ফুরা লাইশঙনা হেনব্রা হায়বস্থু হেন্দে—পুম্নমকতু তিন্নখ্রি অমত্তা ওইনা, পাংশোই নাইদনা।

ডাক্তৈহাক য়েংলম্লগা হায়রকই অমিনানা, "শংবী অসিরনে ঐখোয়না নহানমুক উখিবত্থুবু ?"

"মানি, অসিনি। অহুবু য়ামনা ওল্লমলে— ঐস্থু থাজরক্রে।

ঐনা হায়বত্থু চুমত্রদো ?"

"চুমই, মহৌশাগীত্থু নত্রে।"

অহুম্নক মরী মরী লাক্লরে মন্দির তমনা। মন্দিরগী অকোয়-বদা, গচি মঁচদা, মী ফনা য়ামনা তিল্লমলে। মন্দিরগী মনাক মোরকপদা অমিনানা হায়,

"ঐহাক পুগ্রী অসোমদা লম য়েংলুগে; নংগা ওঝাগা থুরুম্মুরো।"

অনীহুনা মন্দিরলোমদা অহুগা মহাকনা পুগ্রীরোমদা। শকলৈ শক্তা চুমলবী, মথোনকারকপগী লম য়োনা ফজরকপী মতাংগী নিংথিবা পুম্বনা লৈতেংলবী অমিনা মনাক অহুরাইদা লৈরমলিবা মুপা-মুপী ময়ামহুগী মিংথেংফম ওইরকই। অমরোম-দনা শংবানবী প্রোফেসার নবগা লোইননা মন্দিরগী সিঁড়ি কাখৎ-লক্তুনা মন্দির মঙুং চঙলকই। ধূপদীপকী, লৈ-শুগী মুংশিররা মনমনা মন্দির মঙুংহু পুমথুম থুমহৎলি। উমাপতিগী সনামাংদা

মন্ত্রপাঠ তৌয়িবা, দর্শন ফংজয়িবা, যাত্রিকশিংনা থুকউ লৈপাক ত্তানা থুবাম চাংজো লোয়রক্লনা লৈনরম্বা মরক্ত্দা মখোয় অনীশু চঙলকলে। লৈচন শুরবা লৈগী পরেংনা সনা হকচাং পুময়োম যোম্বমখৈ থোল্লিবা উমাপতিবু খুরুমজরগা মখোয়না পুরকপা ধূপদীপ, মুবী, লৈস্নু, মাংদা থমলিবা কোরৌগী পুখমত্নদা অঙম্বা দক্ষিণাগা লোইননা তপনা থমই। মূর্তিগী য়েৎওইননা মমায় অরাং ওল্লা ফমলিবা সেবারী ঐজ্ঞানা তাকপীরকই,

"লাউ চঙশিল্লকউ ইচাশা, সনামাং অসিদা। নিংথিনা দর্শন তৌজয়োলাউ।"

অনীমক চঙশিল্লকই থুকউ-লৈপাকতা-শন-শানা। মখোয়না কচ্চবা হৈ-লৈ কৎশিনবী ঐজ্ঞানা চরণমক্তদা।

অসোমদা অমিনা পুথ্রী মপান্দা লেপ্তুনা হৈপাল লৈপানশিংনা তনৌ তনৌ, তদেক-তদেক, মালংগী তাম্বাদা হাইনা ছুমনা লৈনা জগোয় শাবত্ন য়েংলরি। অম্মুম লৈনা য়েংলকপদা পুথ্রী মমুংগী সিঁড়িগী থাক্তা অহল অমা কারকলিবত্ন হেক উবদা ম্বাই লাউই, থাজত্রত্নুনা অমুকমু য়েংই। অহলত্ন অম্মুম অম্মুম নকশিল্লকলে। অম্মুম মুল্লা য়েংলম্বদগী ইঙক ঙকনা তফিং তফিং কৌরকই অমিনানা,

"চাচা! চাচা নত্রা?"

অহনত্নমু ইঙক ঙকনা য়েংথংলকই, সিঁড়ি কাথংলম্বদগী থংলেপ লেপই;

"হৈমা অমিনা! মানি নংগী চাচানি। করম্বা মতমদা উম্নগদগে থল্লম্বদি ইচা লাকলেদনা। উমাপতিগী কৃপানি।"

অমিনা হায়ভম খঙত্রবা হরাউ তয়াম্বগী ঈপাক্তা তাওত্রবগুম তৌই; মখোঞ্জেল তনীক তনীক হায়রকই,

"চাচা,—অসিদা?"

মনাক্তা লেপলম্বা অহন অমনা তাকপীরকই,

"ইবেম্মা স্বামিজী হায়রু! কয়াদা নরাইবক ফগ্রবা। কয়াদা লুনা তৌবীরিবা।"

"ও, চাচা, স্বামিজী!"

স্বামিজীনা নোক্লগা হায়রকই,

"অমিনা ঐহাক নংগী চাচানি, নত্তোম্নি। কনাস্থ নত্তে। ময়ামনা কৌনীংবা কৌসম্ন। মপাগী মফমদা মচাগী অতোপ্পা মিঙৌ অমা লৈতে। লাউ অসোমদা ইপাগা হ্বারী শাক্লসি।" —উমাপতিগী দর্শনদি তৌরব্রা?"

"ঐ লাপনা অস্থম খুরুমজরে।"

স্বামিজীগী মতুং ইন্দুনা লাকই অমিনা। ময়ামত্বনা ইঙক গুকনা য়েংনরি। অমিনানা অম্বুকস্থ হায়রকই,

"চাচা ঐগী ইপাং ইতা অমগা ওহ্বা। অমগস্থ হ্বাওরকই। মখোয়দি লাইশঙ মনুংদা লাই খুরুম্বা চঙখি।"

"খুরুমসম্ন। শোয়দনা থিরকনি। ইপানা নংগতা শান্নবীংবা হ্বারী লৈ। নহাক লাকপা হ্বামনা করে।"

পৈহৌ ঙামহৌবা খাংপোকশঙ অদোমনা লাকমিম্নে অনীত্থু। স্বামিজীনা চঙলকউ তাকপীবদগী মানা তোংলিবা সেগুলত্থু মপাঙ্গা থনমলগা মাস্থ ইমুংত্থদা চঙলকলে।

"ফম্মু মোড়া মচাত্থদা। হ্বুমসি লাই সেবা চংলিবা ঐজ্ঞাগীনি। ইপাগীদি উখোঙ হ্বাখোঙনা ইহ্বুমনি। উমাপতিগী প্রসাদ লফোই লতং থরা চাসি।"

"চাচা চাবা থকপা লাইরি, কম্বা কুইরে অসিদা লৈবা? আমিরনা হায়বরু—!"

"কুইজ্রি শিবরাত্রিগী হ্বুমিংকী মমাং অহুদগীনি। আমিরনা করি হায়বা? মহাক্তি মশা ফরব্রা?"

"ফরে, করিস্নু থোইদোকপা তৌত্রে। চাচাবু সিপাইশিংনা ফাখি, থীবা খঙলক্তে হায়। করিগীনো চাচানা মাবু অদুপ ৱানা থিবীরুবগা মথন্তা থাদোকপীরকলিবা, করিগীনো ঐখোয়দা লাক্তিবনা?"

"হৎফম থোকপা ৱানি ইবেন্মা। পুন্নমক ইপাগী লাইবক-থীবদগীনি হায়রবা তারে। ইপানা মাবু ওস্থোকনা ৱানা থিরুবনি। মাবু ফাগ্রে হায়বা হেক তাবদগী ইপা থাওফম খঙদ্রহনা নখোয়দা ফাওবা তাকলমদনা অদুম চৎলবনি। মাবু ফাখিবা মতুং নোংমা কোনবদনি ঐনা চৎপহু। তপথরমলবদি করি থোকলমগদগে ঐ হৌজিক্তা কিরকই। ফংলবা মতুংদস্নু ফত্রবশিং অদুনা করম তৌরকদগে, তাম্নরকত্রা হায়বগী থানাগী খুত্তা শিন্নবগা থিনবীনবা হোৎনবনি। নংনা খঙলিবহু মঙাই ঐবু খিনবা চৎপদগী ফাখি-বনিনা ঐবু চিংনৱোইদৌবগী মরম লৈতে। থানাগী খুত্তবু য়োরবদি য়ুম য়োবগা অস্কানি হায়রদুনা এস ডি ও দা মী নেক্তুনা আমিরবু শিন্নহনবনি। অদুবু মহাকনা ঐগা লোইননা চৎমিন্ননীংবহু উবদা ঐ মাবু হেক থাদোকপা ওমত্রদুনা লাপনা ইন্নরমই। তৌবস্নু ঐবুত্তা উরগা মহাক মপুকনীং নুংঙাই। ঐনা ইন্নদ্রব'দ মহাক চৎলু ৱারমদে। মহাক অঙাংনি কনানা করিনো মতাক খঙদে। লীন্না চিকপ্রবা মীনা লীনবু কিবা মহৌশানি। মহাক পুন্নমকপু লীন ওইনা উব্রবনি। এস ডি ও না খজিক্কং ভাব তানা থেম্বী-রমলবদি করমগদৌবনি। মানস্নু খরা ফিংবহুনা আমিরস্নু ইপা পাখংলমই, ঐবু কৌহুনা কপলকপদা ইপা মাবু থাদোকলম্বা ওমখিবে; চোংথোকপা তারমই। এস ডি ও স্নু ঐবু অঙাং ফাবা ৱাওবা মীনি হায়না শেরান ভুরান খনবদগী ঐবুস্নু ফাগে লাক্লমই। উমাপতিগী কৃপাদগী ঐহাক নাম্থোকপা ওমলমই। মহাক্না য়ুম য়োৱবা মতুংদা ঐহাক অম্নাগা উন্নগে হায়রদুনা নখোয়গী

য়ুনদা অমুক অনীরক লাকলমই অহুবু সিপাইশিংনা ডাক-শেলবা উবদা ঐ চংঙলকদোবা হন্‌দোইরমই।

"পুম্নমকসে ঐগী লাইবক্লনি। অম্মানসু ঐবু শোয়দনা চিংনরমগনি ঐহাক থঙই। ঐহাক লাকখিনি নোংমা, উন্নরখিনি অম্মাগা, অন্মীগা অহুগা ঐগী আমিরগা।"

অমিনা মাগী চাচানা হায়বহু তারগা মৌপ্‌্‌না তমখিবশিং নীংশিংলকই। স্বামিজী মথা তারক্কে। অমিনা হন্না য়েংথংলকপদা স্বামিজীগী য়মিং অনীমক্তা পিগী ঈরা চেনবহু উরকই। অমিনানা হায়রকই,

"চাচা, চাচানা হায়বা পুম্নমক ঐ থাজৈ। অম্মাসু করিগী থাজরোই। আমিরনা পুন্নমক তম্নবনি। মহাকনা চাচাবু য়ামনা খোয়াংনা ঙাইবহু থল্লুরগা অমুক্তংদি উন্নহনীংই।"

"ইপা শোয়দনা লাকনি।"

"চাচাগী য়ুমবু আসদরা?"

ঙাইহাক থল্লগা খুমঙ্গকই, "উম ঐহাক অসিদা লৈরে।"

মপান্দগী ঐজ্ঞা কাশীদাসনা হংলকই,

"ননাই ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে।"

"লেঙশিনবীরকউ ঐজ্ঞা।"

চঙলকই ঐজ্ঞা কাশীদাস; স্বামিজীনা হংলকই,

"কারি তাকপীগদবা?"

"অঙাং অনীথক স্বামিজীবু খুরুমজগে লাকচরি। অসিদা পুজরকলে, অরাপ্পদগী ওইরমারে। মমাম্নবী অমসু য়াওরকই হায়। চঙহল্লকপা য়াগত্রা?"

"করিগী য়াদদগে ঐজ্ঞা, চঙহনবীরকউ।"

ঐজ্ঞানা পুহুনা চঙলকই শংথানবী অহুগা প্রোফেসার নব, অহুংগা ডাকপী,

"ইবেম্মা থামিজীবু খুরুমজো।"

শংবানবী অমিনা লৈরম্বা উবদা ইণ্ডক ইকই। ঐস্তানা তাকপীরকপদা মখোয় অনীমক খুকমই স্বামিজীদা। ঐস্তা কাশী অমুম্বা তাকপীরমলগা চিঙৈ অমুক চংগ্রে। শংবানবীনা অমিনাদা লোল্লপ হায়রকই,

"ঐদি নংবু খিরুগে খল্লমই।"

অমিনা মাগী চাচাদা য়েংলম্লগা খোইরুম তৌরগা হায়রকই শংবানবীদা,

"শংবী, ঐখোয়না চাচা হায়বদো—।"

শংবানবী, ইণ্ডক, ওকনা য়েংলকই, স্বামিজীনা হরাউ হরাউ তাকপীরকই,

"মানি আমিম অমিনা অনীগী মতোল্লি, চাচানি। ময়ামসিনা পংকো কৌশিনবীয়ে ঐবু। করিস্লু খল্লুস্লু। ফমলোলাউ নখোয়স্লু অমিনানা অসাইনা তম্বনি ইপাদা—।"

অমিনানা চিঙৈ শক তাকই অনীহুবু,

"ঐগী খ্বায়দগী হেন্না লূনা তিম্নজবী ইতা, মমিংনা শংবানবী……"

স্বামিজী ইণ্ডক ওকনা য়েংখৎলকই, মশাহু তনীক তনীকই, মিৎ কুপ্তুনা য়েংই মুপীমচাহুবু, অমিনাস্লু উই মাগী চাচাগী মতৌহু; মহাক ৱা মথা তারক্তে। ওাইহাক য়েংলুরগা স্বামিজীনা তাকপীরকই,

"অহুগা ইবুংঙোসিনা— ?"

"ওঝানি, প্রোফেসারনি মিংনা নব কৌই। ঐগী ইমান্নবীসিগা লুহোংগদোবগী হায়না চংনৱিবনি। মুমিংমক্তি লেপত্রি।"

অমিনা ইথন খলহৌদনা হায়দোকলুরগা করিনো হায়বামা নীংশিংলকপগুম মচিন্নু মখুৎনা খল্লি। স্বামিজী ৱাহু তারগা চীংথৈ ফিহুপ হুম্লকপহু মওাই মমায় মায়খোং খংওান ওাম্বোক্লকই,

অমুক থংলৈ লৈশিনখি কুচু লাংশিল্লি, মমিৎ অনীমক পিরাং ঈহৌই, পিবুক নৌনা উরকই। শংবানবীনা মরোল অমা ৱাতু তাৱগা থংপ্রেক থং, ইকাইথীবী মহৌশা মমায় মায়থোং পুঙমদনা লু-লুকনা থাঙই।

স্বামিজী লাংশিল্লববা মাযথোং মকারামনা উরকলে, য়ামনা হৱাউনা মাংদা লৈরিবা অনীতুগী মকোক-মকোক্তা মখুৎনা নানবী; হায়রকই,

"ওস্থোকনা মুংঙাইববা পাউনি নখোয় অনীবু তাইবংপানবু মঙ্গল পীনবীবা উমাপত্তিনা থৌজানবীসনু! মঙ্গল ওইসনু। নপুনসি চুপ্পা নপুরোইববু ঈশ্বরমকনি হায়না সেবা তৌবা ঙমজৌ! পুনসি মুংশাংনা মুংঙাই য়াইফ পানবা ওইসনু! ইবুংঙো, নংদি লাইরিক লাইস্নু হৈবা মীশকনি, তারিগনি, লতা, বনিতা, কবিতা, উরি, মুপী, শৈরেং মথন্তা থক হিংবা ঙমদে। উরিনা উপানগী, মুপীনা মুপাগী, শৈরেংনা অশৈবগী মপান তাংলগতা হিংবা ঙমই। নংগী ননাইমুবী ওইগদৌরিবী মপাঙ্গল লৈত্রবী মুপীমচা অসিবু মুংশিনা লোইনবীয়ু। মাগীদি নহাকনা পুন্নমকনি, নংনা মাগী ধর্ম ঙাকপীগদৌবনি।"

হায়রমলগা করি খল্লুবা থঙদে, স্বামিজী মমিৎ অনীমক্কগী মপি শিন্থরকই। ঙক্তা য়াল্লিবা লেংয়ানফিতুনা মমায় মায়থোং কুপশিল্লি, শিন্থরিবা পিরাং তৈথোকই। অমিনা য়েংই মতৌতু, মমায় মায়থোং লুরুক্লনা থাঙজখিবী শংবানবী স্বামিজীগী ৱাঙাংতু তাবদা করি খল্লুবনো থঙদে মশা পুম্বা থক থক নীকই, লৈবা ঙমদনা উই। ইকাইথীবী মানা করিগীনো থঙদে পিনা থুমহৎ-লবা মমিৎ অনীতুনা স্বামিজীরোমদা য়েংখৎলকই। মাগী মায়-থোংতু উরুবদা করি খল্লুবা মরু লুকনা থাঙই। অনীগী মতৌতু উবদা অমিনা মপি ঈরা চেল্লি, মহাক খঙই, শংবানবীগী থম্মোয়-মুংদা ওমতুনা চাকলিবা কুমকাংখিদ্রবা মৈচাক। অমুকসু থংনীং নীংশিংলকই মাগী, চাচা, মাগী মাংদা ফমলিবা স্বামিজীনা মাগীসু

মাগুম্বী মচা নিংঙোল অমা লৈ হায়খিবচু। কনা নত্রবা অনীহুগী খম্মোয়, মহাক খঙই।

শংবানবীনা লূ-লুকনা খাঙলিবচু উবদা স্বামিজীনা নোক্লহুনা ভাকপীরকই,

"অশংবী করিগী ইকাইরিবা। মথোং কারক্লবী নিংঙোম্না মভিক চারবা বরগী মকমদা হেক মাইথুংবা মুমিঙা মপা মমানা মচা নিংঙোনগীদমক পাঙথোকফম থোকপা কর্মপুরা মপুং ফাই। নংবু পোকপা অনীহু কয়াদা মরাইবক ফররবনো! মথোয়গী মুংঙাইবদা ঐম্ম শরুক য়াবা ফংলে, কয়াদা লাইবক ফগ্রবা! ঐবু ময়ামনা কোনাংবা মিঙ্গৌদা কৌসম্নু; অমিনা, আমরগী চাচানি অহুগা নহাক অমনাগী মতানি, নহাকীস্নু চাচান, নতোম্নি। ঐহাক নথোয় পুন্নমক্তী মঙ্গলগীদমক শিব-শঙ্কর-উমাপতিবু খুরুম-জগে। লুহোংলবা মতুংদা অমুক্তম্নু লাকউ নথোয ময়াম, উমা-পতিগী নির্মাল্য লৌরো, প্রসাদ ফংজরো। —চবেম্মা অমিনা নথোয় চংপা থেঙগ্রগনি। নতাসি পুবীগ্রো। অমাগা অম্মীগদা ঐনা সলাম তৌরকই তম্মু; আমিরদো চথোকহনগম্নু, মহাক অংক অখং য়ামনা নঙলকলবনি। ঐম্ম শোয়দনা লাক খগান। ঐহাক হকচাংস্নু খরা ঙমফাত্রি, অহুননি।"

"ফরে চাচা, ঐখোয় চংলগে, আমিরবু অমুক্তুংদ উন্নবীরো। শংবী চংলসি, থেঙগ্রনি।"

শংবানবী অমুক খুরুমলে স্বামিজীবু। মথোয় অহুম্মক অমিনাগা লোইননা ইমুংদগী থোকলকলে। শঙহুগী মনাক্তা যাত্রিক ময়াম অমা লৈরমলে। মথোয়না থোকলকপদা ময়ামহু চাইথোকনহুনা লগী ফাংগী। চিঙৈনা ভারকই মীয়ামহুনা লাউরিবা, "উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয়!"

হন্না য়েংলকপদা স্বামিজী মীয়ামহুগী মরক্তা থোকলকপদা ময়ামহুনা খুরুমনবহু উরকই।

## তরা যঙাশুবা

মচাশিংনা লাইথুকপা চংথ্রিবৈ মেহেয়াল্লী মাগী কাদা থবয় পারম্বদগী করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম হৌগৎলকলে ; মফি মরোল 'চবৈ হোংদোকলগা আমির মমা মচাদা তাকলমলগা ওফিসকী গাড়ী থোদোক্তুনা থোকলকলে। সহরগী ময়ায়মক্তদা লৈবা ডিস্ট্রিক্ট পুলিসকী হেড কাটরলোমদা থোগৎলক্লগা এস পি সাহেবকী ওফিসদা চঙলকলে। মহাক লাকপগী পাউ পীহল্লুবদা চঙলকপা য়াগনি থঙহল্লকলত্তুনা কাগী মফুংদা চঙলকলে। এস পি না মাবু তরামনা ওকই, অনীমক সলাম তৌনৈ, খুৎ শোকনৈ। মহৈ মহৈ ফম্মরবদা এস পি না,

"সাহেবহোয়গীদি ছুটি ফংবা থবকনিনা ফুংঙাইবীরমগনি। ঐস্পু সাহেবকা অমুক্তং উন্নজগে থঞ্জরম্বনি। করি অথুবা থবক লৈবাবগে ?"

"ডিসটর্ব তৌবা ওইরগত্রা থঙত্রে—।"

"তাকপীয়ু য়ানি। অথুবা করিসু লৈজদে।"

"থ্যাঙ্ক-য়ু; য়াফম অম-নী গুই, অমনা ইন্সপেক্টর তোমচৌগী য়ানি।"

"মাগী ত্রানসফরগী য়াহূ ওইরব্রা ?"

"মানি সাহেব। সার্ভিসরালাশিংগীদি ত্রান্সফর হায়বসি তৌদবা য়াদবনি। অহুদা মাগীসি মতাং অমা ওইনা তৌরে। মাগী মচানুপী অমা লৈজবহু লুহোংগদৌবগী য়ামনা কন্না হোৎনরি। হুমিৎমক্তি লেপত্রি। ঐগী ইচানুপীগা মাগী মচানুপীসিগদি জাত তিন্নদে হায়বতনি, মতা শান্নহুনা মচিন মনাওদোগুম তিন্নজে। ঐখোয়নগা কোন্না লাকপা ওইবনে লৈকাই অহুরাইদা মখোয় অনীতনি তিন্নজরিবসি। মাদি চত্তবা য়াদবনিনা মানা চৎগ্রগা থোকপা তারবদি ঐবু থরা য়েংবীয়ু হায়রমই। ঐনা হোৎনবা হায়বসি মচু তাগদৌবা মান্দে। ঐনা খঙঙোইদৌবা যামনা লৈ। মশাগী থবকনিদো সাহেব। মশানা নোমজ চৎচরবদি ফগনি। করিগুম্বা লুহোংবা অসিনা নোংমা নীনিসিদা মেন তান্নরবদি মহু ফাওবদং পম্বরসিবু য়াগত্রা তান্নজনীংবনি। মাবুদি চৎননবা শেম শারবনি।"

"য়ামনা চুমই তাকপীরিবহু। ঐগীসু ইচা নিংঙোল হৌরি ; ঐঙোন্দসু থোকপা য়াবা য়ানি। অহুবু সাহেব—"

এস পি বা মখা তারক্তে, তুমিন লৈ ; মেহেরাল্লী এস পিদা য়েংলগা মখা তারকপা ঙাইরি। এস পিনা অমুক হায়রকই,

"মতাং চাদবা হায়বহুদা তারে। ঐখোয়না পাংবা য়াবা মতাং থোক্তে, সাহেব। য়াফমসি টোপ কনফিদেনসিয়েল ওইবা য়ানি। সমাজ অসিদা হিংলিবা মীওইবা ঐখোয়সি ইতোমতা ইরোম-দোম হিংবা ওইথোক্তে। মরুপ মপাং, শাগৈ ঙাই, ময়ামসিগা লোইননা হিংমিন্নবা তাবনিনা ঐগী মী অমনা খজিক্তুং অশোয়বা, পুখখিবা, অমা হেক য়াওবদা ঐসু অহুম হেক্তা চেন্নবা শোয়ত্রবনি। ইন্সপেক্টর তোমচৌগীসু অহুগুম্বা ফিভম অমদা থোকউরে। ঐনা হায়জরিবসি সাহেবকী ইশাগী সনমান য়েংহুনা হায়জরিবনি।

শমনা হায়রবদা মাগা হায়ফেং মরী থাংনবা মীওই অমা অচৌবা ক্রাইম অমদা ইনভোলব তৌরবমাল্লে ; অদুাইদা তৌবা নত্তে, মণিপুরগী রাংমদনি। রাক্ষমসি ষ্টেটকী ইন্টরেষ্টনি, তোমচৌ মশাগীসুনি।"

"আই এম ভেরী সোরী সাহেব! ঐ লাল্লে, মথা অমুক তাকপীজবসু য়ারে।"

মেহেরাল্লীনা ইকাইরগ তৌনা খুমলকপতু উবদা এস পিনা হায়রকই,

"সাহেবতি খঙবা য়াবা মীনি, মসিদা করিসু চিংনিংঙাই লৈতে। খজিক্কুং খঙনহজনীংবদগী হায়জবনি।"

"থ্যেঙ্ক য়ু!"

"প্লিজ মেনসন নোট—"

এস পি না কোলিং বেল খিংই। চঙলকপা আর্ডালীদা চা পুরকনবা তাকপী। মেহেরাল্লীদা অমুক হংলকই,

"ইবুংঙোদি করিসু তৌরেকো? খবকসিনা চিনখিবসিনা ঐসু অমুক্কুং লাকচগে তৌবনি অদুবু মুমিত্তা লেপ্তুনা লৈরে, রা-রৌবা য়াত্রে। তাবীরিনি, ওরাং নহান্দসু সিংহাত পুলিস ষ্টেসন মক্তদা বোম লংশিনবদগী ঐখোয়গী জরান অনী শাথীনা শোক-খ্রিবহুনি।"

"তাজৈ সাহেব। খবক মতাসিদা কদায়দগী ওমগবনো! মাসু করিসু থোইদোকপা তৌদে। তাকপীরিবহুনা হেন্না মমল য়ামত্রে। মসিগী মরী লৈননা রা অমত্তংগা হোদোকচনীংবনি।"

"তাকপীসি!"

আর্দালীনা চা পুরকলগা মেহেরাল্লীগী মাংদা অহুগা এস পি গীদা কপ অমমম থমলৈ, সলাম তৌরমলগা চিঙৈ অমুক থোকখি।

"চাঙ্ক কানবীয়ু সাহেব!"

"য়াম ফনি— ঐগী য়াসি হৌদোকচম্বগে। সাহেবহোয়নস্থু খঙবীরিবহুনি ঐনা ঐগী ইচাম্পা আমিরবু কনবীরকপা, পুবীরকপা মীদা, ঙমজবা অরামন ওইনা লুপা লীশিং কুন পীজগনি হায়না পাউ চেশিংদা লাউথোকচখি। রাফমসি সাহেবহোয়দা হৌদোকচখিবা ফনা কুইখ্রে অহুবু ঙসি ফাওবদা পাউ অমত্তা ফংজদ্রি।"

"ঐনা খঙজবদি পুলিস ডিপার্টমেন্টকীদি শেনফম অসি লৌভম থোক্কে হায়না লেপখ্রে। এস ডি ও য়োমগীস্থু লৌভম থোক্কে হায়না ডিসাইড তৌখ্রে হায়। কয়িগীনো হায়বদা মহাকনা অঙাংসি খি-হুমহুনা পুরকপা নত্তে, কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা সরকারগী মীনি হায়হুনা শিন্নরম্বনি। অহুনা শেনফম অসি মহাক্না লৌবা তারবদি ডিউটিদা অকায়বা কয়া লাকনি। মহাক লো এগু ওর্ডরগী দায়ীত্ব লৈবা সরকারগী ওফিসারনি। মহাক মশানস্থু লৌরোই হায়গ্রবনি। তশেংনা পীবা তারবদি ইবুংঙোহুনা মাবু থিবীরকই হায়খিবা "চাচা" হায়বহুগা, এস ডি ও দা হকথেংননা শিন্নরমই হায়বা, বর্মিজ মচা অহুমগা অনীসি খন্নবা য়াই নীংই। সরকারগী ওফিসারশিংদি লৌ হায়বা য়াগনি থাজদে। সরকারনস্থু মসি পার্মিট তৌরোই। মসিগী পাউ হৌজিক ফাওবা হন্দোকলক্তবা অসিদি ওফিসিয়েল ওইবা থবকনিনা মথং মথং থাগৎনবদা থিম্বা ওইরমগনি। বর্মিজ অহুস্থু মখোয়গী ইম্মিগ্রেসনগী থবক তৌবা ওইরমাল্লে। মহাকস্থু থৌদোক অসিগী মতুংদগী ঐখোয়গী অসোমদা লাকপা উথিদ্রে হায়। ঐখোয়নস্থু উন্নবা পামলিবনি।"

"মহুগীদি ঐ খঙজদ্রে। ঐনা খঙজনীংবদি ঐনা কমিটি তৌখিবা অহুগীনি।"

"সাহেবনা খল্লগা পীবীনিংবা মীহু কনানো অহুম লেপ্পীবা য়াইনা। সরকারনা মহুদা ইন্টরফিয়র তৌভম থোক্কে নীংই। অহুবু কুপনা খম্বীবনদি ফগনি। ডিপার্টমেন্টকী মীগস্থু তান্নহন্নীংই। সাহেবস্থু সরকারগী চাকরী তৌবীরিবনি।"

"অচুম্বনি তাকপীরিবহ্ন ঐসু খনফম থোক্ত্রবনি। মহাকনা হায়রিবা মীশক্তুদি লাকখিদ্রে। অহানবদা ঐ মাবু যান্না চিংনরমই। অহুবু মুপামচা আমিরনা তম্বা বারী ময়াম তাক্লবদগী মহাক ফত্তবা মীদি নত্তবমাল্লে হায়বসি ঐহাক থাজরকলে। অহুদা মহাকনা লাক্তবসিনা অমুকম্মু চিংনহল্লে। আউট লোদ তৌরবা কাংবু খরনা কিদনেপ তৌবনি হায়বসিমা শোয়দ্রে। মখোয়গী মযুংনা অঙাংসিবু কনবীনীংবা খরনা কনবীরকপম্মু মাল্লি। অহুগা ঐ ইশাগীদি খনবু খনত্রবনি।"

"চাচা হায়বহ্ন লাক্লবদি পুন্নমক খঙবা য়াবনি। মহাকনা লাক্তবসিনদি মহাক আউটলোদ তৌরবা কাংবুহ্নগী মীশক অমম্মু ওইরম্বা য়ারি। সাহেবনা খনবীরিবহ্ন অচুম্বসু ওইবা য়াই। আউটলোদ তৌরবা কাংবুশিং অসিগী মরক্তা য়ামনা মীমুংশি চাওবা, অচুম্বা পাম্বা মীওইশিং নত্রগা কাংবু খরা য়াওদবা নত্তে। আমিরনা খুমখিবা রাফমশিং য়েংলুরবদি মহাকপু ফাবা কাংবু অহুদগী অতোপ্পা কাংবু অমনা খুং থোক্লরগা মাবু কনবীরকপনি। মসি ঐখোয়না ফংবা পাউনম্মু কনফার্ম তৌরে। মুনবীরকলিবশিং একট্রিমিষ্ট ওইজরবম্মু অঙাং ফাবনচিংবা মুংশিহৈত্তবগী থবকসি পামদে হায়বা অহুম মতাকচরবনি। ঐগী একসপিরিয়েন্সতগী ফংজবদা কাংবু অমা অনীদি তশেংনা লৈবাক্তা শাসনদা মনীং থুংদবদগী, সরকারগী থবক তৌবদা মপুক শেংদবা কর্মচারীশিংগী শেঙ্গা থুমজাদা পেন্দবদগী নোংমা নোংমগী লৈখা তারকলিবা সমাজ অসিবু কন্নীংবদগী মশা কখোকচনীংবা কাংবু য়াওদবা নত্তে নীংজৈ। খঙদ্রে করিনো ঙসিগী সমাজ অসিগী ফিভম। নহারোল অমত্তা থবক শুনীংদ্রে; কদোমদগী হৌরকপনো খঙদে, নেশা চাবরোমদা পুমলুপ লুপম্রে। য়ু থকপগী হৈনবী নহারোলদি লাইরহ্ননা চহী মামলবা মী কাওবা মসিদা লাইচুনরকলে। মপাম

চাক্কৌবদা, চাক চান্নবদা, মাহুৎ নারেংদা, কম্নি করিগুম্বদা শোরাৎ মতুংগী ভাক্তংবদা, ফিরোইদা ফাওবা মু থকপগী চংনবী অমা শন-দোন্নকলি। মসিনা শোক্তবা চহী মতাং, প্রোফেসন লৈরক্তে। মখোয়গী ফিদম লোঁগদোবা অচৌ অশাং কয়া মসিদা ঈরাকনরক্তে। সমাজ অসিবু লমজীং পীগদোবা মখোয়মকনা অস্থুম তৌরবদা ম্নাথল থেল্লিবা নহাশিংবু ঐখোয়না করমনা ম্নারক্কনি? লীকর সোপকী মশীং খণ্ডহৌদনা হেক্সংলে। হৌজিক্তি মুগী মথক্তা ড্রগ মিসইযুজ তৌবা, ড্রগ চাবগী লাইনা অমম্ব কাংখোং চাইবমথৈ শন্দোরকলি। শেপ্পাও পায়বা কাংবুগীম্ব মসি শেন্দান লম্বী অমা ওইরকলে হায়বা পুমনমক খণ্ডনরে। মসিবু থিংননবা হোৎ-নবদা মথন্নায় য়াওনা হোৎনবা কাংবু হায়রিবা আউট লোদ তৌরবশিং অসিদা য়াওরি হায়বম্ব খ্বায়না উনরবনি। মসিদা করিনো তৌগদোবসি ঐখোয়স্থ খণ্ডত্রে। ঐনা হায়জরিবসি সাহেব ওইবগী হাজরিবনি। ঐখোয়স্থ সমাজ অসিগী মী অমদি ওইরি।"

"তাকপীরিবতু ওস্থোকনা চুমথ্রবা ম্নানি। অসিগুম্বা কাংবু অসিবুদি মেনস্ট্রিম অসিদা থেমতুনা পুশিল্লকবা, মখোয়গী অপাম্বতু খণ্ডননবা ম্নারী ম্নাতাই শাম্নবনা হেন্না ফরবনি। অতুবু মতু কৈ-দোউৈ ওইরক্কদগে খণ্ডত্রে। মখোয়গী মরক্তা জাতি অসিগী লেমজনীংঙাই ওইরক্কদোবা মী য়াওরমলোই হায়বা কনানা হায়বা ঙমগনি। লাম্না লমজীংবীথিবদগী তাম্নোম্নখিবা কয়ামস্থ শোম্নদনা য়াওরমগনি। মখোম্নদা চানস অমত্তং পীহন্নীংই।"

"মতুবুদি পীরিবনি সাহেব। শিনফম ম্নতাসিনা ঐনা হায়জ-রিবসি থাজদবম্ব য়াই। অতুবু ঐখোয়স্থ সমাজ অসিগী মীনি সাহেব। হায়রিবমথৈ পক্লবা মীনি পুলিস ঐখোয়সি। খ্বায়দগী লাইবকথীবসি ঐখোয়নি। হিংচাবগা চপ মাম্নহন্নবনি।

মথক মথা অনীনা চপলগা হিংলবনি। হায়লাবনি সরকার অসিস্থু ঐথোয়গীনি। মখোয়স্থু মসিগী রাকমসি ভাংন-শান্নবগী থোঙ লাউনা হাংছুনা থমলিবনি। মশানা চোংথোকচরকপশিংবু রিহে-বিলিটেসন তৌনবা স্কিম কয়া শেমছুনা থমলি। লুরিবদি মায়কৈ অনীমক্তা চয়েৎনবা, ভাব তানদবমা, লৈনবগুম তৌই—ঐথোয়গী লেং অসিনদি করি তৌরুনি? ওস্লোকনা লাইবক থীগ্রবনি। ইবুংঙোনা ঐথোয়না হংবদা মাবু কনবীরকখিবা কাংবুছুনা মাগী-দমক য়ামনা রাবীখ হায়খি। চাচা হায়রিবসিবু করি লম মচানো, মাগী ময়ুম অশেংবচু অহুম খঙখিদ্রে। সিরাইগী মীবু নত্রব্রা খঙদ্রে। ঐথোয়স্থু ফনা কুপনা থিবনি। মসিগীনি ঐনা সাহেব-কা উন্ননীংবস্থু। হৌজিক হৌজিক্কী প্রোব্লেম হোৎনবদা মাবু কাওরবগুম তৌবনি। মহাক মবাল লৈরমদবদি য়াই হায়ববু ঐথোয়না মঙোন্দগী খঙনীংবা য়াম লৈরি। মহাক অরাইবা মীদি মান্দে।"

"চুম্মি সাহেব, অহুবু মফম খঙখিদ্রে। লাকস্থু লাকখিদ্রে। মহাকনা ময়ুম যৌরে হায়না কুমথহৌবসি ঐথোয়গী য়ুমদগী কি-লোমিটর তরানীথোইরোম চৎলগনি হায়। ঐস্থু থিরুরবনি অহুবু মফমদু খুল তাবা মফম নত্তে।"

"হোয়, মতুদনি মাবু যামনা চিংনরিবসি। অহুবু ইবুংঙোনা তমখিবশিংগী হায়রুরবদি ইবুংঙোগীদমক তশেংনা রাখিবসি মহাকনি হায়নীংই। মাগী মরাল লৈরফাওবদা সাহেবনা পীনীংলিবা মনাছুদি মাগীনি। মহাক তাপ লাকনি হায়বা খাজদে। ঐথোয়গী জরানশিংনস্থু খরা থীনা তৌগ্রবমাল্লে। মোবস্থু থোকলমদ্রবদি মহাক নাস্লোকপা ঙমলমলোই। ঐনস্থু লানখিবনি। ঐহাক মখোয়গী মুভমেন্টকী পাউ অমা ফংবদগী মখোয়না য়ৌ-রকদোবা নোংমা নীনিগী মমাংদা মোড়েদা লৈরম্বনি। অহুবু ঐনা

চৎপগু ফনা কম্না ফোঙদোক্তনবা হোৎন হোৎননা লোৎপা য়াখক্রে ।
ঐনা অহুম লৈবা তাররবদি মখোয় অমুক লোৎখিহুনা ইবুংঙোদা য়ামনা রারগত্রা কিবদগী ঐ মফমহু থাদোকপা তাখি। অসিগুম্বা থোদো অসিমক্তবু মী মীগী হৈনবী থোরাং লৈ। লোকেল পুলিস-শিংগা ঐগা খেন্নবা কয়া লৈখি। ঐখোয়গী চেকশিনবা থরা রাৎখিবনি নীংই। অহুবু ইবুংঙোবুদি কনবা ঙমগ্রে, ওন্থোকনা হুংঙাইথ্রবা থোদোকনি। অহুবু মহাক য়ামনা চেকশিনবা মী মাল্লি, পাক থোকলক্তনি থাজদে।"

"ঐস্থু অহুম খল্লি। অহুবু সাহেব ঐগীদি কমিট তৌখিবা রাহু পাঙথোকনীংবগী তান্নজরিবনি। শেনফমসি পীফম থোকপা মীদা পীজনীংই। মসি পীথোক্তবদি পুকনীংদা রাই ইশং শংলোইদৌরি।"

"অয়ানবা মীদদি পীবা য়াদে সাহেব। মহুনা খুদোংথীবা অমুক ইনভাইট তৌবা তাগনি। লৈরিবা ইরাং মতাসিদা রিস্ক লৌহন্নীংদে। অহুগীদমকনি সাহেবকীদা ঐখোয়গী মী থমলিবা।"

"খঙজরে সাহের, ঐ অতৈস্থু তান্নজখিনি। অহুগা সাহেবনস্থু তাক্তি তাকপাগ্রে— ঐগীদা থমবীরিবসি কয়াম কুইনা থম্বীগ-গদোরিবনো?"

"ঐনা হায়জবহু ঐ ইশাগী ভিহ্মনি। থাঙৈশেংনা ডিসিজন লৌবদি ঐনা লৌবা ঙম্বপোৎ নত্তে। মথক্তগীনি। তান্নরকপবুদি ময়াই, তান্নরক্তবস্থু য়াই। মতম খরদি থমখিগদৌবা মাল্লি। সাহেবনা লাউথোকখিবা রাহুনস্থু মরম অমনি হায়না নীংই। ইবুংঙোবু ইরাই লাইনা থাদোরকপা নত্তে। মসিগী প্রোব্লেম লোইদ্রি। অহুবু য়েংবীখো।"

"ঐঙোন্দা য়ামনা রাই চিনবগুমবা অমা লৈবসিদা হায়জবনি। মসিমকনস্থু চাচা হায়বহু লাক্তবরা অসিফাও খঙ্গরবনি।"

"লৈবাক অসিদা পোকলুরবনিনা ৱামিল্লবা হায়বত্নুনি। চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং, ইচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা হায়বদি ভাব তারকপা ঙাইবা হায়বত্নুনি। মতমগী খোঙলৈনি। খাঙবীবা তারে। ভৌবগীদি মসি মণিপুরগীতা নত্তে, পৃথিবী পুম্বগী ওইনা তৌরে। ঐখোয়গী ৱামনা কিনাঁংঙাই ওইরিবদি শুনীং চংনীং-দবগী লাইনা অমা লাকলিবসিনি। চেং চাকনা অসি য়েঁানা ভাংখৎলকলবা অসিদা নোমনীংৱবদি কমদৌনি? মসিনি কিরিবদি। কনাগীনো খঙদে অৱানবা খরদি লৈরবমাল্লে। নকুবা মশেন মুংশু মুংশিনৈ, য়ানস্থ য়ান্নবা তাবনি। অচুম্বত্নু উন্নরকলগা কোক-লকপা হায়বত্নুনি। ঈশ্বর লৈরিদনা।"

"অচুম্বনি তাকপীরিবত্নু। ঐগী অকোনবগী ৱাফমসিদি ঐ সরকারদা ফোর্মেল ওইনা হায়জগে খল্লে। মসি ওম্থোকনা হৈনদ্রে।"

"য়াই তৌবীয়ু। মখোয়না খনবা অমা লৈরমগনি।"

"ঐস্থু হঞ্জরগে সাহেব। মতম ঙাইহাক লৌখ্রে ৱারোঁবীবা য়াদ্রে। ঐস্থু হবেংগী থোকপা কেশ অমগী ওফিসয়োমদা অমুক্কং চৎচরুগে। থ্যাঙ্কয়ু।"

অনীমক হৌগৎনত্নুনা খুং শোকনরগা মেহেরাল্লী কাত্নুদগী থোকলকলে। মেহেরাল্লী ময়ুম য়োঁরকপদা মুমিদাং পুং মাপল হেনখ্রে।

মপা লাকপা তাবদা ঙাইনরম্বা মমা মচা মখোয় অহুম্মক ইরাং লাংলৈ; আমির চেম্থোকলক্কুনা খোঙ হাংদোকই। ইমুং হেক চঙলকপদা নংহৌরোইদৌগুম তমই মপাদা,

"অপ্পা, ইচে শংত্নু চেনখ্রে হায়।"

"করিনোনে হায়রিসিবো, অমিনা।"

মচা মুসীদা ওনশিল্লকই,

"হায়রিসিবু চুম্বনে ?"

"চুমই অপ্পা, হৌজিক্তা ইমাতু লাকলমই, য়ামনা কপলমই। ঐস্নু খন্না ইকাই।"

"করিনো ?"

"ঐখোয়না উমাপতিগী মন্দিরদগী হল্লকপদা খরা থেঙ-ন্দোকপ্রে। ঐদি কোম্বোংদগী অতুম লাকলে, চঙলমগ্রে। ওব্বা নবগা মাগা চঙমিন্নহৌই। থেঙনা হল্লকপতুদা বাবানা খরা চৈ থাংলমাল্লে। কুপ্পদি হায়রমদে। ইমাতু হোবে হোবে লাকলমই, ইপা পাথৎলি। অতুগনে অপ্পা—।"

হায়রম্লগা আমিরদা ওনশিন্দুনা,

"আমির নংদি অপ্পাগী মায় মিং তাথোক্রবা ঈশিংকা অমত্তা পুথোরক্কেনা। লৌরুচো চৎলো!"

আমিরনা ইমুংলোমদা চঙখ্রবদা অমিনানা লোল্লপনা মপাদা হায়রকই,

"অপ্পা ওস্থোকনা থাজখিদ্রবা থৌদোকনি, চাচাতু উমা-পতিগীদা লৈরমল্লে।"

"করিহায়বা উমাপতিগীদা, অচুম্বরনে ?"

"অচুম্বনি, ঐস্নু অহানবা উবদদি থাজরুদ্রে। ঐগা উম্ন-তুনা বারী শাম্নরক্লবনি। মহাক ঐখোয়গীদম্ভু অনীরক লাকলম্মী হায়। থানানা সন্ত্রী তৌতুনা লৈরম্বতু উবদা মহাক চঙবা হঙ্গোই-তুনা অতুম হল্লে হায়। মহাক লাকখিগনিস্নু হায়হৌই।"

"ও! মাস্নু লাই থুরুম্বা লাকলম্ব্রা ?"

"লাইফম অতুদা অতুম লৈরমাল্লে। মাগী মমুমনিস্নু হায়। মাদি ঐখোয়না থাজরম্বা ইচম চম্বা মী অমা ওইরমগ্রে। মন্নামনা মাবু স্বামিজী হায়না কৌনৈ। মাবু খুরুমনৈ।"

আমির লাকপগী শউম তারকপদা অমিনা তুমিন লৈখি। আমির চঙলকলগা থোঙজাওলোমদা থোকখিতুনা মহাকনা

পুরবপা ঈশিং য়াংবা ব.চটি, মগ অদুগা গমচা মপান্দা থমলুই। অমুক চঙলকপা উবদা মপানা হায়,

"আমিৱ করিগীনো হৌজিক ফাওবা তুমিত্রিবসিবো। হয়েং য়াহৌ থেঙগনি তুম্মৱোদনা।"

"ইচে ঐ ইচেশংগী লুহোংবা চংকদোবনিকো।"

হায়ৱমলগা ৱা মখা অমুক তাৱমদনা কাগী মমুঙদা চঙথ্রে। হেক চঙখিবগা মপানা হংলকই,

"মাবু থুকমনৈ হায়বা ?"

"উম হেক অরাকপা মী খুদিংমকনা থুক্রৈ, মহাক ধর্মগী মৱমদা য়ামনা ইকাইখুম্নফম ওইবা মৌলুবীগুম্বা নত্রগা ফকিরগুম্বা জাতলা অমদি ওইরে। ম্বামি হায়বা মিঙ্গৌসি ঐহাক য়ামনা তাৱকলে আদা মপান্দা লৈরিভৈদা।"

"উম মানি ধর্মগী মৱমদা খঙবা, মশাগী মগুণ, শক্তি লৈবা মীদা কৌনবা মিঙ্গৌনি। তাপ হেক কৌবা য়াবা নত্তে।"

"মহাকনা আমিরবু থিবা চংপসি ফাথ্রে হায়বা পাউ হেক তাবগা হেক্তা চংলবা জাতনি। কুইথরম্নবদি ফংদবফাউ য়ারমই হায়। করমনা থিনবগী লীখুনহু খঙখিবনো হায়বদি হায়দে। আমিরবু হেক পল্লুবদা মহাক ওম্মোকনা মুংশিনা তৌই। য়ামদ্রবদা মহাক মপুকচেল চাওবা মাম্নুংশি খঙবা মীশক মালি। অদুগা, শংবানবীগা ওঝা নবগনা—"

মেহেৱাল্লী অম্মুম তাৱম্বদগী মচাম্নুপীদা য়েংখংলকই,

"কৈদোবা ?"

"মখোয় অনীনা মাবু থুরুমবদা, ঐনা করি তৌবগী হায়রুবনো খঙদে, মখোয় অনীসি হায়না চংনহুনা লুহোংগদৌৱবনি হায়রুবদা মহাকনা কয়াদা মুংশিবীথি, কয়াদা হরাউখি, মহাকনা বর পীথি মখোয়গী মুংঙাই য়াইফনবা, মমিত্তগী মপি হেক তাবমখৈ। শংবানবীসু কপখি।"

"শংবীবু খঙব্রনে মহাকনা ?"

"ঐনা ঐগা লুনা তিম্নবী ইত্তানি হায়না তাকপনি। কদায়দগী খঙগদগে।"

মেহেরাম্নী মরু লুকথহুনা তাই। অমুক হংলকই,

"মানা ঐখোয়দা লাকপা মতমদা মহাক লম্নোন ইতিক তৌবা বিজিনেস মেম্নি হায়খি, মামিনি হায়খিদে। নত্রা ?"

"মানা হায়বদি মঙোন্দা কৌরিবা মিঙৌ মতিক চাদে, য়াম্না হৌনদবনি অহুবু ময়ামসিনা নমহুনা কৌবীরে হায়। অম্নানা অমুক্তং য়েংঙব্রবদি খঙগনি, অঙকপা মতৌ অমনি।"

"উম ইপা চৎকনি অমিনা। মহাক্তা উম্নদবা মুপয়া য়াদবনি। ইহে অহুগা শংবানবীগীসি মুংঙাইতেদা করি হায়না চৈবীরুবদগী তৌপ্রিবনো, চেম্নিবা মীদি খঙলে হায়ব্রা ?"

"বাবানগা ত্রানসফরগী মখোইদৌ শাওগৎপগা খরদি খৎনরম্বা তারে। ওঝা নবহুসু লৈহৌবনিনা ইকাইবমসু য়াওরমলগনি। অহুপ কুপ্পদি তমলমদে। চৈন-থাংনবহুদগী মহাক চাক চাররোই হায়রগা চাকশঙলোমদা চঙথ্রগা মুপথোক থোকলক্তে, হায়। থোকলকমন্দে হায়হুনা য়েংলুবদদি মশা লৈরমত্রে হায়। মোড়া অমদা চিঠি অমা মহাক মপোক সিমগী হম্নকলরোই হায়না ইরগা থনম্বমাম্নে। অহুদগী বাবানা কোইচেন চেনহুনা থিরুবদা ওঝা নবদা চেনখিবা ওইরমলমাম্নে। মখোয়গী লৈফমসু খঙলে হায়। ঐঙোন্দসু তাকলমই। ঐবু উম্নহম্নীংবা মাম্নি।"

"ওঝাহুদবু ওইরবদি ফরে ইচাসিদি। তান্দুম ফনা চারে। তোমচৌ বাবুগী ত্রানসফরহুসু হন্দোকপা য়াগনি থাজদে। হাম্বার ওথোরিটিদগী তৌরকপা ওইরমাম্নে। অকুপ্পা মরোল হায়দোক্তে। নোংমা নীনিসিদা লোইশিনথ্রবদি ফগনি। হয়েং হংবীরুবা

হায়বহৈনি। নংস্থ পোত্থাজক্কয়ো। নমাস্থ তুমথ্রবিনিনে। ইপাগী চাক্ক অত্থম থনমলো।"

"ঐ চাক চাদ্রি অপ্পা। অপ্পাদা চাবা মুংঙাইতে। ঐ ঙাইখিগে। চেচাং পাগদৌবা লৈরিব্রা?"

"করিস্থ লৈত্রে। ফরে ইপা ইচা চামিন্নরসি।"

মপা মচা অনীমক চঙমিন্নখ্রে।

## তরাতরুকশুবা

মেহেরাল্লী ভাইগুমদে অমুক গুন্তা ড্রাইভর হেক য়ৌরকপগা কনা কনাসু তাকলমদনা লোঙা-চৌং তমনা লাকলে, চৌংগী চৌং-খোঙদা গাড়ী থমলল্লগা চৌং কাখৎলক্তুনা উমাপতিগী মন্দির মনাক য়ৌরকলে। মফমতুদা লৈরম্বা যাত্রিক অমদা মেহেরাল্লীনা হংই,

"স্বামিজী অমা লৈ হায়বতুবু কদোমদা ওইরিগদগে অমুক্তা তাকপীয়ু।"

"হৌজিক্তা লাই থুকমলম্বনি। আদা লৈরিবা ঐজ্ঞা অসিদা হংবীয়ু।"

থুংনা থিন্দুনা তাকলিবতু মন্দিরগী মাংদা লেপলিবা ঐজ্ঞা কাশীদাস উই, মহাকপুনি হায়বা খঙলতুনা মেহেরাল্লীগী মনাক তাম্না লাকলে; ঐজ্ঞানা হংই,

"স্বামিজীবু থিবীরকপা ওইরব্রা? স্বামিজীদি হকচাং ঈতুনা ইমুংদা পোখারি। করি তাকপীগদোবনো?"

"ঐহাক পাঙম্নি ঐজ্ঞা, মিংনা মেহেরাল্লী কৌই। স্বামিজী ঐবু খঙবীরমগনি। য়ারবদি অমুক্তং উন্নজনীংই। অথুবা রাফম অমগীনি।"

"ঙাইহাক্তং ঙাইবীয়। ঐ অমুক্তং হঙ্গচক্নগে।"

ঐক্তা চঙখ্রে পৈহৌ ঙামহৌবা শঙ মম্নুংহুদা। চিঙৈ অমুক খোকলকলগা চঙবীরকপা য়াগনি হায়না পাউ হন্দোকলরবদা মেহেরাল্লী শঙ মম্নুংহুদা চঙলকলে। স্বামিজী ফম্নুং মথক্তা ক্ষমহুনা লৈরম্বদগী মেহেরাল্লী হেক চঙলকপদা হৌগৎলক্তনা তরাম তরাম ওকই,

"লেঙসিনবীরকউ সাহেব, খুরুমজরি। মোড়া শোমদা। ওম্নোকনা থাজদনা য়ৌবীরকলে, ঐ লাকচগে খঞ্জরমইবনি।"

"সলাম তৌজরি চাচা— স্বামিজী। —হায়ৌবা য়াদে মিঙ্গৌসি তাপ হেক হোংবা ঙমদহুনা।"

"ঐবু অস্নুমনা কৌবীবসি ঐ ওম্নোকনা হঙ্গোয়জবনি; কয়ারক হায়জরবনি অহুবু য়াবীখিদ্রে। ঐগী লাইবকথীবনি— মিঙ্গৌ অসিনা ঐবু চাক:থকলবা শোয়ত্রবনি। চাচা হায়না অহুম কৌবীয়ু সাহেব।"

"অসিগুম্বা মিঙ্গৌ পাক হেক কৌবা য়াবা নত্তে— করিগুম্বা অমা লৈহুনা তৌরিবনি। ঐহাক ওম্নোকনা খোয়াংনা ঙাইজরম্বনি। ঙরাং মুমিদাং মুপীমচা অমিনানা অসিদা লৈহৌরে হায়না তমলবদা মুংঙাইমনখ্রহুনা হেক্তা চেঞ্জরকলবনি।"

"এস্নু খঞ্জবমই সাহেব শোয়দনা লেঙবীরকপা য়াই হায়না। আমিরদি করিস্নু তৌদ্রেদনা?"

"মহাক করিস্নু তৌদ্রে, মশাস্নু ফরে, অকি অথংস্নু খরা ফরে। মহাক তাববদি অমুক চংকে হায়রক্কনি হায়বদগী তাকলমদ্রে। নোংমা পুজরক্কে। হকচাং ঙমদে হায়ববু কয়া কম্না—?"

"খোইনা কনবদি নত্তে, আমিরবু ফংলবা মতুংদা হকচাং ঙমদা ঙমদা শিবরাত্রিগী পুজা য়াওজনীংহুনা অহুম হেক্তা লাকচবনি।"

"চাচানা ৱাবীখিবা পুম্বা আমিরনা তম্বদগী তাজরে। অমি-নাদা ৱারী শাবীরকপতুস্থ মহাকনা তমলে। চীংমানদা কোইচং চত্নুনা ওম্বোকনা ৱাবীরুরে। ইপা ইচা ঐখোয়না মসিগী লমন অমুক শিংবা ওম্নরোইদৌবনি। হকচাং ওমদবতু খরা কুইনা পোথাবীরবদি ফগনি। ৱারী খরস্থ শাজনীংবনি অতুবু ওমদবা অসিদা—।"

"ঐ করিস্থ তৌদে। ঐনা হেন্না শান্নজনীংবনি। ওম্বোকপা থৌদৌ হায়বত্নুদা তাথ্রে। ঐনা আমিরবু মথুং পায়তুনা সাহেবতা অতুগা ইবেশ্মদা শিন্নজনীংবনি অতুবু মতু য়াখিদ্রে। আমিরনস্থ তমলমলনি।"

"তমলে। চীংমান লোক-তাই লান্দুনা ৱাবীরকপগী ৱারী পুমনমক তাজরে। অতুবু মহাকনা খঙদবা ৱাফম কয়ামা লৈরি। ঐনা খঙজনীংবদি আমিরবু ফাখিবা কাংবুতু কনানো, মাবু কনবী-রকপা কাবুতুনা কনানো, কমদৌনা চাচাগা মখোয়গা থেঙনরুবনো হায়বসিনি। খঙবীরিবতু মঙাই, ঐগীদি ইচাম্নুগী অসিগা মুপামচা অসিমগা মচিন মৌপ্‌ৱা অনীসিদনি। তুংদা করি অমুক তৌরক-কদগে হায়বসিগী অকিবা অমা লৈরিবসি ইকোক কোকপা ওমজ্রে। আমির ফাবা কাংবুতুনা হৌজিক করি অমুক তৌরকদগে হায়বসি চিংনদবা ওমদে।"

"য়ামনা চুমথ্রবা ৱানি তাকপীরিবতু। ঐনা আমির ফাথ্রে হায়বা পাউসি তারকপা অসিমকস্থ মতা থোকউবদগী তাখিবনি। উমাপতিগী কৃপানি হায়বা তাই। পাউতু তাবদা ঐহাক কোক-চাওবী কাখি, লৈফম খঙলমদে। ঐবু শরৌ অসিদা য়াওত্রা হায়না চিংনরমগদৌবতু খল্লুবদা ঐহাক শিখিবনা ফরে খল্লমই। অসিগীস্থ মথক্তা পিক্লিবা অঙাং অতুদা করি তৌবীরমগদগে খনবদা ঐহাক ফাখিবশিং অতুগী থোঙ্গুল লীবা য়াবা করি লৈবগে য়েংউগে

খুদক্কা হেক্কা চৎপনি। সাহেবহোয়দা তাকননবগী মতম ফাওবা কাইথোকপা ওমখিদে। লাইবক থীবনিনা ঐবু চিংনবদি অমুক কোক্কদোবা লৈতে হায়বসি হৌজিকসু অহুম মথল্লি।"

"হোয় অহানবদদি ঐহাকসু চিংনরমই। অহুবু হৌজিক্কি মহু কোকল্লে। চাচাগী মতেং পাংবীখিবা কাংবুহুবু।"

"ঐনা আমিরবু কনবীনবগী মতেং লৌজরুবসি ঐগী মরুপ, থায়নদগী তিল্লরকপা, মাগী ঐগী পুনসিগী খুদোংথীরবা মতাং কয়াদা তেংবাংনখিবা অমদগীনি। মানা তাকপদগী লালহৌবনি হায়না ময়ামনা খঙনবা কাংবু অমগী মতেং লৌখি। অহুবু কাং-বুসিগা অতোপ্পা লালহৌবশিং অসিগদি খরা খেন্নব্রা নীংই। অহুবু মখোয়সু ফাগদোবগী কোইতান তান্নরিবা কাংবু অমনি। মখোয়গা ঐগা হকথেংননা মতম খরা লোইনখিবা অহুদগী ঐনা খঙলকপদি মখোয় অচুম্বা রীতি-নীতি পাম্বা, অচুম্বা থৌদৌ থৌওং পাঙথোকনীংবা কাংবু অমরা হায়বসি ঐহাক থাজদবা ওমদে। মখোয় নত্তবা অতৈ কাংবুশিংগী মরক্তসু মখোয়গুম্বা শোয়দনা য়াওরম্বা য়াই অহুবু তিল্লরুদ্রিবনিনা ঐহাক মহু হায়বা ওমল্লে। ঐনা খঙলকপা হায়ববু মখোয়গী মরু ওইবা পান্দম অমদি ঐখোয়গী সমাজ অসিদা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অমোংপা, অকাম্বা কয়া, খুদম ওইনা, হৌগৎলকলিবা নহারোল-শিংগী লমচৎ করমনা মাঙলকলিবা, অচৌ অশাংশিংনা শেঞ্জা থুমজাদা খুৎচাও থারকপদগী মহৈ মশীং কয়া তমলুরবসু নহারোল-শিংগী চন্নফম লৈরক্তবা, ফম লৈবা তারকপা, কঙাওনরকপদগী নেশা চাবরোমদা চঙশিল্লকপা, মসিদসু অমুক শেঞ্জাও পায়ব-শিংনা থৌদোংহুনা শেন্দান লম্বী ওইনা শিজিন্নরক্ত্না ড্রগনচিংবা লল্লোললকপা, লালহৌবা কাংবুগী মরক্তসু লালহৌবগী মমিংদা মরম চাদনা শেল মুনবা, হুপী নহাবু শাম্নপোৎকুম শিজিন্নরকপা,

অহেম্বদা মীহাৎ মীপুন তৌরকপা অসিগুম্বা মম্বামসি শেংদোক্লবা সোমদা হেন্না মথন্নায় য়াওবগুম তৌই। সরকারগী মাখোক্তা মখোম্ন করি তৌগে খল্লিবনো হায়বত্থুদি ঐনস্মু থিরুদে, মখোয়নস্মু হায়দোক্তে। মত্থু হংনবগী হকস্মু ঐগী লৈতে। ঐস্মু মখোয়দা চঙজরুবা মীশকনি। অত্থুমকপু মখোয় মখোয়গী ব্রাঙাংদগী সরকার অসিবু শীঙনদবদি নত্তে খল্লি। মখোয়না কয়ামুক চেকশিনবগে হায়ববু মখোয়গী পুচীংবত্থু ঐগা উন্নখি হায়বতনি অমুক্তা মশক শেংনা উননবা তাপ্তা ফাওবা ঐঙোন্দা পীখিদে। মখোয়গী থৌরাং ঐ থাগত্তবা ঙমদে।"

"কাংবুসিগী মমিং মথাদি ?"

"মত্থু সাহেব ঐনা করমনা হংলুগনি ?"

"ও; অত্থুদি মমিং ফাওবা খঙবীরক্তে হায়বনি।"

"মানি সাহেব ঐ খঙজরক্তে। মখোয়গী অরোনবা মমিং অমদি খঙলকই হায়বা তাই অত্থবু মত্থুমদি ঐবু ঙাকপীম্নু, ঐহাক কনামত্তদা হায়দোকল্লরোই ব্রাশকচঞ্রে।"

"য়ামনা মুংঙাইজরে, তাকপীঞ্জবস্মু য়ারে।"

"মখোয়গী মী মশীং কয়াম য়াম্বগে, করমনা মখোয়না আমিরবু কনবীরকপনো ?"

"মী মশীংস্মু ঐহাক খঙজরক্তে। তংতাবা লৈফমস্মু ঐহাক খঙলক্তে। ঐবু মখোয়না লম্বাদগী ফারগা মিং মায় থুমজিন্দুনা মখোয়গী লৈফম তাম্না পুথিবনি। মী য়াম্বা য়ামদবগীদি খঙদ্রে অত্থুগা মখোয়গী মী মফম থুদিং লৈবগুম তৌই, পাউ পুমনমক নিংথিনা ফংই। আমিরবু ফাবশিংনা মণিপুর জেলদগী গুণ্ডা অমা আমিরগা ওন্নসি হায়র্থ হায়বগী পাউ ফাওবা মখোয় ফংই।"

"ও! অত্থু ফাওবা তাবোইরে মখোয়!"

"তাই সাহেব।"

"মখোয়না আমিরবু কয়মনা কনব্রিবনো ?"

"আমিরবু মখোয়না কাছারয়োমদা পুগে তৌরম্বদগী তোক্তুনা বর্মারোমদা অমুক পুননবা হোৎনরমই হায়। বর্মাদা আমিরবু য়োম্লনবা থোরাং ওইরমাল্লে। মতুদা মখোয়না বরমীজ কাংবু অমগী মতেং লৌরগা আমিরবু মখোয়গী খুত্তগী মুল্লকপনি হায়। মতুদা মখোয় পৈশা ফনা য়ামনা তিংই হায়। অতুবু তাবতনি ইশা য়াওরুবা নত্তে। আমিরবু মখোয়গী মথুৎ চল্লবা মতমদনি ঐবু মখোয়না মাগী নাক্তা পুখিবসি।"

"অতুদি অফাবশিংতু কনানো খঙবীরক্নবনি।"

"কদায়দগী খঙগনি সাহেব। ঐনা হংবদা মখোয়তু মশাগী অরেপ্পা মমিং লৈতে হায়। মখোয়না কনবীরকলিবা কাংবুসিগী নত্রগা কাংবু অমগী মিংদা থবক তৌই হায়। অতুনা কনবীরিবা কাংবু অসিনদি মখোয়বু মুল্লা খঙই ঐ থাজে। ঐখোয়নদি খঙবপোৎ নত্রে।"

"মাবু কনবীরকপা কাংবুতুনা ব্রাখিবা নঙখিবগী ব্রারীদি আমিরনস্থু তমখ্রে। অতুগা চাচাদা কাংবু অসিবু তাকপীরকপা মীশক অতুদি ?"

"ডাকপাল্ল সাহেব ঐহাক মসিমদি হায়দোকচররোই। ঐগী চিন পুথকরে। মহাক ঐগী চান্নরবা মরুপ অমনি হায়জখিবতুনি।"

"ঐহাক লাল্লে। নীংশিংজনীংব ব্রা অমত্তংগা লৈ। তাবীরম্বস্থু য়ারে, ঐনা ঐগী ইচাবু কনবীরকপা মীদা লুপা লীশিং কুনথক অব্রামন ওইনা পীগনি হায়না পাউগী চেশিংদা ফোঙদোকচখি। সরকারদা অঙাং ফাই হায়রিবা কাংবুসিনা কয়েদী অমা জেলদগী থাদোকউ হায়না থারকপা মতমতু হেনগ্রবদা ঐনা তৌভম খঙত্রতুনা অস্থুমনা লাউথোকপসিনা কান্নগত্রা হায়বগী ফোঙদোকচবনি। ঐহাক শেনফম অসি থানাদা নত্রগা এস ডি ও দা পীরগে

হায়না হোৎনজরুরবনি। শিরুবদগী হল্লকলবা ঐগী আমিরনি। ঐনা হায়দোকশ্রবা বা অসি ঙাকচনীংই। অতুবু থানাস্সু এস ডি ও স্সু মসি লৌবা য়াদ্রে হায়রে। মসিগীনি ঐনা কাংবুতুগী মমিং মথা হংজরুবা। বারৌবীবা য়াদে। হৌজিক্তি চাচানা হোৎনবীবদগী ইচাবু ফংজবনি হায়বা ঐহাক তাংদাংবা থঙজরে। শেনফম অসি চাচাদা পীকম থোকলে হায়না লেপচরে। ঐ শেল অসি পুতুনা হৌজিক থঙদে হোয়েন থঙদে লাকচগনি। মসি লৌবীদবা য়াদবনি।"

"করি বানো তাকপীরিবতুবো সাহেব! আমির ঐগী ইচা নত্তবরা? ঐহাক য়ামনা নংবা মীনি চুমই অতুবু মপানা নংই হায়তুনা মচাগী মথরায় কনবদা পৈশা লৌবা হায়বসিবু তৌনব্রা সাহেব?"

"তাকপীরিবতু য়ামনদি চুমই অতুবু থোকলিবা থৌদোক অসিগদি য়ামনা খেন্নৈ। আমিরবু কনবীরকপা কাংবুতুনা বরমীজ কাংবু অমদা পৈশা য়ামনা পীখি হায়বস্সু তশ্বীগ্রে। মতুগী মতেং ওইনা ঐনা ঙমজবা বাশকচখিবা শেনফমসি পুথোকচবদি য়াইদনা!"

"মখোয়না মতুগীদমক পৈশা লৌ হায়বা য়ারোই। অতুগা মখোয়দা পৈশাতু কনানা করমনা পীরুগনি! ঐ করম হায়না মখোয়গী মনাক্তা য়ৌখিবগে হায়বতু ঐনা হায়জগ্রে, লম্বীতু ঐহাক থঙদে, মখোয় অমুক কদায়দা থেঙনগনি হায়বস্সু ঐহাক থঙদে। মখোয় মফম খুদিংদা লৈ, মফম কদায়দস্সু লৈতে হায়বা তাই। ঐনা হল্লকখিবা লম্বীস্সু মখোয়না লম চিংতুনা, চৌং মান, লোক তাই, কয়া লাম্দুনা পুবীরকপনি। অতুগী মথক্তা মখোয়না হান্নানা বামাং য়ানগ্রবনি মখোয় অসিগুম্বদা পৈশা লৌবা থক য়াদে হায়তুনা। অতুম তৌরবদি মখোয়গী হোৎনমন উত্তা ঘী হৈবা তাগনি।

ঐহাক মচু ভমজরোই— ঐবু ৱারৌবীগনু।"

"স্বামিজী ঐগী অৱাবসি অমুক্তং খম্ববীয়ু। ঐনা হায়জরিবসি য়াবীয়ু। শেনফম অসি অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবীয়ু। মসি নত্ৰবদি ঐনা খনজরম্বা পুন্নমক অরেম্বা তারগনি। ইথান্নুংদা কোঞ্জবা ফংলবা ইচাগীদমকনি। মসি লৌবীত্ৰবা, ইচিন্না হায়দোকখিবহু পাঙথোক্কবগী মৈশা অমা ঐঙোন্দা অম্নুম লাংহৌরগনি। চাচানা মাবু পুবীরকপনি হায়বসি মী-লাই পুন্নমকনা য়ানরবনি, মসিদা ঐনা করমনা তুমিন লৈথোক্কনি। ঐনা চাচাগী পুকচেল খঙদবদগী আমিরনা হেক য়ৌরকপদা চাচাগা উন্নরকই হায়না হবাউ হরাউ তমজখিবদা ঐনা চৈথি চাচাবু 'শয়তান' হায়না। ঐহাক ওন্থোকনা নীংঙমলক্কে। আমির মুমিত্তুদগী হৌনা ঐঙোন্দা হান্নগুম খোঁথাক নাইদনা নাওথি শাজবা ঙমখিত্ৰবনি। মাগী নীংবা কায়খিবা শক্তম হৌজিক ফাওবা ইমিংসিনা উরি। তনৌ তনৌবিবা অঙাংসিগী থম্মোয়দা ফাওখিবা মৈচাক্তুনু মুৎথ্রসনু।"

হায়বমলগা মেহেরাল্লী স্বামিজীগী মখোঙ অনী পাম্বতুনা খুকমলকই। স্বামিজী ফমলম্বদগী মশা থক থক নীকনা হৌগৎলকই, মেহেরাল্লীবু কোনখৎলি,

"করিনো তৌবীরিবসিবো সাহেব, ঐবু অম্নমনা পাপ লঙশিনহনবীরিবা করিগীনো ? ঐসে কনাস্থু নত্তে, সাহেবকী মরুপনি, আমির অমিনাগী মত্তোন্নি। ঐবু ঙাকপীয়ু।"

হায়রমলগা স্বামিজী নোম্থবক্তুনা মেহেরাল্লীগী মখোঙ শোক্ল অমুক খুকমই। ঐজ্ঞা কাশীদাস কদোমগীনো তাঞ্জাসিমক্কদা হেক চঙলকই, থোদোহু উবদা ইঙক ঙকনা হায়রকই,

"স্বামিজী !"

"ঐজ্ঞা ঐবু থৌনা হাপ্পীখিবা, মপাগী অশেংবা মশক উহন-

খীখিবা মীশকনি, ঐঙোন্দগী হেনবনি।"

"হকচাংন্থু য়ামনা চোকথনা উরে, খুমিদাং খুমিদাং ব্রত কৎলকপা ফনা কুইশিল্লকলে। পোখাবীনৰা হঙ্গচ্চনীংবনি।"

"খুমিদাং ব্রত কৎলি হায়বা? হকচাং চোকথনা উই হায়বদি অদুননি। হকচাং খুংঙাইতবগী ওইরবদি ডক্তর অমত্তং য়েং-হনবনা— ?"

"হকচাং খুংঙাইনবগীনি সাহেব। ডক্তরনা কান্নগনি নীংদে। ঐনা থাজজবা অমা লৈজে।"

"ও, ব্রতগী কান্নবা, ঐনা করমনা খঙগনি। ঐবু ঙাকপীয়ু।"

স্বামিজী ফমলম্বদগী হিপথরকই। কাশীদাস চঙলক্তুনা স্বামিজীগী খুয়াদা লৈরিবা ফিজু চিংখত্তুনা স্বামিজীগী হকচাংদা কুপই। অদুগা মেহেরাল্লীরোমদা হায়ফেং য়েংখোরকই। মেহেরাল্লী মিংযেংদুগী অর্থ খঙই, হায়রকই স্বামিজীদা,

"স্বামিজী ঐ চৎচরগে। পোথাবীরো। ঐহাক মচিন মৌপুবা অমুক্তং পুজরক্কে, মখোয়বুসু অমুক্তং খুকমহজ্জগে। ঐনা হঙ্গচ্চবদু য়াবীদবা য়াদবনি; খুরুমজরি।"

ফমলম্বদগী হৌগৎলকলে মেহেরাল্লী। স্বামিজীসু রা মখা তারক্তে। মেহেরাল্লী অমুক খুরুমলম্নগা অদুগ থোকখ্রে। কাশী-দাসনা হৌদোকলকই,

"মতমসি থেঙজিল্লকলে, প্রসাদীসিবু?"

"ঐজ্ঞা ননাই ঐ করিমত্তা চানীংদে, অদুবু উমাপতিগী প্রসা-দীনি, য়ামহনবীগম্মু চখোম অমত্তং।"

"খুমিদাংসু ব্রত কৎলগা অবুক্তসু খজিক্তং মকৎলবদি কম-দৌনি স্বামিজী? সাহেবতুনা হায়রম্বা ডক্তর হায়বতুবু?"

"ডক্তরনা করি তৌনি ঐজ্ঞা, মরম্নাই লাকচবা হকচাংগী

বিকারনি। উমাপতিগী ইচ্ছানি।"

"স্বামিজী।"

করিগুম্বমা হায়নীং হায়নীং মথা তারক্কে কাশীদাস। স্বামিজীবু য়েংলগা মরু লুকথৈ। প্রসাদ শেম শারুগে তাকলমলগা মহাক থোকখ্রে। মথন্তা ঙাইরবদা স্বামিজী করি থল্লুবনো খঙদে মমিং অনীমক্তগী অতং অথম লৈতনা মপি শিন্থরকই, ইহাং হাংনা য়েংবা মিংয়েং অমনা মায়কৈ মরী লৈনা য়েংলকই।

মতমতু চাক ঈশিং চাবা লোইনগ্রবা মতুংনি। খুল্লক অসোমদা অমিনা ওটো--রিকসো অমদা শংবানবীবু থৈরিবা চীংথ্রাওপোকপী কেন্টোন্টমেন্ট এরিয়াগী অরাংদা লৈবা খুল্লক অদোমদা লাকলে। যুমতু লো কোলেজগী প্রোফেসার অমগীনি। ওটো-বিকসোতু থৌজিল্লকপদা ইমুংতুগী অঙাং মুবীশিং ইরাং লাংনৈ, যুমতুগী মথক থংবা মথোন্দা লেপলম্বা প্রোফেসার নবসু য়েংথোকলকই। রিকসোতুদগী নিংথিনা শেৎ চারবী, অশংবা শাড়ী, অশংবা ব্রাউজগা, লোক্লবা য়ারবা ভেনিটি বেগ পায়রিবী, অমিনা হেক কুমথরকপা উবদা প্রোফেসার নব হোবে হোবে কুমথরক্কনা তরামনা ওকলৈ,

"লেঙশিনবীরকউ, মা মথক্তা লৈ, ঐ লম্বী চিংজগে।"

কামিল্লরকই অনীতু মথক্কী মথোন্দা। মথাদা লৈহৌবা অহন লমন অঙাংশিং পুমনমক শাড়ী শেৎপদা পকচনা উরবী, কুচুনাদোরা ঙোরোক ঙৌ, মতৌ লৈবী, তিংদা য়াংদা চুমলবী, অমিনাবু চেপথা চেপথা য়েংহৌরি। মথক্তা অরাং ইথং থংবা কাগী থোঙদা থল্লিবা পেত্রকলৈ মচুগী রেশমগী পর্দাতু প্রোফেসার নবনা হেক হাইদোকলুবরা, কাগী মনুংদা চৌকী অমদা ফমলিবী, শংবানবী থোঙোমদা য়েংথোকলকই, থোঙজিনপানদা লেপলিবী অমিনাগা হেক মায়োকনৈ। উনবদা অনীমক খোইরুম তৌনৈ।

প্রোফেসার নব মখারোমদা কুমথখি। অমিনা মতাবু য়েংনা য়েংনা কাগী মমুং চঙলকলে। চঙলকলগা লময়াইমক্তদা চপ লেপ মতাবু শকচাননা অসুম য়েংলি।

শংব্রে লোক্কী পুলৈ লৈযোনগুম মুদ্রং তদেক তদেকপী, খোইথুমননা উরবী মায়থোং থম্বানদা লেক চারবী 'চন্দন' গী লৈয়িনা মুৎলি মুংলি পকচনা থাম্নে, অমুবা তাংজ লীলহা মচাগুম লেংলেং চৎলবী শমলাং শমজোই মথৈনা, চরৈ ফিত্তুক্রবী, হৈজীং ফারবী হৈরাংগুম তনিক তনিকপী, থবাক ঙানফম মক্তদা হিকথত্নুনা তারকপনা মপুং ফারবী পূর্ণিমাগী থাজনা অপাবা লৈচিল্লক্তা অমুক ঙান অমুক মম অরোৎ অফোঙ শাম্নবগুম উবনে, শজিক থবাগুম মিতানফম ওইবী মমিৎ অনীনা খুত্তুক তানা য়েং, তবা তবারবী চিনবান অনীনা কাংলক তৌ, মতাবু ওকচবদা, কফোই হৈক মানবী য়াতানা ইরং লং, অমিনাদো মতাবু অমুক্তা উথিদ্রি-বগুম মিৎফম হোংঙমদা চপ লেপ. য়েংই।

শংবানবী মতাগী মতৌত্নুনরা খঙদে মশা মথন্তা হন্থনা য়েং-থজে, চৌকীগী খুৎপাযফম মক্তদা হিকথত্নুনা তারিবী চরৈ ফিত্নু খংচিং চিংথৈচে — থবাক ঙানফম মক্তদা; অত্নুগা হৌগৎলকই ইকাইরপ তৌনা, অত্নুগা হায়, "কব্রিনো নংনা ঐবু চাগদোগুম য়েংলিত্নুবো?"

অমিনা শ্বর চাওরপ চনীং তানা হোম্বে; হায়রকই,

"উম, অওইনি শংবী, ঐ নংবু নহানমথৈ উরমদ্রি, নক্লমনবদগী ওইরমাল্লে। মপুং মরৈ ফারবীশিংগী ফজবী মতৌ অসুম তৌই, ঐহাক খঙলমদ্রি!"

"হৈমা!" মমায় মায়থোং তঙাং তঙাংই।

"উম ওক্তনি ইবেম্মা; ঐসু ওকইবনি।"

হায়রমলগ, চঙশিল্লকই অমিনা, মতাবু মুংশিনা কোনবী;

মতানা ইল্লিবা চৈরে ফিগী ফিজিন চিংখৎলগা মতাগী মকোক্তা কুপশিনবী ; হন্দোকলক্লগা অমুকস্থু য়েংই ; করিগীনো খণ্ডদে য়েংল-ম্লগা মতাগী মায়থোং থম্বাল মখুৎ অনী চঙনা পায়, লুকথরক্লগা য়েংকী খজাইদা কল্লক পেম্না চুপই। করি তৌদশানা হন্দোকখি, মতানা ফমলম্বা চৌকীদা ইরেন চঙশিন্দুনা ফমই। নোক্তুনা হায়রকই,

"কৈদৌরবা অতুপ তহা তহা চৎলিবো? ইমাদো ইঙাও ঙাওরে। লাইমাস্থু চোপচথ্রে!"

"উম ঐ ঙাওরবমকনি অমি।" মায়থোংলৈদা লুকই।

"প্রোফেসারগী মহাকথক্কী?"

"হোয় ইবেম্মা, হায়রিমখৈ পক্লনি।"

"করিস্থু কায়দেনে অতুবুদি, মুংশিবগীদমক মাঙনরিদনা। অতুবু করিগীনো লুহোংলসি হায়রফাওবদা খাঙখিবী নংনা অতুপ ঙাইঙমদ্রিবো?"

"ইমাগী খনবদা ঐ ওম্থোকনা মুংঙাইতে। মখোয় কুইদ্রি লাকলম্বা ঐগী চিন হংবা।"

"করি খুমথ্রে, নমতুনা ফাবনিকাদি হায়খিদেকো?"

"অঙাওবীসিদি!"

"অতুবু অমুক্তদি তাগে করিগীনো অস্থুপ তহা তহারিবো?"

"করিনো ঐস্থু হায়ভম খণ্ডদে। লাইখুরুম্বা চৎলুবদগী হল্লক-পদা বাবানা পংঙাংদা মঙাংই, পংচৈদা মচৈ। ইমাগা হাম্না খৎনরম্বা মাল্লি। ওঝাতুগী মায় খজিক্তফাওবা য়েংবীদে। অতুবু ঐ করিস্থু হায়দে। ওঝাস্থু ইকাইরবমাল্লে তুমিন থোকথ্রে। অতুফাওবদা অস্থুম পংঙাংদা ঙাংবতুদা ইমানা খরা খুম্মুই। মতুদগী কবোক পোকপদৌনা নত্ত নত্তবা, হৌথ্রবা রা কয়া পুথোক্তুনা ইমাবু চৈবীরে। ইমাবু বাবানা করমনা লৌখি ঐ খণ্ডদে।

'তুরোম্নববুদি চারোম্নবনা হেন্না লুই হায়গু তৌরবোইরে। ঐ লৈবদগী নচা মুপীসি লোকমাইদা হাপতুনা কোইহা হাদবনি। নংগী য়েংলে তুক্কৎচনি, হা অহু অদা' ইচিনসিনা পন্নীংদে। ইমাবু অহুপ থীনা চৈরকপদা ঐ স্বাই লাউরমই, থাঙবা ওমলক্রুহুনা 'বাবানা ইমাবু লৌবদা থনবীহৌদ্রা' ঐসু হেক থুম্মুরে।"

"নংসু হাকমন্দ্রদো ?"

"অচুম্বনি। খল্লুরগা ঐ তৌজিক্কা লৈভম খঙলক্কে। ঐগী লাইবকসি ওম্থোকনা থীগ্রমাল্লে। নংনা খঙলিবহু মঙাই ঐগা নংণা তিম্নরকপা কোলেজ তম্মীম্নরকপা মতাংদনি। মসিগী মমাং ঐ কনামত্তা তিম্নকদে। মী পুম্নমকপু কিবদগীনি। পিশক পিকনা ইমাগা ঐগা অবোক্নীদা লৈবা হাক্তক্কা ইনেহুনা ঐখোয়দা তৌখিবা, মাম্মদা ঐনা ইপানি নীংহুনা বাবা কৌখিবা, মাম্মগী মচানা 'মাগী মপানি নংগী নত্তে, নপাদি মাঙগ্রবনি হন্নকল-রোই' হায়রকপদগী ঐনা মাগা য়ৈনবদা মমা ইনেহু য়াওনা ঐবু শাখিনা ফুখিবা ; অবোক্না ইমাগনা কয়া কপখিবা, ঐহাক কাওদ্রে। মহুগী মতুং ফনা কুইরগা অবোকনা ইমাগা ঐগবু ঐখোয়গী য়ুমসিদা পুবীরকখি। বাবানা অহানবা ঐখোয়গীদা লাক্তুনা লৈরবদা অবোকনা ঐঙোন্দা ঐগী ইপানি তাকপীখি ; ঐনা কয়াদা হরাউখিবা, কয়াদা চাওখোকচখিবা শাংলবা য়ারীনি। নঙোন্দা ফাওবা শেংনা তমখিদ্রে। মতুং কাইনখং স্কুল তমলিঙৈ হাক্তক্কা নোংমা ওঝা অমনা ঐগী ইপাগী য়া হংলকপদা ঐনা বাবাগী য়া থুমলুবদা মহাকনা ঐঙোন্দা ঐবু হেক পোকপা ইপাগী য়ানি হায়রকপদা ঐনা থাজরম্বা পুমনমক কায়াখবদা নত্তনা কয়া ইকাইবা নঙখিবা, কপখিবা, ইমাবুনা কয়া তুক্কৎচখিবা, মহুগী য়া ইমাদা হায়রুবদা ইমানা কয়া ইকাইনা থাঙাখিবা, কপখিবা, অবোক-না কপখিবা, ঐগী য়েংহুনা মীনমখিবনি হায়খিবা পুমনমক ওমহুনা

ঙসি ফাওবা ঐ হিংলকপনি। হৌজিকসু ঐহাক হেক খল্লুবদা শিনীংলিবনি। মুপীগী চঙজনীংঙাই লৈতবা, মথন্তা মরোমদোম হিংজভম লৈতবা, সমাজ অসিদা মুপাগী মরুম থুপ্তুনা হিংবা ঙম-লরোই হায়বগী অবোকনা তৌখিবহু অচুম্বনি খঙলকপদা ঐনা অবোক্তা ঐবু ঙাকপীনবা হায়জখিবা, পুমনমক অসি বাবাগী মাঙাংহু তাবদা পুমনৌ নৌরকলমই। খাঙবা ঙমখিদে।"

"ফরে তোকলসি নংনা হায়ত্রবসু ঐ খঙলে। নকোক চিক্তুনা তোকলরনি।"

"ঐহাক অশেংবমক ওঝাগা মচংলগে থোকলকপা নত্তে, ঐ শিরুরগে থোকলকপনি। চীংজুম তুরেন্দা চোংথরগে নীংহুনা খা পাংনা চেম্বরুবদা মহাক অচুম্রাইদা লৈরম্বমাল্লে ঐবু তাম্নরক্তুনা ফাররে' নংনা হায়খিবহু চপচানা থোকখ্রে। মহাক ঐগীদমক থাবীরকপগা চপ মান্নখ্রে। মানা ঐবু ফারগা মুমলোমদা পুশিল-লকখি। ঐবু মুমদা পুশিনবীগনু থাদোকপীমু হায়বদা নংগীদা অমুক চংসি হায়। মহুসু ঐগাক য়ারমদে। ঐহাক কনাবুসু ওৎনীংলমদে। মমৈদা মানা মফম অসিদা নমহুনা পুরকপনি। মুমিদাং অথেঙবদা ইমাবু কৌকগে হায়; ঐনা য়ারমদে। মহাকনা মতাংহুদা স্বামিজীনা ঐখোয় অনীদা পীবীখিবা বর নীংশিংলকই, মানা হায়খি, 'ঐখোয় অনীমক স্বামিজীগী নাক্তা চংলসি। মহাকনা পীখিবা বরহু অরেম্বনি হায়রুসি। মহাকপুদদি খঙহল্লমসি।' স্বামিজীনা ঐখোয়বু মুংশিবীখিবা, ইপামরুসু অহুম হায়গনি থাজদবা, রাহৈশিংহু নীংশিংলকপদা ঐনা খল্লম্বহু লাল্লত্রা খল্লমই, নৎলমত্রবদি—"

শংবানবী মখা তাবা ঙমদনা রানা থাঙই। অমিনানা হায়,

"শংবী ঐ খঙলে। মুপীনা নীংতম্বা ফংলকনি হায়বসি অহুক হায়বা হায়বহুনি। মখা অমুক তারগনু। নংননে ওৎলৈ

পাংলৈ তৌবহুদা বাবাদা লাই তোংবনি। বাবাগী মপুকচেল ঐ খঙই, নং য়ামনা লাল্লি। ইমাবু বাবাবু অহুপ য়ামনা ৱাহনবা হৌনদে। ঐখোয়দা লাকলগা ইমানা কয়াম কপলমই নং খঙঙোই। বাবাস্থু অরেম্বদা ইকাইরমলগনি। হৌখিবা ৱা হৌগ্রে, মহু কাওথোকলসি। —হৌজিক ইমাহোয়না করি হায়রি?"

"তপথরবদি ফত্তে, বাবানা হয়েংমক লুহোংগনি হায়হোই হায়রমই।"

"অহুমঙাইদনা। হৌজিক্তি থোং তেকলবনিনা ননীং তৌনা ঈরুজবা ফংলগনিদনা—"

সুপীমচা পুংকক চাওরবী অমনা বিস্কুটনচিংবা অচা অথক থরগা চাগা পুরকলে। মখোয়নীগী মাংদা থারিবা টেবলহুদা থনমলগা তুমিন চেনখ্রে।

"নংগী ৱারেমহু তৌরকঅমু। চাহু থকউ, ইংখ্রনি। নং হয়েং ওস্তা অমুক লাকখো। তান্নবীংবা ৱা লৈ।"

চা পায়থংনৈ।

"ঐবুদি লাকে, ঙসিদগী লৈম্বু হায়রবস্থু যারে। অহুবু ওঝাগী মতৌসিদা ঐ কি। ঐগী মিৎনরা খঙদে য়ামনা থম্বন চাওনা উই। অহুগনে ৱা অমগা হায়বাগে, ৱা পংঙাং ঙাংদবা, য়েংদা ময়েংবা মীসে অা মন্নুংফাওনা উগনবনিকো।"

হায়রগা অমিনানা শংবানবীবু মখুৎ নাম্ম।। হকপাম্মনা কোল্ল-গা নাপ্পচিকনা করিনোমা হায়বগুম তৌই। চা হেক থকচিল্লুবা মতাং থোকউরমাল্লে শংবানবী চাহু হাবমথৈ নোকলকই। অমিনা করিস্থু হায়দা-শানা ফিভম হগুিন্দুনা ঙাইহাক খাঙই, অহুগদি ঙমত্রমাল্লে মাস্থু থিক থিক নোকলকই। নোকমিন্নরিঙৈ তাঙ্গাসিদা গাড়ী থৌজিল্লকপমা তারকই। অমিনানা ফুক চৌগত্তুনা মিহুৎ-থোঙদগী য়েংথোকলুবদা মাগী অপ্পাগা আমিরগা গাড়ীদগী কুম-থরকপহু উই।

"শংবী, অপ্পাগা আমিরগা লাকলেনহাই!"

"হৈমা কমদৌনি! ঐ অপ্পাগা উন্নবা ঙমজরোই। নং থোকখ্রো, কৈনোমা হায়রগা পুখ্রো। হয়েংহ্নু কাওম্নু ঙন্তা লাকউ।"

"ফরে ঐ চৎখ্রগে।"

অমিনা পরপ পরপ কুমথরকলে। মপানা সুন্মাং মতোন লানশিল্লকপদা মানা খামলে, "অপ্পা ঐবু থিরকলিব্রা, চৎলসি মুমদা ঙাংনরুরসি।"

"মাগা অমুক্কুং উন্নরম্বনা ফজ্রনে?"

"হৌনদে অপ্পা, মুপীনা লাকপদি লাকপনি। মপা মতোম্নবু চেনথবী মচাম্নুপীবু লুহোংখ্রিবৈ উন্নবা হৌনব্রা?"

আমিরনা নোক্কুনা হায়, "অহুদি ঐম্নু য়াব্রেনে?"

"য়াদে। চৎলসি। হযেং লুহোংবদা।"

মেহেরাল্লী মচাগী তুং ইন্দুনা অহুম হন্দোরকলে। গাড়ীদা কাখৎমিন্নরবদা আমিরনা মচেমদা লোল্লপনা হায়, "ইচে ঐথোয় চাচা উন্নবা চৎকদৌরিদো!"

"অঙইবরনে, অপ্পা, চাচা উন্নরুদৌরিব্রা?"

"উম উন্নরুদৌরিবনি। নখোয়গী চাচাহ্নু মশাম্নু য়ামনা ঙমহৌদে। আমিরবুম্নু য়ামনা হংহৌই।"

"অপ্পা উন্নরুবব্রা?"

"উম উন্নকরে, হল্লকপা কুইদ্রি।"

গাড়ীহ্নু নোংপোক পাংনা অহুম থোগৎলক্কুনা সহরগী চয়াং-নবহ্নু তুংগই থনমলে। অসুম লাক্কুনা লোঙা চীংগী চীংহুম মচাহুগী চীংখোঙ ফংলকলবদা গাড়ীহ্নু থম্লম্লে। মপা মচা মখোয় অহুম চীং মচাহ্নু কাখৎলক্কুনা উমাপতিগী মন্দির মনাক য়ৌরক্লে। যাত্রিক থরগা, ঐজ্ঞা কাশীদাসকা য়ারী য়াত্তাই শান্নহুনা লৈরম্বা থেঙনরে। ঐজ্ঞানা মপা মচা মখোয় অহুমহ্নু উবদা চেম্থোকলকই,

স্বামিজী মকনা ভক্তি কৎথিবা স্নুপানি। ঐজ্ঞানা,

"সাহেবনা অমুক তনহন হনবীরকপবু স্বামিজীনা করিগুম্বা তাকপীখিবা লৈত্ৰা ?"

"ঐজ্ঞা, স্বামিজীদা ঐনা অসাই বা অমা হজচ্চরম্বনি, অহুগীনি।"

"ফনি ঐ অমুক্তং নীংশিংজরুগে।"

কাশীদাস স্বামিজীগী নাক্তা চণ্ডহুনা পাউ অহু তমলুরে। চণ্ডহলকউ তাকপীরক্লুনা অমুক পাউহু হন্দোকলরে। মপামচা মখোয় অহুম্মক স্বামিজীগী নাক্তা চণ্ডলকলবদা, স্বামিজী আমিরবু হেক উবদা ফম্মুংদগী রানা কুমথরক্লুনা চেজেৎ কোল্লি অভাংহুবু, মমায় মায়থোং ওন্না ওন্না চুপই, অহুগা অমুক স্নুংশিনা য়েংবী,

"আমির লাও, ইপাগী নাক্তা ফমসি। ইবেম্মা ফম্মু মোড়া-হুদা; সাহেবস্নু লেঙশিনবীয়ু।"

আমিরবু মথুৎ পায়হুনা চিংশিল্লগা ফমহল্লি মাগী ফম্মুংমক্তদা।

"চাচা ঐখোয়দা লাক্তুদি কৈদোরে ?"

হংলকই আমিরনা।

"হকচাং ভমদহুনা লাকপা ভমদবনি, নহাক শাওরব্রা ? হকচাং হেক ভম্বগা লাক্কে। নংগী পাম্বোমদা শোকপহুদি ফরব্রা ?"

"ডক্তরনা য়েংবদগী ফরে। নংদি ডক্তর য়েংহনদরা ?"

অমিনানা হায়,

"আমির চাচাদা, নং হায়বা হৌনদে। চাচাস্নু হায়গনু, স্বামিজী হায়য়ু।"

"হায়বা থোক্তেদা, চাচা অহুম কোগেদা। য়াজ্রনে চাচা ?"

"করিগী য়াদদগে ? ইচানা কৌনীংবতা কৌ। নচেনা হায়বা লৌরুম্নু। ঐসে চাচানি নচেগা নংগা অনীগী।"

"চাচা, ডক্তরদা চৎপা য়াত্রা, মখোয়না য়েংলবদি হেক্তা ফবনি।"

"উম।"

"অপ্পা চাচাবু ডক্তরদা পুসিবা।"

"কোম্না চৎসি, ঐ ডক্তরগী হিদাক চারি।"

"সিবু চাচাগী য়ুমলা?"

"উম— ঐগী য়ুমনি।"

"নহানমুক চৎপা লম্বীত্তুদি নত্তেনা।"

স্বামিজী মেহেরাল্লীলোমদা য়েংলকই, অনীমক মিৎ চানৈ।

"অত্তুগা ইচে অমা লৈ হায়রবত্তুদি?"

স্বামিজী খংপ্রেক খংবগুম তৌই। তুমিন লৈনৈ। আমির স্বামিজীনা করি খুমলকপগে ঙাইবগুম তঙক তঙক য়েংনা লৈ। মরু লুকথরম্বদগী মমায় মমিৎ তঙাং তঙাং অমিনারোমদা হাইফেৎ য়েংলগা খুমলকই স্বামিজী,

"ঐনা অসাই খুম্বদা ওম্নে। ঐনা লৈরিবসিদি মীগী য়ুমনি, ঐনা তাংলিবনি। অশেংবা য়ুম নত্তেদা। নচেত্তুদি ঐগী য়ুমদা লৈবনি। নোংমা চৎলুসি।"

"কৈদৌঙৈ?"

"অনাবা ফরগা।"

"অমুক কাওনিকো চাচা, ঐ য়ামনা উন্ননীংই।"

স্বামিজী লৈভম খঙদনা উই। মেহেরাল্লী মপা মচা অনীসু মরু লুকথত্তুনা খাঙই। আমিরনা তফিং তফিং অমুক হায়রকই,

"ঐখোয় ইচেগী মতা ইচে শংসু লুহোংগদৌরি হয়েং। মহাক চেনগ্রে। ঐখোয় ইচেগীদি খঙদে।"

স্বামিজী অমিনাদা য়েংলকই, অমিনা মরু লুকথৈ,

"চুমব্রনে ইবেম্মা?"

"চুমই চাচা,— স্বামিজী, মহাক চেনগ্রে।"

"কনাদনো?"

"নহান লোইনরকখিবা—"

"ও।"

মরক থত্তুনা আমিরনা অমুক হায়রকই,

"ঐদি চাচা নংগা উন্নবা ফংনি থাজকদ্রে। ঐ কম্নাম কপই নংদি খঙলমলোই। মীগী ময়ুমনি হায়রদি ঐখোয়দা লৈরুসিবা?"

আমির মপাদা অতুগা মচেমদা য়েংলকই; মখোযগী ৱা ঙাইবগুম তৌই। স্বামিজী অঙাংতুবু য়েংলগা মমিত্তা ঈরা চেল্লি। পাউথুম পীরক্ত্রবদা আমির মরু লুকথখি। মেহেরাল্লীনা মচাবু থেমজিল্লি,

"আমির স্বামিজীদি হকচাং ঙমদ্রি। হৌজিক উন্নরেদনা, অমুকস্নু লাকসি। চাচাগী হকচাং ফরগা ঐখোয় লোৌরসি।"

মপানা হায়বতু তাবদা আমির খোইরুম তৌনা মাগী চাচাদা য়েংথোকসকই। মেহেরাল্লীনা মখা তাথরকই,

"ঐখোয় লাকচরিবসি ঐনা অসাই হাযজরম্না অতুগীনি। মচিন মোপ্রাস্নু স্বামিজীবু খুরুমহনগে তৌবনি। মসিমত্তংদি—"

"অসাইগী ৱা হায়বদি?"

"ঐনা অসাই হায়জরম্না ঐনা লাউথোকচখিবা শেনফমতুগী ৱানি। অৱাবা কয়া মায়োক্লতুনা আমিরবু থিবীখিবা, আমিরবু য়ুম য়োৌহনবীরকপা অসি চাচাননি হায়বসি ঐ মুন্না খঙ্গরগা লেপচ-রবনি। ঐহাক পৈশাতু পুজরকলে। মসি কচ্চগে লাকচবনি, ইপা ইচা ঐখোয়।"

স্বামিজী নোকলকই,

"মচাবু কন্ননবা হোৎনবদা অৱাবা খাওবগী। মসিবু?"

অমিনানা হায়,

"চাচা অদোমদা খনবীগস্নু। অম্নাগী ৱাশক ঙাকচগে হায়বনি। আমিরগী য়াইফনবগীদমকনি।"

আমিরনা হংই, "করিনো ইচে ?"

"নংবু থীবা ফংলক্তুবদা অপ্পানা নহাকপু থীদুনা পুবীরকপা মীদা লুপা লীশিং কুন পীগনি হায়দুনা পাউচেশিংদা লাউথোক-থিবনি। চাচানা নংবু, থীবীরকখিদনা, অদুগী চাচাদা শেন্দু লৌবীয়ু হায়বদা চাচানা য়াদ্রিবা ?"

"করিগীনো চাচা। মীনা লৌজখিনি, নহান নংবু ফু'থবা মুপাদুনা লৌগে হায়রক্কনিকো। চাচানা য়াদ্রগা ইচেদুদা পীরুসিরা ? ইচে ঐ পীগে চাচাদা।"

মপানা পীরকই চাম্মা চংপী নোটকী চবুন অনী আমিরদা। আমিরনা অমুক চাচাগী খুত্তা হাপই;

"চাচা সে লৌরো। চাচানা লৌরোই হায়রগা ইচেগী লৈফমদু তাকউ ঐখোয় চংলুগে।"

স্বামিজী পুমপং পংথরবা মী অমগুম আ'মববু মুন্না যেংলগা হোই মায় অমত্তা হায়রকখিদ্রে। মমিৎ অনীমক মপি ঈরা চেল্লি। মপানা তাক্তুনা মচা অনীমক স্বামিজীদা খুকমলকই, মশাস্মু খুকমই। স্বামিজী নোঙ্গরক্তুনা অদুমদুবু কোল্ল অদুগা হায়রকই "সাহেবনা যাবীদ্রবনিনা শেনফম অসি লৌরবা হায়বদু'ন।" শেন্দু লৌরগা ঐজ্জা কাশীবু কৌরকই।

কাশীদাস চঙলকলে, স্বামিজীগী নাংদা লেপ্লরে; স্বামিজীনা, "ঐজ্জা সাহেবনা ঐগীনি চায়দুনা লুপা লীশিং কুনথক পাবীরি। মসিদগী লুপা লীশিং অদুমদং খায়দোকপীয়ু, অরেম্বদুনা উমাপতিগী চরণদা কৎপীয়ু।"

শেল ময়োমদু পীনকই ঐজ্জাদা। কাশীদাস ইগুক গুকনা লৌশিল্লি।

"লুপা লীশিং অদুমদো অমুক্তা থিদোকপীরকউ।"

ঐজ্জা কাশী লেপলম্বদগী ফমথরক্তুনা নোট মপুন অমা

থোকলগা হায়রিবা শেনফমচু থিদোকলে অদুগা স্বামিজীদা অমুক লানশিল্লকই। স্বামিজীনা পৈশাচু অমিনাদা পীরকলে,

"ইবেম্মা লৌ পৈশাসি।"

অমিনা মপাদা য়েংলকই, মেহেরাল্লী করিস্সু হায়রক্কে। অমিনা পৈশাচু লৌরে। স্বামিজীনা নোক্তুনা হায়রকই,

"লীশিং অহুমচু নহাক্কী লীশিং অমা, আমিরগী অমা অদুগা নংগী নত্তা লুহোংগদৌরিবী অদুগী লীশিং অমনি। নখোয়না চানীংবমা চাউ। ঐগীদি করিস্সু তৌনীংঙাই লৈতে। ওম্নমক উমাপতিদা কখোকলবনি নচিন নোপ্ৰা নখোয়গী মঙ্গলগীদমক। ঐজ্ঞানা উমাপতিগী মন্দিরনচিংবা শেন্দী শাবীনীংবচু উবীরতুনা কুপা তৌবীরবনি। উমাপতিগী চরণদা কৎপীরুরো, ঐজ্ঞানা দেবালয় অসিগীদমক অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবীয়ু।" ঐজ্ঞা কাশী পৈশাচু পুতুনা চিঙৈ থোকখ্রে। মেহেরাল্লীনা হায়রকই,

"স্বামিজী, অস্তুপ মুংঙাইবা মুমিৎ অমা পুন্সিদা অমুক থেঙ-নরক্কনি হায়বা থাজদে। ইবেম্মা নংগী চাচানা নখোয়গী পীরিবা অতুনা অপাম্বা তৌজৌ অদুগা নত্তাগীচুস্সু হেক য়ৌবগা মঙোন্দা পীরুসি।"

আমিরনা হায়,

"ঐগীদি অম্মীদা তুংশিনহনগনি। অদুগনে ইচে, ইচেশংগীচু ঐ পীগেকো।"

"চুমই ইচানা পীগদৌবনি।"

"উম ঐ পীগে চাচা।"

ঐজ্ঞা কাশী চিঙৈ অমুক লাকই শেল ময়োমতুগা লাইগী প্রসাদ হৈরুক হৈরা খরা পুতুনা।

"সাহেব প্রসাদী লফোই লতং খরসি ফংবীয়ু, ঐখোয়গী লৈজবা হায়ববু অসি মঙাইরে।"

"লাইবক ফবনি ঐজ্ঞা।"

প্রসাদতু লৌরগা য়েল্লি মচা অনীদা। স্বামিজীনা হায়,

"চাও ইচাশা মঙ্গল ওইগনি।"

হরাউ হরাউ লৌই মচাশিংনা।

"স্বামিজী ঐগী নীংবা থুংজরে। স্বামিজীদি হকচাংগা ওমদবগা য়ামনা রাবীরমলগনি। ফুমিৎস্তু তাশিল্লকলে। ঐখোয়স্তু হঞ্জগে। স্বামিজীস্তু পোত্থাবীরো। ইহেন্মা নচিন নৌপা খুরুম্মু স্বামিজীবু।"

অনীহুনা স্বামিজীবু খুরুমজরে।

"মঙ্গল ওইয়ু। চাচা লাকখিনি নোংমা হকচাং থরা ফরক-পদা। সাহেব লেঙবীরো। বেগম সাহেবাদা সলাম তৌজ-রকই তম্বীয়ু।"

আমিরনা মাগী চাচাবু য়েংলগা খোইরুম নোক্কুনা হায়, "চাচা ঐখোয় চৎলে।" মখোয় অহুম্মক কাহুদগী থোকখ্রে। ঐজ্ঞা কাশীদাস অহুমহুবু খিন্দোকলকই লম্পাক্কী অরোইবা মচিন ফাওবা।

খিন্দোকলুরগা হঞ্জিল্লকপদা মন্দিরগী মনাক অহুরাইদা লৈ-রমলিবা যাত্রিকশিং, স্বামিজীগী হকচাং ওমদবগী উন্নজনীংবা খরনা উন্নবা য়ারোইদ্রা হায়বগী হংই ঐজ্ঞাদা। স্বামিজীগী হক-চাংগী লৈরিবা অবস্থা ময়ামহুদা শেংনা খঙহল্লি। নীংবা কায়না হনখিবস্তু য়াওই, উমাপতিগী দর্শন তৌখিগনি ডাইনবস্তু য়াওই। মরক অসিদা মীওই মীতৌ ফরবা পাখং অমা চিঙৈ চঙলকই ঐজ্ঞাগী নাক্তা,

"করিগুম্বা অমত্তা হংজহৌগে, মিং হেক্তা পঞ্জরগে—বামোন কাশীদাস হায়বসিবু ঐজ্ঞা ওইবীরব্রা ?"

"মানি ইবুংঙো ইয়াম্বনি। স্বামিজীগী দর্শনগীরা ?"

"হোই দর্শনস্তু তৌজনীংবনি অহুবু হকচাং ওমদহুনা লৈরে হায়।"

"চুমই ইবুংঙো হকচাং ঙমদহনা লৈ।"

"স্বামিজীদা চিঠি অমত্তং পীজনীংবনি। ঐঙ্গোনা পীরীরবস্থু য়াই। থরা অথুবনি।"

"য়াই ইয়াম্বা হেক্তা পীরগে, অথুবনি হায়বা নত্রগদা?"

"মানি অথুবনি।"

"ইয়াম্বা পীগে।"

"অদুদি ঐ চৎচরগে।"

চিঠিদু পীরমলগা চৎখ্রে পাথংদু। কাশীদাস চিঠি খাউদু পাযরগা স্বামিজীগী নাক্তা লাকলে। স্বামিজী মায় মখা ওন্দুনা হিপলমলি। ঐঙ্গোনা হায়রকই,

"স্বামিজী অসাইগী শেনফমদু উমাপতিগী চরণদা কচ্চকরে। মসি লৌশিনবীরো।"

স্বামিজী লৈথোরকই, "ঐনা ঐঙ্গোদা হঙ্গচগ্রবদাই উমাপতিগী মন্দিরনচিংবা শেম শানবা, ঐঙ্গোনা অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবীবো। ঐঙোন্দা করিগী পীগদৌরিবনো? উমাপতিগীনি। ঐঙ্গোনা থমজিনবীগদৌবনি।"

ঐঙ্গো কাশীদাস স্বামিজীবু তঙক তঙক য়েংই। স্বামিজীনা মখা তারকই, "ঐঙ্গো করিমত্তা চিংনবীগনু, উমাপতিগীনি হায়না ঐনা লেপচগ্রবনি। কৎলমলিবশিং মখোয়গী মঙ্গলগীদমকনি। ঐগীদি অপাম্বা অমত্তা লৈত্রে, বানীংঙাইস্ত লৈত্রে। খ্বায় পুন্নমক্কী কান্নগদৌবা করি তৌসিগে খল্লবনি অদুবু ঐগুম্বা অমনা করিদি তৌবা ঙমগনি। উমাপতিগী চরণতবু কাওজদবা, কান্নদ্রবা পুন্সি অসে য়ামনা থুনা লাম্থোকচখিবা অসিতনি ঐ নীজরিবসি।"

কাশীদাস হায়রিবদু তারগা অমুকস্থু য়েংই স্বামিজিদা অদুবু স্বামিজীদি য়ামনা তামলবা মিৎয়েং অমদা অস্থুম য়েংলি-বগুম তৌরি। কাশীদাস অস্থুম লেপলম্বদগী মমায় লৈথোক-

লকলে, অসাই পীরম্বা চিঠিহু চিঙৈ নীংশিংলকপগুম অমুক লৈ-শিল্লই, "ঐ কাওথোকলুরে। মুপামচা পাখং অমনা অথুবনি হায়ফুনা চিঠি অমা স্বামিজীগীনি হায়না পীরমই, হৌজিক্তনি।" হায়রগা চিঠি থাউহু লানশিল্লকই স্বামিজীদা। "চিঠি হায়বা, অথুবা, কনাগীনো?" হায়রগা স্বামিজী হিপনা হিপনা চিঠিহু লৌই।

সন্ধ্যারাতিগী মতম ওইরকলফুনা ঐজ্ঞাস্থু মথুক্তা পায়রম্বা পৈশা ময়োমহু উপু মচা অমদা তনহাপ হাপচিল্লে। স্বামিজীনা চিঠিহু পাবদা মুংঙাইনবা থাউমৈ মচা অমা চুখংলগা স্বামিজীগী নাক্তা থনমলগা মহাক হোবে হোবে থোকখ্রে। স্বামিজী হিপলম-বদগী হৌগত্তুনা ফমলে, চিঠিথাউহু শেগাইরগা মমুংদা য়াওরমলিবা চিঠিহু ফাক্তোক্তুনা পাবি, অস্থুম পারি, অমুক, অনীরক, কয়ারকনো খঙদনা, পানা পানা মুংশা ফুইরকই, কুচু ওনবগুম তৌই। কনাস্থু লৈতবা কাহুগী মায়কৈ মরী য়েংই, অমুকস্থু চিঠিহু থুপচিল্লি। মপান্দনা সন্ধ্যারাতিগী পুং ইশৈনা পুমনিল নিল্লি। স্বামিজী আরতি য়াওগে খনবনরা অস্থুম ফমলম্বগী ফম্মুংদগী কুমথগে হায়বগুম মখোঙ অনীমক থাংথরকই অহুবু পাক হেক হৌগংলক্তে। অমুকস্থু পাই চিঠিহু, মথন্ত শোল্লি, "ইহাকথক্কী মী পুন্নমক মৈ চুরবা!"

মহাক বানা হৌগংলকলে। মশা পুমবা তনীক তনীক, তরংদা চংপদৌনা থোঙ তমনা লাকলে। থোঙ হাংদোকলক্লগা, মপাল্লোমদা খোঙ থাংদোকলকলে। বাংতক তৌবা থোঙগী থোঙখোঙদা থাংদোকলকলিবা খোঙ য়েক্তু পল্লে, হকচাং মখৈনা মাংলোমদা; খোঙ থাংখিবগী ইল্লকপা শাফুনা হকচাং মখৈ হুম-হুনা পুরক্লে, পিক্লবা দারী মচাহুদা স্বামিজী মথবাকনা য়ৈহুনা তুথখ্রে।

## তরাতরেৎশুবা

ঙ্কমিদাং ফনা থেঙলে মেহেরাল্লী মপা মচা মখোয় ময়াম শংবানবীগী লুহোংবা ঙ্কাঙরুরগা হল্লকপা। ইমুং হেক চঙলকপদা ঙ্কুম শঙলম্বা ওর্ডলীনা ঙ্কুপা পাখং অমা ঙাইরি, ফনা কুইরে, হায়না মেহেরাল্লীদা তমই। মেহেরাল্লী মফি মরোল হোংদোকতনা চুমদ্রিং চঙলক্লে ফম্মফম কা অদোমদা। ফমলমণিবা পাখংহুনা ফমফমদগী হৌগত্তুনা মেহেরাল্লীদা মখুং লোম্নহুনা ইকাই খুমনৈ। মেহেরাল্লীনস্থু ঙকই,

"লেঙশিল্লু, করি ঙ্কাগীনো ইবুংঙো ?"

"পাউ অমত্তং তমজগে লাকপনি।"

"কনাগী পাউনো ?"

"লোঙা চীংগী উমাপতিগী মন্দিরদা লৈবা স্বামিজীগীনি।"

"ও! করি তৌরে, করি হায়রকপগে ?"

"স্বামিজীহু সন্ধ্যারাতিগী লেঙথোকলকপদা তুশিন্দুনা ঙ্কামনা কম্না ঙমত্রবমাল্লে!"

ঙ্কারা? কয়াম কম্না ঙমল্লে ইবুংঙো ?"

"য়ামনা অকুপ্পদি খঙজরক্তে, পাউসি মন্দিরদা চৎলুবা ঐগী মরুপ অমনা হায়রম্বনি।"

"ও! হৌজিকমক চৎপনা ফগত্রা?"

"হৌজিক্তি থেঙলগত্রা খঙ্গে।"

"ডক্তরকাদি য়েংলমগনিনা?"

"ঐ মহুদি হায়জবা ওমত্রে।"

"—ইহে ঐদি ইকাও কাওরুরে! চা-ফানখো!"

"তাদা অমা লৈরম্বহুনা হৈ মহী পীথকপীরে। ঐ চা থকচদে সাহেব। ঐহাক চৎচরগে।"

"ফরে ইবুংঙো, য়ানা ভাইবীরমলে, পাউসি হায়বীরবা ওস্মোকনা লুংঙাইরে! সেবা লাংবা মথোং চারমলয়োই, য়ারৌগন্নু।"

সলাম তৌরমলগা পাখংহু অহুম থোকখ্রে। মেহেরাল্লী পাউহু তাবদা করি তৌসিগে, হৌজিকমক চৎসিবা খল্লি। মচা-লুপীবু কৌই। অমিনা মপানা হেক কৌবগা থুমনা থুমনা থোক-লকই। মপানা হায়,

"শংবানবী মমা মচাগী মতৌ উবদা পুকনীং খরগা নৌরে, লুংঙাইতবা পাউ অমস্মু তমলরে!"

"করি পাউনো অপ্পা?"

"নংগী চাচাহু সন্ধ্যারাতিগী থোকলকপদা ভুশিন্দুনা য়ামনা কন্না ওমত্রে হাযনে। হৌজিক চৎপনা ফরিব্রা খঙত্রে!"

"কয়াম কন্না ওমদবা ওইরিদগে, হৌজিক্তি থেঙলনি অপ্পা, ড্রাইভরস্মু লৈতে, অপ্পাস্মু য়ামনা য়ারমলনি। হয়েং ওস্তা চৎপনা ফরোইত্রনে?"

"মুপাহুনস্মু অহুম হায়রমই।"

"হয়েংনা ফরনি অপ্পা। কয়াম থীনা শোকলে হায়বগে?"

"মাস্নু উয়কপা নত্তবমাল্লে, পাউ চেন্নকপা ওইরমাল্লে। কয়া নাতে চারমগদৌবা মান্দে। নংগী চাচাদো মউ চোকনা উই। চাভম থককম খঙদমথৈ চীংমানদা কোইচৎ চংলুবদগী মশাহ্নু হুন্দংপা ওমন্ত্রিবগুম উই। অহুগী মথক্তা চন্না হেল্লি ব্রত তৌই হায়, ঙুমিদাং ঙুমিদাং।"

"ও, ঙুমিদাং খুদিং চন্না হেনবা! —অহুপ হাকনা কল্লম-দবস্নু য়াইদা। কল্লবদি মন্দির মক্তগী মী লাকপা য়াইনা!"

"হোয় ঐস্নু অহুম খল্লি। অহুবু মন্দির অহুদদি বামোন অহুমতং লৈবা মাল্লি। খঙব্রে ইচাশা ঙুংঙাইবা পাউ অমত্তা তাখিব্রে। নংগী চাচাদো ঙুমিং চুপ্পা করিগুম্বা য়াথল অমদা লুপত্তুনা লৈবা মাল্লি। মবুক্তি চাওজবা মরাইবক্তি কয়া ফত্তবা মীতা মাল্লি। অন্না অনাগী পাউ তাবদা মতোমতা থাওবা ওম-জদবা মীত্তানি। মাগী থম্মোয়ঙুংদা মৈগী চীংগুম করিগুম্বা অম্না ওমত্তুনা চাকল্লিব্রা খঙদে।"

"ঐস্নু অহুম নীংই অপ্পা; ঐগা শংবানবীগা চংলুবত্তুদা মহাকনা শংবীগী নীংবা কায়বগী মতৌহু মহাক খঙবীবগুম তৌই। মচাদা মচাদৌগুম্ন মপুকনীং থোগৎপী। অহুগুম্বা পুকচেলহু চেন্নম-ন্নবদি মানা করিগী আমিরগীদমক অহুপ য়ামনা য়াবীগনি। অপ্পা, মহাক য়ামনা থীনা শোকলম্বা তারবদি মানা য়াবা য়াদবা নমত্তুনা ডক্তরবু য়েংহনসি। মহুগী খরচ ঐখোয় পুথোকসি।"

"ঐদি নহান মাপ্পী ফিভমহু উবদা অহুম তৌসিন্না থনবনি। অহুবু ইবেম্মা মহাকনা থাজবা য়াথল অম্না লৈবত্তুদা ঐনা তক-শিনবা ওমদবনি। ইপা চংলুখিগে অহুগা খঙগনি।"

"অহুগা অপ্পা য়ামনা কন্না ওমদবা ওইরবদি শংবীস্নু অমুক্তং পুবীনীংই। মাগী বাঙাং তাবদগী মপুক ওনখিবমাল্লে খল্লি ঐদি।"

"ওইবা য়াই, মখোয়গুম্বা মীদি মীগী মপুক ওলহনবা ঙম্বনি।

*অহুনু মত্তানি চাকৌবা লোইস্রিমথৈদি শংবীদি কদায়দগী চখোকপা*
য়াগদগে, মখোয়গী চংনবী অমা নৈ। লোইরগা পুৰীবা হায়-
বহুনি। করে নহাকম্নু য়ারয়িনি পোত্থাজক্রুয়ো, ইপা ওস্তা চংলুগে।"

মপা মচা অনীমক মুম্বিদাংগী চাকলেন চানবা, পোত্থাননবা
মহৈ মহৈ শেম শান্নখ্রে। মেহেরাল্লী মুম্বিদাংহু য়ানা লেপ্লি
স্বামিজীবু উনীংবনা। নোং হেক ডাল্লকপগা মহাক চংকদৌবগী
শেম শারে, ড্রাইভর য়ৌরকপগা লোঙা চীংলোমদা অহুম খোঙ-
শাল্লকলে। চীংখোঙ য়ৌরকলবদা অচং অওক মীতনা পুমনোম
নোমলম্বহু উরকই, মেহেরাল্লী মুংশাথীবমা পোকই। চেন্না চেন্না
চীংহু কাখংলক্লুনা মন্দির লৈরিবা থেন মচাহু ফংলকলবদা মীনা
ফিঙৌ ফৌবয়ম তিল্লমলে? স্বামিজীমকনা য়ামনা চানবীবা
মীশক ওইরবম্নু ময়ামতুগী মরক্তা নমজ। নমথেক্লহুনা চঙবা হঙোই-
হুনা মেহেরাল্লীনা অহন ওইরপ তৌবা যাত্রিক অমদা ঐজ্ঞা কাশী-
দাসতা মাগী মমিং মথা তাক্লুনা মহাক ঐজ্ঞাবু অমুক্তা উম্নজগে
হায়বগী পাউ অমত্তং পীবীনবা হায়জবদা হরাউ হরাউ য়াবীরে।
মুপামুনা ঐজ্ঞাদা পাউ পীবা চংখ্রে। পংকুই কুইদনা ঐজ্ঞা কাশী
মীয়াম মরক্তু ফাওহনা, মমায় মমিং ইপোম পোম, মুংমুক মুং-
জাননা লেঙথোকলক্লুনা মেহেরাল্লীবু তয়ামনা ওকলরে,

"সাহেব লেঙলকপা য়াম্না তান চারে, উমাপতিগী কৃপানি।
ঐ পাউ চেনফম খঙদ্রহুনা খঞ্জরম্বনি। শোমদা লেঙবীরকউ।"

মেহেরাল্লীনা ইঙক ঙকনা হংলকই,

"ওরাং মুম্বিদাং অথেঙবদা পাউ লাকলম্বা পাথংহুবু ঐজ্ঞা-
হোয়না থাবীরকপা নত্তরা?"

"পাউ লাকই হায়বা সাহেব? ঐখোয়দি থাখিদেনা।
উমাপতিগী কৃপানি—।"

কাশীদাস মন্দিরলোমদা ওনশিল্লগা মথুং অনী থাঙজিল্লুনা

ভক্তি কৎলি, মপি ঈরা চেনবমথৈ। মচিন্দা শোল্লি — "হে উমা-পতি, হে শঙ্কর কৃপা তৌবীয়ু, নংগী কৃপা মড়াইরে।"

মেহেরাল্লী মখোয় অনী শঙ মচাহু য়োরকলে, ঐজ্ঞানা থোঙচু তপনা হাংদোকলগা মখোয় অনীমক ইমুংদা চঙলকলে। স্বামিজী পিক্লবা হিদান মচা অমদা অরাবা খাঙবগুম মমিৎ অনীমক উইশিন্দুনা তুমিন হিপলমলি। খুয়া ওইবপনা ফক মচা অমদা নহা পাখং অমা ফমলমলিবত্থু নত্তুনা কনাস্থু লৈতে। কাশীদাসনা স্বামিজীগী নাক্তা চঙলকলগা মেহেরাল্লী সাহেব লাকই হায়না তপনা হঙ্গংলি। স্বামিজী মিৎ পাংথোকললকই, মেহেরাল্লীবু চেক উবদা মথুৎ অনী লোমৈ, মাগী নাক্তা হিদানত্থুমক্তদা ফম্বীয়ু হায়রকই। মেহেরাল্লী স্বামিজীগী নাক্তা ফমলে। তাকনকবা য়াওদনা কাশীদাসনা মুপা পাখংত্থুদা ঈঙ্গিৎ তৌত্থুনা মপাল্লোমদা থোকহনগ্রে, মহাকনা খুযারোমদা থারিবা ফক্তদা ফমলরে।

স্বামিজীনা য়াম্না তপনা হায়রকই,

"সাহেব লেঙবীরকপা য়ামনা নুংঙাইজরে। পাউ চেনসি হায়নরম্বনি। ঐগী পাউসি ফংবীব্রা ?"

"ভরাং মুমিদাং অথেঙবদা পাখং অমনা স্বামিজী তুশিনবদগী ভমদত্থুনা লৈরে হায়না তমলৈ। ঐনা লুহোংবা চংলুবদগী হল্লক-পদা মহাক ঐবু ঙাইরমই য়ুমদা—"

"ঐজ্ঞানা পাউ চেন্নখস্থু য়াই।"

কাশীদাসনা খুমই,

"সাহেবতস্থু হায়জরমলিবনি, ঐ কনাদা পাউ চেনসিগে খঞ্জরম্বতা ঙাইরি। ঐহাক চেঞ্জখদে। উমাপতিনা কৃপা তৌ-বীবনি স্বামিজী।"

"ও, মাগী কৃপা ঙাক্তনি।" খর শাংনা হোট্টে।

"করম তৌনা তুশিল্লিবনো, হকচাংদি থরা মুংঙাইবীরবা নত্রা ?"

"হৌজিক খরদি পোখারে সাহেব। কমদোনা তৌথিবনো ঐস্থু ভাব তাহৌত্রে। মুমিদাংরাইতুদা ঐগী মরুপ অমদগী চিঠি অমা ফংই। মতু পাবা লোইরগা মন্দিরদা চৎকে থোক-লকপদা কোক ভাওফিং ভাওফিং তৌখি, থোঙগী থোঙজিন পায়গে লামলমই। মথা করম তৌখিবগে অহুম ভাব তাত্রে। ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঐহাক ফম্মুংদা ময়ামনা লাইকরতুনা লৈরমলে। সাহেব অমুক্তং উন্নরবদি হায়বগী ভাইজররম্বনি, উমাপতিনা কুপা তৌবীরে। পাখং অমনা পাউ হায়রৈ হায়বা নত্তা সাহেব?"

"মানি, লুহোংবা লোইরগা হল্লকপদনি, ফনা থেঙলবা মতাংদনি।"

"ইবেম্মগী মমাল্লবী অহুল্লীরা?"

"মানি, স্বামিজীনা পীবীখিবা শেনফমতু মুমিত্তু মক্তদা অহুম পীজকই। লুহোংবতুদম্ভু মাগী মতৌগা মমাগী মতৌগা উক্লবদা পুকনীং, ওস্লোকনা নৌখি, য়ুমদা অমুক হল্লকপদা স্বামিজীগী পাউতুগা তারে, মুমিদাংত্তু ওস্লোকনা য়ানা লেনখি।"

স্বামিজী হায়রিবতু মরু লুক্কা তুমিন তাই। অতুগা হায়রকই,

"নোভম থোকই সাহেব,— ঐনা সাহেবপু ভাইজরমলিবসি লল্লাই অক্লবা য়া অমত্তং শিল্লজগে নীংবনি। য়ামনা য়ারগত্রা থঙত্রে।"

ঐজ্ঞা কাশীদাস ফমলম্বদগী হৌগৎলকই,

"স্বামিজী ঐ মীয়ামসি অমুক্তং উল্লরগা য়ারী য়াতাই শাল্ল-জরুগে।"

"ফরে ঐজ্ঞা।"

কাশীদাস মেহেরাল্লীদা তাকলমলগা থোকত্রে। মথোল্ল অনীতা ভাইহৌরবদা স্বামিজীনা মথা তারকই,

"য়াফমসি সাহেব ওইবগী হায়জগদৌরিবনি, ওস্লোকপা মতাং অমা ওইরে।"

"করিমত্তা চিংনবীগম্ভু—ঐহাক স্বামিজীগী লমন তোম্লিবনি।"

"ওম্বোকপা হায়বত্নি সাহেব। ঐগী ইংাকথক্কী মায়কৈমগী মৈহৌরে। ঐগী খুদোংথীবা অরাবা খোউফম কয়াদা শরুক য়াবীরকলবা ঐগী মরুপ অমা হৌজিক হৌজিক থানানা ফাত্না থমলি হায়বগী পাউ পীরকলে। মমিং মোবা মরীং কৌই, মোল্লাং মরীং খুনদগীনি। ঐগা লুনা তিন্নবা মরুপনি হায়বগীনি।"

"স্বামিজীগা তিন্নবা মরুপনি হায়বগী?"

"মানি সাহেব। ঐনা মুপামচা আমিমগী খোঙ্গুল লীবা ওমথিরবসি মাগী মপাল্লগীনি। মসি ঐহাক সাহেবত্তা ফাওবা তাকথিজরবনি, মহাকপু চেন্নবীরকজ্রা কিবদগী।"

"ও, অত্নদি আমিরবু ফাথিবগী রাফমগীয়া?"

"মত্নগী নত্তে সাহেব। ঐগী হাক্তক্কীনি। রারীত্ন তমজগে, শাংগ্রবা রারীনি। মহাকপু ওমথৈ লৈতনা ওংশীরমলগান নীংই। রারীসি তাবীরগা খণ্ডবীগনি।"

"তাকপীয়ু, করিমত্তা চিংনবীগম্ভু—"

"থ্বায়নদি ঐবু সাহেব ফাওবা য়াওনা স্বামিজী হায়না কৌ-বীরি। ঐহাক ওম্বোকনা লৈথা তারবা, তাকপাভম থোক্রবা ইরাল লৈরবা মীশক অমনি। ঐহাক অচৌবা মরাল অমগী অরাফম তারুরবা, হৌজকস্তু তারি হায়বা য়ারিবা কয়েদী অমনি।"

মেহেরাল্লী য়েংথংলকই,

"স্বামিজীবো?"

"মানি সাহেব, ঐহাক মী হাৎপগী দণ্ড ফংলবা মীশকনি।"

মেহেরাল্লী স্বামিজীরোমদা ইওক ওকনা য়েংলকই, স্বামি-জীনা মথা তারকই,

"য়ামনা তাইওম্নরবা মিঙ্গৌ অসিনা ঐবু ওম্বোকপা ফিভমদা থম্বীরে—। ফনা কুইগ্রবা, ওসিদগী চহী কুনমুক্কী মমাংগী রানি

সাহেব। ঐগী হকপাম্নরিবী মুশীবু শা। ভাগুম নমহান্নুনা মশা শোকথিবগীদমক লমচৎ নাইত্রবা মুপা অহুবু ঐনা য়ামনা শাখিনা ফুরমই, মতুদা মহাক মথৱায় থাখি।"

মেহেরাল্লী য়ামনা ডকনা য়েংখৎলকই।

"বিচারগী মতমদা ঐবু মীহাৎপগীদমক প্রাণদণ্ড পীরমই। মথক্কী কোর্টনা পুনসি চুথ্নগী মিয়াদ পীবদা ওস্থোকপীরমই। চহী অমরোম মণিপুর জেলদা থম্নবগী তুংদা ঐবু হায়দ্রাবাদ জেলদা পুরমই। ঐনা নীংলম্বা পুম্বা পুমতোই তোইনা মাঙখিরমই। ঐগী পিকলিবী, অমত্তা ডাইজবী, ইচাম্নুপী অহুগা মরাইবক থীরবী মমা, অনীসিগী মৱা মপাউ অমত্তা তাদনা চহী তরেৎলোম লৈরক্ক-বদা ঐহাক অঙাওবমক ওইরমই। পোক্লমদমবু নীংশিংলুবদা ঐহাক লৈফম খঙলমদে। ঐহাকে শিবগে হায়না চপ য়ুংলমই। অহুবু লাইবকনা শিম্নু হায়বা তমদবরা খঙদ্রে, ঐগুম্বা ওক্কবা কয়েদী খননা জেল থুগায়হুনা চেম্নবগী ৱা তাম্নবদা ঐবুস্নু য়াও হায়রমই। শিবগী মহুত্তা জেলদগী চেম্নবা হোৎনবদা লাইবক য়েংবনা করে খল্লমই, ৱা তাম্নবদা য়াওরবনিনা লৈহৌরবস্নু ঐহাক ওস্থোকপা ফিভমদা লৈবা তাবনিনা ঐহাক য়াওদবস্নু য়াখিদে। নোংমৈ ঙলীগী মরক্কগী উচিন নাচিন নাস্থোক্কনা ঐখোয়গী থৌরাং মায়পাকলমই। অহুবু লমিৎ তুমিৎ নিংথিনা খঙদবা ঐনা ঐখোয় মশেন কায়নরকলবদা ইশা ইরোমদোম লোৎপা ওই-থোকখিদে। ঐখোয় তরেৎকী মনুংদা ঐগা কয়েদী অমগা ঐখোয় অনী মুমিৎ মঙা তরুকনিরোম লৈরগা জঙ্গল অমদগী ইরাই লাইনা ফারমই। মতুগীদমক অমুক ঐহাক চহী নিপাল মিয়াদ তারমই।"

মেহেরাল্লী অস্নুম তারস্বদগী স্বামিজীদা য়েংখৎলকই। স্বামি-জীনা পোথা পোথা শমথরকই,

"ঐগী মুংশিজরবা পোক্কফম ইরৈবাক অসিদা অস্নুমনা অমুক

হল্লকনি হায়বা ঐহাক থাজরুদ্রে। ঐগী ইরান্না, ঐগী বর্মনা, ঐনা ফংজবনি হায়বা ঐহাক থাজরমই। পুম্নমক থাদোকলগে খন্দুনা জেলগী কয়েদীশিংগী স্কুল অতুদা ঐহাক লাইব্রিক লাইস্মু তম্বা য়াওরমই, সংস্কৃত হিন্দী তমলমই। ঐখেৎয়গী ওঝাদু ধর্মগী মরমদস্মু কুপনা খঙবা মীওই অমনি। মহাকনা ধর্মগী য়া, লাইনীং লাইশোনগী য়া কয়ামরুমস্মু ঐঙোন্দা তাকপীরমই। অদুবু—"

স্বামিজী মখোল ফাইরকই, মখা তারক্তে। মেহেরাল্লী স্বামিজীবু য়েংলগা মরু লুকথৈ, করিমত্তা হায়রক্তে। ঙাইহাক লৈরগা স্বামিজীনা মখা তাথরকই,

"কাওরগে খনখিবা ইরৈবাকপু মুংশিজবা, ইচাবু মুংশিবা, মুপীবু মুংশিবা কাওবা ওইথোকখিদে। কাওগে খনবা অদুমকনা অমুক নীংশিংহল্লে। পাপ চেনবগী হৌনব্রা খঙদে। সঙ্গী দোষরা অদুস্মু খঙদে। নোংমা ময়াম চাক চামিন্নবদা ঐগী শক্তা চুদাগা হায়ফেৎ মান্নবা কয়েদী অমগা থেঙনরমই। অহানবা হেক উন্নবদা মৈতৈ মচাবা হায়রা খনবদগী মাবু ঐনা অমুক্কং য়ারী শাগে খল্লমই। মহাক মুমিৎচুপ্পা য়াখন্না ফুম্বংনবগুম তৌই। মহাক মৈতৈ নংলমদ্রে। খঙনবা হৌরুবদগী ঐখোয় অনীগী মিয়াদ তারকপগী য়ারী শান্নরমই। ঐগী নীংবা কায়বদু উবদা মহাকনা মাদি থা অমরোম লৈরগা মাগী মিয়াদ লোইরপনি অদুবু করিগুম্বা ঐনা পামলবদি মহাক্না ঐগী ইহুং শিন্দুনা লৈহৌরগা ঐহাক চংখিবা য়াগনি হায়রমই। ঐহাক থাজরমদে অদুবু মহাকনা তত্তনা য়াফমদু তর্কশিল্লমই; অদুগী মথক্তা অশেংবা কয়েদীগী মহুৎ শিন্দুনা লৈহৌবা অশাবা কয়েদী অমগা ঐগা উন্নহল্লমই। ঐহাক মাগী য়াদু থাজবত্তা নত্তনা অস্মুম অস্মুম পামলকলে। ইচাবু উন্নীংবগী মৈচাক হেঙ্গংলকলে। তৌবগীদি অস্মুম তৌবা তারবদি শর্ত অমা য়ানবা তায়মই। য়াদু পংলু লুবা নত্তে। করিগুম্বা ঐনা

চৎপা তারবদি মাগী চিঠি অমা মাগী মরাইবক থীহৌরবী থুপীহুদা পীরবা অসিতনি। চৎনীংলকপনা হেন্সিল্লকপদগী মতুগী অক অক্লাই থিদনা ঐহাক রাকমতু তৌগে য়ারমই। অঙকপনি সাহেব মাগী থাদোক্কদোবা থুমিৎ নোংমা নীনি রাংলিন্ডৈদা ঐগা মাগা ঐখোয় ঐখোয়না লৈনরিবা কাদা ওস্লোকনরমই। জেল মফুংগী মীরা মপানগীরা খঙদে মীওই অমা অনীনা মতু তাননবা শিল্লমই।"

"জেল মফুংমক্তদা, অতুপ লায়না?"

"থুপাতু অরায়বা মী নৎলমজে সাহেব। অচৌবা স্মগলর অমগী মী ওইরমলে। পৈশানা ভমদবা থবক অমত্তা লৈরমজে। মহাকনা মাগী থুপীদা থাগদোরিবা চিঠিতু মহাকনা মামথ্রবা শেনফম অমা লোক্তুনা থনম্বা মফমতু খঙহন্নবগী ওইরমলে।"

"মহাকনা লোৎলম্বা?"

"মানি সাহেব। মহাকনা মৎপা হায়গত্রা, হাৎপা হায়গত্রা অচৌবা শেনফম অমা মহাজন অমদা পীগদৌবতু পীদনা থৈদোকতুনা লোৎলমনি। অতুগী মহাকনা ঐগী ইহুত্তা জেলদা লৈহৌগে হায়রিবতুনা মহাকনা করিগুম্বা শেলতু মাগী থুপীদা খঙহনজিনৈদা মহাক মপান্দা থোকলকপা তারবদি মহাকপু হাৎখিবনা হানগত্রা হায়বসিগী ওইরমলে। শিরবমু মাগী থুপীনা শেলতু ফংজহৌরবদি ফরে অসিনি। মসি ঐখোয়না ঐখোয়গী কা ওন্নবা লোইরবা মতুংদা ঐগোন্দা তাকখিবনি। মতমতুদা ঐনা রাকমতু হনদোকপা তারবদি ঐস্মু মাস্মু জেলদগী চেনপে তৌরমই হায়বগী দণ্ডি অমুক ফংবা তারমই। মাগীদি মতুস্মু মরাইবক ফবা খোঙফম অমনি, ঐগ না অচৌবা দশা। মহাকনা অসিমস্মু খঙহনখি, ঐনা হেক থোকখিবগা ঐস্মু থুপা অমনা শোয়দনা ভাইরমগনি, মহাকনা ঐগী চৎননবগী খরচ পীগনি অতুগা ঐনা ঐগী তৌফম থোকপা ইথোতু তৌরা হায়বতু মহাকনা শেমগনি, মাগী থুপীগী লৈফম

মহাকনা ভাক্কনি, অসিনচিংবা। ঐহাক ইরায় লায়না চুমথ্রিং অতুম থাদোকলকলে। জেলদগী থোকলকপদা মহাকনা হায়বগুমনা ঐবু ঙাইরমগনি হায়বা মুপাতুনা জেলগী গেট্রগী পংলাপ লাপতনা ঐবু ঙাইতুনা লৈরমলে। ঐনা মাগী রা মতুংইন্না কাশী তান্না চত্তুনা মাগী মুপীবু থিবদা কয়া রাখিবা, কিখিবা অঙকপনি। মহাকনা হায়না ঐনা রাগদোবতু তাকথ্রবনি, অরাইবা থবক নত্তে হায়বসু থঙহনখি। মাগী মুপীতু তাপ উন্নবা ফংখিদে। মহাক ঋষিকেশকী লম্বীদা অচৌবা মহাজন অমগীদা কোল্লীক রাইরম লেংবগী থবক তৌতুনা লৈরমই, মচা অনী চেল্লি। মাগা উন্নরবা মতুংদা মহাকনা ঐবু মথুংদোনা য়ামনা ইকাই খুমনবীখি। থোঙচৎ অসিদা ঐ ঋষিকেশ কাওতুনা কেদরনাথ দর্শন ফংলকই, মফমতুদা ফনা শাংনা লৈরকই। স্বামিজী অমসু থেঙনরকই। মহাকনা ঐগী অমম্বা কয়া কোকহনবীখি। ঙসি ঐনা পুন্নমক থাদোক্কে হোৎনজরিবসি মাগী মপান্দগীনি। শাংগ্রবা রারীনি। ঐহাক মাগী মনাক্তা অমুক হন্নক্কনি হায়রমই।"

মেহেরাল্লী অঙকপগা লোইননা রারীতু তারি। ক্রিগুম্বা অমা হংনীংবগুম তৌই অতুবু মরক থংলক্তে। রারী মখা ঙাইতুনা লৈ।

"ঐনা চিঠিতু পীরবা মতুংদা ঐগী য়ুম য়োনবগীনি হায়তুনা অচঙবা থরচদগী হেন্না মহাকনা পীরকখি। অতুবু ঐহাক অচৌবা মরাল অমা নম্বো পোরি হায়বতু থক কাওবা ঙমলমদে। মণি-পুরলোমদা মায় হেক ওন্নকপগা ঐনা তৌরিবসি করিনো হায়না ঐহাক নীংঙমলক্তে। অতুবু মতু কান্নদ্রবা রানি।

"হৌজিক ঐহাক জেল অতুদগী নাম্বোক্তুনা চৎত্রে হায়বসি মণিপুরদা পাউ য়োরকলবমাল্লে। ঐবু অমুক ফাননবা হোৎন-রকপদা ঐবু ফংননবগীদমক ঐগী মরুপ মরাল লৈত্রবা মোববু

ফাগ্রে হায়বগী পাউ ঐহাক ফংলে। মোববু য়ামনা ইকাই খুম্নবা মীশক অমনা ঐঙোন্দা চিঠি পীরকলে।"

"স্বামিজীগী মহুত্তা লৈহোবা মুপাহ্নুনা ?"

"মহাক জেলদগী নাম্থোক্তুনা চেনখিবদগীরা নত্রগা মহাকনা হায়দোকপদগীরা হায়বহুদি ঐহাক খঙব্রে। খঙগুবগীসু কায়ব্রে। মহাক চেল্লমগনি হায়বদি ঐহাক থাজদে, মথবায় পাম্মুরমগনি। অহুবু কনানা খঙগনি মহাকনা ঐঙোন্দা হায়খিবহু পংহায় হায়জিনবসু ওইরম্বা য়াই। জেল মনুংগী অমোৎপা খোদোঙ্গু খঙলকপদগী থিগৎনরকপদগীসু ওইবা য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হৌজিক ঐহাক নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে হায়বসি মখোয় খঙলে।"

"স্বামিজীনা মফম অসিদা লাকলবা মতুংদা কনা কনাদি উন্নবীগ্রে ?"

"ঐগা উন্নখিবা হায়ববু ঐগী মরুপ মোবতনি। অহুসু মুমিদাং অমা উন্নবদগী অমুক উন্নরুদ্রি। ঐগী অশেংবা কনাসু খঙদ্রি। মসি লোৎনবগীদমক সাহেবতা, অমিনাদা, আমিরদা ফাওবা ঐগী ইমিং অশেংবা হায়খিদে, ঐগী লৈফম তাকখিদে। ঐনা আমিরবু থাপনা— য়ামনা থাপনা পুখোকলমই। অহুম তৌরমদ্রবদি মহাকপু ফারমদবসু য়াই। অহুগা মহাকপু ফারমদ্রবা ঐনা তৌখিবা পাপ অহুগুম্বা অমমুক লঙশিল্লম্বসু য়াই।"

"স্বামিজীগী অশেংবা মিংবু ?"

"ঐগী মিং সনাহল কৌই।"

মেহেরাল্লী স্বামিজীদা য়েংথংলকই।

"আমিরগা কায়নরবা মতুংদা মুমিদাংদা ঐহাক ঐগী য়ুমদা চংলমই। ঐগী মুপী অতোপ্পা 'মদা মমুম পাল্লমলে হায়বা মতমহুদা খঙলমই। অহুতা নত্তনা ইমুংহুদা বারী শাম্নরম্বহু

তাবদগী আমিরবু গুণ্ডাশিং অতুনা ফাতুনা পুক্রে হায়বসিসু খণ্ডখি। সাহেব—"

স্বামিজী স্বর ফুইরকই, মরোল ফাইরকই, তথক তথকই; অমুক মথা তারকই,

"অশেংবনি সাহেব আমির ঐবু কনবীখিবা ঈশ্বরমক ওইখি। ঐবু সাহেবহোয়না কয়াদা থাক্সবীখিবা, ঐনা মীনমবদগী আমিরবু, সাহেবহোয়বু কয়াদা ঝাহনখিবা। মতু হেক খল্লুবদা শিরবসু ফরে আমিরবু কনগে হায়বসি ঐহাক চপ মুংলমই, ঐহাক অতৈ অমগী ঝাখল চঙলমদে। ঐনা নীজখি উমাপতিদা মসিমক্তুং ঙমহনবীয়ু হায়না; ঐনা অসিমসু নীজখি ঐগী ইরানগী ফ.ফম খোকপা পুমনমক ফংহনবীয়ু অতুগা মাগী সনা চরণবু অমুক্তং দর্শন পীনবীয়ু হায়না। হৌজিক পুমনমক ফংহনবীরে, কৃপা পীনবীরে। অসিদগী হেন্দোক্তুনা চহী নৌনা হুন্দোকলমগবী ইচাগী মশক উরে, মহাক মপুরোইবগী মনাক য়োৎথ্রে হায়বা তারে। মপা ওইবনা করি অমুক পামখিগনি।"

"ও! ইচানুপীগদি উন্নরেদনা অতুদি?"

স্বামিজী নোক্তুনা হায়রকই,

"সাহেব, শংবানবীদো ঐগী ইচানি।"

মেহেরাল্লী ইঙক ঙকনা য়েংথংলকই, অতুগা শোম্থাংননা শোনবগুম হৌই,

"ও! শংবানবী!"

"মানি সাহেব; মীহাৎপগী মচানি হায়বা কলঙ্কনা মহাক মপুনসি চুপ্পা মুমবানথীবী ওইনা মাঙলগদ্রা ঝারমই, মচাগী ঈ খুজোক খুজোক থকপগী পাপ ঐ হৌজিক কোকলে। ঐগী মুপীনা মমুম অমুক পাল্লম্বা পানফম খোকই থাজরকলে। মুপী ওইবীনা মুপাগী মপান তাংবা নত্তনা কারাম চাওরবা মুপাতগী ওইরবা

সমাজ অসিদা মরোমদোম করম হিংবা ওমগনি? মপুরোইবা লৈনা লৈনা মহাকপু খুঙ্গোইনখিবদা সমাজ অসিনা কুপ্নে ওইনা য়েংহুনা লৈখি হায়বা ঐহাক ইশানা খঙব্রে। মহাকপু লৌবীরিবা মুপাহুনা মমা মচা মখোয় অনীবু ঙাকপী শেনবীহুনা ঐনা পাঙ-থোকফম থোকপা ইথৌ মহাকনা পাঙথোকপীরমলে। পংবদগী ঐনা মাবু অহানবদা য়ারৌরমই। অচুম্বনি সাহেব ঐনা মুমিদাং-হুদা আমির ফাখিবগী য়াসি মখোয়না ঙাংনবদগী তারমদ্রবা, ঐগী অশাঙবগী মৈহৌহু করি ওইরমগদগে ঐহাক খঙদে। মহু লাল্লে হায়বা ঐ হৌজিক খঙলে। মহাকপু থাগৎফম থোকই থাজরক্লে। মাগী মপানদগীনি ওসি ঐগী ইচামুগীনা মতীকচাবা মপুরোইবা ফংজরিবা। ঐহাক উমাপতিগী চরণতবু কোন্দুনা ঐগী পাপ কোকহনবীযু নীজনীংবনি অহুবু য়াদ্রে। ঐনা লানখিবা ইরানগী প্রায়শ্চিত ইশানা ফংফম থোকই। ঐগীদমক করিগী ঐগী মরাল লৈত্রবা মরুপপু চেন্নফম পোকপগে। ঐগী ইশাগী কেশতা মহাক ঐগীদমক চোংথোক্কুনা হোংনবীখিবা মঁনি হায়বা থানানা খঙ-ব্রবনি! ঐহাক ইশা চোংথোক্কুনা ঐগী মরুপকীদমক মায়রোং য়ারগে লেপলে। মসিগীদমক সাহেবতা ঐগী ইতেং পাংবীয়ু হায়জনীংবনি।”

স্বামিজী য়া মখা অমুক তারকখিদ্রে। মেহেরাল্লী য়ারীহু তারগা এস পি না মঙোন্দা নোংমা তমখিবা য়াফম অমা খংনীং নীংশিন্নকই। স্বামিজীদা য়েংখৎলকই; হায়রকই,

“ইশা চোংথোকপীরগে, সরেন্দর তৌরগে, অসিনি তাক-পীরিবসি?”

“মানি সাহেব?”

মেহেরাল্লী ঙাইহাক খল্লানৈ অহুগা হায়রকই,

“য়াফম অসি অরাইবা নত্তে। চোংথোকলবা ফাওবদা

মোববু থাদোক্লবস্নু য়াই।"

"মখোয়না থিরিবা মীশক ফংলবদস্নু ?"

"স্বামিজীনা হেক চোংথোকলুবদা আমিরবু ফাখিবগী ৱাকম শোয়দনা নীংশিংনরক্কনি। লোইননা মাবু করম কল্লকখিবা, কনাগী মতেং লৌরকপা পুমনমক থোকলক্কনি। মতেং পীরকপ-শিংদু সরকারনা কোইতান তাম্নরিবা লালহৌবনি হায়না লৈরিবা কাংবুনি। মখোয়গী থৌদো থোওং ফনা শেংলবস্নু, অচুম্বা ফনা ওইরবস্নু, মখোয় হৌজিক্তি সরকার অসিগী য়েক্লবা ওইরি। ঐখোয়না মখোয়বু কনখৎলে ঐখোয়বু মখোয়গী মীনি হায়না চার্জ তৌরক্কনি। পুমনমক অসি কুপশিনবা ৱাগনি, কুপশিল্লবা ফাও-বদা মোবগা স্বামিজীগা লৈনরম্বা মরীদু থিগৎনবগী তাঞ্জা মখোয় ফংলবনিনা থিগৎলক্কনা খক তোকলোই। অদুবু করি তৌবা ৱাবগে হায়বদু ঐ অমুক্তং য়েংজগে, স্বামিজীস্নু খম্নবীয়ু।"

"ঐগীদি হায়জগ্রে। মদু ঐগী অরোইবা ৱারেপনি।"

"ফরে ৱা অমতংগা হৌদোকচগে, করিগুম্বা স্বামিজীনা চোংথোকপা তারবদি ইচানুপীদস্নু অমুক্তং খণ্ডহনবনা ফরোইদ্রা ?"

স্বামিজী ঙাইহাক খনবগুম তৌই, অদুগা হায়রকই,

"মদুগী মতম নত্রবমাল্লে নীংই সাহেব। কনা কনাস্নু খণ্ডদনা ঐহাক চৎখিবা পামলে। নুংশিজরবী মৈত্রবাক থাদোক্লম্বা তারে। ঐগী ফত্রবা লমচং অসিনা ইচানুপীবু খুদোংথীহনবস্নু য়াই। মহাক মযুম পানগ্রে, শাগৈ অমগী মৌ ওইগ্রে। মহাক কনানো হায়বা ইমুংদুনা শেংনা খণ্ডলমদবস্নু য়াই। ঐগীদি ঐগীনি। মসিদা ঐনা করমনা কাইহৌরুগনি সাহেব ? ঐহাক ইচাবু নুংশিদবা নত্তে, ঐহাক মপানি। মানা ঐবু মপানি খণ্ডলগা মহাক হেন্না ৱাগনি। ঐ শিরবস্নু মদু পামদ্রে !"

স্বামিজী স্বর ফুইরকই; তথক তথকই।

"স্বামিজীগী অপাম্বদা ঐনা করি অমুক হায়জগনি। অদুবু অমুক্তদি খল্লবীখো। লৈম্বিবা ফিভম অসিদা স্বামিজীগী পাঙ্গল কলহল্লীংই। ডক্তর অমত্তং তাম্লসি। পাঙ্গল কল্লবদি খুদোং চাবা হেনগনি।"

"মতুগী করিস্থু চিংনবীগম্মু, মোকপী অম্বাবা হেক কোকপা হুমিত্তা ঐগী অনাবা পুম্বা কোকখিগনি। থিনা তুশিল্লুবদগী হকচাং খরা শোম্বনি। ডক্তরনা য়েংত্রবস্থু য়াগনি।"

মেহেরাল্লী মামনা মুংঙাইতনা বাফমতু অমুক তকশিনবা ঙম-ত্রবগুম স্বামিজীদা য়েংতুনা লৈ। স্বামিজীনা অমুকস্থু শোল্লকই,

"মরাল লৈত্রবা ঐগী মরুপতো ঐনা ওম্বোকনা বাহল্লে। হে উমাপতি মোববু অমুক্তদি কনবীয়ু, ফংফম থোকপতু ঐবু ফং-হনবীয়ু। ঐনা অসিমস্থু খল্লমই মহাক্কা তাম্লরগা চীং মানদা কোইলোৎ লোৎতুনা লৈহৌবা ইরৈবাক মচাশিং অদুবু অমুক্তং হায়জরগা সরকার অসিগা শীংনবগী মহুত্তা মখোয়না পাম্বতু শেংনা হায়দোকহল্লগা সমাজ অসিদা অমুক পুশিল্লকপা য়াগত্রা। অদুবু হৌজিক্তি মতু অরেম্বা ওইরে।"

স্বামিজী বা মথা তাবা ঙমদনা খর থবেৎ থবেৎ হোল্লি।

মেহেরাল্লী মরু লুকনা তারম্বদগী থংয়েং য়েংখৎলকই। ঙাইহাক লৈরগা তপনা হায়রকই,

"পোথাবীয়ু স্বামিজী ঐ থঙজরে। ঈশ্বরনা শোয়দনা থো-জানবীগনি। পুকনীং লৈত্তানা পোথাবীনবা তৌবীরো, ঐস্থু চৎচরগে। ঐনা ঙম্বা হোৎনজগে।"

"ফরে সাহেব, সলাম তৌজরি।"

"সলাম স্বামিজী।"

মেহেরাল্লী শঙ মম্লুংদগী থোকলকলে। কাশীদাস মন্দির মনাক্তা মুংগুক মুংজাননা ফমলম্বদগী মেহেরাল্লী থোকলকপা উবদা মাগী নাক্তা লাকলে। ঐজ্ঞানা হায়,

"সাহেব, স্বামিজীগী পাঙ্গল য়ামনা শোম্ভখিবা অসিদা মুংশা-থীবমা পোকলে। নহান মখৈদি মুমিদাং ব্রত কৎলবস্থ চরা নাম্মদি অহুম ফংবীরমই অহুবু নহান তুশিনথিবা মুমিত্তগীদি চরা অমত্থু ফাওবা নিংথিনা ফংথিজে। চিঠি অমথক ফংথিবা অহুদগী হুকচাং শাথীনা শোম্ভখ্রে, মুমিৎচুপ্পা কপতুনতা মরেরে। করিনো তৌভম থওজে। সাহেবনা উপায় অমত্তদি।"

"ঐস্থ নীংশিংজরিবনি ঐজ্ঞা। ডক্তরগা তাম্নসি হায়বস্থ য়াথীজে। অবস্থা অসিদা করমনা নম হাহুনা?"

"স্বপ্নগী চরণামৃতদং ফংবসিনদি।"

"ঈশ্বরনা তত্থা অমা লৈরমলগনি।"

কাশীদাস মথা তাভম থওদনা অহুম লৈহৌরে।

## অরানিপানশুবা

মেহেরাল্লী স্বামিজীনা তমখিবা ৱারীত্র্ তাক্লবদগী তাইবংপান অসি ইওন ওন্নরবগুম খল্লকই। ৱাফমছু অয়াইবা নত্তে, অছুদি করিগীদমক মহাকনা অঙম্বা মতেং পাঙ্গে হায়রকই, অসিমস্নু খল্লি। ৱাহ্ণ ভাগ্রিৰৈভে মমাং অস্নুপ হকপা ৱা ওইরমগনি করম খঙগনি? তাক্লরবা মতুং ঙম্মোই করম হায়গনি? মাবু থাজবদগী অথাকপা লৈতনা হৈদোকলকখিবা, তাবদা ৱারবা, অকি, ভুজুংবমক্তনা থল্লবা অস্নুম থোকনি থাজখ্রিত্রবা থৌদোকশিংনি। মীহাং মীপুনগী থোথোক ৱাথোক কয়াগী ৱা মশাগী থবক শিনফম মতাহুনা মহাক হন্না হন্না তাগ্রে, খেঙস্নু খেঙনগ্রে, অছুবু অসিগুম্বা পরীং অমত্তদা অরানবা অমদগী হেন্না লানবা অমদা অস্নুম অস্নুম লঙজখিবগী থৌদোক মহাক থক খেঙনখিগ্রি। লাইবকনা তম্বা হায়বছুম্রা? মীওইবা অঙকপা মথলগী জীব অমনি, হায়নবছু চুম্বা তাত্রা? অস্নুপ তমথীবা শাজং। সমাজ অমিগী শাজংনয়া, আইনগী অরানবা লৈবনরা, নঙগা মতম অসিমকনা পুরকপা লায়েংবদা ৱারুগদৌবা লাইচং অমরা— মহাক থনফম থোক্কে।

লৌরী-য়ুমকম-মতু-মচা কাদা লণ্ডজবা, লমন খুম্বগী অথাকপা লৈতে হায় অহল লমন্না। অসিগুম্বদা য়োৎচৈ কারন চনফদে য়ারক থোবাউনৈ। অচুম্বনি মশাগী হকচাং তন্থায়নি হায়-নরিবা মাগী হকপান্নরিবী মুগীবু মপুরোইবনা হিংলিডৈমক্তদা করেম কথাইনবদি লাইরহ্বনা অত্থপ মুংশিহৈতগী শাজৎ। মেহে-রাল্লী মী পুম্নমকপু কিদবা ওমলক্তে। মসিগী মরীদগীনি মাগী মতেং নীরকলিবা।

মহাক ময়ুমলোমদা হল্লগে লাকপনি অত্থবু ময়ুমলোমদা চৎপগী মহুত্তা পুলিস হেড কার্টরলোমদা গাড়ীহ্ন চুমত্রিং থৌগৎ-হল্লে, এস পি গী ওফিস মক্তদা। হওড্‌বদা এস পি সাহেব লৈরমদ্রে, অথুবা থবক অমগীনি হায়হ্বনা চথোকত্রে তাকপী-রকলে। এস পি, সি আই ডিগী য়োমদা অমুক লাকলে, অত্থমসু ফংদ্রে। হায়রিবা পাউসিগী লীথুন অমত্তং ফংবা য়াবা য়াই থনবা ওফিসারশিংগী থোঙ্গুল তাকথ্রবগুম কনা অমত্তা থীবা ফংখিদ্রে। তান্নবা য়াবা রেঙ্ক ওফিসারশিং মফম অমদা পুল্লপ পুনশিন্নখিবগুম মীর মথোঙ মাওথিবগুম তৌই। মেহেরাল্লী মুংশাথীবমা পোকলকই। অত্থমকপু অরোইবা ওইনা ফাখি হায়বা মোবা মরীং জেলদরা, লোক অপতরা কোইথী থীরকই। অরেম্বনি। ময়ুম য়োরকপদা স্বামিজীগী পাউ হংই অমিনানা। মাগী মশা থরা শোকনা উই, ডক্তরনা লায়েংবা মশানা য়াদে অসিতমক তমই, মথা তাদে। অমিনা হংনীং হংনীংনা মপাগী মতৌহ্বদা হংবা ওমদে। নোংমাহ্বম অম্নমনা হৌদ্রে।

মথং মুমিত্তা ড্রাইভর হেক য়োরকপগা চাক চাবোই চাদবোই চেঞ্জা চারগা মেহেরাল্লী ময়ুমদগী থোকলকলে, ড্রাইভরদা তাক্ত্না চীংজুম তুরেলগী রাংমদা তাবা মোল্লাং মরীং খুল্লোমদা মুংশিংকী মাং থানা গাড়ী থোইহল্লকলে। থিন্দনা য়োরকই শাবা কুইত্রিবা

থোং ; থোং হেক লাম্হোকলকপগা অরাং পাংবরোমদা চৎথ্রিবা লম্বী তুখুম লীহুনা অমুক থৌগৎলকলে। মিকুপ খরগী মতুং চীংজুম তুরেল ফনা তামহৌরে, অরাপ্পদগী উরকলে চীংমক নত্রবস্থু চীংমচাদৌগুম তোংন্তক তাবা মোল্লাং মরীং খুনগী পম্বে তাকপা, চেনশিল্লকপগুম উরিবা, রাপন উপনশিং। অমুম অমুম থৌজিল-লক্কনা খুনগী পম্বোং মনাক য়ৌরকলে। গাড়ীহু থাপতক থারগা মেহেরাল্লী মথন্তা গাড়ীদগী কুমথরক্কনা পম্বোং মনাক অহুবাইদা লেপনহুনা মাবু য়েংনরিবা অহন নহা খুঙ্গাশিংহুগী মরক্তা চঙলকলে ; অহল ওইরপ তৌবামাদা হংই,

"ইপা, খুনসিদা লৈবা মোবা মরীং হায়বহুগী ময়ুমহু খঙবীব্রা ?"

"উম খঙই।" খুমই অহনহুনা—

"ময়ুম অমুক্তা তাকপীবা য়াগব্রা ?"

"উম চৎসি।" চৎগদৌবগী শেম শাই অহন্দু। নহা পাখং অমনা চিঙৈ হায়রকই, "মাদি য়ুমদা লৈতে।"

"কদায় চৎখি ?"

"জিরিবাম চৎকনি হায়বনি। চৎপ্রা খঙদে।" অহন্দুনা হায়, "চৎসি, ময়ুমদা য়েংসি।" অহন্দুনা চিংহুনা পরপ পরপ চথৎনৈ। লৈরম্বা মথোয় অনী অহুমস্থু মখোয়গী মতুং ইল্লকই। খুনগী চিদাইগী লম্বী মচাহুদা ফনা শাংনা লাক্লগা খুনগী অরাং ইথং থংবদা নাইতোম মথন লৈরিবা য়ুম অমা তমনা মখোয় ময়াম্মক চঙলকলে। থোং শো লোন্দুনা লৈরম্বহু উই। অহন্দুনা হায়, "শো লোল্লে, মশা লৈতে।"

"ঐঙোন্দা জিরিবাম চৎকনি হায়বনি।" অসাইগী পাখংহুনি হায়রকলিবহু।

"কনানা হায় ?"

"মোবাদা।"

"কৈদৌডে চৎখি?"

"ঊদে।"

মুক্তুগী মনীংদা লৌ তোং অমরোম লাপ্পা লৈবা মুমচুদগী মীয়াই চল্লবা মুপা অমা ময়ামচু উবদা পরূপ পরূপ চেল্লকই। মাসু য়াওরৈ লাংনবচু। অহন্দুনা হংই মডোম্বা,

"মং থগুত্রা, মোবা কৈদা চৎখি?"

"খণ্ডদে—" মথুৎ থেক্তনা পারগা অমুক হায়রকই, "ঙসি মুমিৎ মডানি শুরে উদবা।"

"চিরিবাম চংকনি হায়রমই হায় মানা," পাখংচুদা ওনশিল্লগা হায় অহন্দুনা।

"উম হায়বনি, চৎখিবরা খগুদে।"

কনা কনাসু খগুনত্রে। মেহেরাল্লী তৌভম খগুদনা অতুম হল্লকলে। মাগী ওফিসলোমদা লাক্লপা কোট্রা চতুনা নোংমচুগী কেশ লেপকদৌবা থবক থানা কয়া পাঙথোকলুরে, মুমিদাংয়াই পুলিস হেড কাটরলোমদা অমুক চংলুবদসু এস পি গা উন্নবা ফংত্রে, অরুবা থবক অমগী ইস্কালোলদা চৎখিবদা মঙাইরি হায়রে। মথা থাবা ওফিসারশিংসু রাফমসিগী মরীদা ইখঙ খগু-নরমদে। মমুমদা হল্লকই হায়বা মঙাই মহাক অঙাওবদৌনা তুমিন অতুম মরৈ। মাগী মত্তোচুদা মচাশিংসু হগোইবমা পোকই পাক হেক হংবা ঙমদে। অসুম থল্লুরগা রাফমসি চৌংথ্রাও-পোকপী অসোমদা থীরনা ফংগদৌবা মাল্লক্ত্রে, এস পি না অতুঙৈ হায়খিবা স্টেটকী ইন্তরেষ্টনি হায়বচু থংনীং নীংশিংলকই, ডিস্ত্রিক্ট লেভেলদা খগুকম থোক্তে থাজরকলে। মথক্তা তকশি শোল্লি। অথোবা শঙাই মথোক ইৎপা ঙমদে হায়বচুমক থোকলে, মরম্মাই থোক্লবদি ঙাওভম থোকপনি।

মথং মুমিত্তা ওফিসকী থবক থৌদাং পুন্না মখাদা লৈবা ওফিসারশিংদা শিন্নরম্লগা ইন্ফ্যমেশনদা ভনহাই হাইগংলে। মকমতু মোরগা মশাগী থাক মশা মথক্তা থগুজরকলে, মহাক পব্লিক প্রোজিক্যুটর ওইজরবস্ম ডিস্ট্রিক্ট লেভেলগী ওফিসারনি, সর-কারগী লোইশঙ খুদিংদা হাহং পাউহংলুবদা মপাঙ্গল ইথোক থোকলক্কে। অতুমকপু মহাক্কা হান্না থবক শিনফম তিন্নবা কাং-বুদগী চীংখু ওপোকপীদগী চীংমী অমা ফারকই, অরুবা কেশ অমগীদমক হৌজিক হৌজিক সিনিওর এস পি অমনা ইন্তরোগেশন তৌরি হান্নবগী পাউ ফংলে। মমুগদাফাও পাউ অমুক পীরুদনা মহাক মুপাতু মোবামকলা থগুনবা ইন্ফালদা মুমিদাংতু পুলিসকী গ্যাষ্ট হাউস অমদা লেক চাতুনা লেম্লে। নোং হেক গুানবগা মফমতুগী পব্লিক প্রোজিক্যুটরগী মতেংদগী কাইনথংদা ফারিবা মুপাতু মোবনি হায়বসি চপ চানা থগুবা ওমলে। মহাক ওইবগী থগুলবা হায়বতুনি। মশা উম্নবগী হাদি লাইরতুনা মহাক কদাম্নদা থমলিবগে হায়বা ফাওবা থগুবা ওমজে।

মুমিত্তু মক্কী মুমিদাংদা মেহেরাম্নী মধুমদা মামনা নীংবা কায়না হল্লকই। নূর বেগম, মচা অনীমক কপ্ল-লাউনরমলে; মাবু উবদা মখোম্ন পুন্নমক হরাউনৈ। অমিনা মপাগী মতৌতু উবদা মমাবু অতুগা মোপ্লাবু মপাগী চান থরুবা শেম শারুনবা থেমতুনা মমুংগী কাদা থাজিনখ্রে। মপাগী মমায় মমিৎ তাথোক্লবা ঈশিং পুথোকলক্লুনা থমলরে। মেহেরাম্নীসু মশাদা লিংলিবা কোট অতুতং লোথোকলগা মমায় মমিৎ তাথোকলুরে। মফি মরোল ইহোং হোংদোক্তনা ফম্নফম কাদা চগুলকলগা সোফা অমদা মুংবং মুংশা মাই, তুমিন ফমলৈ। মহৌশা মচাশিংবু উরগা হরাউ হরাউ তৌবতু তৌদে। মপাগী মামনা নীংবা কায়বা মতৌতুদা অমিনা পাক হেক হংবা ওমদতুনা গুাইহাক গুকচাননা লেপলমলগা

মশাগী মাঙ্গী চঙলক্না ফমলরে। য়ামনা হঙ্গোইনা হংলকই, "অশ্লা করি তৌরবগে? কুচু-কুমেন ওনবমখৈ তৌরিসিবো? হকচাং ওমদ্রা? থবক চিনর্বনবা; ওরাং খুমিদাংনা কদায় চংলু-বনো? ইমাম্ম ত্রথোয়শু খুংশাথীকমা পোকলে, লৈভম থঙত্রে।"

"ইবেম্মা ইপানো ইঙাও ঙাওরে। ফোন তৌরক্লপা থঙ-হল্লকপা য়াবতুকাও নীংশিংলুত্রে। নমা মচা নথোয় খুংশা থীরম্মনি থল্লা থম্মা তৌখিত্রে। হায়দোকসি কদায় হায়দোকলুসি কদায় ইপা তৌভম থঙত্রে। —আমির চঙত্রেকো?"

"চঙত্রে; ইমাগী মথোয় অনী অপ্পাগী চানথক্লবা হোৎনরমগনি।"

"য়ামনা ফরে অদুদি, ইপানা চেল্লিবসি নংগী চাচাগীনি। ইপানা হায়দোক্লবনি। মহাক মশাম্তু হায়নীংঙাই লৈতনা ওম-ল্লবনি। মহাক্লা নহানমথৈ লোঙ্না থম্লকপা য়ারী নহাম্দু ইপাদা তৌংনা ওমলে। অঙকপা, অকি তুংজুবনা থল্লবা, য়ারীনি। হৌজিক লুরিবদি মহাকনা হৌজিক হৌজিক পাঙথোকনীংবা থবক অমগী ইপাগী ইতেং নীরি। মতুগীনি ইপানা চেল্লিবসি। অদুবু মসি ইপানা পাংবা ওমগনি থাজত্রে।"

"কয়া লুখা য়ানো অপ্পা?"

মচাম্মীগা মিৎ চাম্নবা ওমদথংগুম মহাক মরু লুকথৈ, য়া মখা পাক তারক্লে। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই "নংগী চাচাদো মীরোৎ ওইরমলে, জেলদগী মাম্থোক্লনা চেল্লকপা।"

"চাচাবো স্বামিজী হায়না ইকাইখুম্নবতুদো?"

"উম মানি, অঙকপনি। খুপাগী মরাইবক খুপাগী মরমচং হায়বতুমক তাদে। মহাক নংগী নতা শংবাগী—?"

"করি হায়বা, শংবাগী করি?"

"অপোকপা মপা ওমইরমলে।"

"অ ওইবরনে অপ্পা ?"

"অওইবনি। মশামকনা হায়রবনি ইপাদা।"

"কৈদৌঙৈ হায়রকইবনো ?"

"ঐগা অকোনবা উন্নবদনি। অহুবু রাফমপি নং ঐ নন্তনা কনা অমত্তা নমা ফাওবা, তাইনবা যাঙ্গি, ফোঙবা য়াবা রা নত্তে। ঐনা হায়দোকলিবসিমক লাল্লবনি। নং ওইবগী হায়রবনি। কন্নিনা হায়ববু রাকম অসিনা চেন্নরকদৌবা ঘামথ্রে। ইশানা হায়খিবঙুনি নংগী চাচাসি মীহাৎ মীপুনগী কেশত্তা হৌজিক হৌজিক জেলদা তারিবা কয়েদা অমনি। মিন্নাদ মতম লোইখ্রিবা।"

"হাই আল্লাহ!"

মেহেরাল্লীনা অকি তুংজুংলবা মাগী চাচানা লীখিবা রারী মচান্নুপীদা তমলে। অমিনা রারীহু তারগা মাগী চাচাগী মুপা থোকপা থৌদো, অহুগা ইরোইনবা মুংশিবগী থীংঙমদ্রবা ঈচেন-হুগী ঈরাউখোনহু তারি। মতা শংবীগী থম্মোয়দা চাকলিবা মৈরাইহুগী মৈশা মশাদা লাংলবগুম ভৌরি। রারীহু তানা তানা মখিত্তা মপি ঈরা চেল্লি। শংবান্বীনা মতাং কয়াদা মপাবু থৌরাংনা ডাইজখিবা, মপাগীদমক অরা জেংথাজখিবা শং শং উরকই। অমুকমু নীংশিংলকই মতানা তমখিবা রারী শং; মপানা তমলিবা অহুগা মতাং কথাদা খেন্নবগুম ত্তৌই; ওইবা য়াই শংবা মশানদি অশেংবহু কয়ম থওগনি, মানা তাখিবদি মখোকা অমাগা অনাদল্লীনি।

মপানা মোবগী মতেংদগী মাগী চাচানা আমিরবু থীবীখিবা অহুগা আবু কনবীরকখিবা ফাওবগী রারীহু লোইরকলবদা মথা তাথরকই,

"হৌজিক নংগী চাচা হায়ব্রাবাদ জেলদগী নাম্থোক্‌না চেনথ্রে

হায়বগী পাউ মণিপুর পুলিস য়ৌরক্লবমাল্লে। নংগী চাচাবু ফাগ-দোবগী কোইথী থীবদা ফংলক্ত্রুনা মাগা চান্নবা তিন্নখিবা মরুপনি হায়রিবা মোবা মরীং ফারগা পুলিসনা ইন্তরোগেসন তৌরি হায়বগী পাউ মহাক তারে। মোববু কম্লনবগী নংগী চাচা মশা চোংথোক্লনা সরেশুর তৌবা পামদে। মসিদা মহাকনা ইপাগী ইতেং নীরি। সরেশুর তৌবা অরাইবা য়ানি; মসিগী মতুংদা ওইরক্কদোবা ময়ামচুদি অরাইবা নত্তে, অকিবগী মশক ওইগ-দৌরি। অসিগীসু মথক্তা মহাকনা মোবগা তান্নরগা আমিরবু কনবীরকখিবা, লালহৌবশিং অতুগা উম্নরগা মখোয়না অপাম্বতু মীশি মীনা থোকহন্দনা তাইশিন্নবগী য়া ফাও য়াওরি। পুন্নমক অসি অরাইবা য়া অমত্তা নত্তে। মহাক তিংচাবসু ওইসনু, মাহাং-পসু ওইসনু— মাগী মপান্দগী আমির শিরুরবদগী হল্লকলে অতুবু মাগী মনীং থুংহনবা অরাইবা ওইরোইদোরি। মসিনি ইপাগী অয়াবা।"

"কমদৌননো অপ্পা?"

"আমরবু ফাখিবদা, মাবু কল্লকপদা মহাক মৈচেন্নরিবনি। লালহৌবা কাংবুগা অয়াম্বা থওদে য়ামদবা থওদে মাগা মরী লৈনৈ হায়বসি চেনবা য়াররোইদোবা য়ানে। আমিরবু কনবীরকই হায়তুনা লালহৌবশিংবু, নংগী চাচাবু ইরাই লাইনা হেক্তা ভাক-লাগদোবা নত্তে। ঐনকনা থীবদা মোবা কদায়দা লৈ, তাংদাংবা থওদ্রি।"

"ফারমদবসু য়াই অপ্পা। ফারবনবু পুলিসশিংনা থও-ভোইদ্রা?"

"ফাসু ফারবনি, থওসু থওলিবনি। ঐখোয়বু থওহন্দবগী য়ানি। মৈতৈ য়াহৈদা, শামুনা ভাই থীদে, নিংথৌনা ভাই থওদে হায়বতুনি। সরকারগী অচৌবা ওফিসারশিং নিংথৌগা অমহানি।

মথৌ পাঙথোক্লবা হোৎনবদা শাগৈ ওাই মরুপ মপাং থক থাকপা য়াদে। মতা চাৱ্রবদি ঐবু ফাওবা চেন্নরকপা য়ারি। ইপানা মতুগীদমক কিরুবগী রা নত্তে। চেন্নরকসমু ঐ য়াই অতুবু নংগী চাচাগী অপাম্বদি মতুনা কোকহনবা ওমলোই। —ঐখোয়না নংগী চাচাদা ইপানা লাউথোকখিবা শেনফম অমসু পীখি। মসিগী রা পুলিসশিংদা খওহনখিদে। মসিমকসু মরান অমনি লৌবা য়ারিবনি। অতুগা নংগী চাচা হৌজিক হৌজিক লোঙা চীংদা উমাপতিগী মন্দিরদা লৈ হায়বসিসু মখোয় খওম্রিবমাল্লে নীংই। আমিরগী হাক্তক্তা ঐহাক ফাওবা মাবু চিংনখি, ইপানা হায়দোক্রবগী রানি। হৌজিক রাফমসি হেক কাংথোকলুবদা মথং মথং থিগৎলক্কনি। মাবু ফারগা তুমিন্না থক তোকখিরোই। মথা শোয়দনা শমথরক্কনি। মতমতুদা নংগী নতা শংবানবীনা করি ওইগবা, মাগী মপুরোইবনা কমদোবা। ইপা কোক ওাওই থল্লুবদা। মুংলুরবা মৈফমদা ইনৌ নৌনা মৈ হৌরকপগুম থোক্কনি। ইনসপেক্টর তোমচৌগী ত্রানসফর তৌবগী রাফম্মক মসিগা মরী লৈনরমগনি নীংই। এস পি সাহেবনা হায়খিবা লৈ?"

"করিগী লৈনগদৌরিবা?"

"শংবীগী মপা অপোকপা জেলদগী চেনখ্রে হায়বসি মতম-তুদা মখোয় খওলম্বা তাই। মাগী মুপীগী অতুগা মানা হেক পোকচবী মচাম্নুপীগী মনাক্তা লোম্নবু ওইরবসু ফোঙনবু ওইরবসু অমুক্তংদি য়োরক্কনি হায়বসি থাজফম থোকপা রানি। তোমচৌনা ইমুংতুদা অসুম্মক লৈবা তারবদি মহাক কমদৌনা ইমুংতুদা চঙ-লক্কনি? মতুগীদমক মাবু অরাপ্পদা ত্রানসফর তৌবা ওইবা তাই।"

"শংবীনা মসিগী রাফমসি থক পনখিদে। মুংওাইনদবা অমদগী মাগী মপা মফম খওদনা চংখিবনি হায়না মবোক্না হায়খি হায়। —অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু থোকলবা অমা লাক্কনি

অপ্পা। অপ্পানা চাদ থক্কমথৈ কোইচেন চেন্দুনা হকচাং শোল্ল-রবদি অম্লুপ লুপ্রবা থবকসি করমনা পাঙথোকপা ঙমগনি? ঐখোয়না পাংবা ঙম্বস্নু নত্তে। চাচাস্নু মশা য়ামনা শোট্টে হায়-বীথি। হকচাং শোক্কনবা মতম নাইনা চা—থক্কুনা পোথাবনা হেন্না ফগনি। পাঙ্গল শোল্লবদি করিমত্তা পাঙথোকপা ঙমলোই।"

"ইপাস্নু খঙ্ডিবনি ইবেম্মা। রাথন্না মেল তাদ্রবদা করি চানীংগনি, করম পোথানি? ইপা ঙাওচৎনরবনি। ইপানা ঙাওরিবসি নংগী চাচাগীনি, নখোয়গীনি, ঐগী অমত্তা নত্তে।"

"অদুগা অপ্পা রাফমসি শংবানবীদদি তাকপীরোইদ্রা?"

"রাফমসিমক ইপানা নংগী চাচাদা হৌদোকলুরবনি। অদুবু মহাক মচান্নুপীবু খঙহন্নোংদে। ইপাস্নু চুম্রা নীংই। নংগী চাচাগা তান্নথিনি। —ফরে নহাক রারগনি, পোথাজরুরো। ইপাগী চান থক্লবদু অদুম থনম্মো। এস পি সাহেবকা অমুক্তং কনটেক্ট তৌবা ঙমব্রা য়েংলকথিগে। হাই আল্লাহ, মপা মচাগী করি লাইবকনো।"

অমিনা মপাবু য়েংলগা হায়ভম তৌভম খঙদনা মন্নুংগী কাদা তরোই তরোই চঙখ্রে, মপানা লাইরিক পাফম কারোমদা।

তরামাপনশুবা

তাংলৌ মতাং ফনা য়ামনা লৈশিল্লে। শুকলবা লোঙা চীংগী চীংদোনথক নাইতোম থামলিবা উমাপতিগী পিক্কক চেংতকপা মন্দিরগী অকোইবদা থোগন তৌরিবা, হৈপাল লৈপান পুম্নমক মুংসুক মুংজাননা তুমিন তুমিন লেপ্পরম্বদগী পাউজেল হৈবা মালংবনা চীংগী চীংদোন লোমলকপদা মহৈ মহৈ হাইনা হুমনা অমগা অমগা রাহং পাউহংনরকলে। পাঞ্জৎলকপা থাজস্থ উমাপতিবু দর্শন তৌরুগে হায়বগুম অম্মুম অম্মুম লৈথরকলে।

ঐঙ্গা কাশীদাস মন্দিরগী মমাং অতুরাইদা য়ামনা নীংবা কায়না হঙ্গং হন্দা চংলম্বদগী স্বামিজীনা লৈনরিবা শঙ মচাহুগী মমুংদা চঙলকলে। ফম্মাংদা হিপ্লোই ফমবোই স্বামিজীবু শংহৌবা মথোয় অনীত্থু তুমথরমলে। থুয়া ওইরপ থারিবা ফক অদোমদা চঙলক্লুনা ঙাইহাক পোথাগে হায়বগুম মহাক হেক্ হিপথরকপদা স্বামিজীনা খোঞ্জেন কাইরপ তৌনা কৌরকপন্থ তাই,

"ঐঙ্গা।"

"তাকপীয়ু।"

কাশীদাস খুমনা খুমনা চঙলকই স্বামিজীগী নাক্তা। স্বর চাওরপ তৌনা হংলকই স্বামিজীনা,

"লাক্লে্কো— ননাইদো ?"

"লাক্লে স্বামিজী, লাকনিদি নীংই।"

"উমাপতিগীনি— কয়াম থেঙলবগে ?"

"নোংমাই মতুং পুং অমরোম হেল্লমলগনি।"

"বয়ানি পানবনো ?"

"পাঙ্খংলকপগী তরানি পানবনি।"

"দর্শন ফংখিদ্রে— অমুক্তা পুবীবা য়াগদ্রা ?"

"করিগী য়ারোইদগে, ঐখোয়না থৌগন তৌগনি।"

মনাক্তা তুমলিবা অনীহু হৌদোকলে। মখোয় অহুন চঙহুনা মউ চোক্লবা হায়নীংঙাই নৈতনা শোন্থরবা স্বামিজীবু য়ায়া চেকশিন্না থাংহুনা মন্দির তান্না লোইরোই পুবকলে। মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা স্বামিজীবু তপনা থারগা ঐজ্ঞানা মন্দিরগী থোঙ হাংদোকলে, মন্নুংগী থাউমৈ থাঙ্গৎলে। অমুক স্বামিজীবু মন্দির মন্নুং, উমাপতিগী সনামাং মক্তদা থাংজিল্লকলে। স্বামিজী ময়াম চঙহুনা পম্বোই ঙাকপোই শোরগা উমাপতিগী দর্শন তৌরকলে। স্বর ফুইনা মতেক মতেক ওইনা স্বামিজীনা হঙ্গৎলি,

"হে উমাপতি, পীনবীরো ননাইগী প্রায়শ্চিত! লাঞ্জদবা ননাইশিং কনবীয়ু, ননাইবু থাদোকপীরম্নু।"

মমিৎ অনীদগী শিম্বরকপা পিনা কংলবা চাইরুং অনীহু পুমথুম থুমহৎলে।

"ঐজ্ঞা থৈবোং মখোঙদা, নাপী মথক্তা!"

স্বামিজীগী ইঙ্গিৎ মতুংইন্না থৈবোং মখোঙ তান্না অমুক পুরকলে। মফমহুদা হেক থাবদা স্বামিজীনা কাশীদাসদপু বানা কৌরকই, হায়রকই, "ঐজ্ঞা, ঐনা হায়জবদো—খুবামদা হাপ্পীয়ু।"

ইপাম মৈহৌরে

হায়রম্লগা য়েংথংবা মখুবাম তিংথোক্লকই। ঐচ্ছা কাশীদাস মমিস্তা পিরাং ঈহৌনা তনচং চংখিতুনা অকোকপা লৈমায়থক্তনী নাপী-শিংনা য়াওদবা অশেংবা লৈচেংশিং মখুৎ অনী চঙনা থোমগৎলগা স্বামিজীগী নাক্তা পুরকলে। হায়রকই "স্বামিজী হাপচরগে।" স্বামিজীগী তিংথোকলিবা খুবামদা লৈচেংশিংদু হাপলকলে। হাপ্লা লোইরবদা স্বামিজীনা খুতুম চেৎনা পায়শিল্লি, শোল্লি মচিন্দা, "উমাপতি!"

অতুঙৈগী থৈবোং মথোঙতুমকনি, মতমতুস্থ অতুঙৈগী পুংফম-তুমকনি, শাদানবনা তাম্নরকলবা শক্তি শঙাইশুম মথোয় অহুম মফমতুদা চঙজফম থিরখিবা; কুইরবগী রানি। ঙসি থোকলরে অতু-শুম্বা থোদোক অমমুক। নীংশিংলকলে মফমতু য়োরবদা অতুঙৈ হায়খিবতু মাগী মরুপনা মথোয় অনীদা,

"ইতাও করিস্থু মুংশা থীরগম্থু। মথোয় মফম অসি য়ৌ-রকলোই। চীংথোঙদা য়েংলুগে নথোয় পোথারো। থোইদোকপা খুদোংথীগদৌবা লৈত্রবদি অমুক লাক্লরোই, নোং ঙাল্লগা ঙস্তা য়োরক্কে।"

মথোয় অনী চেজেৎ কোম্নখি কায়নরমদাই ঙাইহাক্তুদা। মানা খুমখি,

"ইতাও মোবা! নংগী লমনবু শীংবা ঙমখিগদ্রা ঐনা!"

তুংওইননা লেপখিবীতুনা থোঞ্জেল মাবা থোকঙমদনা হীক হীক কপতুনা থাঙখিবা, মীচিক মীরাউথোন তাখিদ্রবা, অহাংবা তেক-কায়রবা মন্দিরদা, থৌগন লাঙ্গন কনাস্থু য়াওদনা, তরক তরক ঙাম্নোইখিবা উমাপতিগী মুর্তিদা মথোয় অনীনা মপুকনীং অমত্তা ওইনা খুরুমজখিবা, মাগী চরণদা চঙজখিবা, পুম্নমক উরকলে।

মতমতুদা থৈবোং মথোঙতু চেক নুংনা চল্লমদে, পুমহাং হাং-লমই, নাপী শিংমানা পুময়োম য়োমই, পুম্নমক নীংশিংলক্লে।

তারকলে মানা হায়রিবা মনাক্তা লেপলিবীহুদা অহুইঙ্কে,

"ইবেচাওবী, পিতং-পাতংলবা কনা লৈত্রবা ইহাক-থক্কী, নং তাইবংপান পুম্রনমক থাদোকপা তারেদো।"

"নতুং ইরকলবনি পুম্নমক থাদোক্ননা।"

মাবু হায়রেং য়েংলগা থুমখি খোঙ্জেল তনীক তনীক মনাক্তা লেপলিবনিহুনা। অমুকস্থু মথা তারকখি মানা,

"নংবু তনি ঐনা নীংজরিবা, ঐগী থরায়, ঐগী হকচাং, ঐগী মাখল, পুম্নমক নংশ্নীনি।"

হায়রবা চেক্তেং কোক্নমই মাবু নৌরবী পাখোম অনীহুনা, মনায় মায়থোংনা মথাদা লুপশিন্নুনা। মাগী থম্মোয়দা মঙ্গংলাংগী ইখৌলাংজবী শৈরোন্দো ফাওখি মঙোন্দস্থু। লৎনবা ঙমখিদে।

"অহুপ হংবনিদা— চুংশিন্নবস্থু নংনা ঐবু, ঙমলোই ঐদি চুংশিদবা নংবু। অদুবু নংনা হায়রবদি ঙমগনি ঐহাক থাদোকপা মহুৎনু। নংসে ঐগী থরায়নি, উমাপতিনা থঙলিগনি। ওসিনা অহান-বা নত্তে থুক্রমজখিবা মঙোন্দা, লাউ থুকন্সুসি ওসিস্থু অমুক মাবু!"

থুক্রমমিন্নরমই অমুকস্থু তাংলৌ মতাংহুদা উমাপতিগী চরণ শোক্ন। লেমমিন্নরম্মী মখোয় অনী তাংলৌচুম্না থৈবোং মখোঙ-সিমক্তদা, অকংবা উনা মরক্তা, অমোনবা নাপী মথক্তা। থক্তা তগুপ তয়েং ঙানখিবা বা থরাম্নিচাকশিংনা মখোয় অনীগী ভাবুক ওইরম্মী, লেঙত্রবা সাক্ষী ওইরম্মী। মোংঙান পাবারকপদা অমুবা লীন অমা কদোমদগীনো মখোয়রোমদা লাকপা উবদা ইবেচাও-বীনা থংপ্রেক থংনা লাউরম্মী। লীনহুনা মতোক মাংনা কাং-থস্থনা অকিবা শকদা কামলহুনা ইবেচাওবীদা ওনশিন্নকলবদা সনাহম্না মনাক্তা তারম্বা উশা অমনা কুবদগী লীনহু মথরাম্বখারম্মী, পুম্নমক নীংশিংলম্মে। তাইহাক মৈরপা কদোমদগীনো অতোপ্পা লীন থমমুক চিটে নোক্নকলমই; অশিবা লীনহু অমনা

চঙশিল্লকল্লগা শিরবা লীনহুবু য়েংহুনা শাল্লরম্মী। মিকুপ মরুম লৈরগা শাল্লরম্বহু ভোক্লগা লীন অহুনা অশিবহুবু মুক্ষা য়েংলগা য়ামনা নীংবা কায়না হন্দোকখিরমই। অহু উবদা ইথৈত্তাওবী য়েংবা ওবক্রহুনা লোত্তুনা থাওখি মমায় মায়থোং মানী মথাদা। মহাক কুজুংখি।

চিঙৈ হল্লকলন্নী মুমিদাং চংখিবা মামী মরুপ। অশিবা লীনহুবু উবদা মহাকনা হায়রম্মী,

"নহাকনরা ইতাও?"

"মানি ইতাও, ঐথোয়রোমদা মুক্তিরকপদগীনি।"

"শিগ্রবনিনা শিগ্রে, মতুংদা অসিগুম্বা অমুক ভৌরম্মু—"

মমায় মাইথোং লাংশিল্লা অমুকম্মু হায়রম্মী,

"ফরে ঐ চংলগে নথোয়বী চান থরুবা লৌক্ষখিগে। মুমিদাং-দদি ঐমী খুনদা চংসি।"

ওসিগী মিকুপসিদা অহুথৈগী থৌদোক ওমনা উরক্লে ওসিদা থোকলিবগুম। অহুবু তুজুংদরে ওসিদি মহাক অহুথৈগুম। অহোইনহুম হিপথনীংলে লৈমায় থক্তুদা, অমোনবা নাপী-থক্তুদা, অশিবা লীনহুগুম।

মহাকনা হায়জবদগী থারে মাক্ষু থৈবোং মথোওহুদা। পান-থংলকপা থাজনা হাওইরে মোংচুপ পাংলরুকলে, মালংগী শঙ্কম লাংলকলে। কাশীদাসনা ভাকনা ভাকনা হিপথরকলে অম্মুম অম্মুম; শাত্রাং তারকলে থাম্বা য়াদনা, মথোক লোইরবা উরোংগুম।

কৌই ঐত্তানা, "স্বামিজী!" "ঐ—জা।" য়ানা খুমই,

নোংডাল্লমদাই মন্দিরগী শরীক থিংলকলে। ইনক নকপদা থিংলিবহু য়ামনা ভামনা তারকই স্বামিজী। অম্মুম অম্মুম তাম-লকই; অম্মুম অম্মুম। অরাং কোয়ৌথক্তা পোম্মগা নোংডাল্লমদাই মিংথৌ লৈবাক্তা নেম নেম পাইরিবা অহিং থিংলালক্তা তিল্লবগুম

তৌরি। উরকই চিঙৈ অরাঙ্গদা, খামনা লাপ্পদা মরোমদোম্
তরক তরক চেন্না চেন্না চৎলিন্না, মশক মতৌ লাকশিনভম খঙত্রবা অহুৎৈগী খাঙ্গা নহা, লমজাও-খোম্না চাকখৎলবনি বা মৈহৌ অমা তন্না। চিঙৈ লাউরুই, "নচিন ননাওশিংগী, লৈবাকচিগী মচাশিংগী খুরুম্না ঈ-শিংগী অশাউবগী মৈরীতনা চাকলিবা মৈহৌনি। করমনো। মৈনা মৈ লোকপা ওইথোক্কবনি। উৎ ওইররগনি।"

তাদে অহুম চৎখি, অসুম অসুম; অমুক লেপ্পগুমসু তৌই। তাম্না তান্ননা ইফং ফংনদে।

উনা উনা মপান নাইত্রবা অহিং লিল্লালক্কা স্বামিজী অসুম অসুম তাগুথোকখ্রি।

স্বামিজী হকচাং কম্না ইরে, শিবা চঙবা মফম খঙদ্রে হায়বা পাউনা অনকপা খুল্লোন লৈরোন্নবা মফমশিংদা তানরকপদগী স্বামিজীবু দর্শন অমুক্তং তৌহোগে হায়বগী মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম তিনখৎলকলে। স্বামিজীদি থৈবোং মথোঙদা হিপথখিবদগী লেওখিদ্রে, মিহুলগী কাংলোন কায়দ্রি হায়বা মঙাইরে, মিৎ পাং-লকখিদ্রে। ঐজ্জা কাশীদাসনা হম্না হম্না কৌজে হায়বতা মঙাইরে, পাউখুম অমুক পীরকখিদ্রে।

কাশীদাস মনাক্তা লৈরিবশিং অহুদা স্বামিজীবু শিন্নরমলগা পুথ্রী তমনা চেনখিহুনা মশা মউ শেংদোকলুরে, ফিশেং হোং-দোক্লুনা উমাপতিদা আরতি কৎলরে। কৎলগা উমাপতিগী চরণ শোক্লা কপনা কপনা স্বামিজীগী মঙ্গলগীদমক হম্না হম্না খুরুমজরে। আরতিগী বর্তি মথাক, হৈ লৈনচিংবা পুরক্লুনা স্বামিজীগী নাক তাম্না অমুক চেল্লকলে।

চৈরকসিদা পাউ অমা তানরকলে, "থানাগী গাড়ীনা চীংথোঙ থক্লে, স্বামিজীবু কাগনি লাকলে।" হায়গুমলহুনা কাখৎলকলে খুংলাই পায়বা জরানশিং চীংথক অদোমদা। হৌনরুবা খাওদনা

তিন্নিবা মীয়ামমতুনা পুমকোম কোয়গ্রে জরানশিংতু। লুচীংলকপা ডি এস পি না কনা হায়জে অদুবু মীয়ামমতুনা লেওক্রবদা মাইকী থোঙদা অসুমনা তমুক হায়জরকই,

"লৈরাক মচাশা, ইখোয় হুকুমগী ইথুংইনা ইথৌ পাঙথোক-পা লাকপনি। স্বামিজীনি হায়রিবতু অশেংবা নত্তে, জেলদগী চেনখিবনি, মীচেল্লি। ইথৌ পাঙথোকপদা ঐখোয়গী ইতেং পাংবীয়ু। ময়াম পুম্নমক হন্দোকপীয়ু।"

কনামত্তা লেঙনদে, ঈশিং ঈপাকনদৌগুম থত্তুনা অতুম মরৈ। লাউরিবতুগী পাউথুম ওইনা লাউই মীয়ামমতুনা—

"উমাপতিগী জয় স্বামিজীগী জয়।"

অসোমদনা স্বামিজানা তাকপী মই হায়বদগী স্বামিজীগী অকোয়বদা লেপলিবা মীয়ামমতুনা শকলি শোল্লি হরিনাম। লাক-লিবা জরানশিং মশীং য়ামদে জিপ গাড়ী অনীতদা লাকখিবনি, তৌরমলিবতুগা ওখোকনা খেন্নরমলে। লাইগী মন্দিরনি ইচম চমবা মফমমকসু নত্তে, হুরানবগী মকোনমকসু নত্তে। থন্না লাউ-থোংতুনা কিহনবা নত্তনা করিসু তৌবা য়াজে। মীয়ামমতুনা ইরেঙ-মক লেওক্রবদা কাশীদাস মীয়াম মরক্তগী থোকলকলে, মঙক্তা ফি য়েত্তুনা হায়জে জরানশিংদা,

"স্বামিলী থাত্রা ওইরমদাই মতমসিদা অসুপ লুংশিহৈতবা থৌদোকসিদদি ঙাকপীয়ু। স্বামিজীবু হৌজিক ফাবসু ওইথোক-লোই। স্বামিজী হিংলে অসিদা অসুম লৈগনি, শিরে অসুম লৈগনি। করিসু চিংননীংঙাই লৈতে। অতুগা স্বামিজী মীচেন নত্তে, হুরানবা নত্তে, উমাপতিগী অশেংবা ভক্তনি।"

কাশীদাস মথা তাবা ঙমলক্তে, মখোক্সেন কাইরকই, থোক্সেন থোকুনা কপলকই। হায়খিবা য়াফমতুগী মথা তায়কপা ওইনা লাউই মীয়ামমতুনা,

"জয় উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয়।"

জরানশিং তৌভস খঙদনা লৈনৈ। ডি এস পি না মনাক্তা লেপলিবা সিগনেলরদা হেক্ত কাটির লৌনবা খঙহল্লি। মরকসিদা চীংখোঙদগী নংহৌরোইদোঙ্গম চেন্না চেন্না কারকলিবা মেহেরাল্লী, শংবানবী অমিনা অহুগা আমির চীংগী চীংথাঙ হেক য়ৌরকপদা মীয়াম্না শক শোন্নরিবহু ভারকই। মেহেরাল্লীনা অচং অওক অমা অনীদা লাংনরিবহুগী মরম হঙভ বদা স্বামিজীগী মঙ্গলগীদমক শক শোল্লিবনি হায়রকই। মেহেরাল্লী অঙাওবগা চপ মান্নৈ, মায়কৈ মরী লৈনা য়েংই, মখুং অনী খুহ্ম চেংনা পায়শিল্লি, মথক্তা হায়জৈ,

"স্বামিজী, ঐবু ষারোবীগনু অমুক্তদি ঙাইবীরমখো। ঐগী উপায় লৈথিদ্রে, ইপা থুংখিদ্রে।"

অমিনা মপাদা য়েংই, হংলকই,

"অপ্পা করি তৌরে, করিনো হায়রিহুবো? চাচাবু—"

"অমি ইপানা হায়বহুনি। শক শোন্নরিবা, পুং শেনগী মখোনসি তান্রা নংবু। ইপানা থিনগ্রবমাল্লে, স্বামিজী—"

"কৈদোৗবা?"

"উন্নবা ফংগনি থাজদ্রে।"

আমিরনা ইঙক ঙকনা হংলকই,

"চাচা কদায় চংগ্রবা?"

মেহেরাল্লী পাউথুম পীরক্তে। মচেমদা অমুক ওনশিল্লকই, "ইচে চাচাবু? ইচে।" মচেম্বু কোল্লি।

"আমির, চেনখংলু, চাচাগা উন্নবা ফংব্রা য়েংসি।"

আমিরনা মাংদা, শংবানবী অমিনা তুংদা মহৈ মহৈ চেনখংলি, মেহেরাল্লী খোঙ থাংকম খঙদনা চেনবগুম তৌরি, মঙম শান্দে। মতাশিংনা চেনখংথিরহু ষানা ইমৈ। অসুম চেনখংলকপদা ডি এস পি গা জরানশিংগা লম্বীগী নাকম অমদা পুল্লপ লেপলম্বহু উই। মহু হেক উরুবদা স্বাই লাউই, অঙাওবগুম

কোইম্নেং য়েংই। মপাবু ভাইরম্বী অম্নিনানা চেনশিল্লক্কুনা মপাগী থুং পায়রুনা শমই।

মন্দির মনাক য়ৌরকপদা মীয়াম মরক্তা কোইচেন চেল্লম্বা ঐজ্ঞা কাশীদাস মেহেরাল্লী মপা মচাশিং উবদা কপ-লাউরুনা চেনশিল্লকই ; মখুং অনী লোম্লরুনা তমই কপনা কপনা,

"স্বামিজীনা হংলমই সাহেবপু মুমিদাং অথেভবদা। স্বামিজীদি—।"

"স্বামিজী কৈদৌরবা ?"

"স্বামিজী য ত্রা ওইগ্রে।"

"হাই খোদা।"

মেহেরাল্লী লেপলম্বদগী মকোক পায়রুনা কমথরকই। ময়াম পুন্নমক মডোন্দা য়েংনৈ। কাশীদাসনা মথা তাথরকই,

"স্বামিজী ভাইরি সাহেবপু, ইচাশিংবু, থৈবোং মখোঙ অসিদা।"

মেহেরাল্লী অভাওবগুম ফুক হৌগৎলকই, লাকই থৈবোং মখোঙ তমনা, মচাশিংনা মতুংদা।

নৈহৌ কররা কুমশীং খঙদনা উমাপতিগী থৌগল ফংজরকলবা থৈবোং হৈপান্দুগী মখোঙদা মচু মচুগী লৈরাংশিংনা কোক্কগী তোন ফাওবা লৈতেংলবা অভৌবা ফিনা কুপতুনা য়াত্তারিবা অদোমদা। কাশীদাস চঙশিল্লক্কুনা মায়থোং কুপলিবা ফিচু হেক হাইদোকলকপদা অশংবা নাপীথক্কুদা চিকনা তুমথুন ত্তালিবগুম য়াত্তারিবা স্বামিজীগী মায়থোং থম্বাল উরকই, অকোয়বদা লেপলিবা মীয়ামশ্নমা লাউই,

"জয় উমাপতিগী জয়, স্বামিজীগী জয়।"

কাশীদাসনা ফাইরবা খোম্বোক্তা হল্লংলি স্বামিজীদা,

"স্বামিজী, স্বামিজীনা খৌরাংনা ভাইবীথিবা মেহেরাল্লী

সাহেব লেঙলকলে। মচাশিংস্থ য়াওরকই। করি তাকপীনীংবা।"

মথা তাবা ওমদনা খোঞ্জেল থোকনা কপই, স্বামিজীনা করি তাকপীরকপগে ঙাইবগুম মথুং অনী লোয়্না মায়থোং মপামক্তদা ফমথরকই। মেহেরাল্লী অঙাওবগুম স্বামিজীগী মকাপান্নবা মায়থোং থম্নাল য়েংল্লা য়েংনা চপ লেপই। আমির মচেগী মথুং কম্থোকলগা মাগী চাচা তমনা চোংশিল্লকই, মায়থোং থম্নানবু কোল্লি, কপলাউনা কৌই, "চাচা! চাচা!"

মেহেরাল্লী চঙশিল্লক্তুনা চিংথোকই মচাবু, "আমির হৌনদে, স্বামিজীবু শোকপা হৌনদে।"

অমিনা শংবানবী স্বামিজীবু য়েংলগা চঙসি চঙঙথদা কোন্নতুনা কপমিল্লে।

কাশীদাসনা হায়রকই,

"সাহেব ইচানা অপাম্বা তৌজসম্ন। অঙাংশিংসি মচামকনি তাকপীরমই ননাই ঐরঙোন্দা। স্বামিজীদা জাত বিজাত থায়দে। মী পুম্নমক চপ মান্নে, ধর্মগী থেন্নবা লৈথিদে। ইবেম্মা, চঙলকউ লাউ নখোয় অনীম্ন। স্বামিজীনা কয়াদা তৌবীখি লুনা কয়াদা খুংশিবীখি হেক্ক পোকচবা মচাগুম লোইনবীখিবনি। স্বামিজীগী অরোইবা থোঙ্কম অসিদা নখোয়না অপাম্বা হঙ্গংলু, ঐবু হন্দোকউ হায়বরা, হায়নীংবা হঙ্গংনীংন্না হঙ্গংলোলাউ।—স্বামিজী নচাশিং লাকলিবসি খঙব্রবরা, কৈন্দোরে তুমিন লৈবীরবদি?"

শংবানবীনা চিংতুনা অমিনা আমির মখোয় অহুম্মক স্বামিজীগী খুয়ারোমদা লাকলে। মকোক-মকোক লোম্বরক্তুনা খোঙ শোকনা খুরুমলে। অমিনানা কপনা কপনা হায়, "চাচা, পুনসি চুপ্পা নংগী লমন তোলহোরে নচাশিং ঐখে য়না। আমিরবু অনৌবা মপোক পীনবীখিবা, ইতাবু অনৌবা থৌনা হাপপীখিবা, ঐগীদমক খুদোংথীবা কয়া মায়োক য়াবীখিবা পুমনমক অসিগী লমন অম্নক

শীংবা ওমজরোই। নচাশিংবু তাকপীয়ু।

"—শংবী নং করি হায়নীংবা, নংবু য়চানি তাকপীখিবনি, মঙ্গল ওইহ্নু বর পীবীখিবনি, কনানা খঙবা নংবু মুমা খঙবীরবস্নু য়াই, মহাক স্বামিজীনি।"

"উম ঐ খঙই অম্নি। ঐ গোইনা নীংশিংলি। মাগী মথুং-ম়কনা ইকোক্তা নানবীখি, বর পীনবীখি। ওসিদা নত্তে, হুমিত্তু-দগী হৌনা নোংমা কাংদনা ঐ নীংশিংলি। লাইবককবীবদগী অমুক লাকখো তাকপীখিবদো লাকপা ওমখিদে। ইশাগী হুংশিবা খঙ-লক্ত্রবী ঐনি। মাগী বোইথুমনরবা মপাউখোল ঐ করম কাও-গনি। কাওরোই। কয়াদা খোজানবীখিবা। ঐনা হংনীংবা কয়া লৈখি, কয়া লৈহৌরি—ওসিদি পুন্নমক য়াওত্রে। মচানি তাকপীখিবদো ঐ কাওদে। মপোক অমদা মাগী মতমবাক্তা মচা ওইনা পোকচগে। ইপা ইবুংঙো. নহাকা লমন তোম্নবী নচানি।"

চৈরকসিদা তুমিন তুমিন লৈনরম্বা মীয়ামথু বা বা লাংনরকই। হুইসেন খোংলকপা তারকই, জয়ানশিং মথুম ময়াং হৌবগুম তৌই। হয়া য়েংথোকখিবদা চীংথ্রাউপোকপীগী এস পি সাহেব মন্দিরদগী ফনা লাপনা ডি এস পি গা লেপমিয়্নহনা য়ারী শান্নবথু উনরকই। এস পি মকোক্তগী তুপী লৌথোক্লগা মখুৎনা পায়রগা কনা কনাস্নু য়াওদনা মশা মরোমদোম থৈবোং মখোঙথু তমনা চঙলকই। তিন্নম্বা মায়াম অমমম অনীনী হন্দোকনহুনা লম্বী ফাংলি। কাশীদাস মথু উরকপদা এস পি তমনা চঙশিল্লি।

এস পি না হায়, "কাশীদাস হাযবথুরা অদোমবু?"

"মানি সাহেব ননাই ঐনি। করি তাকপীগদোবা?"

"ঐ লৈখিত্রবা স্বামিজীদা সলাম তৌনীংই, স্বামিজীবু শক উজনীংবা মী অমস্নু য়াওরকই। য়াগনিনা?"

"করিগী য়াদদগে সাহেব, উমাপতিগী ইম্ফানি। স্বামিজী

"সাহেব ঐবু ভাকপীয়ু। ঐমাক—"

"সাহেব, সাহেবন্দু থাংজম-শঙ্গ্রা অকোয়গী ওফিসারা মমনি হায়বগী ঐনা লাক্লমনি। অঙাইফদ্রনি।"

মেহেরাল্লী বা থাংজম খণ্ডনা চুপ্লিন লেপই। চিঙৈ থো-শিল্লকই ডি এস পি। এস পি দা সলাম তৌরগা খুপাহু লিঙৈ, মানা মচুংদা। এস পি না হায় খুপাদুনা,

"থোক্কা, ঐ খা অমা হায়গে। অসিবা ঐৈবিরা মরোইবা থোক্তংকীমক শেখ শাবা লোইবা খুপা অসি অমুক্কং শক থেং-বীয়ু। অদোমগা য়ামনা চায়না তিন্নবা মরুপ সনাহল হায়বত্তু নত্রা?"

কাশীদাসনা চঙলক্কু না অচৌরবা কাম্বখুমফিহ্ হেক হায়-থোকলপদা মোবা মাংলোমদা খোংকোপ অনী অহুম থাংজিল্লকলে; চিকনা য়াত্তারিবা খামিজীগী মায়থোং থম্বালদা য়েংলকই; হেক উবদা মমিৎ অনীমক পিরোইনৈ, লরাইগী শম হুংই, মশা পুম্বা চেংথৈবগুম তনীক তনীকই, মরু লুকথৈ, য়েংবা ওমব্রবগুম মমিৎ অনী চেক্সেৎ উইশিল্লি, মখুৎ অনীমক খুতুম চেংনা পাম্বশিল্লি, খোঙদগী তোন ফাওবদা শীংলি নাউরী হৌ থা চিকনা লেপই।

এস পি খুপাহুবু শংজিক য়েংই, মেহেরাল্লীসু য়েংলকই। এস পি গী মিৎয়েংহু উবদা ডি এস পি সু খুপাহুদা শংজিক য়েং চঙশিল্লকই। এস পি না য়েংথোকলকপদা অমুক চপ লেপই। এস পি না হায়রকই,

"ঐনা হায়রিবসি ভাব অম্ত্রবা?"

"ঐ খঙই সাহেব—"

খুমলদা মোকপাঙুম তৌই খুপাহু, অতুপা থোমোল লূমনা অমুক হায়রকই,

"খুপা অসিদি ঐ মশক খঙদে সাহেব।"

মথা তারকখিদরে, মহাক মোকইদি হায়রবু "মায়খোং থেগুম লাংশিল্লে, মমিং অমীমক কোয়ী কাবে, ইভা ঈচাওগুম মপি তরং ঈহৌবে ; চিনবান মথক মথা প্রক প্রক কং, মখোড খুমাদা হুম্মাং লৈরীকনখনা মাপ্পী খোঙফম ভাম্বিবা ভিংখৌ হানৌ মতোনদু লাইজা ঈপান লাংলে।

এস পি গী মায়খোং ভঙাং ভঙাংই। মেহেরাল্লীসু মুপাতুনা খুমথিবশিং খোম্মাং থৈরিবগুম মত্তাবি। মেংখোকলকপদা ইনক নকনা য়াভাব্রিবা স্বামিজী য়ামনা তামপ্রবগুম উরকই, মায়কৈ মরী পুমচিক চিকই।

খঙগৌদে এস পি চঙশিল্লক্তুনা মোবগী মখুৎ ফারগা মখুৎ অমী চঙনা খুৎ শোকই ; হায়রকই,

"মরুপ য়ারোবা য়াদে, অয়েখদা য়াহনপ্রে। —স্বামিজীগী থোগন য়াওবীনীংলবদি লৈহৌবা য়াগনি।"

ডি এস পি দা ওনশিল্লগা অমুক হায়,

"ডিপুটি সাহেব মোববু থম্বীরম্বা য়াবে। শোই অমত্তদি লৌবীহৌ।"

"ফনি স্যার।"

অমীদু লৈথোক্তুনা চৎপ্রবদা এস পি মেহেরাল্লীগী মনাক্তা চঙলকই। মেহেরাল্লীনা হংই,

"মথা করি তৌবীগদৌরি সাহেব ?"

এস পি না, "ঐথোয়গী থবক লোইজরে। সাহেবসু তাবীপ্রে হৌজিক খুমথিবদু, জেলদগী চেনখি হায়বা মীশক্তু নংলমপ্রে। লৈরমলিবসিদি উমাপতিগী ভক্ত ওইরমলে।"

মেহেরাল্লীগী য়া অমুক ঙাইরমদনা স্বামিজীরোমদা পুংয়ান চানা ওনশিল্লকলগা নিংথিনা সলামী কৎলে। মেমেরাল্লীনা ওনশিল্লগা হায়রকই,

"সাহেবতি লেখা য়াওবীগদৌরম্ আক্রি। ঐদি চপৎচরমদলাগে; শুচ্চ ওে ৰ্"

এস পি না মথুং অমী লোয়ন্নিবদু আশু ওকই, "পাউথুমদি পীয়ক্তে। এস পি চংখিবদু ত্তামনা য়েংলৌবি, খিচিনবা মীক্লামচুনা ইকাই খুম্নবগুম লমী কাংজিবদুসু উই।

মীয়াম পুম্নমক অমুক হৌনরবা য়াওনা স্বামিজীনা য়াতারিবা অদোমদা পুমম্মোম য়োমশিন্নকই ; অনৌবা কয়া অমসু লাকনরি। কনানা স্বামিজীগী খোঙ পায়দুনা খুকমনৈ, কনা অমনা কংলি অচোইবা লৈ, কনানা লৈচন চানা শেমলবা লৈগী শরেং। মরক-সিদা প্রোফেসার নব নংহৌরোইদোগুম চেনশিন্নকই। মেহে-য়ান্নীনা কৌশিনবী,

"চগুলকউ লাউ ইবুংঙো। নহাক ঙাইবা ঙমলমদ্রে। অদুবু ঐখোয়না খিলহৌরে। স্বামিজীনা হানখিরমলে। অমুক্তং খুরু-মজো। নখোয়বু অপোকপগুম সুংশিবীথিবা স্বামিজীনি।"

নব ম'মিত্তা ঈরা চেন স্বামিজীগী খুয়ামক্তদা ফমলিবা আমিন, অমিনা, শংবানবীগী মনাক্তা চগুলকই, খুকউ লৈপাক ত্তানা স্বামি-জীবু খুকমই।

মতৌদু উবদা ফোঙদোকফত্রবা রানা থম্মোয়সুংদা মৈগী চীংগুম ওমলিবী অমিনা থাঙফম থগুলক্তে, খোঙ্গেল য়ান্না খোকনা অঙাওবীগুম কনা নত্তবী মানা "চাচা" হায়না হন্না হন্না কৌদুনা ত্তেংথা নাওই কপলকই। আমিয়না কপলাউহনা কপলিবদু ফানবা ঙমলক্তে। মরকসিদা এস পি দা শকতাকখিবা বাংচাওরবা শুকনা উরবা, মকোই মরাং চোম্নবা সুপাহুনু মমায় মমিং তত্তাং তত্তাং, করম্বা মতমদা য়ৌরকখিবনো খণ্ডহৌদনা চপ লেপলৈ মফমদুদা। কাশীদাস ইঙক ওকনা য়েংই মাত্তোন্দা। হৌজিক্তনি খোক'খবদু, করি তৌয়বগা মুম্না য়েংই কাশীদাস। অয়ী অঙকপা সিংয়েং

ইয়ৌকপদা মাঙোল্লনা কমজিবী শংবানবী, অমিনা অমির-লাপ-তক লেপলিবা মেহেয়াল্লী, মখোয় পুন্নমকন্থু উই ন্থুপ্পাহন্থু। মখোয়বু য়েংলৈ চাগদোঙম মঙোক্লোমদা।

মহাক অপনা চঙশিল্লকই, স্বামিজীগী মায়থোং থল্লালব্বু মুন্না য়েংলগা মমায় মমিং তৌরং ঈশাল্লাং শোল্লাংননা হায়,

"ইতাও! নতাওবু বায়োগহ্ন। ন্নমিদাংব্বদা উন্নখিবদগী অন্থুমনা উন্নরগনি থাজক্লে। অহ্নবু উন্নরে অৱোইবা পুংকমসিদা শক থঙনদনা ঐখোয় অনী। কয়াদা ন্থুংশিল্লবা, জাত তিন্নদবা ঐখোয় অনীগী হুকচাংদি তোঙাল্লে অহ্নবু থন্মোয়দি অমত্তা ওই-মিল্লখিদো। ঙসিদি নশক ইশক থঙনখিল্লে, নংবু ঐনা থঙল্লে, নংনস্থু ঐবু কৌল্লে। কল্লকই হৌখি পুনসি নংগী ঐগী। কয়াদা তামহৌরবা, কয়াদা ঙকল্লবা। অসিনি মীওইপোকী মপোক। ঙসিদি নখুৎ খুজেং পায়গে পায়ঙমদরে, নপ্পা শানৌ শাগোল্লগে শাগ্নোন-নফদরে। অহ্নবুনে ইতাও, মোবা ইথন করম লৈহৌগবা। ঐগীদি পারি শাৎলি হায়বমঙাই মল্লাক চামল্লেদো—নংগীদি নমোম শীংঙেল শাৎহৌরি, ইমোম কৈদা থনমই থঙহৌবরা নহাকপু। নীংঙমদেকো ইতাও —নতাও ঐ লৈরি, ইমোম খোঙ্গুল লীয়ক্কে, হাল্লমলোকো ইতাও।"

স্বামিজীগী মায়থোং মপামক্কদা থুকউ লৈপাক তা কাওরেন কোন্দোনবঙুম ক্কুনথয়কলে। ন্থুংশিয়বা মতাওগী চেংলৌ শক্তমব্বু মিৎচাননা য়েং মতাওগী মায়থোংবু মথুং অনী চঙনা পায়, কপনা কপনা হায়রকই,

"ইতাও ঐ লৈহৌখিগে, নং হাল্লমলো, নোংমা অমুক উন্নসি। নংনা কাখিবদো ঐ কাওদে, ঐ লৈহৌরি।"

শংবানবী হ্নপাহ্নবু মুন্না য়েংই মিং ক্কুপ্পমখে। মহাক হৌগৎ-লকলে; হেক হৌগৎলকপদা মাঙোকনৈ মেহেয়াল্লীগা, মহাক

মাদা এস পি দা থুম্নবিবা শাউথুমহু হৌজিকসু তাদি, মোবা হায়-বদুনি খাদিজীনা থোইদোকনা ইকাই থুমজবিকা খংনীং নীংশিং-লকই। অভাশিংবু কোরকই মংহৌইখোদোঔম,

"শংবানবী, আমির, অমিনা—খামিজীগী মুংশিজরবা মরুপ-সিবু থুকমলো-লাউ। আমির মাগী মপান্দনীনি, খাদিজীমকনি।"

'শংবানবী' হায়বা মিদোহু হেক তাবদা মোবা ইওক ওকনা য়েংলকই চওশিল্লকলিবা অভাংশিংহুদা অমমমতা ওইনা। মখোও শোকনা থুকমলিবা অভাংশিং মথুং মশা তনীক তনীক কোনখৎপী.

"নহাকনা আমির?"

"মানি চাচা, ঐনি।"

"নহাকনা?"

"অমিনা।"

"অহুগা নংনা?"

"শংবানবী।"

"শংবীসু কৌই।" অমিনানা হায়।

মোবা শংবানবীবু য়েংনা য়েংনা মমিৎ অনীমক তরং ঈহৌই। মিৎকম হোংদে অতুম ময়েংই।

মুংশিবা মরুপ মপাচাগী থুখাদৈরাং, পোমজবদা মভাইরিডে, শীংডেল লৈনা সুদ্রিডে, খুৎনা পায়সি কেনখিদোঔম লেপ্ল কোইনা চেল্লিডে, হাওবা মরীং মানা মরীংগী হাওরুক পুত্না মমোম শকলী মাবু তরা চিন্দম লাংলিগদ্রা, চরৈ ফিরাংলমগদ্রা, কোরৌ থাবুম লানডমদা মমাগী মপাম মুমদা য়েংলখিবা, মানা অরাক থুদিং মচন শকলী মমানা মমোমগী মথুং পায়হুনা, হাওবা মাবু মিত্তা পিরাং ঈহৌনা, থোঙেল খাবা থোকডমদা পন্থো পাঙথকলি তাকৃখিবদো, অতুডৈগী অপিশঙো, ওসিদি শীংডেল লৈশাং তমলমলে, মিত্তা নাত্তা শাহৌ শাবান পাগী শরুম লাংলমলে। অতুবু অতুডৈগী

নাঙবাক্তুম অদুম মতৌরি, অহৈঙ্গুম শম্বীরই, অহৈঙ্গুম কোনবী-খীরই। খঙকপনি। কপনা কপবা লোক্কই, নোকনা নোকনা কপই। ওসিগী নৈশোং কাবগী মমাংবু থেংই;" লোনবা কৌবা নৈজরে।

কন্নম লোনগনি। কুমজা কপ্পা উরক্রে, সনা লীকলু শরেংনা লংজাদগী তংখিহৈ, পলেমগী কাইদোং হোংখিহৈ— হাওবা মশোয় কাংওমদা।

মিংচানৈ অথওবা মপাগা খওজদবী মমোমগা। শংবানবী নীংজিং মাংজিংনবগুম মিংকুপ্তুনা য়েংই মোবাদা; নীংশিংবা থোক্কে, য়েংবসু তোক্কে। মোবা খওহৌদনা হায়খোকখি,

"ইপাগী ইবেম্মা, ইপাবু ব্বারৌগমু—"

হায়দোকলুরগা করিনোমা খংনীং নীংশিংলকপগুম খংলেপ লেপখি, মখা তারক্কে। করিগী হায়রুবা অহুসু খওদে। শংবানবী মোবগী ব্বাওাংদু হেক তাবদা তুজুং মাপ্পুংই, মোবসু হীক হৈনা কপলকই। মেহেরাম্মী অনীগী মতৌদু উরগা মখা মতোমদা নৈভম খওদবগুম তৌই; লওজরবা মী অমগুম মোবদা ওনশিন্দুনা ওাইওমদনা য়েংই।

শংবানবী করি খল্লুবনো খওদে লেপলম্বদগী ফমথরকলে, কনা নত্তবা মোবগী মখোঙ-অনী কোমে; লাংতকুববী, পিরাংনা খুমহৎলবী, মমিং অনীনা মোববু যেংলগা হায়রকই,

"ইপা নংবু কনানো, ঐবু নৈভম খওত্রেগবা, অমুক্তা তাকপীসু কৈদৌগে?"

মোবনা নোংখোঙ কুইবা মোংহৌগুম অমিং অনীদা পিগী ঈরা শিহুনা মমোম মানবীদু কোনখংশীরে; হীক হৈরবা খোম-জোক্কা তাকপীরকই,

"ইবেম্মা ইপাদো হাওবা মরীংনি, নপাগী মতাই!"

"ঐবু পোকপা ইপাগী মতাই ?"

"মাগি নপাগী মতাইনি, হায়বদু— করি হায়নীংবা ।"

"অহুদি, অহুদি, অমুক্তা তাকপীবু ইপাগী মতাইগো ঠৈকপা লৈবগে,— ঐগী ইপাদো ?

নোংলৈ-নুংশিৎ লাংবদা মবোম য়ানা থংলিবা তমা উরোং-শুম মশা পুম্বা তনীক তনীক, মোবা মচাবু শীং-নানবী,

"উম তাকনি, ইপানা শোয়দনা তাকুনি । নপাদো ঐগুম্বা নক্লেদো । মচা মীচা খায়দম্বা মচা পুন্নমকপু মাখী মচামকনি খল্লিদো । ইপানা চীংজারোই ওইবনা ইমোম নংবু কোনজম্-খিদে । নং থারোম্বু । সে য়েংঙ্, ঙসি কোয়রো নোংসিদা নংগী মাংদা অমোইবা খোঙচংকী শেম শারবা স্বামিজী—"

শংবানবী অঙাওবীশুম লৈখোকলকই,

"স্বামিজী কনা, ঐগী —?"

"মাগি নংবু পোকপা নপানি ."

"ঐবু পোকপা ইপা—!"

শংবানবী অঙাওবীশুম লাউরম্লগা চেনশিনগে হায়বশুম মখোঙ হেক থাজংলকপমক্তদা উরা ফুকলবা উরোংশুম মালেম লৈদা হিকথত্নুনা তারকলে । অমিনা চেনশিন্নক্‌না মতাবু কোন-খংলি, নব, আমির, মেহেরান্নী চেনশিন্নকই । মোবা তোঙম খঙদনা মশাদা ফাওখিব। চৈনামকপু খাওবা শুমদা অঙাওবশুম তোলহাইনৈ ।

অমিনানা মতাবু চেজেং কোল্লগা তনকো কৌই, তারক্‌বদা নবদা হায়, "ওম্বা, ঈশিং থুজিক্ক !"

নব ফুক হৌপংলক্‌না চেনপে হেক তৌখদা ঐজা কাশী-দাজনা স্বামিজীগী নাক্তা খিল্লিবা থুজাইহু তাপ পায়হুনা লান-শিন্নকই । অমিনানা মতাগী লমাই কোইরেপদা মচিন উমলগা

কামথবী, ঈশিংচু অমুক হাপ্পী । মমাঙ্গ চত্তুনা লাইকরে ।"

করমদো হায়দুনা মমাং চত্তুনা ভাইহাক লাক্লবা মতুং শংবানবী রাখা হন্নরকই, মতাম্ চেক্লেং কোন অমা মৈচাক খাওই । অমিনানা থেমজিল্লি,

"শংবী, খর চনীং ভানা হোম্মো, নমিং উইশিল্লু ! ভাইহাক পোখাও !"

শংবানবী তাই মতানা হায়বদু, মমিং অনীদগী শিংচুরিবা পিরাং লেপ্পা লৈত্তে, মমিং উইশিল্লি হায়বা মগাই ; মশা পুম্বা পুমচোক চোকিথে, খর ফুইরি ।

কাশীদাসনা তপনা হায়,

"সাহেব, ঐগী শও মচাসিদ্রা ভাইহাক্তং পোখাহনবনা করোইব্রা ?"

মেহেরাল্লীনা খুম্বা নংস্রিবৈ শংবানবীনা পুবীগদু হায়বগুম মথুং হাইরকই । অমিনানা হায়,

"ঐজা অস্নুম লৈজসু । —শংবী কনাস্মু নংবু পুরোই, স্বামিজীগী নাক্তা অস্নুম লৈগনি ।"

রানা খুমলকই, "উম !"

পোকপদগী হৌনা ভসি ফাওবদা মাবুতবু লাইনীং ওইত্নুনা লুথোং চাকওইনরকপী, মপাগী অমত্তা পোমজবী, শজিক থবা ওইজবী শংবানবীনি, অমিনানা খওই । স্বামিজীবু কনানো হেক খওজবদা শংবানবীদা তাকনীংবনা ভাইওমদনা খাওজথিবীনি । মতাগী মৈচাক মঙোন্দা হাপ্পা রাইখি, চৌজিকসু কোক্রি মৈশাদু । শক্না শকা উনদুনা "নংসে ঐগী ইচানি", "ঐসে নংগী নচানি" হায়বতুতং হায়নন্না মিকুপ অমত্তং ওইরবসু মপা মচা অনীনা উন্নবগী হরাউ মুংভাইজবদু কব্রিগী কংহনশিন্নবা— অমিনা

থম্মোর্ব পুবা ঙমলক্তে ? হে মোংদবা, নংগী নোংদম কন্নিগী অনুপ মুংশিহৈক্তবা ?" থম্মোয়মুংদা তেংথাক্তে।"

শংবানবী চিট্ঠে মমিং পাংলকলে, অমিনদা চিংনা য়েংলগা হংই,

"অমি, স্বামিজী ঐগী ইপানি, নং খঙগে ত্রা ?"

"উম খঙলে।"

"ঐবু ঙাকশীরমগত্রা ? ঐনা কন্নিগী লাকহৌদবা। মিকুপ অমত্তং কাওবা মখোঙ পাইহনা সেবা কংহৌত্রে। পাপ চেন্নবী ইচিনসিনা বাবা হায়না কৌজহৌদে। ইপা ইবুংঙো, নচাদি পংমন্নমু পংখিকো। অমি, ঐবু কন্নি ওইরসিগে। ইপাবু অমুক্তং উজরবদিকো। ঙাইজরকপা পুন্নমক মাঙলেদো। মরাইবক থীরবা অপংবী ইমাদো—। ইমা ইচাবু ঙাকশীরমগত্রা ?"

"কন্নিগী ঙাকশীরোইদৌরিবা ? কন্নিগী থাদ্রোগদৌরিবা ? নংগী নীংজমন মহৈ শীনবীরে। নংবু মুন্না খঙবীত্রে। পংবদগী ঐখোয়না খঙহৌদবনি। ইপা মোবনা ঙাকশীত্রে মাদি স্বামিজী'ন, মচা ওইবশিং পুন্নমকপু মচামকনি খনবীবনি। ঐখোয়তগী ওই-রমত্রে। খঙদবগী লাকহৌদবনি। হৌজিক কপ্পগী মতম নত্রে। বাবাগী মঙ্গলগীদমক নংগী তৌফম থোকপা তৌসি, মাবু খোঙ পায়না খুকমহৌসি।"

"অত্তুদি অমি নং অমুক্তা পুশিনবীয়ু ঐবু। ঐবু ঙাকশীয়ু হায়জহৌগে।"

নিংথৌ লৈবাক পুমশেং শেংলে, মায়কৈ মন্নী ইচিক হুল্লে, মুংশিং মুংশা লেপত্রে, হৈপাল লৈপান পুন্নমক মিংম্নেং অমত্তা ওইনা মীওইপোককী পুনশিদা অমুক্তংগী ওইনা উন্নজবা ফংলিবা পম্মোপোকপা মপাগা, মমোম মথন ঙাইবীগা, অনীহুবু য়েংলকলে। অমিনা নব অনীনা শংবানবীবু শমহনা স্বামিজীগী নাক্তা পুশিল্লক্লে।

মেক্সোয়ারীনা অদসামদা শংবীনা মথাক্কী বা হেক পনখিরদা মতোমতা লৈতব থঙলক্কে। শংবীনা-গী স্নাক্ক হেক য়োকুনা ওকা নবু লৌথোক্কই, মথোক্ অমী টৈথোক্লিন্নবা চিকপকনা থাগী শাদৈ। ভাইহাক লৈরগা নব নংহৌবোইদৌগুম চীংঙাং ভমনা চেম্না চেম্না চংখি।

শংবানবীনা চঙলকলবদা ঐজ্ঞা কাশীদাসনা অসাইংথৈ স্বামিজীগী মায়থোং কুপশিল্লবা কাইথুমকিহু তপনা লৌথোকপী। শংবানবী মপাগী মপুং ফারবা মায়থোংবু মুন্না য়েংলে, কোক্তগী ভোন ফাওবা ওয়া ওয়া য়েংই, হন্না হন্না। স্বামিজীগী য়েংথংবা খুৎনা চেক্তেং পায়শিল্লিবহু উয়কপদা হংই অমিনাদা,

"অমি, বাবাগী খুত্তা অস্থপ চেংনা পাররিবসি করিনো ?"

অমিনাস্থ য়েংই। কাশীদাসনা হায়,

"ইবেম্মা, ইমা লৈবাকসিগী উফুল থাইফু ন, স্বামিজীগী মথারঁন ভাকপীখি। থাত্তা ওইস্লিরৈঙদা স্বামিজীনা তাকপীবদগী ইপানা হাপচবনি। —স্বামিজী ননাইবু!"

শংবানবী ইঙক ওকনা ভাই হায়রিবহু ; অমিনাস্থু অহুঁৈও মমিংনা উখিবহুগী অর্থ হৌজিক্কা মথঙলি। খঙলকলবদা হায়জৈ ঐজ্ঞাদা,

"ঐজ্ঞা, শংবীস্থু উফুল মরীক থুরদং হাপচবা য়াগোইরা ?"

"করিগী যাদনি, কুংলু যাই ইচাসিদি!"

শংবানবী হেক ভাবগা স্বামিজীগী মনাক অহুরাইগী লৈমায়-থক্ত মখুৎনা শেংদোকই, নাপী-শিংনা থাওরবা লৈপাক লৈ-রিকশিং মখুৎ অনী চঙনা থোমজরগা খুহুম চেংনা পাররিবা মপাগী খুত্তা হাপই ; হায়রকই,

"ইপা ইবুংঙো নচাদি লাইরবীনি। পুপাং পুদনা হৌরক-

লবীনি। কবিশু কংসৌংতাই লৈজদে।

ফিবা শেংলবা লৈপাক লৈরীকশিং নচাশু কাকদে। নচানা নাচান-বুঙী মপোক্তা লাংজখিবা ইপাগনা ইপাগী লেমা কংজকোবদে। মপোক অমত্তা নংগী নওকাক্তা নচা ওইনা পোকহনবীনু, নাউমনুঙা ইপাগী মুংশিবদো কঙজগে। অপাংবী ঐন্নু, ঐনু পোকনী অপাংবী ইমানু নংনা ত্রাকপীয়ু; ইপা ইবুংঙো!"

হৌগংলককলগা অমিনাগী মখুং পায়হনা মপাগী মখোঙ খুবাখোমদদা লাকলে। মখুং অনী চঙনা খোঙ অনীমু মকোক থক্তা থাঙ্গংলে। কপনা কপনা মপাগী মখোঙ কোয়গা অবুকতু হায়জে,

"ইপা ইবুংঙো নচানা লানখিবা পুন্নক ত্রাকপীয় ।

—ইপা ইবুংঙো—!"

অমিনাসু মাগী চাচাগী মখোঙ পায়হনা খুরুমলে আমিরবুসু কৌশিন্দুনা খুরুমহল্লে। আমির মাগী চাচাগী মখোঙ হেক পায়-বগা কপনা কপনা মাগী চাচাবু "চাচা!" হায়না হন্না হন্না কৌই। মচেমনা থেমজিনবী!

তাঙ্গাসিমক্তদা নংহৌরোইদৌঙম চেন্না চেন্না লাকলিবা মশক মতৌ ফজরবা, মীওই মীতৌ ফরবা, মখোং কারকপা পাখং অমা মখুত্তা লৈচন গুনা লেংলবা লৈ-পরেং অমা পায় স্বামিজী তমনা পরপ পরপ চঙশিল্লকই। স্বামিজীগী মায়থোং হেক উবমক্তদা মখুং অনী লোইন্নে, মখুত্তা পায়রিবা লৈগী পরেং স্বামিজীগী কোক-থক্তা থম্নগা কংলি। শোম্বাংননা হঙ্গংলি,

"স্বামিজী স্বাগশিংনা—।"

খুদক্তদা অকোয়বদা লেপলিবা মীয়ামহনা খোঙ্গেল অমত্তা ওইনা,

"জয় উমাপতিগী জয়,
জয় স্বামিজীগী জয়!"

ছায়না লাইউনরকপুদা মথা কৰি হৌরংশিল্লা ত্তুশিল্লে। সং-বানবী, অম্বিনা, অম্বির মন্থামনা অ্যাউৎক্রিবহু ভাবি। কাশীদাস চঙশিল্লকপুদা স্বামিজীগী হকচাংবা অতোৌবা কাইথুরকিহু তপনা তপনা পচিংকুবদি, চিকনা ইংনা উববা মনমরোং থম্বাল হুপশিল্লকই।

* মেহেরোজী আমনা অাঙ্গিবা চৌংথাং অমা লম্বীরোমদা যামনা নীংতমদনা য়েংথোক্লকই অহুবু নব লাকপা উরবদা নীংবা কাক্না লেপলি॥ লেপলমদবী কাশীদাস থোকলকপা উবদা ঐঙ্গাগী নাক ওাম্বা চঙশিল্লকই। অসোমদনা মীয়ামহুনা অমনা লাউরি—

"জয় উমাপতিগী জয়,
জয় স্বামিজীগী জয়।"

লোইরবা

